# মৈতৈগী লুহোংবা

অমস্তুং

লৌন-লৈনবগী

রায়েল-রাখুন

# মৈতৈগী লুহোংবা অমসুং,
# লৌন-লৈনবগী ৱাম্মেল-ৱাথুন

অইবা ঃ

খিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা




অাম্ম পব্লিকেসন, ইম্ফাল
১৯৭৮

**MEITEIGEE LUHONGBA AMASUNG**
**LOUNA-LEINABAGI WAYEL-WAKHUN**

*Written by* B. Kulachandra Sharma
of Brahmapur Thangapat Mapal.
✆ - 228746

*Published by :* Pukhrambam (o) Matouleibi ( Debala ) for
TAMRA PUBLICATION, IMPHAL.
Sagolband Meirang Leirak, Machin.
✆ - 228734.

Rs. 35/–



---

অহানবা কোঙবা : ১৯৯৮
কোপী মশীং : ১০০০
লাইরিকসিগী হক : তাম্রা পব্লিকেশনস অমসুং অইবা
নম্বম : পিঃ এসঃ প্রিন্টার্স এণ্ড ষ্টেসনরী
সগোলবন্দ মেইরাং লৈরক, মচিন।
মমল : লুপা ৩৫/= ( কুন্থ্রামঙা )

# পব্লিকেসন্সদগী

খৃষ্টাব্দ ১৯৯২ দগী ইরমদমসিগী ঈয়েক অমসুং ঈনাংকী ওইবা লাইরিকশিং মক ওইনা পুরারী ( ইতিহাস ) গী থাগোম্লবা লাইরিক-শিং থংমিন, তামিনঃ উমিন্নবা ওন্নবগী পান্দম্না মাঙওইনম্লগা লাইরিক ফোঙবগী থবক অসি পায়খৎচবনি। ছিয়মশিং অসিগা মরি লৈনবা লাইরিক কয়াসু পুথোক্লবা হোৎনজরি।

"মৈতৈগী লুহোংবা অমসুং লৌন-লৈনবগী খায়েল-খাখুন" পব্লিকেসন্সসিগী ৯ শুবা লাইরিক অসিসু অহল-লমন, মরুপ-মপাং, মহৈরোইশিং মরু ওইনা নাংকী মরমদা থীজিন হুমজিন্নিংবশিংগীদমক ল লা-লংজিন ওইহনা খরদং কাম্লবা ফংগদ্রা খঙলকহনা লাইরিকসিবু ইবিরিবা ইকাই খুম্নজরিবা ওজা ইবুংঙো "বিঃ কুঞ্জচন্দ্রা শর্মা" দা ফোঙদোক্লবা হায়জক্লবদা হরাও-হরাও যাবিরক্কনা খুৎশিন্নবিরকপগী-দমকসু লাইরিকসিনা কাম্লবা ফংলবা মীপুম খুদিংমক্তা ওজা ইবুংঙোগী লমন তোল্লগদবনি। লোয়ননা পব্লিকেসন্সসিগী মায়বৈদগীসু মতম চুপ্পগী ওইনা তৌবীমল খঙবা উৎচবগা লোয়ননা লমদমসিগী নাংকী ওইবা লাইরিক কয়াসু পুথোকপীরকখিনী হায়বগী অচেৎপা থাজবসু থমজরী।

অরোইবা ওইনা লাইরিকসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা অম্না-মুংঙাই কয়াদা শরুক য়ামিন্নরক্লবা পুন্নমকপু পব্লিকেসন্সসিগী মায়কৈদগী অমুক্তা হন্না তৌবীমল খঙবা উৎচবগা লোয়ননা অশোয় অঙাম কয়াসু মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচনবগীদমক তাকপীরকপা খুদিংমকপুসু থাগৎচরি।

পুখ্রম্বম (ও) মতৌলৈবী ( দেবলা )
থৌবুরেনবী
তাম্রা পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল।

তাং ৬।৬।৯৮ ইং।

## পব্লিকেসন্স'সিগী থোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১। মীতৈ ময়েক তম্নবা অহানবা মপী লাইরিক
অইবী ঃ মাইবম চন্দু দেবলা ( মতৌলৈবী ) —১৯৯২

২। চীংমুঙসিগী ঈরাউখোল ( অনিশুবা খুৎনম )
( মণিপুর সরকারনা লেপখিবা মীতৈ ময়েক ২৭ তা নম্বা রারীমচাগী লাইরিক )
অইবা ঃ লুরাংথাই অরাম্বম —১৯৯২

৩। ইমোইনু অহোঙবীগী লিখুন পোমিং ( অনিশুবা খুৎনম )
পোমিং কাঙবা ঃ য়ুম্নামচা বুধিচন্দ্র

৪। চন্দ্রকিত্তি জিলা চঙবা ( অনিশুবা খুৎনম )
সম্পাদক ঃ ওইনাম ৺ভোগেশ্বর —১৯৯৩

৫। নিংথৌ কাঙবলোন ( অনিশুবা খুৎনম )
পুথোকচবা ঃ নোংথোনবমচা ৺অঙৌ লুরাং —১৯৯৪

৬। সনামহি লাইকন ( অনিশুবা খুৎনম )
সম্পাদক ঃ ওইনাম ৺ভোগেশ্বর —১৯৯৬

৭। হৈক্রু হিদোংবা অমসুং মোইরাং লৈমা থাঙপাং
অইবা ঃ বি ঃ কুল্লচন্দ্র শর্ম্মা —১৯৯৬

৮। মৈত্রবাকী খুম্বোক-খুন্দারোল
অইবা ঃ বি ঃ কুল্লচন্দ্র শর্ম্মা —১৯৯৭

৯। মৈতৈগী লুহোংবা অমসুং লোন-লৈনবগী রায়েল-রাখুন
অইবা ঃ বি ঃ কুল্লচন্দ্র শর্ম্মা —১৯৯৮

লাইরিক ফংফম -
পি ঃ এস ঃ পব্লিকেসন, মণিপুর
সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক মচিন।
টেলি ঃ ২২৮৭৩৪

# মণিপুরী সমাজ অমসুং লুহোংবা

মৈতৈ লৈপাক, মৈতৈ খুনাই মুপানা য়ুম পানবা, মুমগী য়ুম্ফ-রেল ওইবগী চৎনব-লোনচৎ লৈবা লৈপাক্নি। মুপীনা যুম পুহনগু পাংথোক্লিবা থোৗরম পুমমক মুপাগী মমিংদা তৌবা ঙাক্কনি। থাংখন-ঙৈগী অমসুং মমাঙঙৈগা মৈতৈ সমাজশিং অদুনা মৈতৈ লৈপাক লিংনবা অমসুং মৈতৈ খুনাই কনবা হোৎনরকপদগী মৈতৈ জাতি, লান পান্বা জাতি অমা ওইরনই। হাৎন-শুনবা, কেৎন-চায়নবা অমসুং বাঙন থিন্নবন। মরু ওইনা চৎনবা মহৈ মশিং তম্বগী লংগী ওইরকই। অদুগুম্ব মথক্তা, কাংলুপ-ফুরুপ মশেনশিংগী মরক্তা লান তৌনদুনা শানলেম-লানপোৎ খোন্নবা অমসুং কাংবুগা কাং-বুগা খুৎ ঙাইচাক লৈতনা থোক্লদুনা কাংলুপকী ঈকাই খুন্নবা ঙাক্লবা চৌথমীশিং অমসুং তম্মীশিং ওইরকই। অমগা অমগা কন্নবা তান্নবা, অথোই-অহেন পান্নবা, মীথোই-মীহেনবা, লমকং-লমহাইবা, মী খুৎহগী মরক্তা সপা তাম্বা, লাম্না লৈতবা মীশক শিংনা লৈপাক খুন্নাইগী অঙম-অথৌ ওইনবা হায়বসিনা অপিক-অচৌ সমাজ খুদিংমক্কী, লৈপাক-খুঙ্গং পুন্নমক্কী চংনবা ওইনা লৈরক্কবা চৎলম য়াযেল ওইবনা থুংবন-পাঙ্গনবা। হায়বসি চাওখৎলক্লিবা মৈত্রবাক্কী খুঙ্গং-খুন্নাই নত্রগা লৈপাক পানবা অমদদি থাক্টদগী হেন্না মরু ওইবা চঙদবা য়ান্নবা খুন্নাইগী পোৎচঙ অমা ওইরম্মী। অদুনা মৈতৈ লৈপাক্তা থায়নবগী অমসুং মমাঙঙৈগী ইতিহাসকী তাংককশিংদা লৌন-লৈনবগী চৎনবা— লোনচৎ অমসুং লুহোংবগী

চংলম-লুপতিন অসি খুৎকন-পাঙ্গম্বা অমসুং শাগৈ ঙাইরী চাও-নবগী ৱায়েল ঙাক্না ওইরম্মী।

মৈতৈ খুন্নাইশিংগী লৌন-লৈনবা নত্রগা লুহোংবগী হিরমসিদা ঙল্লিঙৈগী মতমদগী '"পোইরৈ চৎৱা, ৱাংঙম মুৱা" চিন্থাং ঌেনা লৈরকখি। হায়রিবা লুহোংবগী ৱায়েল অসিবু খাইদগী ইহান-হাননা য়াথং তৌরম্বা (First marriage Law giver) মীশক অসি ঙানবা খমচিংকোন হায়হৈবনি হায়না মৈতৈ পুয়াশিংনা শ ক্ষী পীবিরম্মী। ঙানবা খমচিংকোন হায়হৈবা হায়রিবা মুপা অসি, মৈতৈগী য়েক তরেৎ, শলাই মাপলগী মচুং চল্লিবা ঙানবা য়েক-শলাইগী পুকোকনি। মহাক্না পীরম্বা মহাক্কী মতমগী চন্থ-নিংঙোন থাজবা অমসুং মমৌ-মঙ্গইরোল থিবগী য়াথং মৱায়েদ্দি :—

............ কাওরেন সননা তাম।। মললা
মশিং ৱাৎপদি।। তাল্লোই তুন্নুংশি।। থংলেন
ৱান্নুংশিবু ওইগুনো।। কাওরেন সননা তামদবা।।
মললা মশিং ৱাত্তবদি।। তাল্লাই
তুন্নুংশি।। থংলেন ৱান্নুংশিবু ওইনা— ও।[১]

হায়বসিখক্কনি। মসিদি ইচম চম্না, মরল লৈতবদা লৈরু-ওংলুগনু, মরল লৈতবী লৈন-লৌনরুগনু; মরল লৈবদা ওংউ, মরল লৈবী লুহোং-লৌনৌ হায়বখক্কনি। মরম অসিনা মৈতৈগী য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমগী লৌন-লৈনবা নত্রগা লুহোং-খোঙদোংবগী ৱায়েল-কাংলোন অমসুং চৎন-ৱাথল মতীক চানা ফংলে হায়বা ঙমজদে। অদুগা অতৈ পুয়াশিংদা[২] পীরম্লিবা মৈতৈগী মুপা-মুপী লৌন-লৈনবগী ৱারোল অমসুং ৱারীশিংসিনা লাই-তীনগী অমসুং লাইওই-তীনওইবশিং ওইনা তৌবা নত্রগা অথেংবা ইতিহাসকী তাংকক্কী মতমগী মচাক-শিং য়ানশিনথিবা মরমনা— মসিনা অচুম্বনি হায়না খল্দোকপা য়াম্না লুই। মৈতৈশিংনা মপা-মপুশিংবু লাই ওইনা লাৎনবা, অমদি

লাই ওইহনবা অমসুং চরাং, করাং, মরাং অমসুং ঈরাং হায়না চংনবা[৩] ল'ইনীং লোনচংকী থাক্তা মখৌ-মওম তৌবা লাইগী থাক্তা পুশিনখিবনা অরিবা মতমগী মীওইশিংসিগী মশক খঙবা নত্রগা পুথোকপা য়াম্না য়ানা খোক্লি। অমরোমদা অমুক, অ ইবশিংগী খোঞ্জে'লগী শিন্নুরকপশিং য়েংলুরবসু, অমনা অমা হায়রম্মী, অমনা অমুক অমাতোপশিল্লম্মী— মপা-মপুত্থ চাওহন্নবা, লাইগী থাক্তা পুখংনবা লাক্লবদা— কনাবুনা লিন ওইহল্লি, কনানা লাইরেল তাউরোইনাই ওইহল্লি; কনা অমবুনা নুমিত্তগী কুমহল্লকই, কনা অমবুনা থাগী মচীদা লোংহল্লি;— অমুক কনা অমবুনা চহি ৩০০/৪০০ পুন্সিহন্দুনা নুপী ১০ মথং মথং পানহল্লি; কনাগুম্বী অমবুনা নুপা ৩/৪ লোলহল্লি, কনাগুম্বী অমনা মমিং তোংঙান তোংঙান ওস্নোক্তুনা নুপা মথং মথং লুহোংহল্লি। অদুগা মীশকশিং অদুনা করম্না লুহোংবা, করি করি পোৎচঙ শীজিন্নখিবা, করম করম্বা থৌরম পরেং চথখিবা অমসুং মখোয়না লৌন-লৈনবগী বায়েল ভাক্তা চংখিবরা হায়বদুদি খনবা ফাওবা খনবীরমদবগুম তৌই। অদুগা মখোয়শিংদুদগী করম্না লৌন-লৈনবগী পান্দম, পান্দমদু করম্না ভাকপা অমসুং করম্বা মথলগী লুহোংবদা চঙলিবা অসিনচিংবা মীওইশিং অদুনা তৌখিবশিংদুনা ইতিহাসকী খোঙজেল্দা চঙলিবশিং অদুবু ফুঙ্গাবারী, চাকঙাইবারী ওনহনখি। অদুগা মীবাইলেম মীতোপকী ফুঙ্গাবারীবুদি সাহিত্যগী লমায়শিংদা মফম চাওনা কলহল্লি।

মৈতৈ লৈপাক অমসুং মৈতৈ খুন্নাইদা থায়নদগী চংনরকপা লৌন-লৈনবা নত্রগা লুহোংবা অসি— মঙং-মতৌ, বায়েল-কাংলোন অমসুং বাখুন-কাংখুন খর খর থৈনবা অমসুং মান্নদবা, হাপতোক-হাপচিন তৌবগী মতুং-ইন্না চাওরাক্তা মথাগী অসুম্না খায়দোকপা য়াই। মদুদি :—

(১) মৈতৈনা হিন্দুধর্ম্ম লৌদ্রিঙৈগী লুহোঙবা,

(২) মৈতৈনা হিন্দুধর্ম্ম চংলবা মতুংগী লুহোংবা,

মথল অনিসিনি। মখোয় অনিসিগী মওং-মতৌ অমসুং মথলশিং মথাগী পন্দুপশিংদা মথং মথং লৌখৎচরি।

— রিফরেন্সশিং —

১ —শ্রীখেলচন্দ্র সিংহ : মথক্কী লাইরিক : লাঃ ৭ (৮ ১০)।

২ —পান্থোইবী খোঙ্গুল, নোংবান পোম্বী লুবাউবা, চোথে থাংবাই পাখংবা, পাখংবা লাইহুই, ফৌওইবী নোঙ্গরোল অসিনচিংবা।

৩ —শ্রীথুমল্লহম য়াইমা সিংহ : পোইরৈতেন খুন্থোকপা (ইম্ফাল ১৯৬১) : লাঃ ১— ফুটনোট—

চরাং— কৌবদি মীনা লাৎপা,

কাবাং — শন, শন্দং, ইরোইচিংবনা লাৎপা,

মারাং ভাম্বু, থুন্থ, য়েন্না লাৎপা,

অসিনি। অতুগ ঈরাৎনা ঈশিং অমসুং হৈ-লৈনা লাৎপনি।

# মৈতৈনা হিন্দুধর্ম্ম লৌদ্রিংগী নুহোঙবা (নুহোংবা)

মৈতৈ লৈপাক মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চংপা মতমদা হায়না থাজবা য়াবা মী থরনা খৃষ্ট কুমশীং চা ১৫ শুবগী অহৌবাইদা চঙলকপগী খুদম থরা ফংলবস্মু[১] লৈপাক অসিগী মীশিংনা লাইনীং লোনচং অসিবু ধর্ম্ম অমা ওইনা লৈপাকসিদা শকথঙ মায়থঙখিবসিদি খৃষ্টগী ১৮ শুবা চহি চদনি। মৈতৈনা হিন্দুধর্ম্ম য়াইদগী ইহান হায়বা লৌখিবসি শকাব্দ ১৬২৬ (খৃঃ ১৭০৪)। শক্তিবু থাগী ৫নি পানবা য়ুমশকৈশ মুখিণমি।[২] লৌখিবা নিংথৌনা ভুবি চরাইরোংবা (খৃঃ ১৬৯৭ ১৭০৯) নি। অমসুং লৌখিবা ধর্ম্ম সম্প্রদায়না হিন্দু সাথ্য/সাক্ত/শক্তা সম্প্রদায়নি[৩]। অদুনা মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌদ্রিংগী নুহোঙবা অসিগী শক্তম অমসুং মওং-মতৌ নৈনবা অসি, ঐথোয়না থেংনখিবা মচোই মচোই তারবা মচাকশিংদগী খোমজিনবনিনা য়ায়া অরাবগী মশক ওইরবা থোরাং অমনি। অদুগা থঙগদবা অমনা মৈতৈগী হিন্দু ধর্ম্ম লৌরবা মতুংগী লুহোংবা অসি মথোয়গী হিন্দু ধর্ম্ম লৌদ্রিংগী মুংথাঙবগী লেমহৌথাক ওইববস্মু বামোনশিংনা তোপশিনবা হিন্দু বিবাহগী অগ্নিদবগী মরৈ ৭ তা শাক্ষী থমদুনা ৭লক লৈ কোয়-বসিদা মৈতৈগী অথঙ-অহৈ শাবশিংনা মুংগী মাথাল্লান কথা শাগত্তুনা হাপচিনগ্রননি, হায়বসিনি। অফংবা মচাকশিংগী মতুং ইন্না খৃষ্টগী ১৮ শুবা চহিচাগী মমাঙ (হায়বদি খৃঃ ১৭৯০ গী মমাঙ) গী লৌন-লৈনবগী মওং-মতৌ য়েংদুনা মথাগী অসিগুম্বা মখল থায়দোকপা য়াই। মদুদি :—

১) মশা মশা য়ানদুনা লুহোঙবা।

২) লানফা ওইনা পুবক্লগা লৌব',
৩) হায়ন-শীংনরুগা মুহোঙবা,
৪) নমত্তুনা লৌবা, অমস্তুং
৫) মুন্দুনা লৌবা

হায়বশিংসিনি। ঙত্তুগা হৎচাং কয়াৎকী মথৌ তৌবা ওমনী মুপী অমা লৌবদা থোইদোক্লা চহি মতাং অমস্তুং মীথা থারু-রবী ওইবগী য়াফম থায়নঔ অমস্তুং মমাঙৌগী মতমদা লৈরম দবৎম তৌই। অত্তুবু মীশীং থর য়ামৎহলরবা মতমদদি পামদবা লৌনিংদবা মুপীবু শৈথাবদা অস্তুম্না শীজিন্নরম্মী, মত্নদি :—

.........শাবন লৈরি মীহেকথাক,
লৌহোন চাইচি মীরৌমন,
হাকুম তাওজিং মীচিকথাক
মাই, পামজদে কদৌনকো।[৪]

১) মশা য'নত্তুনা নুহোঙব'

মপুঙ-মরৈ ফারক্লবা মীওই অমনা পুন্সিগী লগী চৎমিন্নবা ম-পা অমা থিরকপা হায়ব'সিনা তাইবংপানবসিদা থো'রকপা খুাইদগী ইহান হানবা মুহোঙবগী (লুহোংবগী) নত্রগা য়ুম পানবগী থো'ং-থ'ংনি। থোঙথাং অসিদা হবচাং তোংঙাম্নবা, হকচাংগী কায়াৎ থর থেন্নবা মীওই অমবু উক্লরগা নত্রগা মরা-মপাউ তাক্লরগা পুক্লীংদা হায়ঙমদবা ঈথিন অমা ফাওরক্তুনা মহাক অত্তুগা লোয়নত্তুনা লৈমিন্ননিংঙকই অমস্তুং মাগা হকচাং কয়াৎ মান্নবশিংগা মীশক অত্তুগা লোয়নবা নত্রগা ঙা'ন-শক্লবা উক্লরগা থম্মোইদা কল্লক-মিহৌবা পোক্লকই। অসিগুম্বা মতৌশিংসিদগী মাগী ম.গী অনিংবা অপাম্বত্তু ফোংদোক্লত্তুনা— য়াথল মান্নব', মিৎয়েং তিন্নবা অমস্তুং পুক্লীং চুনবা থমত্তুনা মপা মপা শেঈ। অস্তুম্না মপা অনি

অদু পুন্না লৈমিন চামিন্নে। মখোয় অনিগী মরক্তা অরোংপা অথুপ্পা, অমসুং অরোনবা-অখোংবা থম্লক্কে, ঈকাই-হুঙ্গে ইবা লৈনরক্কে। হকচাং কয়াং মান্নদবা মীওই অনিদুগী মরক্তা, মখোয় অমম্মবু হেক পোকপীরকপা মমা-মপা, পোকমিন্নবা মচিন-মনাও অমসুং লুনা-চান্না তিন্নবা মরুপ-মপাং ফাওবনা খঙবা য়াদবা, উহনবা য়াদবা অমসুং তাহনবা য়াদ্রবা মখোয় অনিগী তা ওইরবা অরেংনবা বাকম কয়া লেংভন থৈন্নে। অসিগুম্বা পুন্সিগী খোংথাং অসিদা মীওইবগী হকচাং বয়াং মান্নদবা মীশক অনিথক চঙশিন-নিরদুনা পুন্সিগী হিংনবা লানথমগী অন্না-সুংডাই শরুক য়ামিন্নবা অমসুং অমগা অমগা মথা পোন্নদুনা অমনা অমগী মতেং পীননবগী য়াংনবা পুরকপা অদুবু মশা-মশা য়ানদুনা লুহোঙবা নত্রগা লৌন-লৈনবা অমসুং খর থেংথরক্লগা চেন্নগা হেংবা লুহোংবা হায়না খাংনৈ। অদুম্না তাইবংপানবা মপুগী চাদা-নাউদা শমথবা হায়বা শীন্থা পরিং অসিগী মথাদা মশা মশাগী থাখন লেপচবা ওম্লবা, অফ-ফত্ত, অচোপ-অরেম অমসুং সুপ্তন-কৈ-নবগী থারেন-কাংলোন খংলবা পাথং অমগা লৈশাবী অমগা মখোয় অনীতা শকথঙ-মায়খঙনজদুনা, য়ানজদুনা, য়ানজবা পুরক্লগা য়ুপ্তানবগী পুন্সি। খোঙদামিন্নখিবা অদুবু— লুংশি পুন্নীং য়ুমফম্নবা নত্তগা লুংশিনবা হায়না খঙনবন।— লুংশি লৈপুন ওইবা লুহোঙবা" হায়না খঙনবনি উই। শেল্লোই লংম ই য়ুমলেনকম চন্দ পিতাঙঙা লীক্লু, লৌথিবীগা মৈদিংগু নাউথিংখোং (চাও: খৃ: ৬৬৩-৭৬৩) গা অনিনা লৌন-লৈনখিবা মথল অসিগী লুহোংবনি।[২]

মথল অসিগী লুহোংনসি অমুক মখেল মরিরোম লৈ, মখোয়-শিংদুদি— (১) লৈপাক্লা য়াবা (২) লৈপাক্লা য়াদবা (৩) অহল লমম্না য়াবা অমসুং (৪) অহল লম্না য়াদবা অসিনি। মখেলশিং অসিগী মনুংদা অহানবা অমসুং অহুমশুবা মখেলগী লুহোংবশিং-সিদি— হায়ন-শীংনরগা লুহোঙনা হায়বা খাইদগী হেন্না থাংবা

থাক্কী লুহোংবা মখল অদুদা তারকই। অদুনা মথেল অসিদা লৈপাক্কী চংনবী মুহোঙবগী ঝায়েল—মললা মশীং শুবা অমসুং কাংলুপ-ফুরুপকী অমদি য়েক-শাগৈগী চনু/নি ভোল লৌবগী "মংকৎ" অমসুং "কাংকৎ" শীবগী মথৌ তারকই। খুদম ওইনা, মুংবান পোম্বী লুরাউবা (লুরাং খুনথিবা) অমসুং কৌবরোল নামোইমু [মৈদিংঙু তাউথিংমাং (চাওঃ খুঃ ২৬৯-৩৬৪) গী মচন মুপী লৈমা লাইরোকলেম্বী অমসুং কৌবা অভাওসিগী মচানুপী হায়][৬] অনিগী লুহোংবসি[৭] মথেল অসিগীনি। অদুগী অমুক মথেল মরিসিদগী থোক্লকপা লৈপাক্নদি য়াবা অহল লম্মন্দি য়াদবা মথেলগী মুহোঙ-দদি মুপাময়ুমনা তমগদবা চনু-নিংভোলগী মমল অমসুং মংকৎ-কাংকৎকী পোৎচওশিংসি লৈতবগুম তৌই। অদুদসু নত্তনা নুপী ময়ুম্না তমগদবা অওং অউন পোৎনা পোতমসু চওদ। খুদম ওইনা, ঈরাংলেন লৈমা য়োঙ্গীরন তোমপোকপী (মোইরাং নিংথৌ লাইজিংথু তেলহৈবগী মচানুপী) গা মৈদিংঙু নিংথৌ যোঙ্গীরেল তোমপোকপ (থংবী লানথাবা, চাওঃ খুঃ ১৩০২-২৯) গা লৌন-লৈনখিবা অসিনি। মসিদা ইম্বোকপা অমসুং লৌথৎপা হায়বা থৌরম অনিসি মনৈথ দা কোননা পানশিন্দুনা চনু-নিংভোল অদুবু মশামগী কাংবুগা তিন্নহল্লি। অদুগা লৈপাক্নদি য়াদবা অহল-লম্মন্দি য়াবা হায়বা মথেল অদুদদি মুপী অদুগী শাগৈ-নাতৈ অমসুং মুপা অদুগী শাগৈ-নাতৈ অমতনা লুহোংলিবা লুহোংলিবী অনিতুগা যোংনা তিন্ন-তোংনবা তৌনদে। কোম্না চওন-খাৎনবদি মাতৌনৈ। লৈপাক্কী মিৎয়েং য়োদবা মফমদি মরী-মতাশিং অদুগী মুংশিবতুদি লেঙদনা লৈ অমসুং থৈ। খুদম ওইনা, কোরৌ লৈমা নাহুইমু (কোম্বোকম লাইরেম্বী)[১০] অমসুং অরাং পাখং যোঙ্গীরেনবা (সরারেল) অনিগী লৌন-লৈনবা মথেল অসিগী লুহোংবনি। অদুনা লৈপাক্নসু য়দবা, অহল লম্মনসু য়াদবা হায়বা মথেল অসিদি খুন্নাইদগী তোঙান তাবা কৈ, লোই ওইবা

নত্রগা লৈপাক অমসুং খুন্নাই থাদোকপা তাই। মসিগী খুদম হায়বদু লুয়াং চনু খোংজোমনুবী মতা তরুক্কা হাওকু পাখং তরুক্কা লৌন-লৈনবা অমসুং মরামচনু ইঙাল্লেগা মৈদিংঙু পাইখোম্ব (খৃঃ ১৬৬৬-৯৭) গা লৌন-লৈনখিবা[১১] অনিসিনি।

(২) লানফা ওইনা পুররক্লগা লৌবা

মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা নিংথৌশিং, অঙম-অথৌশিং, অমসুং অকন-অথৌশিংনা মখোয়গী লৈপাক্কী ওমথৈ শন্দোক্লবা য়ুমথংনবা লৈপাক খুন্নাইশিংদা লান্দাবা অমসুং য়ুমলোন্নবা লৈপাক/ খুঙংশিংবু নমথবা অমদি লৌশিনবা হায়বসি লৈপাক পানবা খুন্নাই অমগী চংনবী মনাং ওইদুনা লাক্লবনি। মনাং অসি মৈতৈ লৈপাক্কীস্মু শরুক থুংদুনা চংনরক্লবনি। অদুগা লান্দারুরিবা মখোয় অদুনা মখোয়না লান্দারুবা মতমদা লৌশিল্লবা নত্রগা নমথরবা লমশিং অদুগী মনুংদা লৈরম্বা য়ুমশিং তুম্না মৈ থাবা অমসুং মফমদুগী মপোৎ-মচৈশিং খোম্লকপা নত্রগা লোক্লকপা হায়বা অসি নোংপোক্লোমদা শন্দোক্লিবা হিমালয় চীঙশাংগী লমদমশিংসিদা পাল্লিবা লৈপাকশিং অমসুং ফুরুপ-কাংলুপশিং অসিগী য়াম্না হৈনথ্রবা থৌদোনি। মৈতৈশিংসু মখোয়-শিংদুগী মরক্তা অমনি, অদুনা মনাৎসি মখোয়স্মু লন খোম্লনবগী পাম্বে ওইনা ফাওবা লৌনৈ। অদুগা করিগুম্বদা মখোয়না লান্দারুবদগী হল্লকপদা মায়থিরবা লম অদুগী মচাক-মরল খোমদুনা পুরকপদা নত্তনা লম অদুগী চনু-নিংঙোলশিংবু লান ভুম্লকপগী লানঙম খুদম ওইনা ফাদুনা পুররক্মী। অদুগা লান ঙাম্লবা মীশক অদুনা পাম্লবদি ফাদুনা পুরক্লিবী লানফা চনু-নিংঙোল অদুবু মাগী নুপী ওইনা লৌরম্মী। খুদম ওইনা, মৈতৈ নিংথৌমচাশিং য়োঙ্গৈচিঙলেন তমহৈবা য়োঙ্গৈমোংবা (মোংবহনবা) অমসুং য়োঙ্গৈতোন তাউথিংমাং (মতুংদা চাওঃ খৃঃ ২৬৪ তগী ৩৬৪ ফাওবা মৈতৈ নিংথৌ ওইখি) অনিনা মৈতৈ তম্পাক্কী তু-খোং তেংবদগী হাওখা-লোকখা (হৌজিক্কী শুগ্নুগী অকোয়বগী লমদমদা খুম্ভারম্বা মী ফুরুপ) দা লান্দারুবদগী লানফা ওইনা ফারকপী হাওনুম্ব

অমসুং হাওনুহন অমদি লোইতোংখু অমসুং লোইতোংহনবু মখোয়গী তাল্লোয় মরুপ্পী ওইনা লৌথি।[১৩] মখল অসিগী লুহোংবা অসি মথেল অহুম শুই। মখোয়তুদি — (১) নুপীতুনা মশানা য়ানা লৌবা (২) নুপীতুনা মশানা য়াদনা নমজা-নমথেক্কতুনা লৌবা অমসুং (৩) নুপীতুনা মশানা য়ারমদবতু থেমতুনা য়াহল্লগা লৌবা— অসিনি। নুপীতুনা মশানা য়ানা লৌবগী খুদমদি— থোকচোম চম্মু থম্বান্নবু মৈদিংঙু মোইরাম্বা (চাওঃ খৃঃ ১২৭৮-১৩০২) না তাল্লোয় শীংদা চনখিবা[১৪] অসিনি। নুপীতুনা মশানা য়াদনা নমজা-নমথেক্কতুনা লৌবগী খুদম্মা খয়োইরোন থাৱৈমবু মৈদিংঙু চালাম্বা (খৃঃ ১৫৪৫-৬২) না লৌখিবা[১৫] অসিনি। অদুগা হিন্দুধর্ম্মনা মৈতৈ লৈপাক্কী ধর্ম্মদি ওইরবা মখোয়গী লুহোংবগী মনাক্তি চৎনদ্রিঙৈগী মতমদা মৈদিংঙু পামহৈবা (গরিবনিৱাজ, ময়াম্বা, মেখলেশ্বর, বৈষ্ণব থোংনাং, ময়াং ঙম্বা, শমজোক ঙম্বা, তখেলঙম্বা, গোপালসিংহ, খৃঃ ১৭০৯-৪৮) না ঈৱাংলোন থম্বাল (য়ায়েনবমচম্মু গোমতী মহারাণী) বু তাল্লোয় তুরক চনখিবসি নুপীতুনা মশানা য়াদবদগী থেমতুনা য়াহল্লগা লৌবনি।

হায়রিবা মথেলসিদা থেম-নৌবতুদা অদুম্মক মপুন্সি অমসুং থৱাই-হকচাং কথোকখিবসু য়াওরম্মোই হায়নীংঙাই লৈতে। অদুগা থেম-নৌবতুদা মশানা য়ানিংদবতু থম্মোইদা চেৎনা কিশি কিতুনা থমখিবা অমসুং মতাং চারক্রবা মতমদা মতুনা মৈরী ওইনা চাকখৎলকখিবসু য়াওই। মসিগী খুদমদি ঈরাংলোন থম্বাল অসিক্কি।

(৩) হায়ন-শীংনরগা নুহোঙবা

মখল অসিগী লুহোংবা অসি মৈতৈ খুন্নাই অমসুং অতৈ সমাজশিংদা খাইদগী হেন্না য়াংবা থাক্কী লুহোংবগী মখল্লি হায়না লৌনৈ অমদি য়ানৈ। অদুগা সমাজ অদুগী মনুংদা লৈরিবা মীওইশিং অদুনা চাওখৎপা অমসুং সভ্যতাগী মঙাল ফংলক্লতুনা লৈপাকমচা তাবা খুনবানলৈপান অমা ওইরক্লবা, সমাজনিতিদা মশাগী শিন্দা পাংথোকপা ঙম্বা মীওই অমমম ওইনরক্লবা অমসুং মী খুদিংমক্কা মশা মশাগী মথৌ

মশক খণ্ডনরক্লবা মতমদা খুাইদগী হেন্না চৎনবা মথলগী লুহোংবনি।

খুনবান-লৈপান মশক ং‌িথিনা থোক্লক্লবা অমাদ খুম্নাইগী চৎলম-লুপতিন্না মীওইবশিংবু মাগী মাগী হক ভাক্লক্লবা মতমদা মমা-মপা ওইবা নত্রগা নাওয়োক-নাওকোনবিরিবা অচল লম্মনশিংনা মমৌ থিবা নত্রগা মমাক/ময়া খনবা/য়েংবগী তৌফম থোকপা মথৌ পাল্লক্লবা মতমদ নত্রগা খুন অমগা খুন অমগা মতেং পাংননবা, খুনগী/শাগৈগী/য়েকশলাইগী/খুৎকী খুৎকন-পাঙ্গন্ননবা থৌরাং লাক্লবা অমসুং মতুগী পাম্বৈ থিরকপগী মতমদা হায়রিবা মথলসিগী লুহোংবসি পাংথোক্লবা থৌরাং শিংল্ল। মথক্কী হায়রিবা ফিভমশিংসিদা মচানুপা/মনাওনুপা নত্রগা শাগৈ-যুম্নাক্কী মরী-মনাগী মচানুপা নত্রগা মচানিংঙোল/মচন/মচে নত্রগা শাগৈগী মুপী লৈশাবীশিংবু মথোয়গা থাক মান্নবা নত্রগা মথোয়দগী থাক হেনগৎপা কাংলুপ-ফুরুপকী পাখং/নুপাশিংগা লৌন-লৈনহন্দুনা চারৌ-মৌরৌনহনা মভাই-মশেনগী মরী লিংখৎলি অমসুং যুম্ফম শাগৎনৈ। অসুম্না মথোক কারক্লিবা অমসুং কারক্লিবী পাখং লৈশাবী নত্রগা নুপা-নুপী অনিবু যুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদনবা শিনবা লুহোংবগী মথলনি। খুদম ওইনা— ৱাংঙমলোন পান্থোইবীবু থাবা তরং খোইনুচাগা লুহোঙখিবা[17] অমসুং শেল্লোই লংমাইচৌঙদা শাথুপলিবী থোইনু অহোঙবীবু অঙোম পুরৈরোম্বা[18] না মমোম শরুক অঙং-অউন ওমতু নোংমাইনু অহোঙবী হায়না মিংথোন্দুনা খুৎই (খুইয়োম্প তোমপোক, চাওঃ খৃঃ ১৫৪-২৬৪) দা থাজতুনা লুহোংখিবা[19] অসিনি।

হায়ন-শীংনরগা লুহোঙবা/লুহোংবা অসিদি চনু-নিংঙোল অতুবু পোকপী-শাংশীরকপগী নিংঙোল অতুগী য়েক/শলাই/শাগৈগী মপা-মপু পুকোক অতুদা অপোক-অশাংমল কৎপা অতুগা নিংঙোল অতুগী অপোকপা মপাদা চনু-নিংঙোল মমল নত্রগা মংকৎ-কাংকৎ হাবা (অনৌবদা সনাশিংগী "কাগোক হানবা) অসি তৌদ্রবা য়াদ্রবা লুহোংবগী থৌরম পরেংগী মতুং চল্লি। মংকৎ-কাংকৎ হাবা নত্রগা কাগোক হানবসি তশেংনমক নুপী মমল লৌবগী মথেল অমনি।20 অতুগা

অমুক নিংঙোল অহুগী মপাম্ম/মপা-মমানা মচা নিংঙোল অহুনা অতোপ্প। য়ুম্নাক-শাগে মুপা অমদা ওংখিবা মতমহুদা মচা নিংঙোন অহুগী তৌফম থোকপা মথৌ-মওম পুম্নমক ন্থপা অহুদা শিন্নখিবগা লোয়ননা নিংঙোলহুগী "অওংমল" পী।[২১] মহুবু "অওং-অউন তম্বা" হায়না খঙনৈ।[২২] মহুদা মচা নিংঙোল অহুনা অনৌবা পুন্সিগী তাংকক অমদা খোঙদারুগদৌরিবা মতম অহুদা অনৌবা য়ুম অমা লিংখৎলু-বদা চঙগদবা পোৎলম-পোৎনা পুম্নমক অমতা রাংহন্দনা মানা মানা ঙমজবা থাক্তা তম্মী। মীঙোন্দগী পুরু-রায়রুদনবা অমসুং হংজ-নিজরুদনবা হোৎননৈ। অহুনা মচা নিংঙোল থাজবা নত্রগা চনু-নিংঙোল ময়ুম পালহনবা তারবদি অওং-অউন তম্বগী পোৎম-পোৎনা পীবা হায়বসি তোকপা য়াদ্রবা চৎনবী অমা ওইরকখি।

হায়ন-শীংনরগা লুহোঙবা অসি ঙল্লিঙৈগী মতমদা মথেল অনি-খক্তমক লৈবা উই, মথোয়হুদি— (১) অহল লম্মন্না য়ুনরগা লৌন-গদৌরিবা মুপা-মুপী অনিহুনদি য়ানদবা অমসুং (২) অহল লম্মন্নসু য়ানবা মশা-মশানসু য়ানবা অসিনি। থায়নৈঙ অমসুং মমাঙৈদদি মমা-মপা অমসুং অহল লম্মনবু লাইংম্না খন্নবা অমসুং মথোয়গী য়াথং ঙাকপসি মচা/নহা ওইবশিংগী তৌফম থোকপা মথৌনি হায়না লৈনবা য়ুগনি। লমকেৎ-লমহেনবা পংলৈ লৈরমদে অমসুং মমা-মপা নত্রগা অহল লম্মনগী য়াথং হিক্তোক্রমদে। অহুনা অহল-লম্মন্নবু য়ানগ্রবদি মচা ওইবশিংনা লাল্লে নত্রগা ফত্তে খঙলবদসু নত্রগা মশানা ফনমক য়ানিদবা লৈরবা ফাওবদা "হোয়"— হায়না অয়াবগী পাওখুম পীদবা লৈরমদে অমসুং ইন্দবা তৌরমদে। মরম অসিনা অহল লম্মনসু য়ানবা মশা মশাসু য়ানবা লুহোংবগী মথেল অসিদা— (২) অহল-লম্মন্না হায়ন-শীংনবদগী খঙন-চান্নরক্তুনা পাখং লৈশাবী অনিনা নুংশিনরগা (মশা মশা য়ানরগা) লুহোংবা, (১) অহল লম্মন্না য়ানবদগী পীনরগা লুহোংবা মুমিত্তদগী মুপা-মুপী অনিহুগী নুংশিনবা (মশা মশা য়ানবা) হোৌগৎপা লুহোংবা অমসুং (৩) পাখং-লৈশাবী অনিনা

হায়না নুংশিনরগা অহল-লম্মন থানহুনা য়ানবা পুররক্পগা লুহোংবা—হায়বা মথেল অহুমসি লৈ। অহুগা অহল-লম্মন্দি য়ানরগা লৌন-গদৌরিবা নুপা-নুপী অনিহুনদি য়ানদবা লুহোংবগী মথেল অসিদা—লুহোংলগা মপুন্সিচুপ্পা লৈমিন্নখিবা অমসুং (২) ওংনরগা থায়নবা অমসুং মশা-মশানা খোয়দানবা মীশকশিংগা পানখিবা— হায়রিবা মথেল অনিসি লৈ। খুদম ওইনা, ঈরাংলোন নামুন চাওবীগা নাউ-থিংখোং (চাও: খৃঃ ৬৬৩-৭৬৩)গা লৌন-লৈনবা[২৩] অহল লম্মন্না য়ানবদগী পীনরগা লুহোংবা নুমিত্তদগী নুপা-নুপী অনিহুগী নুংশিনবা হৌগৎপা মথেলগী লুহোংবনি। মৈদিংঙু কাইনৌ ইরেংব (চাও: খৃঃ ৯৮৪-১০৭৪)গা খয়োইরোল হাওবৈমা তমহৈবগা মপাম মুহোঙ-খোঙদোংবা[২৪] অসি অহল লম্মন্না হায়ন-শীংনরগা মশা-মশাসু নুংশিনরক্লনা লৌন লৈনবনি। কৌবরোল নামোইনুগা নোংবান পোম্বী লুরাউবগী লুহোংবা, মথক্তা মশা মশা য়ানবহুনা নহোঙবগী খুদমদা পীথ্রিবহু, লৈশাবী-পাখং অনিনা হান্না নংশিনরগা অহল-লম্মন থানহুনা য়ানবা পুররক্পগা লুহোংবা মথেলসিগীসু খুদম্নি। অহুগা অন্না নিংথৌ টানিনগাওবেদা মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) গী মচানুপী চকপা মথাও ওম্বী থাজখিহুনা হোঙবা লুহোংবা[২৫] অসি অহল লম্মন্না য়ানরগা লৌন-গদৌরিবা নুপা নুপী অনিহুনদি য়ানদবা মথেলগী লুহোংবদা মপুন্সি চুপ্পা লৈমিন্নখিবগী খুদম্নি। নোংপোক পান্থোইবী (রাংওমলোন পান্থোইবী) অমসুং খাবা তরং খোইনুচা [ চাওরাক্পা নোংদা লাইরেন পাখংবা (চাও: খৃঃ ৩৪-১৫৪) গী মমাগী লোন ] গা লৌন-লৈনবসি অহল-লম্মন্নদি পীনরগা মশা মশাদি য়ানদবদা থায়নবা অমসুং মশানা খোয়-দাজবা নোংপোক নিংথৌ কাইনা চীঙশোম্বদা ওংখিহুনা[২৬] পানখিবগী খুদম্নি।

(৪) নমহুনা লৌবা

তাহল্লি। মসিবু অথেংবা মতমদা নুপী চিংলগা লৌবা হায়না খংনবকই।

মীওইবশিংসিগী শক্তম অমসুং শকওং খেন্নবগুম মখোয়গী রাখল অমসুং অপান্থসু মান্নদে। অদুগা লৌন-লৈনহুনা মতৌ-মনাও ওইরিবশিং অদু করিগুম্বা হিরম অমদা হেক হেক মান্নগল্লি— শক্তম-শকওংগী শরুক অমদা খণ্ডদে, রাখল অমসুং অপান্থগী শরুক্তা খণ্ডদে— অমদা হেক্তা মান্নবা অমদি পুক্নীং তিন্নবা ওইগল্লি। মীওইবগী হকচাং কয়াৎ খেন্নবা পা অমসুং পী অনিনা চিংশিন্নবগুম শাওং শাদা মান্নবা রাখল লোনচৎ মান্নদবশিং অদুনা অন্নাম্বদা থক্তোক্লে। অদুবু শাওং-শাদা অমসুং রাখল লোনচৎ মান্নদবী কনাগুম্বী অমবু মশাগী ওইজবা তানবগী লাংনা কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বী অদুগী রাখল অমসুং অপান্থগী মায়োক্তা করিগুম্বা পাঙ্গল অমা নত্রগা পাখৈ অমা শিজিন্নদুনা খুদুম চন্নবা য়াই। মদুনা নমদুনা লৌবা লুহোংবগী মখলসি থোকহল্লকই।

লুপী ওইবীশিংদি মখোয়গী অহানবা "লু" হোংবা নত্রগা শীজিন্নদুনা মথরাইগুম খল্লি। পুন্সিবু লুংতাইথোক্কদবনি হায়বগী রাখল্লোনসি পুদনা অমসুং ইশাগী ওইজবা ফংহৌরগা লোইরে খন্দবা মৈতৈ লুপীশিংদি অমুক্তং শোয়রুরবদি চোপ্পা নংলুরিবা মাশক অদুদা অমসুং মহাক্কী রাকমদা অমদি মকমদা নপতুনা লৈগল্লি। অদুনা লুপীশিংবু লুপাশিংনা খেন্ন-খেন্নবা পাখৈ অমসুং পাঙ্গল শীজিন্নদুনা মখোয়না নীংজবা অমসুং অপান্থগী মায়োক্তা লৌবি। হায়রিবা পাখৈশিং অদুদি :—

(১) লুপী অদুনা তুমজদুনা লৈরিঙৈদা মহাক্কী ফিদুংগী হকচাং কয়াৎ শোক্তনা মাংথোকপীবা।

(২) নমথাক তৌদুনা পুবিরগা মফম অমদা লম্নগা পাউথোক-হন্দুনা লৈশাবী ওইবগী পুন্সি মাংহনবা।

(৩) লৌনম-নমথাক তৌদুনা মফম অমদা পুবিরগা নমজ-নখেরুদুনা লৈশাবীদুগী মপুও ফানা লৈহি চেল্লবা হকচাংদা লোয়নরিবা পুন্সিগী হৈরাংবু মহাও তংথোকপীবা।

(৪) ফাদুনা পুরগা সমাজগী মপাঙ্গল্লা য়ৌরোইদবা মফম অমদা লুপী ওইবীগী চেৎনা থমজরিবা, ফিজনা য়োমশিঙ্গরিবা হকচাং কায়া পু

ফংজদবা চাকচাদা, ফংহৌরোয়দবা মগুংদা হিংচা-য়াইতম্বগুম্না লৈরম্বীবা।

(৫) হীকাক-য়াইকাপ, লাইরা-তীনরা অমসুং পেংশেম-যাদু শীজিন্নদুনা লৈশাবীবু/নুপীদুবু ভাওবা-কৈবা অমদি য়াখল চোইবা মীওই ওইহল্লগা লৌবা অসিনচিংবনি। অম্নম্না নুপীবু মশাগী অযাম্পগী মায়-যোক্লা লৌবা অসি মৈতৈনা হিন্দুধর্ম্ম লৌরবা মতুংগী মতমদনা খর হেন্না শীজিন্নবা উবা ফংই।[27] অদুবু খুংলোসি লৈপাক খাইনদি কয়া ফজনা শোন্নদে অমসুং শীংথানদে।

(৫) মুন্দনা লৌবা

মুন্দুনা লৌবা হায়বা লৌন-লৈনবগী মথল অসি থায়নগী লৈপাক পানবা খুন্নাইশিংসিদা য়ান্না চংনবা মথন্নি। মপাঙ্গন কনবা অমসুং মপাঙ্গন শোনবা হায়বা লৈপাক পানবগী কংলুপ অনিসি মীওইবগী খুন্নাই খুদিংমক্তা লৈ। মীওইবা জাতিগী কাংলুপকী ওইবা লৈপাক খাইগী লমথৈনা য়োবা ভম্বা অমসুং লৈতাকলোনগী য়ায়েল-চৈরকী মপাঙ্গন্না য়ানা য়োবা ভম্বা মফম খুদিংমক্তা খুন্নাইগী মচাক ওইরিবা অকনবা অমসুং অশোনবা অনিগী মরক্তা অবম্বনা অশোনবগী মপোং-মরল মুনবা হায়ব-সিদি পল্লুপ্রবস্থ য়ারবা য়াফন্নি। মপোং-মচৈ মুনবদগী হেন্দোক্লনা অশোনবা নুপাশিংগী নুপীশিং ফাওবা মুনবগী য়াথোক-য়াম্রোল অসি পৃথিবীগী ইতিহাস খুদিংমকী লমায়শিংদা য়ান্না হোৎনা ময়েক লানা তারবা থৌরমনি। অম্নম্না মুন্দনা লৌবা অসিদস্থ—(১) নুপী অদুগী মশানা য়াবা অমসুং (২) নুপী অদুগী মশানা য়াদবা— হায়দুনা মথল অনি ওনা লৈরি। খুদম ওইনা—, মৈদিংঙ্চা নাউথম্ব (মতুংদা খৃঃ ৪১১-২৮ ফাওবা মৈতৈ নিংথৌ ওইখিবা) না থাংয়ি খোংচারোম্বা (খোংচী ন্নুলাইব) গী তান্লোয় থাবুম মরি ওনা চন্দ্র চবৈ চন্দ্রবী য়াওরৈবা চনুব মুন্দুনা লৌবা[28] অসি নুপী অদুগী মশানা য়াবা মথেলগীনি। অদুগা নোংদা লাইরেল পাখংবা (চাও: খৃঃ ৩৪-১৫৪) না পোইরৈতোন্দগী লাইনাও তাবীবু মুন্দুনা লৌবা[29] নুপীগুন মশানা য়াদনা মুন্দুনা লৌবগী মথেল্লি।

মুপীবু মুন্দুনা লৌবগী চৎনবী অসি মণিপুর ইতিহাসকী মতুং তারকপা, মুসলমানশিংনা মৈতৈ লৈপাক্তা খৃঃ ১৬০৬ তগী খুন্দা-লৈতারবা [৩০] মতমগী মতুংদগীদি মুসলমানশিং অসিগী খুন্নাইদা চৎনবা উবা ফংই। মখোয়গী মরক্তা মুন্দুনা লৌরিবা মুপা অত্তবু অকন-অথৌ ওইনা য়াম্না লেম্নবা ওইবগী চৎনবী উবা ফংই। মৈতৈ খুন্নাইগী ফুরুপ শিংদদি 'তুমন' লৌবা হায়দুনা কয়া ফজনা হায়নবিদে অমসুং সমাজদা মশাগী থাক হুন্থনৈ।[৩১]

মতৌনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখ্রিবৈগী নুহোঙবগী

খুাইগী ওইনা চৎনরিবা থৌরম পরেং :—

মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখ্রিবৈগী নুহোঙবগী মখল-মথেলশিং অতৈ-শিংগী থৌরম পরেংশিংসি হায়ন-শীংনরগা নুহোঙবা মখলগী অহল-লম্মনসু য়ানবা মশা মশাসু য়ানবা লৌন-লৈনবগী মথেলসিগী মপাল তাংবা ঙাক্তনি। মসিনা খুাইদগী হেন্না খুাইগী ওইনা চৎনবা থৌরম পরেংনি। অতৈ মখল-মথেলশিংদি মসিদগী থর শমজিন-তনশিনবা অমসুং লৌথোক-শেমদোকপা ওইরমগদবা মাল্লি। হায়ন-শীংনবা নুহোঙবগী থৌরম পরেংশিংদু মখাদা অফংবশিংদু খোমজিন্দুনা ইজরি।

হায়ন-শীংনবা :—

মচা/নুপা - নুপীনা কাংদোং ফাবক্লবা, মরাল তেংনা য়ুমগাবা য়ারক্লবা অমসুং থাজ-য়েঙ্গবা য়াবগী মতম য়োরক্লবদা থৌরম পরেংসি লৌথৎনৈ। মসিনা নুহোঙবগী খুাইদগী অহানবা থৌরম পরেংনি। থৌরম পরেং অসি নুপা ময়ুম্না পায়থৎলকপনা চৎনবা ওই।

মচা পীবানা শাগৈ-য়ুম্নাকী য়ুমলেপ্পবা, য়েললুপ চার খুনবা য়ারক্লবা মতমদা মমা-মপা অহল-লম্মনা মখোয়না খোয়দাবা, মখুৎ চানা য়ারকপা য়াগদবা লৈশাবী অমবু মহুইরোন/মমৌ ওইননবা থিরকই-য়েংলকই। অদুগুম্বা লৈশাবীদু ফংলবা মতমদা লৈশাবীদুবু পোকপা মমা-মপা/অহল-লম্মদগা পাখৈ অমা তৌদুনা শকখঙ-নায়খঙনবা লাক্লগা মমা

মপাহুদা মচানৌপীহুবু মখোয়গী (নুপাগী মমা-মপাগী) মমৌ ওইনবা পীবীয়ু হায়জবা মসিবু 'হায়ন-শীংনবা' নত্রগা নুপী/মৌ হায়বা/হায়জবা হায়না কৌই। হায়না-শীংনবা লাকপসিদা নুপা ময়ুমগী মমা-মপা/ অহল-লমন্না পুরকপা খুদোল ওইবা পোৎলমশিংদি মতম মতম অতুদা চংনবা হৈ-ৱা অমসুং ভদ্মোক ওইনা চাবা য়াবা পোৎলমশিংনি ৩২। অতুবু হৌজিক লৈরিবা চকপগী কাংলুপ-ফুরুপশিং, মরু ওইনা, কাথাদদি নুপী হায়বা লাকপদা "য়ু" (পুকয়ু/লাইয়ু/ৱাইয়ু/অতিংবা) পুরকপগী চৎনবী লৈ। করিগুম্বা হায়বা লাক্লিবী নুপীহুনা নুপা ময়ুম্না পুরক্লিবা য়ুহু থক্লবা নত্রগা খজিক্তংদা ওইরবসু মহাও তংলবদি নুপীহু লুহোংব-হুদা মশানা য়ারে হায়না খুডনবগী চৎনবী লৈ।

করিগুম্বা পাখং অমনা লৈশাবী অতুবু উরুরগা পুক্লীংদা অপাম-নুংশি ঈথক হৌরক্তুনা। লৈশাবী অতুবু মহাক মশাগী তাল্লোয়শীংদা চন্ননবগী হোৎনবনসু থোরম পরেংসি চথহল্লকপা য়াই। হায়রিবসি চথরক্লবগী লম্নীসি অনি গুই। অহানবদা, হেক উরুবদগী পাখং মশামরু নত্রগা কোয়নদবা মমান্নবশিংদা পুক্লীংগী অপাম্বতু হায়দোক্তুনা মমান্নবশিংনা চুমথ্রিং হেক্তা নুপাতুগী মমা-মপা অহল-লমন্দা তাক্তুনা লৈশাবীতুগী মশক-মমিংনচিংবা তাক্লগা অহল-লমন্না হায়ন-শীংনবা মথলসিনি। অনিশুবদা, লৈশাবী অতুবু হেক পুক্লীংনা খোয়দাজরুবা, উরুবা নুমিত্তুদগী পাখংতুনা লৈশাবীতুগা শকথড-মায়খডননবা হোৎ-নরগা পুক্লীং অমসুং থম্মোইগী ৱাফম কোংদোক্লতুনা নুংশি ঈপাক্তা খোঙদামিন্নবা অমসুং মতু, নুপা-নুপী অনিমক্না মখোয়-মখোয়গী মমা-মপা/অহল-লমন্দা খডহন্দুনা চৎনবী মতুং ইন্না নুপা ময়ুম্না হান্না চনু-নিংঙোল হায়বা লাক্তুনা হায়না-শীংনবগী থাক্তা পুরকপা মথলসিনি। থোরম অনিসি অসুম্না শমজিন্না অমুক হায়বা য়াই, মতুদি— নুপা মশানা নত্রগা মহাক্না মমান্নবশিংদা হায়রুনা মমা-মপা/অহল-লমন্দা হায়দোক-ফোংদোকহন্দুনা পামলুরিবা লৈশাবী অতুগী মশক তাক্তুনা লৈশাবীতুগী মমা-মপা/অহল-লমন্দা হায়জতুনা লৈশাবীহুবু থেম্বা/হায়জবা

অমা[৩৩] নত্রগা নুপা মশানা নত্রগা মমাম্নবশিংনা নত্রগা অতৈ মী মমগী মতেংনা লৈশাবী অতুগী মশাদা/মফমদা পাথং অতুগী য়াথল/য়াফম ফোং-দোক্কনা লৈশাবী অদুবু থেম্না, হায়জবা[৩৪] অসিনি।

অহল-লম্মন মশেন হায়ন-শীংনবা অসিদা পাথং অদুসু লৈশাবী অদুসু খুঙদবা, পাথংতুনা খংলগা লৈশাবীতুনা খংদবা অমসুং লৈশাবী-তুনা খঙলগা পাথংতুনা খঙদবা অসিনচিংবসু য়াই, অতুনা অনিমক ইখঙ খঙনবসু য়াই। খঙসনু খংদ্রসনু অহল-লম্মনগী য়াথং ইংগনি হায়বা অমা[৩৫] নত্রগা মশা মশাসু খঙনরগা অহল লম্মনগী য়াথং লৌবনি হায়না অমা[৩৬] অনিসিনি। অতুগা মশা মশা খংনবগী অসিদদি অহল-লম্মন থাতুনা হায়না-শীংনবা অসিদা য়াবীরক্লগা য়াবিরক্লে[৩৭], য়াবিনীংদ্রগা/য়াজনীংদ্রগা মশা-মশা য়ানবনিনা লৈশাবীতুনা মখুমদগী মহাক্কী অহল লম্মন থাদোকলম্নগা পাথংতুগা লোয়নননা মঙোন্দা লৈনবগীদমক চেনবা[৩৮] অসি তৌনৈ।

অহল-লম্মন/মমা-মপানা হায়ন-শীংনবগী থৌরম পরেংদা সিদা মায় পাকপা পুরবপা ওংদ্রবদি নুপা ময়ুম্না অতোপ্পা লৈশাবী অমা য়েংনা খিবদা চথখি। অতুগা হায়না-শীংনবসিদা করিগুম্বা য়ানবা পুরকপা ওয়বদি শাবী-শানৌ লুহোংবগী মথা তোবা থৌরম পারেংদা চৈথে।

পাচা থৌগিংবা শেনক্ নানম্বা—

অমুম্না হায়ন-শীংনবগী চৎপা মতমসিদা পাথংগী মায়কৈরোমদগী হায়বা লাকপা কাংবু (য়ামদ্রবদা মী অহুমদগী তাদনা চৎনবগুম তৌই) গা লৈশাবীগী লৈরম্নিবা অহল-লম্মন মঙা তরুকলোমগা চামিন-থকমিন্ন-তুনা অহানবা ওইনা শকখঙ-মায়খংনৈ অমসুং মতুনা হায়জরবগী খুদোল ওইনৈ। অচ-অথকশিং অসি পাথং অতুগী মায়কৈরোমগী মীশিংনা পুরকই। ওঙিকৈদা চৎনরম্বা অচা-অথকী মথেলশিংদি— তাভীজীং হৈশিং খোই য়চা (চানবগীদমক্তনি: খোইভানম) অমসুং খোম-য়ু (পুকয়ু)

অসিন[৩৯] মরু ওইবনি। থৌরমসিদা য়ানবগী মতুং ইন্না শেল (বেল-মেটেল : Belmetal) সু খুদোল তৌনৈ। মসিবু— পাচা থৌথিংবা, শেনকু নানমবা— হায়না কৌই[৪০]।

"পাচা থৌথিংবা, শেনকু নানমবা" হায়বা থৌরম পরেংসি পাংথোকপ্রবা/লোয়শ্রবদি চন্নু নিংতোল অতু সুপা ময়ুমগী মক ওইগ্রিবা ওইরবসু তৈতে পাখংশিংগী দমক লৈশাবী অদুবু হায়না-শীংননবগী দমক চঙনত্রে। মসিনা লৈশাবী অদুগী মপা-মচা ওইবা শাগৈগী মীশিংনা পাও খঙহন্দুনা লৈশাবী অদুবু পাখং অদুগী দমক্তা হয়না-শীংনবে হায়বা খঙনৈ। মসিনা তৈতে শাগৈ অমসুং মাগী শাগৈ-য়ুন্নাক্কী মীশিংদা চন্নু-নিংতোন্দু পাখংতুদা থাজনতুদা য়েংলক্কদবা পুন্নমক অদু থিংলবনি, শাগৈগী মরী-মতাশিং পুন্নমক অদু থিংলবনি, শাগৈগী মরী-মতাশিং পুন্নমক্তা য়ানরবনি হায়না লৌবা য়ারে[৪১]।

<u>শুমায উরোঙ থিনবা, য়ুংচীন কাকফৈ থাবা</u>

পাচা থৌথিংবগী থৌরম পবেং অসি লোয়শ্রবদা শুমায় উরোঙ থিনবা, য়ুংচীন কাবকৈ থাবগী থৌরম পরেং অসি চথরবই। থায়না অমসুং মমাংগৈগী মতমদদি পাচা থৌথিংবগী সুমিংসিদা নত্রবসু মতুংদা পাও থানতুনা সুমিং অপবা অমা লেপ্পরগা শুমায় উরোঙ থিনবগী থৌরমসি চথরমগদবা মাল্লি। থৌরমসিগী সুমিংসিদা লুহোংগদৌরিবা পাখং অদুগী মীশিংনা লুহোংগদৌরিবী লৈশাবী অদুগী ময়ুমদা— লৈশাবী অদুবু, পাখং অদুগী মপা হোয়থিবা— হায়বদি তুগা-য়াগা ওইনা (মতৌ-মনাও ওইনা পানদ) পান্নবগীদমক তৌনথা-লাইথাগী হৈরাং-লৈরাং, লা, পুকয়ু-লাইয়ুনচিংবা পুরগা লাকই। লৈশাবী অদুগী য়ুম্নাক-শাগৈগী মরী-মতাশিং শুনা তিন্দুনা লৈরম্মী। অদুগা সুপা ময়ুমগী কাংবু অমসুং সুপী ময়ুমগী কাংবু অনিমক তিন্নতুনা পুরক্লিবা পোৎলমশিংসু লৈশাবীতুগী মপা-মপু পুকোক, অপোক-অশাং লাইশিং, মায়কৈ ঙাকপা লাইশিং[৪২]

অমসুং লম/লৈকোক-লৈকায় কোল্লিবা লাইশিং (লমলাইশিং)[৪৩]গী শরুক তম-তমতুনা কংলি। মপা-মপু পুকোক, অপোক-অশাক্তা কংলিবসি— মহাক্কী চাদা-নাওদাদা শাংচবী চম্নু-নিংভোল অহু মহাকী চাদা-নাওদা ওইবদগী হোংখিহুনা অতোপ্পগী চাদা নাওদাগী য়ুম্নাক শাগৈদা তিন-খিগদবহু ভাক্তুনা মহুগী অয়াবা পীবিনিনবগীদমক্তনি। মায়কৈ ভাকপা লাইশিং অমসুং লম কোনবা লাইশিংদা কংলিবহু লৈশাবীহুনা পাখং-হুদা ওংখিবহুগী খঙহৌ-তাহৌবা ওইবিনবনি অমসুং লুহোঙবহুদা ফত্ত-হাওদি, অকায়-অতোয় অমসুং খুরৈ-ঈরৈচনবা থোক্তনবগীদমক্তনি।

অপোক-অশাং, মাইগৈ ভাকপা লাইশিং অমসুং লমলাইশিং অহুদা পোং-চৈ কংপা মতমহুহুদা নুপা ময়ুমগী মায়গৈসু নুপী ময়ুমগী মায়গৈসু লৈশাবী অহুবু পাখং তহুগী ওইরবনি, লাইনা শেম্বা নৈপুন্নি, নোংদম্বনা থাবা মপাং ওইরবনি— হায়বগী রাখল্লোনসিদা শরি-নমুং শরুগদবনি। লাইগী থৌরমসি লোয়বগা কংলিবা পোংলমশিংহু নুমিত্তুদা শরুক য়াররিবা মীশিংহুনা য়েন্নহুনা চামিন-থর্কমিন্নৈ।

চাবা-থকপা লোয়রবা মতুংদা নুমিংসিদা পাংথোক্কদবা রায়েল-রারেপশিংদি— (১) শাবি-শানৌ অনি নুহোঙবা/কাউজন্ননবগী নুমিৎ লেপ্পা, অমসুং (২) অপোক-অশাংমল নক্রগা চম্নু-নিংভোলগী মমল লেপ্পা অনিসিনি। অপোক-অশাংমল অসি খ্বাইগী ওইনা চংনবদা "কাওরেল শনফাং" অমা হায়দদি শল্লাবা পাবোং অমা (শল্লাবা অনী) অসিনা ওইনৈ। মসিদা শেরী খোঙনাইবা অমসুং খোঙনাইদবা (শেঞ্জেংগী কোন/পাত্র মখল অমা) অমসুং শেন (Betmetal) নচিংবসু হায়নবগী মতুং হন্না নক্রগা ওমজবগী মতুং ইন্না হাপ্পবসু য়াওই। অসুম্না লেপ্পবা অসিবু— "শুমায় উরোঙ খিনবা, য়ুমচীন কাকৈ থাবা, পামেল-উরায় হকপা— হায়না খঙনৈ। থৌরম-অসি পাংথোকপ্রবদি লৈশাবী অহু মমা-মপাগী মনাক্তা লৈজরবসু পাখং অহুগী ওইগ্রে, মহাক পাখংহুগীদমক্তা কনহুনা থল্লবনি অমসুং মথংগী থৌরম পরেং নুহোঙবা/কাওজন্নবগী থৌরম চত্থনবা মতম ভাইহুনা লৈরিবনি।

শুমায় উরোঙ খিনবা হায়বসিগী রাহন্দোক্তগী অমসুং অথেংবা মতমদা চৎনবী ওইনা লৈবা মনাৎ থরদগী[৪৪] মৈতৈগী পাররারী-পুররারীগী থায়নচৈ অমসুং মমাঙডৈগী মতমশিংদা অসিগুম্বা থৌরম পরেংসি পাংথোকপ্রবা চনু নিংঙোনশিংগী য়ুমগী শুমাঙদা উরোঙ (মশা লোঙবা উগী উয়ুং) নপ্রগা উ কারোঙ য়ুংবগী চৎনবীসি লৈরমগদবা মাল্লি। অতুগা পামেল উরাই হকপগী চৎনবীসিদি হৌজিক হৌজিকমক লুহোং-বগী মরমসিগী নত্তবদা চীঙগী উমংশিংদা চৎনরি। মসিনা তৌরিবদি হৌরিবা উপাল অতুদা থাঙফম হক্তুনা, উ অতু থাঙফম হক্লম্লিবা মীশক অতুনা বল্লবনি, মপু পাল্লবনি, মহাক নত্তনা কনানসু য়ানবা য়াদে— হায়না খুদম তৌরম্বনি। মসিবু লুহোংবগী নপ্রগা লৌন-লৈনবগী খুদম ওইনা খঙনবসি অথেংবা মতমদা থোমজিন্দুনা ইবা মোইরাংগী "তোনু লাইজিংলেম্বীগী রারী অমসুং খম্বা-থোইবীগী রারীশিংদা য়াওবা থেংনৈ। মসিনা তাক্লিবদি শুমাঙদা উরোঙ খিল্লিবা অতুদা নপ্রগা অতোপ্পা উ অমদা থাঙফম হক্লম্বা য়াই হায়বসিনি। শুমায় উরোং খিনবা অমসুং পামেন উরায় হকপা অসিনা ফোংদোক্লিবা মুংগী ওইবা রাখল্লোনদি— ইমুংতুদা লৈরিবা চনু-নিংঙোন অতু মপু পানপ্রে, থাজপ্রে হায়বসিনি। থৌরম পরেং অসি পাংথোকপ্রগা নুহোঙবগী মথংগী থৌরম পরেংদা ইকুই কুইদনমক চথনৈ।

নুহোঙবা/কাওজন্নবা

মমাংগী নুহোঙবগী থৌরম পরেং— শুমায় উরোঙ খিনবা, য়ুমচীন কাকৈক থাবা নুমিত্তা লেপ্পখিবগী মতুং ইন্দুনা কাওচন্নবগী নুমিৎ অসিদা নুপা ময়ুমগী কাংবুনা লেপ্পখিবা অমসুং চঙগদবা পোৎলম-পোৎচঙশিং পুন্নমক পুতুনা নুপী ময়ুমদা লাকই। মসুম্না লাকপসিবু মৈতৈ পুয়ানা শৈথারম্বদি :—

········ চেঙলুক লমকোই শু ॥ ভাপা পৌতোং

য়ান ॥ কাওরেন শনফাং হোই ॥ হৈকু

পোৎতম শেম। খুমলোং নাকথংলোন।
ঙানখাঁ লৈমলোঙ শিন॥ ............ [৪৫]

অসিনি। মসিনা তাক্লিবদি কাওচম্নবগী নুমিৎসিদা নুপা ময়ুমনা থৌরাং তৌহুনা পুরক্কদবশিংদি— চেঙলুক নোংশাং (অথেংবা মতমদদি মরুক্তা পুই হায়তুনা ফিরুক নুংশাং হায়নরে) গী দমক্তা লমদা কোয়না পুবা য়াবা মনা পানবা লুক/থুমোক্তা হাপ্তুনা, চেঙলুক লমকোই পুরকপা[৪৬] ঙাপা (মপাঁ ওইবা ঙা, অথেংবদদি মিতম ঙা হায়নবে) বু পোগী (য়াগী) উতোংদা হাপ্লগা য়ান্দুনা পুরকপা।[৪৭] কাওরেন শনফাং (শন পাবোৎ অমা) অমা নত্রগা মতুদগী হেনবা শনশিং চনু-নিংঙোন্দগী অপোক-অশাংমল (লৈশাবীতুগী মমল ওইনা) অমসুং নুপী অতু লৌবগী তমফম থোকপা খুদোল ওইনা পুরকপা, হৈকু (নুজনবা/বৎননবা হৈশিং) নিংথিনা থেন্দুনা শেম্লগা পুরকপা[৪৮], য়ু (পুকয়ু-লাইয়ুঃ য়াংলৈ/কালৈদ শীজিন্নত্রা শীজিন্নদবরা হাযবা ঙমজদে) হাপ্পা খুম (হৌজিক্কী চেংফু ওইরিবা ফুসিগী পীকশিনবা মওংগী চফু মথল অমা) অনি নত্রগা মসিদগী হেনবা[৪৯] পুরকপা অমসুং ঙানখা (ঙাংখা অচৌবা হৌজিক্কী ঙারী নম্নবা চফুমুক চাওবা চফু) লম্নক্তা পুবা য়ানবা পাবোৎ শেমতুনা পুরকপা।[৫০] অসিনচিংবসিনি। নুপা ময়ুমগী কাংবুনা পোৎ-চৈশিং পুতুনা লাকপা মতম অসিদা লুহোংগদৌরিবা পাংখং অতুসু লোয়নরক্কদবনি। মরমদি নুপীমৎ অসিদনি মহাকপু চনু-নিংঙোল ওতুগী মশাবী-মথংলেন/মপুবোইবনি হায়না নুপী অতুগী য়ুম্নাক শাগৈগী মীশিংনা শঙথাং-মাযথঙবীগদৌরিবসি।

নুহোঙবা/কাওজম্নবগী নুমিৎ অসিদা নুপী ময়ুমগী কাংবুনা তৌগদবা থৌরাংদি— (১) লাক্কদৌরিবা নুপা ময়ুমগী মীওইবশিং চমসুং থৌরমতু য়াওবা লাক্কদৌরিবা মখোয়গী য়ুম্নাক-শাগৈগী মন্নী-মতাশিং অমসুং লৈকায় লৈকায়গা অমদি অরাপ্পা লমগী মরুপ-মপাংশিংগী ফন্তম-পোত্থাকম অমসুং চাফম-থকফম পীবা, (২) শঙ থন্দুনা লম-তু শেংদোক্তুনা থম্বা অমসুং (৩) অঙং-অউনপোৎ পোত্তম-পোৎলা থৌগ্লাং তৌবা অসিশিংসিনা

শোয়বা য়াদ্রবা থৌরাংনি। অউনপোংকী মতাংসি মথক্ত দু পঞ্জয়ে, অনৌবা মুম অমা হোংদোকলুবদা চত্রবা পোৎচৎশিংছুনি— হায়না। অতুবু থ দোক-হুন্দোক্লম্বা য়াদবা অউনপোংকী পোংলম থরদি— (১) তুন্না-হিপ্পবা ফমুং অনিগী পোৎচত-পোংলমশিং (কাংথোন/ফক, মোনগাক, মোন, য়াকু/ফৈজুপ, ভবোংনচিংবা), (২) থোংন-থাকবা চফু-উয়ান, থ ঙৈ-চেগপ (৩) চান-থকব' কোন-সীক নত্রগা পাত্রগী মপু জুর' অনি অমসুং (৪) নুপী অতুনা হৈবা শীনফমগী খুৎশু-খুংলায়শিং (মরু ওইনা ফিশা-লোনশাগী ওইনৈ) অসিনি।

অউনপোংকী মতাংসি অরৈবগীনা লৈনা উনবা, লৈতবগীনা লৈতনা উনবা (হায়বদি তৌদবা য়াদবশিংসিদা মতৌবা) অসিনি। মৈদিংঙু কাইনৌ ঈরেংবনা (খৃঃ ৯৭৪-১০৭৪) না মাগী অনিশুবা নুপী পিদোংনু নুফাবী লৌবা মতমদা নুপীসিনা মশানা পামজবগী মতু' ইন্না মপাদা হায়তুনা পোৗ-রা ১০০ উনবীরকই[২১] অতুগা মৈদিংঙু থবানথাবা (চাওঃ খৃঃ ১১৯৫-১২৩১) গী মচানুপী কাইনৌ চৌংথৈ থানবীবু খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবদা থাজবা মতমদা চৌঙথৈ থানবীনা চৌঙথৈগী লম অওং-অউন তম্বীয়ু হায়না মপানিংথৌদা নীজখি[২২]।

লুহোঙবা/কাওজন্নবগী লুমিৎসিদা নুপা ময়ুমগী কাংবুনা লুহোং-গদৌরিবা পাথং অতুগা লোয়ননা চত্তগবা, লেপ্পখিবা পোংলম পুয়ংক পুত্রনা লাক্লবদা নুপী ময়ুমগী কাংবুনা মথোয়বু ওক্তুনা ফমফম পীতুনা পোথাহল্লি। মথোয়বু ওকপগী থৌরম অদুদা নুপী ময়ুমগী য়ুঙ্গাদগী পুথোক্লকপা মৈশেংদা থে ইজু লাইথাম ওকথোক্তুনা লন্নশাং লাকপদা থেংন-ওক্লরকপা, লোয়না-তাম্লরকপা নত্রগা তুংইন-থাঙইগ্লরকপা লংলাই ফজবা লাইমু-তীনমুশিং তাম্থোকপগী থৌরাং পাংথোক্লম্বা য়াবগী থাজবা লৈ। থ'জব' অসিগী বাপাং ওইরিবদি মতুং তারকপা লুহোং-বগী থৌরম পরেংগী থৌরাংদা লুহোংগদৌরিবা বরনা থুংলরবদা নুপী ময়ুমগী থোঙ্গান্দা "দিয়ুতি ওকপা" হায়বা থৌরাংসিনা ওইরি।

দিয়ুতি ওকপগী থাকমসি "পাম্বোইবী থোঙগল" কৌবা পুয়াদসু পন্নি[৫৩] মসিদসু নত্তনা পোইরৈতোম্না খুম্বোরকপদা থাইশংনা মৈ য়োক্কনা পুবা, লাইথাম থাদুনা লাই ফত্তবা তাম্বোক্লবা লাইথাম পুহনবগী থাফমসু ইরি[৫৪] মসিনসু থাফমসিবু শৌগৎলি।

নুপা ময়ুমগী মীশিংনা নুপী ময়ুমদা ভাইহাক ফমদুনা পোথারবা মতুংদা মখোয়না পুরকপা লাইগী কুজপোৎ, চসু-নিংভোল অপোক-অশাৎ-মল অমসুং মখোয়গী খুদোলপোৎশিংদু লুহোংগদৌরিবী লৈশাবী অদুগা মপা-মমা/অহল-লমন্দা শীন্নরে। মতাংসিদা নুপাগী মপা-মমাগা নুপীগী মপা-মমাগা পোৎলান্নরমগন্না পোৎলান্নরমলোইদ্রা অশেংবা হায়বা ভমজদে। মদুগী মতুংদা পাখং/নুপা অদুবু নুপী/লৈশাবী অদুগী মপুংথাইবা ওইরে হায়দুনা শওখঙ-মায়খঙবগী থৌরম পাংথোকই। থৌরমসি করম্না তৌরমগদগে হায়বা খঙবা থানা থোকই। অদুবু মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম খৃঃ ১৬০৮[৫৫] গী মতুংদগীদি নুপা অদুনা মথক-থোংবা নুপী ময়ুমগী শাগে-নাতৈ, মরী-মতা অমসুং য়ুম্নাক/ময়ুমগী অহল-লমনশিংদা খুরুম-খাজংবা অমদি মখা থাবা নুপী ময়ুমগী মশেন-মনাওশিংদা কোননা-পাম্নবা তৌরগা য়াই।

অসুম্না শকখক-মায়খঙবীবসি লোয়রগা চামিন-থকমিন্নদুনা ভাইহাক লৈরগা লৈশাবী/নুপী অদুবু পাখং/নুপাদুগী ময়ুমদা পুদুনা লাকই[৫৬] নুপীদুবু নুপাদুগী ময়ুমদা পুরমদায়গী মতমসিদা লৈশাবীদুগী ময়ুমগী শাগৈ-নাতৈ/মরী মতা/অহল -লমন্না লৈশাবীদুবু মীগী য়ুম অমদা মৌ ওইদুনা/অনৌবা য়ুম অমা হৌদোকলুগদৌরিবনি— হায়না য়ুম অমা পানবগী চঙগদবা মচাক-মথুম পুন্নমক পীরকই। ম'সিবু অওং লনউনবা নত্রগা অওং-অউন তঙবা হায়না খঙনৈ[৫] । নুপী অদু নুপা ময়ুমদা পুখিবা অসিদদি নুহোংবা কাওজন্নবগী থৌরম পরেংসি মপুঙ ফারে অমসুং লোয়রে।

## মওমগী মতুং ইন্না অহোংবা লাকপা

থম্মা শীজবিবা লুহোঙবগী থৌরম পরেংশিং অসি মৈদিংঙু খাগেম্ব (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫১) গী মমাঙদা চৎনরম্বা লুহোংবগী পরিং চথ-রকপগ ওঙানি হায়না লৌনৈ[৫৮]। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদগী মৈদিংঙু পামহৈবা (গরীবনিবাজ, খৃঃ ১৭০৯-৪৮) গী মতম ফাওনদা থৌরম পরেংগী পরিং অসি অসুম চম্বরগা খরা হাপতোক-হাপচিন তৌদুনা অথেই তাহনবা খরা লৈরকখি। খুদম ওইনা,— খুরুম-খাজঙনবা, ফিরুক নোংশাং কাহবা, য়ুমলাহ সনামহী (শম্বোঙ লাইনিংথৌ খুরুম্বা) পেননা ঈশৈ শক্লুনা চিঙঙু খোইয়ুম লাইশিং পাউতাকপা, অপোক-অশাং থাবদা লাইশোন-তৈনশোন তৌবা অসিনচিংবনি। মতমসিদদি তৌরম্লিবসিদগী হিন্দু ধর্ম্মগী লুহোংবগী ঈ থন চঙল কুমঙেগা মতম তাকক্লদা— (১) চনু-নিংঙোন হায়না-শাংনবদা লুপী। লৈশাবীতুগী মযুমগী মাঙশোক্কী উথোঙ কোল্লগা হায়জবা, (২) বারোইপোৎ পুবা (৩) হৈকু পোত্তম শেম্বদগী হৈজাঙ খবায পুবা অমসুং (৪) হৈজীঙ খরায় পুবা (হৈজাপোৎ পুবা) লুমিত্তা অপোক-অশাং থাবনচিংবা থৌরম পরেংশিংসি হাপ-কৎলকপা মাল্লি[৫৯]।

## লুহোঙবগী ফিজেৎ লৈতেং

মৈতৈগী থায়নডৈগী মতমদা শেৎনরম্বা ফিজেৎ-লৈতেংসি লুপাগী ফিজেৎ-লৈতেং অমসুং লুপীগী ফিজেৎ-লৈতেং হায়তুনা অনি থোকই। মসি লুপা-লুপী অনিগী হকচাংগী কায়াৎ খর মান্নদবসিদগী থোক্লবপা মাল্লি, অদুবু অরেপ্পদি হায়জবা ঙমদে। লুপাগী ফিজেৎ্তা— কোকয়েৎ অমা[৬০] খাংদা শেৎনবা ফি অমা[৬১] অমসুং নমথাঙ ইন্নফি অমা অসিনা চৎনবা ওইরম্মী। মৈতৈ লুপানা ফুরিৎ লিংপসি ফৈজোম লাকপা মতমদগী হৌরম্বা য়ারবম্ল অঙম-মথৌ অমসুং অকন-অথৌশিং নত্তুনা মীচমশিংনা পংলিং লিৎনরম্মোই। অদুগা লুপীগী ফিজেত্তা— খাংদা

শেংনবা ফনেক অমা, অমসুং বোকশেং নম্রগা খ্বাংচেং ওইবা য়াবা, ঈন্নফি নমখাংস্ন ওইবা ফি শমা ঙসিনা চংনবা ওইরম্মী। ফুরিং লিংনরমদে, মৈতৈ নুপীনা ফুরিং লিংপা হৌখিবদি খৃঃ ১৭৭৯ দগী হৌখি[৬২]। অতুগা ফনেক মপান নাইবদা খোই লোনবা (খোইজাও) লোনবী, খোই অকোয়বী লোনবী নত্তবা) শীজিন্নদি মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈকফাবা (চাওঃ খৃঃ ৯৬৯-৮৪) গী সনা হাক্তক্তা হৌদোকখি[৬৩]।

লুহোংবা হায়বসি মী অমগী পুন্সিদা অনৌবা পুন্সিগী খোংথাং অমদা চঙবগী য়ান্না মরু ওইরবা পুন্সিগী থৌদোক অমগী থৌদাং ওইরবা থৌরম অমনি। মরম অসিনা থৌরমসিদা শেংন-ঈন্নবা যিজেং অসি লুহোংগদৌরিবা পাখং অমসুং লুহোংগদৌরিবা লৈশাবী অতুনা নশা নশানা খ্বাইদগী হেন্না খোয়দাজবা, মখোয়গী লৈজবা যিজোনশিংতুগী মরক্তগী খ্বাইদগী হেন্না ফবা অমসুং মমল য়াম্বা ফি শীজিন্নবা নম্রগা শেং ঈনবা হায়বসি মশামা তাজরবা য়াফম্মি। হায়রিবসি নম্রবদি লুহোংবা/লুহোং-বতুগী মমক্তা অকক্লনা শাবা/লৈবা ফি-য়োন শেংপা ইনবা তাবনি।

লৈতেংগী মতংদদি লৈ-শু, মোইবু-মচেং, লিক্কোন, পোহান, নেংথৈ, চারিক, উটৈ অকনবনচিংবগী লীক পরেংশিং, শেননা শাবা খুজী, খুদোপ, নায়ান [মখোয়সিসু মৈদিংঙু কিয়াম্বা (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) গী মতমদগী লাক্লম্বা য়াই] মতুং খবা যেংপরক্লগা লুপাগী লৈতেংশিং অমসুং মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদগা ওইরবা, ঈনাকখুনবশিংনা সনাগী লৈতেং খর খর শীজিন্নরম্বা য়াই। মরমদি মৈদিংঙুসিগী মতম খৃঃ ১৬২৩ দগী মৈতৈনা সনা খোনবা হৌখি[৬৪]।

মথক্তা হায়জখ্রিবা লুহোঙবগী মনাংশিং অসিদগী মতুং তারকপা মতমগী— মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌরবা মতুংগী লুহোং-খোঙদোংবগী মনংশিংসিদা খর অমুক শেমদোক শাদোক্তুনা চৎখিগনি।

## —রিফরেন্সশিং—

১। কংলা তৌবা পুয়া M.S., শাকোক লমলেম অহানবা পুয়া M.S. অমসুং শ্রীখেলচন্দ্র : অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস (ইম্ফাল ১৯৬৭): লাঃ ৬৭।
২। শ্রীলাই : ৺ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৮৯): লাঃ ৬৮।
৩। শ্রীভোগেশ্বর : সনামহি লাইকন (ইম্ফাল, ১৯৭২): লাঃ ৪৭।
৪। শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ: নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা (ইম্ফাল, ১৯৬৭): লাঃ ৩।
৫। মথক্কীসিদা
৬। নোংবান পোম্বী লুয়াউবাঃ M.S.
৭। মথক্কীসিদা
৮। ও, ভোগেশ্বর: নিংথৌবোল লম্বুবা (ইম্ফাল, ১৯৬৬): লাঃ ১৮০।
৯। মথক্কীসিদা লাঃ ১৮০-৮৬।
১০। কোন্থৌজম লাইবেগী নোঙ্গারোল : M.S, খোইরিফাবা নাউ-খেমলোন : M. S. অমসুং চনম হেমচন্দ্র খাবা : হাওরোক কোন্থৌলেম্বী (ইম্ফাল) ১
১১। খোংজোমনুবী নোঙ্গারোল : M.S.
১২। এন: মনিজাও সিংহ : চৈঙদা শাৎপা ইঙাল্লে (ইম্ফাল ১৯৭০)
১৩। তুত্থোরোল M.S. অমসুং শ্রীএন: মনাওয়াইমা সিংহ : তুতেংলোন (কমচীং, ১৯৮৮)
১৪। কোনসম (থুরাই তাবা) শাগৈ পুয়া : M.S.
১৫। এন: মনিজাও : মথক্কী লাইরিক
১৬। মিয়াদ M.S.
১৭। পাম্হোইবী খোঙ্গুল M.S.

১৮। শ্রীখুমল্লয়ম য়াইমা সিংহঃ পাথংবা ফম্বাল (ইম্ফাল ১৯৬৭)ঃলাঃ৩৫।

১৯। পুরৈরোম্বসিগী মমিং "অঙৌ" কৌই হায়না অঙোম খোঙহৌ খোইরা কৌবা পুয়ানা পীর।

২০। শ্রীইবোতোন লুরাংঃ নোংপান পোনবী লুবাওপা (ইম্ফাল, ১৯৮২) লাঃ ১৯-২০।

২১। পাম্বোইবী খোঙ্গুল : M.S.

২২। মথক্কীসিদা।

২৩। শ্রীওঃ ভোগেশ্বর : নিংথৌবেল লম্বুবা ঃ

২৪। বি : কুলচন্দ্রঃ থাঙমইরোল (ইম্ফাল, ১৯৮৯)

২৫। শ্রীলাই : ৺ইবুংঙোহল সিংহ ১সুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : (চৈঃ কুঃ) মথক্কী লাইরিক ঃ লাঃ ৬৭। অমসুং শ্রীনদিয়াচান্দ সিংহ ঃ ময়াম্বা গরিবনরাজ

২৬। পাম্বোইবী খোঙ্গুন ঃ M.S.

২৭। শ্রীলাইঃ ৺ইবুংঙোহল সিংহ ১সুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ মথক্কী লাইরিক

২৮। চেংলৈরোন পুযা M.S.

২৯। থিরেল নানম্বা পুয়া M.S.

৩০। শ্রীলাইঃ ৺ইবুংঙোহল সিংহ ১সুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ মথক্কী লাইরিক ঃ লাঃ ৩৩ অমসুং নোংশামৈ পুযা M S.

৩১। তুমন লৌববদি শাগৈ/যেক-শলাইগী পীবা নত্রগা শাগৈ নউদা পীবা ওইবা য়াদে।

৩২। নোংবান পোনবী লুবাউবা M.S.

৩৩। পাম্বোইবী খোঙ্গুল ঃ M S —তমপা রাংঙমলোন পাম্বোইবীবু চেংলৈ নিংথৌ শাপাইবগীদমক্তা হায়না-শীনবগী মওং-মতৌ।

৩৪। চোথে থাংরাই পাখংবা ঃ M.S. — চোথে থাংরাই পাথংবনা চোথে চনু থম্নাংতাউবীবু লৌন-লৈনা অমসুং চোথে থাংরাই পাথংবা M .S. থিংক্রি নাচাববনা নোংপাল্লোন শুম্বুলম্বীবু থেম্বা।

৩৫। পাখংবা লাইহুই পুয়া M.S — খুইয়োই তোমপোকীদমক্তা নোং-মোইন্নু অহোঙবী হায়বা অমসুং লুহোঙবা।

৩৬। লুংপান পোনপী লুরাউপা M.S. —লুংপান পোনপী লুরাউ-বগীদমক কৌবরোল নামোইন্নুবু হায়না শীংনবা অমসুং লৌন-লৈনবা।

৩৭। চোথে থাংবাই পাখংবা M.S. খিংক্রি নাচাওবনা নোংপাল্লোন শুহুলেম্বী লৌননবা হায়জবা।

৩৮। মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা : M.S. —থংবী লাম্থাবা (চাও: খৃঃ ১৩০২-২৪) না ঈরাংলোন লৈমা য়োঙ্গিরেল তোমপোকপীবু পীয়ু হায়না মোইরাং নিংথৌদা হায়জবা অমসুং অনিসিগী লৌন-লৈনবা।

৩৯। শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ : পান্থোইবী খোঙ্গুল (ইম্ফাল, ১৯৭২) লা: ৩২,৩৬ :—

……… খোইপু পোংয়োম শা॥ হুঈকু পোংতম শেম॥ শিঙলেল খয়োম শানা॥ তমপা হেকঙাঈ মীলুংওন॥ নঙপু পাওথেমচারকএ॥

৪০। মথক্কীসিদা : লা: ১২, ২৮, ৩১, ৩৪।

৪১। মথক্কীসিদা :— পাচা খৌথিংবা, শেনকু নানমবগী রাহন্দোক্কা তারকপা মহৈ অমসুং লাইরিকসিগী পীজরিবা লমায়শিংসিগী মনুংগী ওইবা রাখল অমসুং রাখল্লোনশিং।

৪২। কৌব্রু, থাংজিং, মারজিং অমসুং রাংব্রেন : মসিগী থৌরমসি মৈদিংঙু খাগেম্ব (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) গী মতমদা হাপচিল্লকপা মাল্লি। চৈথারোল কুম্বাবগী মতুং ইন্না লাইশিংসি থৌনিরকপসি নিংথৌসিগী মতমদগী হৌরকপা ওইনা তৌই।

৪৩। লম কোল্লিবা লাই লমলাইশিংসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতুংদা পুংখোক্লকপা মাল্লি।

৪৪। থৌরমসি থাঙ্গা খুঞ্জাওদা সেকেণ্ড রাউ রার (খৃঃ ১৯৪১-৪৫) গী

মতুংগী চহি ১০/২০ ফাওবা চৎনরম্বগী খুদম হায়বদি গুমাওদা উ কারোঙ য়ুংলম্বগী রারোল ফংই।

৪৫। শ্রীথেলচন্দ্র সিংহ : চাদা লাইহুই : লাঃ ৫৬

৪৬। ফুঙ্গা লাইরুদা লৈরিবা য়ুমলাই লাইয়িংথৌ সনামহীগী সাইওন ফুঙ্গা লাইরুবা কৌবা লাইদা কত্তুনা নুমিৎ ৫ (নুমিৎ ৫ নিসি থরাই ৫গী ওইরম্বা য়াই, থরাই ১ গী নোংমা পান্দুনা) থম্নগা শাবী-শানৌ অনিগী নুহোঙবগী পুন্সি অমসুং য়ুম্বানবগী পুন্সিগী অফ-ফত্তগী খেন-চাং য়েংনবগীনি।

৪৭। নুপাগী মপা ঙা/ঙমু অমা অমসুং নুপীগী মপা ঙমু অমনি। ঙা অনিসি ঈশিংদা থাদে'কখিদুনা মখোয় অনিগী অনৌবা পুন্সিদা খোঙদাবতুগী দমক্তা লাইদা কৎচবনি। মখোয় ঙা অনিনা চৎখিবা অমসুং লেং-ওৎপগী মতৌ য়েংলগা মখোয় অনিগী য়ুম্বানবগী পুন্সিগী খুদম-চাংদমসু য়েংনৈ।

৪৮। মসি, অপোক-অশাৎ পুখোক, য়ুমলাই অমসুং লমলাইশিংদা কৎননবনি।

৪৯। মসি লাইদা কৎলগা ময়াম্না প্রসাদি ২ংননবা নুপা ময়ুনগী খুদোল্প।

৫০। মসিসু য়ু হাপ্পা ওইগনি হায়না লৌজে।

৫১। হেমচন্দ্র ১সুং কুলচন্দ্র : থাঙমইরোল : লাঃ ২২-২৩

৫২। থরানথাবা হিরান M.S.

৫৩। শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ : মৎকী লাইরিক : লা : ৪০-৪১

... ... খাপা মগুমনাক।। ... ... রাইথুংলরপাতা।। ... ... মনু তেকআনা।। তমপা মহুইরোনবু।। শিঙচেপ মৈরা হাইচৌ থাননা লমওকঙময়ে ... ... কপোক ফামনা হুন ... ... লমওকঙাময়ে।।

৫৪। খুমন্লম যাইমা সিংহ : পোইরৈতোন খুন্থোকপা (ইম্ফাল ১৯৭১): লাঃ ১৮ :—

... ... লৈনুং ইমাইবী ... ... মাংবাই তুংবাইবী ।। নঙদি থোইজু তোল্লোং খুজেম-ও ।। লৈনুং অশৈবী সজি লাংকপী ।। নঙদি রাইশেং ফামনা হকচেম-ও ।।

৫৫। শ্রীলাই : ৺ইবুংভোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : মথাক্কী লাইবিক লা: ৩৪।
... ... খোংবম মংশাগী কুম শক ১৫৩০ (খৃ: ১৬০৮) দা ... ... খুরুম্বসুং অতুঙৈ হৌ-এ। খুরুম্বা খৈবিকপু লনবুচৈএ। ... ... ।।

৫৬। নুংপান পোনপী লুরাউবা M.S.

৫৭। ১) থরানথাবা ফিরান : M.S., (২) চাথে থাংবাই পাখংবা অমসুং নুংপান পোনপী লুরাউপা (ইম্ফাল, ১৯৮০) লা: ১৯।

৫৮। থাংজম ইবোতোন : মৈতৈগী খোরম পরেং (ইম্ফাল ১৯৭৬): লা: ১০।

৫৯। শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ : মথক্কী লাইরিক লা: ৪১-৪৮

৬০। কোকয়েং মখলসি লৈরংগা য়াবদা— পাকলোই অমসুং তোল্লোক মচা (পাখং তোল্লোক) না থাগেম্বগা মমাঙদা অতুগা নিংথৌসিগী মতমদগী শগাই কোকায়েং থোকই।

৬১। খাঙদা শেংনবা থিজেংসি— খাঙদগী ফৈংনা ফাওবদা য়োবা, নাথৈ হাপ্পবা, ফি মরাক পীকপা অমনা খাঙদা হেক্তা কোয়শিনবা ওইনা ফংই। অতুবু মৈদিংগু চালাম্বা (খৃ: ১৫৪৫-৬২) গী মতমদগীদি মৈতৈনা ফৈজোম শেংপা হৌখি। [T.C. Hodson : The Meithei (Delhi 1981) P. 20]

৬২। ফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্মা : মৈতৈ ফিজেৎ লৈতেং (ইম্ফাল, ১৯৯১): লা: ১১০

৬৩। শ্রীলাই : ৺ইবুংভোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : মথক্কী লাইরিক : লা: ৮।

৬৪। মথক্কীসিদা : লা: ৩৭

# মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎলবা মতুংগী লুহোংবা

মৈতৈ নিংথৌশিংগী মরক্তা মৈদিংঙু চরাইরোংবা (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) না খ্বাইদগী ইহান হান্না খৃঃ ১৭০৪ দা হিন্দু ধর্ম্মদা লাইমিং লৌরবস্থ[1] মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ মহারাজ (খৃঃ ১৭০৯-৪৮) না খ্বাইদগী ইহান হান্না হিন্দু ধর্ম্মগী লাইনীং লোনচৎপু মৈতৈ লৈপাক খ্বাইগী লাইনীং লোনচৎ ওইনা খৃঃ ১৭১৭ তা শুইহনখি[2] অতুগা মৈদিংঙুসিগী মতমদগী বামোন লোইশঙ লিংলবস্থ[3] মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র, জয়সিংহ, ন্নুংনা খোম্বা, চীঙশাং খোম্বা, কর্ত্তা, খৃঃ ১৭৬৩-৯৮) গী হাক্তক্তা খৃঃ ১৭৭৬ তা পঞ্চরত্তন হায়বা ব্রাহ্মনশিংবু ধর্ম্মগী ৱায়েল থোৗদা তৌবা লোইশঙ অসি লিংখত্রিবা[4] ফাওবদি মৈতৈশিংনা হিন্দুগী লুহোংবগী নিতি-নিয়ম খর লৌতুনা চৎনবা হৌরকই হায়বা ঙমদে। নরমদি সম্বন্ধ নির্নয়[5] কৌবা হিন্দু চৎন-লোনচৎকী লৌন-লৈনবগী ৱায়েল-কাংলোন অমসুং পোমিৎ-ৱাখুন ইবা লাইরিক্তা ৱাহৌদোক ওইনা ইরি[6]।

মহারাজ ভগ্যচন্দ্রনা কাঞ্চিপুরদা পানবা মতমদা চন্দ্রাব্দ ১০০২, শকাব্দ ১৭১২ (খৃঃ ১৭৯০) —ককচিং কৈথেননা চৈথাবা কুম, ইঙেন থা ১০ নি পানবা (পুর্ণযাত্রা) য়ুমশকৈশা হুমিত্তা লৌন-লৈনবগী মরমদা ৱায়েল লাইরিক অমা ইতুনা লৈপাক অসিদা চংনহনখি। লাইরিক অদুগী মমিং "সম্বন্ধ নির্নয়" কৌই।

মরম অসিনা হিন্দুগী মচৎ-মনাৎ য়াওবা লুহোংবসি লৈপাক অসিগী ওইনা চৎনবকপসি ঙল্লবদা খৃঃ ১৭৮০ গী অতুৱাইদা চঙলক্লে হায়না লৌবা য়ারে। হিন্দুগী চৎন-লোনচৎকী লুহোংবগী মৈতৈগী লুহোঙবদা চঙলিবা মচৎ-মনাৎশিংতু খঙননবা হিন্দুগী লুহোংবগী মরমদা খঙদনা য়াদবা মতাং লাক্লে। মরম অসিনা হিন্দু লুহোংবগী মরমদা থরদং লৌখৎচরি।

হিন্দুনা লুহোংববু বিবাহ কৌই হায়বগী রারোল অমসুং লুহোংবগী মখোয়গী রাখল্লোন রাহৌদোক্কী মতাংদা থর মখৈ পঙ্গ্রে। হৌজিক হিন্দু বিবাহগী মখলশিং লৌখৎচরি। অর্থাৎ হিন্দুগী লুহোংবা অসি পুন্না মখল নিপান শুই। মখোয় অসুদি— (১) ব্রহ্ম, (২) দৈব, (৩) আর্ষ (৪) প্রাজাপত্য, (৫) অসুর, (৬) গন্ধর্ব্ব, (৭) রাক্ষস অমসুং (৮) পৈশাচ নিপানসিনি[7]। মখলশিংসিগী পীবিরম্লিবা শন্নম্না রারোলশিংদি :—

(১) ব্রাহ্ম— নিঙথিনা লাইরিক লাইশু হৈবা অমদি লোনচৎ ব্যবহার শঙবা বরবু বার্তোন তৌদুনা পুরক্লগা নিঙথিবা ফিজেৎন-চিংবনা লৈতেংলবা বর-কন্যা অনিবু পুজা তৌদুনা কৎপা মখলগী লুহোংবা অসুবু ব্রহ্মবিবাহ হায়না কৌই[8]।

(২) দৈব— জ্যোতিষ্টোমনচিংবা যজ্ঞ (মৈ হৌদুনা তৌবা যজ্ঞ) হৌগৎলগা পুরোহিত য়াওনা কর্ম্ম কর্ত্তানা ফিজেৎ লৈতেংলবা কন্যাদান তৌববু দৈববিবাহ হায়না কৌই[9]।

(৩) আর্ষ— ষনবী অমগা ষন লাবা অমগবু গোমিথুন হায়না কৌই। যজ্ঞনচিংবা ধর্ম্মগীদমক্তা অসিগুম্বা গোমিথুন অমা নত্রগা অনিথক বরদগী লৌরগা হৌনবী তৌদুনা কন্যাদান তৌববু আর্ষবিবাহ হায়না কৌই[10]।

(৪) প্রাজাপত্য—নখোয় অনি তিন্নদুনা য়ুম্বানবগী থবক (গৃহস্থ্য ধর্ম্ম) তৌগদবনি— অসুম হায়না তাক্তুনা ফিজেৎ লৈতেংনচিংবনা লৈতেংহল্লবা বরবু পুজা তৌদুনা কন্যাদান তৌরবদি মসুবু প্রাজাপত্য বিবাহ হায়না কৌই[11]।

(৫) আসুর— সুপী মপামচিংবদা নত্রগা সুপী মশামক্তা লন-থুমচিংবা পীনিংবা পীদুনা সুপী অসুবু লৌববুনা আসুর বিবাহ হায়না কৌই[12]।

(৬) গন্ধর্ব— নুপা-নুপী নুংশিনদুনা লৌনববুনা গান্ধর্ব বিবাহ হায়না কৌই। অসিগুম্বা মখল অসিদি কামনা লমজিংদুনা মহৈ মহৈ লৈপুন ওইনিঙবগীময়াইতনা থোকহল্লি[১৩]

(৭) রাক্ষস— নুপী মপান্না য়াব্রবদা নুপী মযুমগী মীশিংবু হাত্তুনা, কক্তুনা, মখোয়গী ময়ুম চণ্ডদুনা 'হা পাজি, হা তাদ' অসিন্‌-চিংবা হায়রদুনা তেংথা-নাওইনা কপ্লবী কনাবু নমদুনা পুরক্লগা হোঙবা লুহোংবা অদুবু রাক্ষস বিবাহ হায়না কৌই[১৪]।

(৮) পৈশাচ— ইশি-শিনা তুম্লিবী, ময়াই কাবা পোৎ (য়ু) থক্তুনা ঙাওচংনরবী নত্রগা অঙাওবী নুপীবু অচিকপদা য়েংলুববু পৈশাচ বিবাহ হায়না কৌই। লুহোংবা মখল ৮ গী মনুংদা মসিদি মহাপাপকী মশক্কি অমসুং খ্বাইদগী হেন্না তোনবা মশক্কি[১৫]।

লুহোংবা মখল নিপান অসিগী মনুংদা মণিপুরী সমাজগী আইংনা য়াবা লুহোংবা ওইনা খুঃ ১৯৬০ দা শকখঙখিবদি— (১) ব্রাহ্ম, (২) আসুর (৩) প্রাজাপত্য অমসুং (৪) গন্ধর্ব হায়রিবা মখল মরিসি-থক্কি[১৬]। অদুবু রায়েল অসিবু আইন ওইনা চংনহনবদা য়াওবা[১৭]। অখঙ-অহৈ অমনদি মশা মথন্তুগী রাকম ওইনা "রাক্ষস" মখল অসি-মগা হেনগৎহল্লগা মখল মঙাগুনা পীবীরম্মী[১৮]। হায়রিবা অনৌবা মতমগী আইন্না শকখঙবা লুহোংবা অসিগী মমাঙদা সম্বন্ধ নির্ণয় নকনা লৈপাক্লা, লৈঙাকলোনগী রায়েলনা শকখং-মায়খৎখবা লুহোংবগী রায়েল অমতা লৈতে। অদুগা সম্বন্ধ নির্ণয় অসি মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ (খুঃ ১৮৫০-৮৬) গী সনা হাক্তক্তা রায়েলশিংতু থরা হেন্না চাওথোকহল্লম্মী[১৯]।

হিন্দুগী লুহোঙবা অমসুং মৈতৈগী থায়নচৈ মমাঙঙৈগী লুহোঙবা অমসুং হৌজিক কাওবা চংনরিবা লুহোংবগী থৌরমশিং অমসুং লুংগী রাখল্লোনশিংসি থেংনক্লরগা[20] চংনরবপসি[২১] উক্লরগা, লাইরিক-লাইশু-শিংদা ইরম্লিবশিংসিগী অইবা খুদম-চাংদমশিংসি নৈনরুরগা, চথরক্লিবা

রায়েল কাংলোনশিংসি[২২] থিরুরগদি— মৈতৈ খুন্নাইদা চৎনরিবা লু-হোংবসি তশেংনমক হিন্দু লুহোংবা মথল নিপান অসিগী মরক্তগী অমতগা মান্নবা, লুহোংবগী পরিং চুন্না চথবা অমসুং রায়েল-কাংলোন, পোরম-পোমিৎ ডাক্না চৎপা অমতা য়াওদবগুম উই। মৈতৈ হিন্দুগী লুহোংবসি অর্য হিন্দুগী লুহোংবগী মথল অনি/অগুমদগী তাদনা পুশিনবগী থৌরম, রায়েল অমসুং কাংলোন উবা ফংই[২৩]। মসিগুম্বা মওংসি অর্য হিন্দুগী ক্ষেত্রিবর্নদসু তৌই[২৪]। মসি মৈতৈনা ক্ষেত্রি শাগে লেপ্পবা হিন্দু ধর্ম্ম লৌথিবনা ওইরিবরা[২৫] খণ্ডবদা রানা থোকই।

মৈতৈগী লুহোঙবদগী মৈতৈ হিন্দুগী লুহোংবা শমজিল্লকপা খৃঃ ১৭৪৮ দগী খৃঃ ১৭৮০ ফাওবগী মতমসিদা মৈতৈগী হান্না লৈরম্বা লুহোঙবদা হাপচিল্লক্লিবা থৌরম পরেংসিদি— (১) বরনা লাক্লগা কন্যাগী য়ুমগী কোম্থোংদা মৈওকপা, কবোক অমসুং মেক্রুক চায়বা (২) ফক মথক্তা ফি অডোবা অমা থারগা বরবু ফমহনবা, (৩) বরগী ফিজেত্তা অডোবা ডাক্ত ওইরকপা, (৪) কন্যাগী পুকোক অমসুং বরগী পুকোক্তা তাকপা অমসুং অয়াবা লৌবগী লাইশোন-তৌনশোন হৌদোকপা, (৫) কন্যানা লুহোংবা কোয়বা হৌদোকপা, (৬) লৈ/কুন্দো পরেং লুক্কবা, লৈ চায়বা হৌদোকপা, (৭) দুপী ময়ুমগী য়ুমগী লাই থুকুম্বা হৌদোকপা, (৮) বরবু দুপী ময়ুমগী কাংবুনা শকখঙ-মাযখঙবদা কন্যাগী মমানা কা লানবা কৈন্যাগী মমান্নবীশিংগা লোয়ননা কাংশুবী লান্নবা হাপকৎলকপা অমসুং (৯) দুপী থিনবগী থৌরম হাপচিল্লকপা অসিন-চিংবনি। মখোয়শিংসিদা ওত্তনা মতম মতমগী মতুংইন্না থৌরম পরেং কযাসু হাপকৎনরক্তনা মতুংদা চৎনরকপা লুহোংবগী মপুঙ ফারবা থৌরম পরেং অসি ওইহল্লকখি।

মৈতৈ হিন্দুনা খ্বাইগী ওইনা লৈডাক রায়েলনা শক খঙখিবা লুহোংবগী মথলশিং (খৃঃ ৯১৬০ গীসি) সম্বন্ধ নির্ণয় চৎনরবা

(খৃ:১৭৯০) মতমগী শকথঙনবা লুহোংবশিংগী লেমহৌখাক ওইগনি হ'য়না থাজৈ। থৌওং-থৌদৌ অমসুং চথরকপগী থৌদোক-রাথোক্কী মতুং ইন্দুনা মৈতৈ খুন্নাইদা খ্বাইনা শকখঙনবা লুহোংবা মখল খর ওসি ফাওবদা লৈরি। মখোয় অদুদি :— (১) অহল লম্মন্না হায়ন-শীংন-বগা লুহোংবা, (২) মশা মশা য়ানহুনা চেন্নগা হোঙবা লুহোংবা (৩) ফারগা লৌবা, (৪) কন্যা বৎপা, (৫) মশা মাংহন্নগা নপুগা শোয়-রকপদগী লৌবা অমসুং (৬) তুমন লৌবা— অসিনি। অকোনবগী (৫) শুবা অমসুং (৬) শুবা মখল অনিসি খ্বাইদগী হেন্না হন্থবা থাক্কী মখল-শিংনি। লৈপাক্কী ৱায়েল কাংলোন লাইনীং লোনচৎকী ৱায়েল চৈরাক, চংনবীগী চংলম-লুপতিনগী ৱায়েল অমসুং লৈপাক খ্বাইগী চৎনরবপা অমদি চৎনরিবা ৱারেপ-ফিরেপকী ৱায়েলশিংনা ফনমক থিংলহন্নগা য়াম্রবসু অতুম্মক তৌনরকই অমসুং তৌনৈ। লুহোংবা মখল-শিংসিগী চাওরাকপা ৱারোলশিংদি :—

(১) অহল-লম্মন্না হায়না-শীংনবগা লুহোংবা :

মখল অসিগী লুহোংবসি থায়নহৈদগী হৌনা লৈপাক খ্বাই পুন্নমক্না খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্কী লুহোংবনি হায়না য়ানরকই অমসুং চৎনরকই অমদি হৌজিকসু য়ানরি অমসুং চংনরি। মখল অসিগী মপুঙ ওইবা ৱারোলদি মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম লৌখিহৈগী মখল অসিগী লুহোঙবদা হেংবীয়ু। মখল অসিদা কংবা য়ান্নবা মখলশিংগী লুহোংবগী মহেৎশিংদি :— (১) ব্রহ্ম-দৈব, (২) আর্ষ-দৈব, (৩) ব্রাহ্ম-আর্য (৪) ব্রাহ্ম-দৈব-আর্য (৫) ব্রাহ্ম-গন্ধর্ব্ব (৬) গন্ধর্ব্ব-আর্য (৭) দৈব-গন্ধর্ব্ব অমসুং (৮) গন্ধর্ব আর্ষ-দৈব অসিনচিংবনি।

(২) মশা মশা য়ানহুনা চেন্নগা লুহোংবা :

মখল অসিগী লুহোংবসি থায়নহৈদগী হৌনা মৈতৈ লৈপাক-সিদা অনিশুবা থাক্কী লুহোংবা ওইনা খ্বাইনা য়ানরকই অমসুং য়ানরি।

লুহোংবা মখলসিগী মপুঙ ওইবা থারোলদি মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌদ্রিংলৈগী মুহোওবদা মখল অসিগী শীজরিবতুনা য়েংবীয়ু। মখল অসিগী লুহোংবসিদা সমাজনা পাউথোক্কদবা মখল-মথা অয়াম্বা থোদোক থাথোক্কী নুপা-নুপী মরী লৈনবগী মরালশিংগী লৌন-লৈনবা পুন্নমক শীজিল্লি অমসুং মশা-মশানা য়ানতুনা তৌজবনি, চেঙবনি গন্ধর্ব্ব-বিবাহনি হায়জিন্দুনা হেক্তমক কাংথুনসিদা নমশিল্লি। অতুগী মথক্তা মখলসিগী ফংজিবা য়াম্নবা মথেলশিংদি— (১) গন্ধর্ব্ব-ব্রহ্ম-দৈব (২) গন্ধর্ব্ব-প্রাজাপত্য, (৩) গন্ধর্ব্ব—রাক্ষস, (৪) গন্ধর্ব্ব আসুর অমসুং (৫) গন্ধর্ব্ব-আর্ষ-দৈব অসিনচিংবনি।

## (৩) ফাবগা লৌবা লুহোংবা

মখল অসিগী লুহোংবসি অহুমশুবা থাক্কী লুহোংবগী মখল্লি। মসি থায়নবগী অমসুং মমাঙৈন্দগী চংনরকপা নমতুনা লৌবা লুহোংবগী মখল্লি। মসিগী মপুঙ ওইবা থারোল মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌদ্রিংলৈগী মুহোওবগী নমতুনা লৌবা মুহোওবগী মখলদা য়েংবীয়ু। মসিবু লুপীচিংবা নত্রগা চিংলগা লৌবা হায়নসু কৌনৈ। মখলসিগী য়াম্নবা মথেলগী লুহোংবশিংদি — (১) রাক্ষস গন্ধর্ব্ব, (২) রাক্ষস-আসুর, (৩) রাক্ষস-আসুর-দৈব, (৪) রাক্ষস-আসুর ব্রাহ্মা অমসুং (৫) রাক্ষস-পৈশাচ অসিনচিংবনি।

## (৩) কনা কৎপা লুহোংবা

মখল অসিগী লুহোংবা অসি অহুমশুবা থাক্কী লুহোংবগী মখলদা লৈ। মসি মরু ওইনা লৈত-লাইরবা, লুপ্রা ওইরবীনা অমুক ময়ুম পানবা অমসু, লমকেৎ-লমহেন্দুনা মরুপ্পী থম্বা নত্রগা অপাম-ঈথৌলাংবগী নত্তবা লমচৎ চংপা-চংপী শিংগী মফমদা পাংথোকপা

মখলনি। মসি নুপী ময়ুমগী মীশিংদা নত্তনা লৈপাক খুৱাইনস্থ হৌরক্তুনা লমহেন-তুহেনবশিংগী মফমদা তৌনৈ। অতুগা তুমন লৌবা তারক্ক-বদস্থ কন্যা কৎপগী লুহোংবসিনা লৌন-লৈনবগী থৌরম পাংথোক্লে। মখল অসিগী লুহোংবসি আর্য্য হিন্দুগী প্রাজাপত্য বিবাহ মখলগী ওইবা য়াই। অতুবু থোদোক-ৱাথোক্কী মতুং ইন্না য়ান্নবা মখেলশিং লৈ। মখোয়দুদি— (১) প্রাজাপত্য-গন্ধবর্ব, (২) প্রাজাপত্য-রাক্ষস, (৩) প্রাজাপত্য-আসুর (৪) প্রাজাপত্য-পৈশাচ, (৫) প্রাজাপত্য-আসুর-পৈশাচ অমসুং (৬) প্রাজাপত্য-রাক্ষস-পৈশাচ অসিনচিংবনি।

## (৫) মশা মাঙহন্নগা নত্রগা শোয়রকপদগী লৌবা

মখল অসিগী লুহোংবা নত্রগা লৌন-লৈনবগী মখল অসি খুৱাইদগী হেন্না হন্থবা থাক্কী মখল ওইনা থায়নডৈদগী/মমাঙডৈদগী চৎনরকপা "নমতুনা লৌবা হায়বা মখল অতুনি। মখলসিগী মপুঙ ওইবা ৱারোল মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখ্রিডৈগী নুহোঙবগী" নমতুনা লৌবা হায়বা নুহোঙবা মখলতুদা য়েংবিয়ু। মখল অর্য্য হিন্দুগী লুহোংবা মখলদা হায়বগা পৈশাচ হায়বা খুৱাইদগী হেন্না ফত্তবা মখলতুনি। অতুবু থোদোক ৱাথোক্কা মতুংইন্না মখলসিগী য়ান্নবা মখেলশিং লৈ। মখোয়দুদি— (১) পৈশাচ-গন্ধবর্ব, (২) পৈশাচ-আসুর, (৩) পৈশাচ রাক্ষস, (৪) পৈশাচ-আসুর-রাক্ষস, (৫) পৈশাচ-প্রাজাপত্য অমসুং পৈশাচ ব্রাহ্মা অসিনচিংবনি।

কনাগুম্বী নুপী/লৈশাবী অমবু থেম-নৌতুনা নুংশিবগী ঈপাক্তা পুথবীরগা অপাম ঈখৌ লাংবদগী মশা শোক্লরগা শোয়রকপা নত্রগা পুক্নীং অমসুং ইন্দ্রি ৱারকপা ঙমদবদগী হকতিন্নতুনা পামদনা অপাম্বা শাবদগী শোয়রকতুনা লৌদবা য়াদবা মরমশিং লাকপদগী লৌবস্থ মখল অসিদা চিংগনি।

## (৬) তুমন লৌবা

মখল অসিগী লৌন-লৈনবসি মৈতৈ খুন্নাইদা খুৱাইদগী হেন্না নেম্বা থাক্লা থৈন্নে। থায়নডৈ অমসুং মমাঙডৈগী মতমদদি মসিগী ৱাফম অসি

লৈবা থেংনদে। মখলসিনা মণিপুরদা থাক হাইথরকপসি হিন্দুশিংগী সতিদাহ[26]না মণিপুরদা চঙলকপগী মতৃনা মৈতৈ হিন্দুগী লুহোংবা হৌরকপা মতুং সম্বন্ধ নির্ণয়গী রায়েল চংনরকপগী মতম অতুরাইদা ওইবা য়াই।

তুমন হায়বসিগী রাহন্দোক— তু-মতু, মন-অমনবা হায়বদি অমুক ময়ুম পাল্লরগা (নুপী অতুগা লৌনবা য়াবা নুপা অমগা আইন্না য়াবা মণ্ডাদা লুহোংলুরবী) থায়নরবী নুপী নত্তগা নৌনা লুপ্পা ওইহৌরবী নুপীবু তুমন মীগী মতু অমনবী হায়না কৌই। মসি লৌবসি মৈতৈ খুন্নাইদদি থাক হন্থনরম্মী। অতুবু খৃঃ ১৯৬০ গী অনৌবা শেম্বা আইন্দদি রায়েলনা য়াবা অমসুং চংনবা য়াবা লুহোংবগী থাক্কা পী[27]। অতুবু মৈতৈ খুন্নাইগী লাই-তীনগী ওইবা থৌরমশিংদদি তুমনশিংনা পাংথোকপা তৌহন্নদে। অতুগা তুমন লৌবা নুপাতু শাগৈ/য়েক্কী পীবা ওইবসু য়ানদে।

তুমনসি অমুক হন্না লাইনৈংলোনগী অমসুং লৈঙাক রায়েলগী চংনবীদা লুহোংবা য়াদবনা কন্যা বংপগী পাথৈসিনা লৌন-শৈনবগী থৌরম ওই।

মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম চংলবা মতুংগী লুহোংবা অমসুং হৌজিক চংনরিবা লুহোংবগী থৌরম পরেংশিং :—

মৈতৈগী লুহোংবা মখলশিংগী খুাইদগী হেন্না রাংবা থাক্কী ওইবা অহল-লম্না হায়ন-শীংনরগা লুহোংবা হায়বসিগী থৌরম পরেংসি মতম মতমগী ওইনা খজিক খজিক হাপচিন্নকুনা হৌজিক্কী মতমগী লুহোংবগী থৌরম পরেংসি তারগ্রিবনি— হায়বসি মথক্তসু পঙ্খ্রে। ওতৈ মখলগী লুহোংবশিংসিগী থৌরম পরেংশিংসি অহল-লমন্না হায়ন-শীংনরগা লুহোংবগী থৌরম পরেং অসিগী মপান তাংবা ঙাক্তনি। মসিদগী খর খর

ৱকথনরগা অমসুং অয়াম্বা শরুক ককথৎনদুনা শমজিন্নরগা অতৈ মথলগী লুহোংবগী থৌরম পারেংশিংদু ওইখিবা ডাক্তনি। অদুনা মপুঙ ওইরিবা খ্বাইনা য়ানবা অমসুং চৎনরিবা অহল লম্মা হায়ন-শীংনরগা লুহোংবগী থৌরম পরেংশিংদু মথং-মনাও নাইনা লৌখৎচরি।

(১) নুপী/মমৌ হায়বা নল্রগা হায়জবা

থৌরম পারেং অসিনা লুহোংবগী খ্বাইদগী ইহান হানবা খোঙ-থানি। মসিগী মপুঙ ওইবা ৱারোলদি মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌদ্রিংগী লুহোঙবগী অহানবা থৌরম পরেং "হায়ন-শীংনবগা" মনৈ। মথক্কী হিন্দু লৌদ্রিংগী লুহোঙবগী থৌরম পরেংদা য়েংবীয়ু। অদুগা হেক্কবি-বদি নুপী হায়বা চৎপদা পুরিবা অচা অথক্কী পোৎলম-চৈরম অদুখক্তনি। হিন্দু ওইরবা মতমসিদা পুরিবা পোৎলমশিংদি— ক-মনা (পানা), হৈ-লৈ অসিদমক পুনরে।

(২) য়াগং থানবা

থৌরম পরেংসি অহানবগী নুপী হায়বা চৎপদুগা "অহল-লম্মন-শিংদু শকখঙ মাযখঙনবগা ৱা হৌদোক্লদমক ওইনা থৌরদুগী মথক্তা তশেংনা মমৌ ওইনাংবগী অপাম্বা উত্না চথবনি। নুপা মযুম অমসুং নুপী মযুমগী অহল-লম্মনশিংনা লুহোংবদুগী য়ানগদব মওং উত্না য়ানবা পুরক্কবা ৱারোল-ৱাফমশিং চাংনা-শক্লদুনা মায়গৈ তানিনক্কী ওইবা ৱাবেপ লৌননবা লাক্লে। লুহোংবগী থৌরমদু খরা খুমাঙ চাওশিনহন্নবা লক্লে। কবিগুম্না মাযৈ অনিমক্কী অহল-লম্মনশিংদু কবদুগী মবমদা য়ানবা পুরক্কবদি অহল লম্মনশিংদু অমগা অমগা খুক্নদুনা থৌরম পরেংদু লোয়শিন্নৈ

(৩) ৱারেংপোৎ পুবা

নুপা মযুমগী অহল-লম্মনশিংগা নুপী মযুমগী অহল-লম্মনশিংগা অমুক হন্না নুপী মযুমদা উন্নদুনা মথং চথরক্কদবা লুহোংবগী থৌরম

পারেংশিং হৈজীং খরায় পুবা নত্রগা হৈজীংপোৎ পুবগী অমসুং লুহোংবগী মুমিৎ লেপ্পনবা খল্লে অমসুং লেপ্পে। অস্রুনা লুহোংবদুগী য়ানবগী অরোয়-বা ৱা, ৱারোয় লেপ্পবগী মুমিৎ অসিদা নুপা ময়ুমগী অহল-লম্মনশিংনা অহাণ্ড-অথুম লৌবাক্তা নত্রগা ফিরুক্তা হাপ্তুনা ৱারোয় লেপ্পবগী খুদোম পোৎ ওইনা পুরক্লে। মরম অদুনা থৌরম পরেং অসিবু ৱারোয়পোৎ পুবা হায়না খঙনৈ। নুপা ময়ুমগা পুরক্লিবা অথুম-অহাণ্ডদু খুদোন তৌবা মতমদা নুপী ময়ুমগী মীশিংদুনা চারবদি—মখোয় ইমুং মনুং অমসুং শাগৈ-নাতৈনা লুহোংবদু তশেংনা য়ারে হায়বা খঙনৈ। অদুগা অথুম-অহাণ্ডদু হায়ন-শাংনরিবী লৈশাবী/নুপী অদুনা চারবদি মগাক মশানা লুহোংবগী ৱাফমদু য়ারে হায়বা খঙনৈ অমসুং লেপ্পে।

৪) হৈজাপোৎ/নায়জপোৎ/হৈজীংপোৎ পুবা নত্রগা হৈশীং-খরায় পুবা :

থৌরম পরেং অসি পাংথোক্কদবা মুমিৎ অসি ৱারোয়পোৎ পুবা মুমিত্তা নুপা ময়ুমগী অমসুং নুপী ময়ুম অহল-লম্মনশিংনা পুন্না খল্লদুনা অফবা মুমিৎ খনগা লেপ্পে। হৈজীং খরায় পুবা অসিবু বামোনশিংগী লুহোংবগী ওইরবদি—লৈ-চন্দন পুবা—হায়না হায়নৈ। অদুগা পুরিবা পোৎলমশিংদা হৈজীংপোৎ পুবগা মান্নানা পুই। অদুবু মসি মতম খরগী মমাঙদাদ নত্রগা মতম অমদদি বামোনশিংগীদ লৈ-চন্দোন পুরম্বা য়াই হায়না থাজৈ।

হায়নবগী মতুং ইন্না নত্রগা লুহোংবগী মশার্গী তৌফম থোকপা ওইনা লুহোংগদৌবা পাখং অদুগী ময়ুমগী অহল-লম্মনশিংনা লুহোংগদৌরিবা লৈশাবী অদুগী ময়ুমদা চান্নানা — লেপ্পরবা মুমিৎ অদুদা হৈ-রাগী ফিরুক চরেং-নিপাল নত্রগা মসিদগী হেন্না (হোজক কান্দদি কবোক-হৈবোক্কী হেন্দুনা তল, জীলিবী, রসগুলানচিংবা মখল-মখেলগী অথুম-অহাণ্ড পুনরে) পুরকই। মসি পুরকদবা মুমিৎসিদা নুপী ময়ুমগী অহল লম্মন। শাগৈগী মহী মতা পুন্নমক পাউ চেন্দুনা থৌরমদু য়াওবরনবা হায়জো

মসিগী ময়ুমদগী পুরক্লিবা হৈ-রা অমসুং কবোক-হৈবোকশিং অদু লৈশাবী অদুগী লাই ওইগ্রবা অপোক-অশাৎ পুকোক, মহাক্কী লৈকোক-লৈকায়বু কোল্লিবা লাই, মায়গৈ ডাকপা লাইশিং অমসুং মালেমগী লৈথক, লৈথা অমসুং মালেমদা লৈরিবা লাইশিংদা কুজদুনা ঈরাৎপা অমসুং হৈকৎ-লৈকৎ তমদুনা লৈশাবী অদুবু মহাক্কী হান্নগী যুম্নাক শাগৈ-দগী হোংলে, পাখং অদুগী যুম্নাক শ'গৈদা তিনখ্রে—হায়না পাউতাক্ত্‌না অয়াবা লৌবা, খঙহৌ-তাহৌবা ওইবীনবা হায়জবা অমসুং তীনমু-লাইমু ফত্তবা তান্তোকপীদুনা পুন্সি খুরো-ঈরৈ চন্দনবা নীজবা অসিন-চিংবগা লোয়ননা হৈকু পোত্তম অদুনা রারেপ্পদুনা শারি নামুং শোন্নবনি। মসিগী থোরমসি হিন্দু ধর্ম্ম লৌখিবৈগী মমাঙগী লুহোংবদা শুমায উরোঙ খিনবা, যুম্মচিন কাকফৈ থাবা, পামেন উবায হকপা হায়না খঙনৈ। মথক্কী মমিংসিগী থোরম পরেংদসু য়েংবিযু।

হৈজিং খরায় পুবকপা অসিদা অপোক-অশাৎকী য়াওদবা যাদবা পোৎলমশিংদি— ১) হৈরাংদা— হৈনীঙ, হৈক্রু, হৈজাং, নাফেই, চুডৌ, কা, ২) লৈদা— লৈশং, ৩) ফিদা— চিনফি-লাইফি অমসুং ৪) অথুম-অহাওদা— কবোক অসিশিংসিনি[২৮]। মসিগী ময়ুম্না পুরক্লিবশিংসি মথক্তা পঞ্জখিবা লাইশিং অদুদা কৎলি। অদুগা মসিগী ময়ুমগী যুমগী লাই-সনামহি লাইয়িংথৌদসু কৎলি। শাগৈগী অপোক-অশাৎ পুকোক্কী কৎলবা পোৎলমশিং অদুদি শাগৈগী মীওইশিং শংনা অতৈনা চাবা য়াদে[২৯]। যুম লাই সনামহীদা কৎপদুনা ঈমুংদুগী মীতনা চানৈ। অদুগা লমলাই, লম কোনবা লাইদা কৎপদুনা লৈকোক-লৈকায়গী মীশিংনা চানৈ[৩০]। লাইশিংদা অমসুং অপোক-অশাত্তা কৎলিবা পোৎলমশিংসি কক্রিবৈদা অনম অথৌ লাইশোন, নাহৈরোল লাইশোন্নচিংবা শোন্দুনা তোংডানবা নাহৈকু অমদগী তাইরেল পুংফাইন-চিংবনা নাহৈরগা কৎকদবনি[৩১]। অদুগা ব্রাহ্মনগী লৈ-চন্দন ওইরগনা তুলশী মনাগী মচুন্না পোৎলমশিংদু শেংদোক্লগা কৎকদবনি[৩২]।

ছায়বিবা হৈজীংপোৎ পুবকপা অসিদা লুহোংগদৌরিবা পাথং অদুগী মাযগৈগী অহল-লম্মনগা লুহোংগদৌরবী লৈশাবী অদুগী মায়গৈগী অহল-লম্মনগা অমগা অমগা কা লান্নদুনা হরাও-তয়ান্না ভাইশেন ওইনরে ছায়বগী বাখল ফোংদোক্নে অমসুং নীংনৈ[৩৩]।

নুপা ময়ুমদগী পুবকপা হৈজীংপোৎকী হৈ-রা অমসুং অথুম-অছাও অদু লুহোংগদৌবিবী লৈশাবী অদুনা মহাক্কী মমান্নবীশিংগা লোয়ননা নুমিৎদুগী নুমিদাংবাইবমদা মখোয় ময়াম পুন্না চামিন্নৈ।

হৈজীংপোৎ পুদুনা অপোক-অশাং খুকপগী থৌরম পরেং পাং-থোকপ্রবী লৈশাবী অদুদি লুহোংলবীগী শীংদা চন্নে। মহাক মমা-মপাগী ময়মদা লৈজরবসু যম্মাক-শাগে ওল্লবীনি। মহাক্কী অপোক-অশাং, পোকোক্পা হৈকু পোত্তম কৎপ্রবা নুপা অদুগী ওইপ্রবীনি।

(ঙ) লুহোংবা নুমিৎ নোংমা য়াংলিতৈগী থৌরম—

লুহোংগদবা নুমিৎকী নোংমা য়াংলিতৈগী থৌরম পরেং অসি নুপা ময়ুমলোমগী থৌরম অমসুং নুপী ময়ুমলোমগী থৌরম হায়না থায়দোকপা য়াই। মখোযশিংগী য়াংরম মথাদা মথং মথং উৎচরি :—

নুপা ময়ুমলোমগী থৌরম— লুহোংবা নুমিৎ নোংমা য়াংলিতৈ-সিদগী লুহোংগদৌরিবা পাথং/নুপা অদুবু বর হায়না থংনবা তৌই। মহাক নুপী ময়ুমলোমগী মীনা মহাকপু লুহোংবদুগী বার্তোন তৌবা নুংথিলদা লাক্কদবনিনা শম-কোইনচীংবা ককলগা ঈরু-মাইথঙরগা চন্দোন চরা থিন্দুনা ফুরিৎ পুময়াং অতৌবা লিক্তুনা ফেজোম অতৌবা শেৎলগা য়ুমগী মাঙ্গোনগী ফম্মেন নক্রগা মাঙশোক্পা ফক অনগী মথক্তা ফি অতৌবা অমা থারগা থোঙ্ঘাই চন্দনা যম্মগা ভাইদুনা লৈগদবনি। মতমসিদা নুপী ময়ুম লোমদগী বর বার্তোন তৌবা ছাযদুনা লুহোংগদৌ-রিবা পাথং/নুপা অদুদা মথংগী নুমিত্তা পাংথোক্কদৌরিবা লুহোংবগী থৌরম অদুদা মহাক্না খ্বাইদগী হেন্না মরুওইবা মীশক ওইনা শরুক য়াগদৌ-রিবনি হায়বসি খঙহন্নবা পাউতাকপা (বার্তোন তৌবা) লাকই অমসুং

হায়রিবা থৌরম পরেংশি পাংথোকই। বর বাক্তৌন তৌবা লাকপসি লুহোংগদৌরিবা লৈশাবী/নুপী অদুগী মপা, মমা থোকপা নত্রগা মরী-মতা থোক্লবা অমা পুদুনা লৈশাবীদুনা অহল লম্মনা নুত্রগা মাখোযনা খনবা মী অহল অমা লাক্লদবনি। অহলা অদুনা অমাং অদুদা তৌনদবা মশং-মতৌ শুমলক তাক্লগা বর অদুদা পাউতাকপগী (লাকপীনবা হায়জরগী) শীঙ্কাসি পাংথোক্কনী। থৌরমসিদা চংনবী ওইনা অনৌবা ফিজোল ওাক্তা শেংলি, ইল্লি। অমাং অদুনা কুগো/মালিকা/অঙ্গোৎ নত্রগা মচুংশিনবা য়াবা অতৌবা লৈগী পরেং অমা বরদুগী চকশমদা হুক্লগা পানা-কানা শেম্বা পাউ তাকপগী খুদোল অদু কংলগা খুরুমদুনা বাক্তৌন তৌবগী থৌরমদু পাংথোকই। অদুগা বর বাক্তৌন লাকপশিং অদুবু নুপাদুগী/বরদুগী মমা-মপ/মহৈ-মচুনশিংনা ওমজবা খুদোল নত্রগা শেল ওইনা খুদোল কংলি। অদুম্না বর বাক্তৌন তৌবগী থৌরম পরেংসি লোয়শল্ল।

নুপী ময়ুমলোমগী থৌরম— লুহোংবা নুমিৎ নোংমা রাংলিডেগী নুমিৎসিদা লোথলদা বর বাক্তৌন তৌরনবগী থৌরাং শিল্লি। বরবাক্তৌন তৌবা : মথক্কী নুপা ময়ুমগী থৌরমদা হেংবিয়ু বর বাক্তৌন তৌরুরবদা অহল-লম্মনগী থৌরাং লোইরে, হয়েং লুহোংবা নুমিৎকী শেম-শাগদনদ মডাইরে। নুমিৎসিগী নুমিদাংদা মতম মতমগী চৎনবগী মতুং ইন্না লুহোংগদৌরিবী লৈশাবা অতগী ময়ুমদা লীক্লোন শারদুনা, রারী/পেনা/থোংজাম পবন ওন্দুনা নত্রগা লীলা তৌরনাচংবা পাংথোক্লগা লুহোংগদৌরবী, হয়েংদগী মৌগীশীংদা চনংগদবী, য়ুমদু থাদোক্লগা চৎথগদবী লৈশাবীদুনা মত্তন্ত-মমাম্নবীশিংগা হুরাও-তয় ম্না মতম লেনামম্নৈ।

## ৬) লুহোংবা নুমিৎকী থৌরম পরেং —

নুমিৎসিগী থৌরম পরেংগী মপুঙ ওইবা শরুকশিং পাংথোক্কদৌরিবসি নুপী ময়ুমদনি। অদুবু নুপা ময়ুমলোমদসু পণ্ডতা তাবা থৌরমদি নক্তে। লুহোংবা নুমিৎকী থৌরমসি নুপা ময়ুমগী থৌরম পরেং

মসুং নুপী নযুমগী থৌরম য়ালশিনবা মথংমনাও নাইনা ইথজরক্নে।

চাক **শীজবা**— খুাইদগী ইহান হানবদা বর ওইগদৌরিবা অমসুং কন্যা ওইগদৌরিবী অনীদু মযুম মযুমগী মী কনা অমতা চাক চান্নদ্রিইভদা মখোয় অনাতুনা খুাইদগী হান্না মুমিততুগী ওইনা অযুক্কী চাকলেন শীজগদবনি। মসিগী মরমদি মখোয় অনীসি পরমপুরুষ অমসুং পরম প্রকৃতিনি হায়বগী বাখল্লোন মাল্লি। লুখাক **শীজবা** (মী অমনা চাপ্পবা মসুংদা চাবা) য়াদে।

বর যাত্রা থৌবাং— নুপা মযুমদা বর ওইগদৌরিবা পাখং অতুগী মমাংদা ঘট চক্রু (ঈরাৎফু) লাত্তুনা পূজা তৌগনি। অতুগা পাখং অতুনা মথৎইনা তাজবা ফিজোল নত্রগা লুহোংবগী চৎনবা ফিজোল অশোমা মচু। পুময়াৎ যুরিৎ, ফৈজোম (মপান চন্দবা), ঈন্নফি অমসুং কোকয়েৎ যেত্তুনা মনাক্তা কাশেন, শেনাক অমসুং মিংশেল থমতুনা লুহোংমদা খোঙশাম্নবা শেন-শাতুনা লৈগনি। বরনা য়েৎকদবা কোকয়েত্তু শলাই কোকয়েৎ আচৌবদা য়েৎনা নখী যেৎকনি[৩৪]। অথক্ত অতৈশিং নত্র। বর শেন্নবনা শোরগী যিতুপ তাক্তুনা অমসুং খোঙশাম্নবগী পুংফম-খনফম তাক্তুনা খোঙশানহনগনি। বর যাত্রাগী মতমসিদা কনা কনাগুম্বনা মিয়েংফু[৩৫] লাংনবসু য়াওই। মতমগী চৎনবী মতুংইন্না বঝাই থেঙ্গুন নত্রগা বেন পার্টি য়াওননসু য়াওই।

কন্যাগী খোঙগান পুংফম— নুপী মযুমদসু কন্যাগী মমাঙদা নুপা মযুমগা বরগী মমাঙদা পৌখিবতুগুম ঘট চক্রু নত্রগা ঈরাৎফু লাহনুনা থোঙ্গান পুংফম শফবা য়েংবগী পূজা তৌগনি। থোঙ্গান পুংফম য়েংনসিগী মমাঙদা কন্যাদু ফিজেৎ লৈংহংগনি। লুহোংগদৌরিবী নুপী অসি য়ান্না ভাল্লিইগৌ মতমদদি চিনফি/চকফি-লাইফি ফনেক, মথংদা ফনেক মপান খোইজাও লোননী, মথংদা খোইঅকোয়বী লোনবা ফনেক শেৎনরম্মী। ফিনা মাইমু তোমশোন, নমথাংখুল্লক্তা লুহোংফজিন হাপ্তবা/হাপ্পা অসি ইম্নরম্মী। ফুরিৎ শীজিন্নরক্নবা মতমদা রেশম ফুরিৎ শাইককপা (খশংবা মচুনা নম্না শিজিন্নে) লিংলি। কোক্তা লাংমৈ পুংলেন, নোইনীখোই মতু, উরেকশেক, মমৈদা কজেংলৈনচিংবা কোক্কী

লৈতেং শীজিন্নৈ। লীক্তা, কিয়াং লীকফাং, মরৈ পরেং, থরোই মনীং পরেং, হৈক্রু পরেং অসিনচিংবা শিনৈ। নিংথৌ মচাইবেম্মাশিংদি কুমিন শেংপস্থ য়াওনৈ। অদুবু মৈদিংগু নরসিংহ (খৃঃ ১৮৪৪-৫০) গী মতমদগী লুহোংবদা পোৎলোয় শেৎপা, কজেংলৈ হাপ্পা হৌরবখি[৩৬] অদুগা মৈদিংগু চুড়াচান্দ (খৃঃ ১৮৯১—১৯৪১) মহারাজগী মতমদগী শম বেনী লোনবা, শমদা কুরাক পাইবনচিংবা মথং মথং হাপকৎনরক্লুনা চংনরকই[৩৭] অদুগা কন্যা শেন্নবনা শোরগী ফিবম অমসুং থোঙ্গান পুংফম তাক্তুনা কন্যাস্থ লুহোংফমদা খোংশাল্লক্কদবনি

সংকীর্ত্তণ হৌবা— বর-কন্যাগী থোৱাংশিংসি তৌনরিবৈগী চৈরকসিদা মুপা ময়ুমগী অখণ্ড অহৈনা সংকীর্ত্তণ হৌবগী মতম ওইরা হায়না তাক্লনবা মুপা ময়ুমগী অহল অহুম-মরি থাদুনা মুপী ময়ুমদা নক্রগা লুহোংফমদা সংকীর্ত্তণ হৌবা য়াবগী মতম থগৎনগনি। মতুদগী মুপী ময়ুমগী অহল লম্মনশিংনা সংকীর্ত্তণ হৌহনগনি।

সংকীর্ত্তন হায়বসি হিন্দুগী মৈ হৌদুনা তৌরিবা যজ্ঞ অদুগী মহুৎশিনবনি। যজ্ঞগা সংকীর্ত্তণগা মগুন চপমান্নৈ। মৈ হৌদুনা যজ্ঞ তৌরিবদি সংকীর্ত্তণ য়াওদবস্থ য়াই। মতৈ-মনাও ওইগদৌরিবা অনীদুনা লৌন-লৈনবগী শাক্ষী মৈনা ওইবা অদুগুম সংকীর্ত্তণনা শাক্ষী ওইবনি। মরমদি সত্যদা তপস্যানা, ত্রেতাদা যজ্ঞনা, দ্বাপরদা সেবা অমসুং পুজানা অমসুং কলিদনা সংকীর্ত্তননা পরমাত্মা ফংননবা লম্বীনি[৩৮]।

মুপা ময়ুমলোমগী কাংবু লাকপা :

সংকীর্ত্তণগী ঈশৈ হৌগ্রে খগলবা মতুং পুংমুক লৈরগা মুপা ময়ুমগী কাংবুনা ফিরুক নোংশাংগী লাই-কৎননবা ফিরুক্তা মাগু থারগা বর, বর মমান্নবশিং অমসুং লুহোংবগী থৌরমহু য়াওবা লাকপশিংনা মতুগী মতুং ইন্না চত্তুনা লুহোংফমদা খোঙশাল্লক্কদবনি। ফিরুক নোংশাং/মুংশাং হায়বসি লুহোংগদৌরিবা পাথং ১স্থং লৈশাবী অনিদুগী য়ুম্বাবগী পুন্সিগী খুদম চাংদম য়েংননবা ফিরুক অমদা—চেঙ. থুম কাঙ্গুপ (মৈতৈ থুম থুম্পাক জনি মমায় ওনশিন্নদুনা থম্বা) ২, অদুগা অতোপ্পা নাকল অমদা লশিং ময়োম ৩

হৌদাকমন', শিং হাপ্লগা[৩৯] মথুম খুমজিল্লগা, ফিরুক অসিগী মথক্তা ফি অভৌবা অমনা কুপশিল্লগা মতু অমুক পয়ানা পুনশিন্দুনা য়োমশিনবা লাইদা কৎননবা পোৎলম অমনি। ফিরুক নোংশাং পুগদৌরিবা নুপী অসি মশাদা শিত্র লৈতবী,—অখন্নবী, ধর্ম্মগী খুম্নাইগী চৎনবী বায়েল কাযদনা লুহোংলকপী অমস্তুং মচানিপানা খুাইদগী ইহান হান্না পোবপী ওইগদবনি। ফিরুম নোংশাং অসি পুবক্লগা লুহোংগদবা নুপীতুগী ময়ুমগী ফুঙ্গা লাইরুদা খিন্দুনা থমখিগদবনি[৪০]। মসি লুহোংবা নুমিৎকী মতুং মঙানি স্নবা (লুহোংবা মুমিৎ থারগা) নুমিত্তা মতুগী খুদম চৎদম য়েংননবা কাইথোক্তুনা য়েংগদৌরিবনি[৪১]।

দিউতি ওকপা— লুহোংগদৌরিবা বরনা লুহোংফমগী থোঙ্গাল য়োরক্লবদা নুপী ময়ুমগী অরাংফম্না লাইনাং-তৌনমাং অমস্তুং লাইমু তৌনমু তাম্পোক্লবগীদমক্তা মৈবুল হাইজাও ওকপা নপ্রগা দিউতি ওকপা হাযবা থৌবম অসি পাংথোক্কান। মসি মমাঙৈঙদদি খোইজু লাইখাম, মৈ থাদুনা মৈথু কাহম্লগা মৈথুতুনা হকচাং ফুহল-য়েহল্লগা খোইজু লাইখাম ওকপা হায়তুনা পাংথোক্লরম্মী। মসিগী পোৎচঙশিংদি-কপ্পী, বাইশেং, খোইজু-লাইখাম অমস্তুং নুপী ময়ুমগী ফুঙ্গাগী মৈ অসিশিংসিনা ওইরম্মী। দিউতি ওকপগী থৌবাংসিনা খোইজু লাইখাম ওকপগী চেকশিন থৌরাং অসিগী মতুং শিনখিবসি চাওরাক্লা মৈদিংগু গরিবনিবাজ মহারাজ (খৃঃ ১৭০৯-৪৮) মতমদগী হৌরকপা ওইনা তৌই[৪২]। দিউতি ওকপদা তৌরিবা থৌরাং অমস্তুং পোৎচংদি—থগাইমুক শাংবা বাচেৎকী চৈ অহুমদা মখোয়গী তংখায় য়োবা ফাওবা অশাংবা ফিজেৎনা য়েৎলগা ঘী লুপ্পবা অহুমতু ফুঙ্গা লোঙজুম/মুঙতুম শানা মী অহুম্না মথক্তা হাইগত্তুনা মতোন মথৈ চিল্লোক্লহল্লগা মৈ চুতুনা চমখৎলি অতুগা মৈ অতুদা মেক্রুক, কবোক অফাবা অমস্তুং লৈ অভৌবা[৪৩] অহুমুক লুনগত্তুনা থাদোকই। মসিস্ন লাইমু-তৌনমু তাম্পোক্লবা মৈবুল হাইচাও থান্দুনা ফুঙ্গাগী মৈশেং ওকপতুগী ভাবনি[৪৪]। চেকশিন থৌরাংসি পাংথোকপদা অরাই-অথুম তৌনবা বাহৈ থরা মেক্রুক, কবোক অমস্তুং লৈ চাইথৎপগী মতাংদা শীজিন্নরি। হৌজিক চৎনরিবা হিন্দু ধর্ম্মগী ওইবা বাহৈশিংতুদি-

তুনগংলিবা অরাংফমগী মীতুনা-দিউতি মঙ্গল, হরি হরিবোল-হায়না মানা তুনগংপা খুদিংগী লাউগনি। মৈরা পায়রিবা অমসুং মনাক্তা লৈরিবা মীশিং অতুনা মহাক্তা লাউবা খুদিংমক্তা হরি হরি হায়তুনা খুমগনি। থৌরমসি লোয়বগা বরতু চঙশিন্নবা থৌরাং তৌগনি।

ময়া ওকপা—লুহোংগদৌরিবী নুপীগী মমানা নত্রগা মমাগী মথৌ মবেং শিনবা ভূমী অমনা শাগৈ-নাইৎ/মরী মতা নত্রগা মহাক্কী মমাঙদা মসীডদা চঙ তাবা নুপী খরগা লোয়নতুনা বরগী দিউতি ওকপা লোয়প্রবদা লুহোংনবগীদমক্তা লাক্লিবা বরদা কা লান্দুনা ওকনি। মসিবু ময়া ওকপ হায়না খঙনৈ

বরগী ফম্ফনদা চঙবা—ময়া ওকপগী থৌরম পরেং লোয়প্রবদা চঙশিনকপগী মতুং ইন্না বর শেম্নরিবতুনা তাকপা পাউতাক্কী মতুং ইন্না বর অতুনা মণ্ডলী নত্রগা মাণ্ডব মচীদা চঙশিন্দুনা লাক্লিবা সংকীর্ত্তনতু খুবক্নী। অতুগা বর শেন্নবা অমসুং মমান্নবা বর লাক্লিবা শংতুগা লোয়নবা লুহোংগদৌরিবা বর অতু লুহোংফম অতুগী অরাংলোমগী কৌক্রু লাইচা পাংনা লৈরিবা, বরগী ফম্ফম শেমতুনা থম্লিবা অতুদা চঙতুনা ফমগদবনি।

হোংফম, মাণ্ডব ময়ায় চঙবা—বর অমসুং বর মমান্নবশিংনা বরগা ফম্ফমদা চঙতুনা ফমলবদা অরাংফম্না বর অমসুং বর মমান্নবশিংদা লৈ-চন্দন চঙগনি অমদি পানা কায়েন্দুনা খুদোন তৌগনি। সংকীর্ত্তন ঈশৈ হাতুনা ভাইখক শৈরবা মতুংদা সংকীর্ত্তন শায়বা অশৈবনা বর চঙলক-পা য়ারে হায়বগী ঈশৈ পীরকই। মতমতুদা মাণ্ডপবা ময়ায় অমসুং সংকীর্ত্তন শকফমগীসু ময়ায়তুদা লুহোংফম শেন্ননবা থৌরাং তৌরকই। মফমতুদা বরগী ফম্নবা লুহোংবগী ফম্ফম লুহোংফাল থারকই। লুহোং-ফাল শাক্লন্নবসিদা অম ভদা ফক (কৌনা ফক লীফক অসিনচিংবা) মথক্তা অতৌবা ফিগী অমা থারগা বর ফম্ফম ওইনবগুম তৌই। শক্লিবা ঈশৈগী মতুং ইন্না বর শেন্নবনা বরগী শেংলি-ঈল্লিপা মফিমরোলতু শেমজিন শাজিনবীরগা মহাক্তা লমজীংতুনা বর অতু মাপণ্ড ময়ায়দা চঙলকই অমসুং হান্ননা থাতুনা লৈরবা লুহোংফাল অতুদা বর শেন্নবতুনা ফমহল্লি।

লুহোংবা শোনবা হৌবা—বরনা লুহোংফালদা ফমগ্রবদা লাইশোন-তীনশোন তৌগদৌরিবা ব্রাহ্মন/পুরোহিত অদুনা লুহোংগদৌরিবি বন্যা অদুগী মপা/ মবুং নত্রগা দান পীগদৌরিবা শাগৈগী অহল নত্রগা মপাগী মচুং-মরেং, মথৌ-মওম পুবা ওগ্না মীশক অমগা লোয়ননা চওলক্তুনা ফম্লিবা বর অদুগী মমাও ওইরপ্না লাইখুরুমফক মচা থাদুনা ফম্নগা পূজ-লাংজা, তৌকম থোকপশিং তৌবগী লাইশোন-তীনশোনবা হৌই। মহু লোযরম্নগা পুরোহিত অদু কন্যাগী পোৎলোয় শেংফম নত্রগা লুহোংবগী যাত্রা তৌরকফমদা চওখিদুনা কন্যাগী মমাওদা যাত্রা পুংফমগীদমক ঈরাৎলুই। মতাং অসিবাইদা লুহোংগদৌরিবা বরগী মপা/মমা/অহললম্মন নত্রগা অরাংফম (বর ময়ুমলোমগী) না লুহোংগদৌরিবী কন্যাগী মমা-মপাদা ওাইশেন ওইনরগদবনি হায়বগী খুদোলপোৎ—ফিরোল, ফনেক-ঈন্নফি, কৈজোমনচিংবা তম্মী। অসিগুম্না কন্যাগী মম-মপানস্ন খুদোলপোৎ হন্দুনা তম্মী। খুদোল পীনবগী মওংদি—ওাইশেন ওইনগদৌরিবা ঈমুং অনি অদু থাক মান্নরবদি খুদোলপোৎ অতম-অহুন তৌদুনা (অমনা তম্নকপা অমনা মতুগুমদুনা অমুক হল্লকপা) পীবনি[৪৫] অদুগা থাক মান্নদ্রবদি থাক অনেম্বদুনা অবাংবদা খুদোল তমই।[৪৬] অরাংবনদি খুদোল হন্দে অসিনি। অকোনবগী সিব্ কাগোক হানবা নত্রগা মনকং/মংকৎ তম্বা হায়না কৌই[৪৭] মসি অপোক-অশাংমন নত্রগা চন্নু-নিংওোলমল পীবা মথল অমনি। অদুগা মুপা ময়ুম্না নুপী ময়ুমদা পীবা খুদোল অসিদা অথেন-পোৎ লুকমায় অনিমু য়াওগদবনি। লুকমায় অমনা য়েনশাং-নাপী অমসুং থোংদুনা চান-থক্কবা মনা-মশীং হাপই। অদুগা অমনা কন্যা অদুগী শেংন-ঈন্নবা মফি মরোল, শিননবা লীক-কোন, খুংজি-নাশি অমসুং খুদোপনচিংবা য়াওই। য়েনশাং-নাপীগী অথেনপোং শেম্বা খুদোল অদু নুপী ময়ুম্না লৌবা মতমদা য়েনশাং—নাপীগী তংখাই অমতমক লৌরগা তংখায় অমদি মুপা ময়ুমদা হল্লি[৪৮]। মসিনা তাক্লিবদি অরৈ-লৈত য়েন্নদুম্না চাম্মিন্নবগী থাখল্লোনি। অদুগা লুহোংগদৌরিবী বন্যাগী শেংনঈন্নবা, শিন-য়াম্নবা খুদোলশিং তম্নকপদুদি নুপী ময়ুম্না লৌশিন্নগা হোরেন নুপী থিনগ্রবা মতমদা নুপী ময়ুমগী মমহান-মন্দোম্না নুপা ময়ুমদা পুরক্লুনা অমুক নুপীহুদা পীরৈ[৪৯]।

কন্যা থোরকপা—মশাগী ফিজেৎ-লৈতেংবা লোয়গবী নত্রগা পোৎলোয় শেৎপা লোয়রবী নুপীদু মহাকী যাত্রাগী পুংফম ঈরাৎপা লোয়রবদা পুরোহিত নত্রগা লুংহোংবা শোনগদৌরিবা পণ্ডীত/ব্রাহ্মন অদুনা কন্যা শেন্নবা/শেন্নবী নত্রগা নুপী শেন্নগদৌরিবা/শেন্নগদৌরিবী অদুদা শিন্নরম্নগা লুহোংবা শোনফম মাণ্ডপ ময়ায়দা থোরকই। কন্যা থোকপগী পুংফম য়ৌরক্লবদা নুপী শেন্নরিবা/শেন্নরিবী অদুনা কন্যাদুদা শোর-ফিতুপ চুন্না খোঙ থাংদোকহন্দুনা খোঙশ'লহন্নগা মহাক্না শেন্নচ-না কন্যাবু লুহোংফম মাণ্ডপ ময়ায়দা পুথোক্লকই। সংকীর্ত্তণ অমসুং সভা খুরুম্নগা লুহো'ফমদা চঙলকই। অদুগা লুহোংবা শোনফমগী মনাক নক্না মমায় শঙ্খোঙ লাইচী পাংনা ওন্দুনা বরগী ওযবোম থংবা মফমদা ফিদা/ফান/মোন্নেক থাদুনা ফমহল্লি[৫০]।

লুহোংবা—বর কন্যা অনিমক মাগী মাগী ফম্ফমদা যম্নবা (বরদি মমায় নোংপোক ওনগনি) মতমদা অনিমকপু নাহৈথোকপীরগা নত্রগা শেংদোকপীরগা (ঈশিং অমসুং লাইশোন্না) মখোয় অনিগী লুহোংবগী লাইশোন শোনবা হৌই। মৈতৈ হিন্দুগী লুহোংবদা শোল্লিবা লাই-শোনগী লোন অসি সংস্কৃতনি। মমাওগী লুহোংবশিংদদি মৈতৈ লোন্না শোল্লি। মসিদসু বরগী পারোন-পুরোন তাক্নুনা শগৈ/য়েক্কী ওইবা ঋষিশিংদা খঙহন্দুনা অমসুং কন্যাগীসু পারোন-পুরোন তাক্নুনা শাগৈ য়েক্কী ঋষিশিংদা খঙহন্দুনা যুম্নাক/শাগৈ/য়েক/শলাই অমদগী অমদা চঙথিবদুবু তাইরগা লৈরিবা লৈথক নোথা-লৈম্নায়গী লাই কোটি ৩৩ দা তাক্নুনা মখোয়বু শাক্ষী থম্নগা অমসুং সংকীর্ত্তণ পুরিবা লাইবিষ্ণুনা অরেপ্পা শাক্ষ থমদুনা তাই। থোরমদুদা শরুক য়াররিবা/লাম্লিদা বরগী অমসুং কন্যাগী শাগৈ-নাতৈ/মরী-মতা/অহল-লম্মনশিং অমদি লৈকোক-লৈকায়গী য়াওবিররিবা মীওইশিং পুম্নমক্না খঙহৌ-উহৌ-তা-হৌবা ওইদুনা—বর-কন্যা অনিগী নুপা-নুপী ওইরিবা থবাই হকচাং অনি অছু লাংলুম ওইরে, তুগা বাগা নুমিৎদগী ওইনরে, নুপী অছু নুপা অদুগী যুম্নাক শাগৈদা ওল্লে, তিল্লে-হায়বা খঙহন্নবা দোরী পুল্লি। দোরী পুনবা হ'য়বসি—নুপী য়েৎকী খুবাক্না মথক থংলগা নুপাগী

য়েংকী খুবাক্তা মথা থংতুনা লোম্নরগা লোন্নরিবা খুবাক অনিতু লুহোং-লিবী নুপী অতুগী মন্ধান/মন্দোন অমনা মখোয় অনিতু অমতা ওইনা লাংবুম ওইরে হায়বা তাক্লবা পয়াগী থৌরী নত্রগা লৈ-পরেং অমনা পুনবনি। অতুগী মতুংদা নুপা-নুপী অনিতুগী থরাই হকচাং অমসুং হকচাং কয়াংশিংতু লাংবুম ওইনা অমতা ওইবা অমসুং মায়দবা তিন্নবা য়ারিবতুগী খুদম দোবী পুল্লিবা খুবাক অনিতুগী মথক্তা য়েক-শলাই লুপতিনগী কৎচনবা পোৎ কুজপোৎ অতু থাঙজতুনা হাপ্লগা অনিনা অমতা ওইবতুগীদমক্তা অনিমক্তা পুল্লপনা কৎমিন্নে[৫১]।

কুজপোৎ য়াবা—মসি লুহোংবা থৌরম পরেংগী মথেল অমনি। কুজপোৎ হায়বদি কৎচনবা পোৎ হায়বনি। কুজপোৎ হায়রিবা অসি লৈপাক্তী কথী অমদা চেচ, য়ুবী ১, লফোই লফাং চংথোকপা ১, হৈ, মনম নাইবা ১, লাংথৈ মপোপ ৩, লৈশং মপোপ ১, লৈ খরা অমসুং ফি অভোবা ফিরাক/ফিরাং ১, থুপ্লগা হাপ্পা কৎচনবা পোৎনি[৫২]। কুজপোৎ অসিনা বর-কন্যা অনিগী মখুবাক মথক্তা লৈরিঙৈসিদা নুপী অতুবু পোকচবা মপানা খাইদগী ইগান হান্না মহাক্তা ভমজবা খুদোল/শেল থর কতুনা খুরুম্নগা বর অতুদ। কন্যা অতুবু দান/কন্যাদান তৌই। অমুম্না মথং মথং কন্যাগীয়ুম্নাক শাগৈগী মবু-মপা মখুম্না মতোন-নচীংবা পুন্নমক খুদোল পীতুনা দান তৌনৈ। মসিবু মৈতৈশিংনা দান তৌবা/থাদবা হায়না খঙনৈ। অমুম্না দান পীবগী থৌরম পরেংসি লোয়রগা বর শেন্নবনা বর-কন্যা অনিগী মখুবাক মথক্ত লৈরিবা কুজাপোৎ অতু লৌথোকই। অতুগা মহাক্তা পুখিতুনা মিতম ভা থাক্লবদগী হক্তিল্লক্তুনা লুহোংফমগী নোংপোক্তা বরগা মায়য়োক্তুনা ফমলিবী বরবু পোকচবী মমা নত্রগা মন্ধান/মন্দোন নত্রগা কুজবা য়াগদবী নুপী অতুগী মফমদা পীগনি। কুজবা য়ারিবীতুনা বর-কন্যা অনিতুগী য়াইফবা নুংঙাইবা মখোয়গী মচা-মচু অফবা ফংজবা অসিনচিবা অযবা রাখল-গা লোয়ননা মশানা ঈল্লিবা ফি, ঈন্নফিতুগী মনুংদা কোন্দুনা থমগনি। অতুগুম্না থত্ত অনিনা অমতা ওইবগী পুনখিবা খুৎ অনিতু থোক্তৌবা ফাওবা থমগনি।

মিতম ঙা থাবা--বর-কন্যা অনিনা লাংবুম ওইবগী খুং পুন্দুনা কুজ-পোৎ কৎননবা লাংনরিঙৈগী মরকসিদা মুপা মযুমদগী লুহোংনবগী দমক লাক পদ' চয়ুদা হাপ্লগা য়োক্নুনা পুরকপা বর বন্য অনিগী মিতম ঙাদু লুহোং-লিবা বরগী মমানে লুহোংলিবী কন্যাগী মমানে অনিনা মিতম ঙা অনিদু মুপী মযুমগী য়ুমসাই ল ই নিংথৌ সনামহীদা কৎকনি। মিতম ঙা কৎপসিদা ঙা অসিনা রর অদুগী, ঙা অসিমনা কন্যা অদুগী মহুৎ-মরেং শিল্লবনি[৫৩] হায়না নীংজরগা ওইহনবীয় হায়না নীজরগা কৎকদবনি। অসুম্না লাইনিংথৌদা কৎলবা মতুংদা মিতম ঙা অনিদু অনকপা পুখি/তুরেল অমদা ঈশিদা চপমান্নমা থাদোকখিগদবনি। মসিবু মিতম ঙা থাবা কৌই। ঈশিংদা থাদোকখিবা মিতম ঙা ঙমু অনিদুনা ঈশিংদা চৎখিবগী মওং-মতৌ য়েংলগা বর কন্যা ওইরিবা অনিদুনা তুংদা মতৈ-মন'ও ওইনা পানমিন্নবদা ওইবকদবা পুন্সিগী খুদম-চাংদম খঙবা ঙমই হায়না লৌনৈ[৫৪]।

লৈ কোযবা—লাংবুম ওইবগী খুং অনি পুল্লংদু কুজপোৎ কুজবা লেংয়বগা কন্যাদান তৌরগা কুজপোৎ লৌথোকখিবা ঙাইহাক লৈরগা থোক্কদবনি। খুং পুনমিন্নবসি থোক্লবদা কন্যা/মুপী শেন্নবা/শেন্নবীনা কন্যা অদু ফম্নবদগী হৌগৎহল্লগনি। মহাক্না ফমলুবগী মফিমরোল শুপ-চিনবা, পোৎলোয় কোপশিনবনচীংবা তৌরিবদু কন্যা শেন্নবা/ শেন্নবীনা শেন্দী। শেন্দী শাবীবা লোয়রবদা মহাক্না লমজিংদুনা কন্যাদুগী মশাগী য়েংওইননা বরদুগী অকোয়বদা কোয়বা হৌহনগদবনি। মতুনা অমুক-রক কোয়বা মকোয় ফারগা হেন্দোক্নুনা লাকপনা বরদুগী য়েৎলোমগী মাঙ ওইরপ য়োরকপা মতমদা মুপী শেন্নবদুনা লেপহল্লগা কন্যাদুগী মথুক্তা অচোইবা লৈ খুজোক অমা কৎপীগনি। অদুগা লৈ পোল্লাংদু থম্নগা লৈ য়াওরিবা কন্যাগী খুজোক্তা মহাক্না পায়বিরগা লমজিংদুনা বরগী য়েংলিবা কোকয়েৎ মথক্তা লৈ চাইহনগনি। অসিগুম্না তরুক হল্লা কোয়রগা তরুক্রক শুনা লৈ চায়হনগনি। অদুগা তরেংলক শুবা কোয়রকপগী থুংলম্না মতমদদি অচোইবা লৈ মাগী খুজোক্তা হাপ্লরোই তরেংলক শুবসিদদি মুপী শেন্নবীনা হান্নমা লেংদুনা থম্নবা কুন্দো/

আঙাং পরেং অনিথক কন্যাগী মখুং অনিদা পীদুনা পায়হল্লগা লৈ পরেং অনিদু অমুত্তদা বরগী ওকশমদা হুকহনগনি (লৈ পরেং অঙৌবা কুণ্ডো পরেংনা খাইদগী হেন্না চংনৈ)। মতুদগী বর শেন্নবনা লৈ কোইনা পক্লিবশিংদু কম্থোকপীরগা বরগী ফিবম শেন্থীরগা মওক্তগী কুণ্ডো পরেং অনিগী মরক্তগী অমা লৌথোকপীগনি। অসুম্না লৌথোক্লবা কুণ্ডো পরেংদু বরগী মখুং অনিনা মীঙোন্দা হুকপা য়ানবা মঙংদা পায়হনগনি। অদুগা বন্যাগী ওকশমদা কুণ্ডো পরেংদু হুকহনগনি। মতমসিদা কন্যাদি বরদা লৈ পরেং হুক্লবা মতুংদা হুপী শেন্নবনা তাক্লনা চংথ্রগা বরগী ওয়থংবা মায়কৈদা লুহোংফালগী হাংলিবা শরুক্তা ফমথ্রবনি। থৌরম পরেং অসিদা কোয়না লৈ চাইবা অমসুং লৈ পরেং হুকপগী থবক তৌবনা থৌরম পরেংসিবু লৈকোয়বা হায়না কৌনৈ। করিগুম্বদসু লুহোংবা কোয়বা হায়নৈ।

কাংশুবী লাম্নবা— লৈ পরেং হুক্লবা লোয়রবদা বর শেন্নবা অমসুং কন্যা শেন্নবা/শেন্নবী অনিমক্তা বর-কন্যা অনিবু যম্নদগী হৌগংহল্লগনি। মফি-মরোল শেমজিন শাজিনবিরগা মথোয় অনিগী (বর-কন্যাগী) ফিজি কাশিন্নবীগনি। ফিজি কাশিন্নবা অসিগী থাখল্লোন্দি বর-কন্যা অনিসি অব-ঙাংঙাই অনিমক্তা তৎন-থানবা লৈরোমদনি—হায়বা মাল্লি। মতুদগী কন্যা শেন্নবনা তাক্তনা মহাক্ত লমজংলগা কনানা মাঙ থংলগা বরনা তুংদা চৎলগা বর শেন্নবনা তুং ইন্দুনা কন্যাদুগী মযুমদা চঙলগনি। মতমতুদা বরগী মরুপ-মপাং অমসুং কন্যাগী মথোয়নৌ-মতাশিং লুহোংবা য়াওবা লাকপশিংসু য়াওগনি। য়ুমদুগী ঈমুংগী অহানবা কাদুদা হান্ননা ফিদা থাদুনা লৈরম্বদুদা বর-কন্যা অনিমক য়েৎকা ওয়গা থম্মাংননা ফম্মিন্নগনি। মসিদা বর অসিদি কনাগুম্বা মাগী মরুপ অমনা পমগনি মতমসিদা যাওরিবা লৈশাবী পাথংশিং অদুনা থাহৈগী লান শোক্লগনি। কনাগুম্বী লৈশাবীশিংনদি বর ফুবা; বরগী ফি-রোল চিংবা অমসুং মতুদা ফুরিৎ ফিরোন চংবা শেগায়বা য়াওনৈ। অসুম্না লাংনা লাংনা বর-কন্যা অনিদু কাংশুবী

লান্নগনি। কন্যানা বরদা হাননা লানগনি। অদুগা বরনা কন্যাদা কাংশুবী লানবা হনগনি। পাথং-লৈশাবীশিংনা পাথংনা বরগী মীচঙ অমসুং লৈশাবীশিংনা কন্যাগী মীচঙ চঙনদুনা অওক-অথোম লংনদুনা, করেম্মদুনা লংন্দুনা ফাগী জোগাই তৌনগনি। মসিগী মুংগী ওইবা ঈচেন্দি বরনা কন্যাগী মতারোয়-মমান্নবীশিংগা শকখঙনবা অমদি কন্যানা বরগী মরুপ-মপাংশিংগা শকখঙ-মায়খঙনবগী শক্তাকুবগী থৌরম পরেংনি।

সংকীর্ত্তণ লোয়শিন্নবা শীঙ্গোঙ— বর-কন্যা অনিনা কাংশুবী লান্নদুনা ময়াম শকখঙ-মায়খঙনবগী থৌরম পরেংসি লোয়রগা বর অদুনা ফিজি কীসি কীশিন্নরিবদু থোক্লগনি। মহাক্কা কন্যাবু ইমুংদা থম্মগা মপান্দা থোক্লক্লগনি। অদুগা লুহোংবগী সংকীর্ত্তণ শকফমদা লাকনি। মফমদুদা মহাক্কা মহাক্কী কোকয়েৎ লৌথোক্লনা বর শেন্নবদা পায়হল্লগা সংকীর্ত্তণগী ঈশৈ শক্রিবা অশৈবশিংবু ঈশৈহনবা, পুং-য়েবা, দোহার, খোন পাংবা অমসুং পালাশিংবু মশক খঙনা খঙনা খুরুমগনি। অহুদসু নক্তনা সংকীর্ত্তণ তারিবা অহল লম্মনশিং অদুবুসু খুরুমগনি। বরনা খুরুম্নবা অসিদগীদি লুহোংবগী সংকীর্ত্তণ/ঈশৈ অদু লোয়শিনগনি। ঈশৈ লোয়শিল্লবসিদদি বরদু মহাক্কী মরুপ-মপাংশিংগা লোয়ননা ময়ুমলোমদা চৎথ্রগনি। অসুম্না নুপা-নুপী লৌন-লৈনবগী লাইশোন-তীনশোন তৌবগী থৌরম পরেং অসি লোয়শিল্লি। লুহোংবা নুমিৎকী থৌরম পরেংশিংসি নীংশিংনবগীদমক্তা ফোটো কয়া নমদুনা থম্মে। অদুবু হৌজিক্কী মতমদা ভেডিও কেমেরা তোঙলকপগী মতুং ইন্না নুমিৎসিগী থৌরম পরেংশিংসি অমতাচিৎথদনা ভেডিও লৌশিন্নহৌবসু য়াওই। বর লাকপদা বঝাই খোংবশিং পুরক্লগা নুপী থিনবগী থৌরমদা শিজিন্ননবা থনম্মী। সংকীর্ত্তণ লোয়শিললবদা নুপা ময়ুমগী অহল লম্মনশিংনা মখোয়না পুরকপা কবোক অমসুং কা খুদোল তৌগনি। অদুগা নুপী ময়ুমগী অহলশিংনসু লুহোংফম ময়ায়দা লাক্লগা লুহোংফমগী অরাং অনহুং নোংপোকলোমদা ফম্নিবা নুপা ময়ুমগী

অহলশিংদা কবোক অমসুং ক্য়া লাললি। অসুম্না লুহোংবগী থৌরম পরেংচু লোয়শিল্লি।

নুপী থিনবা— লুহোংবা লোযরবা মতুংদা বরদি মহাক্কী মরূপ-মপাংশিংগা লোয়ননা ময়ুমদা চৎপ্রে। অদুগা লুহোংলবী নুপী অদুদি মহাক্কী মপামদা লৈহৌরি। মসিদা নুপীদুগী মপামগী শাগে নাইত, মবা-মভাশিংগী নুপা-নুপী পুন্নমক হৌদুনা অমসুং লৈকোক লৈকায়গী মীশিংসু য়াওনা নুপী অদুবু নুপা ময়ুমদা থিনবী। মসিবু নুপী থিনবা হায়না কৌই। নুপী থিনবা মতম অসিদা অওং-অউনপোংসু তন্বী। য়ুমগী/শাগেগী/লৈকায়গী নুপ -নুপী পুন্নমক লুপ্নুনা নুপী থিনবা চৎনরবসু নুপী অদুবু পোকচবী মমাদুদি থিনবা চৎপসিদা যাওদে, চংনদে[৫৫]। থিনবসিদা নুপীগী মপানা চৎকদবনি। মপা লৈত্রগা শাগেগী অহল অমনা মপা শাদুনা চংনৈ। লুহোংবা নুমিৎকী লুহোংলবা নুপা অমসুং লুহোংলবী নুপীগী যমুং/ফম থাবগী থবকসি লুহোংলবী নুপীদুগী মমাগা পোকমিন্নবা মবুং নত্রগা মপাংগা (নুপীদুগীদি মাম্মা) না থানৈ[৫৬]। মসুম্না ফমুং থাবসিনা নুপা অমসুং নুপীদুনা খ্বাইদগী হেন্না য়াইফবা ফংই - হায়না হায়নৈ। নুপী থিনবসি ওসিদগী চহী ৫০ রোমগী মমাঙ-দদি শামু নত্রগা দোলাযদা থিনবসি যান্না লেম্লরম্মী। অনকপা মফমদদি হৌজিকসু খোঙনা থিন্নরি অদুবু হৌজক্কী মতমসিগী মমাঙগী মতম খরদা কারদা থিনবা হৌদেক্রকথি। হৌজিক্কী মতমসিনা জিপসী মাকতীগী মতম ওইবনা মখোয়সিদা লুহোংবা থিনবসি যাম্না চংনরি। মতম খবগী মমাংদা নুপী থিল্লকপদা নুপা ময়ুমদা মাইক খোংলম্বসি যাম্না চংনরম্মী, হৌজিক্কি চংনদ্রে।

নুপী থিল্লকপদা মৈ ওকপা— থৌরম অসি বরনা লুহোংবা লাকপদা লুহোংফমগী থেঙান্দা মৈ ওকপা নত্রগা খোইজু লাইখাম ওকপা নত্রগা লেঙতি ওকপগা চপ মানৈ। মথক্তা য়েংবিয়ু।

মমৌ ওকপা— লুহোংলক্লবী নুপী অদুবু থেঙান্দা মৈ ওক্নবা মতুংদা নুপাগী য়ুমলোমদা পুশিল্লকই। মহাক্না শুমাঙ য়ৌরকপা

মতমদা লুপা অতুবু পোকচবা মমানা/মমাম্না/মন্দোন্না নত্রগা মমা শাবী অমনা মমৌ ওইগদৌরিবী লুপীতুগী য়েংলোমদা কোল্লগা ওকপা চৎনৈ। অতুবু মঙম খরগী মম'ওদদি মমৌ লুপীতুগী ওয়রোমদগী কোল্লগা ওক্লখ্রগী খুদম ফংই। মনেমতুনা নত্রগা মনেম শাবীতুনা মমৌ ওক্লগা তুলসীবুঙদা মমৌতুবু পুশিন্দুনা মমায় নোংপোক ওন্না বৃন্দারানীবু খুরুমহল্লি। থৌরম অাস অনৌবা হাপবৎলকপা মাল্লি।

মমৌ য়ুমজঙবা— মমৌ ওক্তুনা বৃন্দারানী খুরুমহল্লব। মতুংদা মনেমতুনা মমৌতুবু অতুম্মক কোল্লগা ঈমুংদা পুশিল্লি। অতুগা য়ুমগী য়ুম্নাক সনামহী লাইয়িংথৌদা খুরুমহল্লি। অতুগা লৈমরেল, অমসুং খুঙ্গা লাইরুনচিংবসু খুরুমহল্লি। অতুগা য়াওংশঙ নত্রগা মচা লুপানা লৈগদবা কা অতুদা পুশিন্দুনা ফক থারগা লুপীতুগী পোৎলোয় থোকই। অসুম্না লুপী খিনবা হেক য়োরকপদা থৌরম পরেংশিংসি মথং মথং পাংথোক্লিদৈদা লুপী ময়ুমলোমদগী লাকপা লুপীতুগী মাম্মানা খমুং থারগী থবক লোয়শিল্লি। লুপা ময়ুমগী মীশিংনা অউনপোৎ থাংজিনবা অমসুং লোয়শিনবগী থবকশিং তৌই।

অসুম্না লুহোংলক্লিবী লুপীতু মথোয়গী তুমফম কাদা মনেম্না থগৎলম্লবা মতুং, লুপী ময়ুমগী লুপী থিগ্নকপা কাংবুনা তৌগদবা থবক লোয়শিল্লকবদা লুপা ময়ুমগী মীশিংগা লুপী ময়ুমগী মীশিংগা কা/পানা লাম্নবগী থৌরম অমুক পাংথোকই। মসি পাংথোকপা লোয়বদা লুপী ময়ুমগী মীশিংতু মমুমদা হনখি। অতুগা অনকপা লৈকায়গী লুপী-নহা অমসুং অঙাং লৈশাবী মচাশিংনা মৌ য়েংবা লাক্লবা লুমিদাংতুমক্তুগী হৌবা ফাওবা য়াওরকই। অসুম্না লুমিতুগী থৌরম লোয়খি।

লুহোংবগী অহিংতুদা চাক চাবদা শোয়বা য়াদবা য়েনশাংদি— ঙ নপ অতেকপা থোংবা—অসিনি। মসিগী লুংগী রাথল করি লৈবগে ছায়বসি থিবা ফংদ্রি। লুমিৎসিগী লুমিদাংগী চাকলেন চাবদা লুপীতুগী চাকলুক্তা লুপাগী অরেম্বা চাক খরা হাপ্তুনা পীজবগী চৎনবী অসি ঙাক্কে। মসিনা পুরিবা রাথল্লোদি—লুপী ওইবীতু

নুপাডুগী মথা থারে—হায়বা তাকপা মাল্লি। অডুগা নুপা-নুপী অনি-মক্না ওইনা শোয়বা য়াত্রবা ফৈজুপতি লৈরুমফি য়াওগদবনি। লৈরুমফি হায়বসি তাংখুল (বুঙ) শিংনা শাবা মখোয়গী ফীনি[৫৭]। অঙোম হায়বা মৈতৈ তন্মীগী য়েক অসি তাংখুল চীঙমীশিংগা নকুবা মী ফুরুপনি। মখোয়না তাংখুলদগী মতৌ তমদুনা শীজিন্নরগা মৈতৈগী অতোপ্পা য়েকশিংনা অঙোমদগী পুদুনা শীজিন্নরকপা মাল্লি। তাংখুলশিংনা খুংদোল্ল তৌরকপদগী শীজিন্নরকপা ওইরম্লগদি ফিসি খৃঃ ১৮৯৭ কী অহান-বা মেরা হাওজোংবা হৌদোকপগী[৫৮] মতুংসিদগী ওইগনি।

(৭) লুহোংবা মতুং নোংমা কেনবগী থৌরম পরেং—লুহোংবা মতুং নোংমা কোনবা নুমিৎকী থৌরম পরেং অসি নুমিদাংবাইরমগী থৌরমনি। থৌরম পরেং অনি থক্কনি, মখোয়দুদি— (১) নুপী মপায়োমদগী উন্নবা লাকপা অমসুং (২) মৌ য়েংবা লাবপা অনিসিনি।

নুপী মপায়োমদগী উন্নবা লাকপা— লুহোংলকুবা নুপী অদুগী লৈকায় মমান্নবী লৈশাবীশিং অমসুং ময়ুমগী নক্রগা মচেম মনাও লৈশাবী শিংগা লোয়ননা ঙরাং লুহোংবা খিনবদা য়াওরক্কবী নুপীদুগী মমাগা নুংখিল নুমিদাংবাইরমগী মতমদা লুহোংওবী নুপীদু উন্নবা লাকই। ঙমজবা অহাও-অথুম নুপা ময়ুম্না থৌরাং তৌদুনা মখোযগী সেবা তৌই। মসিগী মরুওইবা পান্দমদি নুপা অদুনা নুপী অদুবু পাম্না নুংশিনা তৌরিব্রা, নুপা-নুপীগী "নু" হোওলব্রা হায়বসি খঙনবা য়েংবা লাকপনি অদুনানি নুপীগী মমা য়াওরক্লিবদু অদুবু মসি অহানবদা লম্নাইগী থৌরম ওইরংদগী খাই মায়ামগী থৌরম ওইরক্কনা চৎনবী ওল্লকপা মাল্লি।

মৌ য়েংবা লাকপা— থৌরম পরেং অসি লুহোংলিবা নুপা ময়ুম অদুগী লৈকোক লৈকায়গী মৌ লৈশাবীশিংনা মরু ওইনা তৌবা থৌরমনি। মখোয়না মৌ অনৌবীদুগা শকখঙ, মায়খঙনবা লাকপনি। নুপা ময়ুমগী মীনা ক্না-হৈ পুথোক্কনা মখোয়গী সেবা তৌই। থৌরমসি নুমিৎনিনি ফাওবদমক চৎখি।

(৮) লুহোংবা মতুং মণ্ডানি কোনবা নুমিৎকী থৌরম পবে :—

লুহোংবা মতুং মণ্ডানি কোনবা নুমিৎকী থৌরম পবেংসি নুপা মযুমনা নুপী মযুমদা চত্নবা পাংথোকপা থৌরম—ফিরুক নোংশাং/নুংশাং কাইবা অমসুং নুপী মযুম্না নুপা মযুমদা চত্নবা পাং-থোকপা থৌরম—লুবাক চেঙবোন কাইবা হাযবা অসিনি মখায়সিদি :—

ফিরুক নোংশাং কাইবা— ফিরুক নোংশাংগী ফিরুকসি লুহোংবা নুমিত্তা নুপা মযুম্না পুত্নবা নুপী মযুমগী ফুঙ্গা লাইকবা লৈবিবা লাইনিংথৌ সনামহীগী শানগুন/শাইয়োন ফুঙ্গা লাইরুবা হায়বা লাই অদুদা কত্নবা ফুঙ্গা লাইরুদা থিন্দুনা থম্নবনি। লুহোংবা মতুং মণ্ডানি কোনবা নুমিৎসিগী অযুক পুং ৮/৯ লোম তাবা মতমদা নুপাগী মমানা লুচিংদুনা নুপা মযুমগী নুপী মণ্ডা-তরুক নুপী মযুমদা ফিরুক নোংশাংদু কাইথোক্নবা করি কবি যাওবগা অমসুং কবি লৌবগা হায়বদু যেংনবা চৎখি। মখোয়না থুংলবগা নুপী মযুমগী কাংবুনা অচা-অথক পুথোক্নবা মণ্ডাই-মশেনগী ঈকাই খুম্নবা ভাক্তা সেবা তৌই। নুপা মযুমগী নুপীশিং-দুনা ফিরুক নোংশাং কাইথোক্নবা লহোংদুনা যুদানবগী পুন্সিদা খোঙদাক্তবক্রিবা মচা-মমৌ অসিগী তুংগী পুন্সিগী অফবা-ফত্তবগী খুদম চাংদম য়েংলগা অমুক মযুমদা হল্লখি।

লুবাক চেঙবোন কাইবা— লুবাক অমসুং চেঙবোন হায়বসি মথংশিংনা ফি-রোল অমসুং চেঙ হাপ্পবা পোন, (থুম্মোক অচৌবা মথল অমনি) অমদা ফিনচিংবা মমল য়াম্বা পোৎ-চৈ হাপ্নবা থম্নবা লৌ রানা শাবা থুম্মোক মথলশিংনি। মখোয়শিংসি থায়নবৈ অমসুং মমাংদৈগী মতমদদি হৌজিক্তা উগী নত্ত্রগা য়োৎবী উপু, গোদ্রেজ-নচিংবা হাপ্পগুম নুপী লুহোংবগী ললউনপোৎ/অউনপোত্তা লেমন্না হাপ্পরম্মী। মতুদগী মমীংসি হোংদোকপা ভমদদুনা থৌরমসিগী মমিং সিগী মমিংসি হৌজিক ফাওবদা অতুম শীজিন্নবনি। লুহোংবা মতুং মণ্ডানি কোনবগী নুমিৎ অসিগী নোংথিন্দা নত্ত্রগা নুমিৎ চায়থরকপা মতমদা লুহোংপ্রবী নুপীগী মমানা চিংদুনা নুপী মযুমগী নুপী মণ্ডা-তরুক নুপা মযুমদা নুপাতুগী মনাক্তা লাকই মখোয়না থুংলরবা মতমদা

মুপী অতুনা অমসুং মুপা মযুমগী অহল-লম্মনা কা-হৈ পুখোক্লনা মখোয়গী সেবা তৌই। মুপী মযুমগী লাক্লিবা মুপীশিং অতুনা মখোয়বু ওকপা অমসুং সেবা তৌবতু লোয়রবদা মখোয়বোমগী মায়বৈদগী উনথিবা ফি-রোল থাপ্পা লুবাক, তাবু, চেঙবোন, উপু শারং, উপু আলমারি, আইরন চেসনচিংবশিংতু হাংদোক্লনা উপু মনুংদা ফিশিং অতুগী মরক্তা করি করি তৌন-কাঙনচিংবা য়াওবগে হায়বতু য়েংই। অসুন্না য়েংবসি, মুমিৎ মঙানি শুবা মুমিৎ (লুহোংপ্রবা মতু') তা ফি-রোলগী উপু কাইথোকপসিদু-লুবাক চেঙবোন কাইবা হায়না খঙনৈ। লুবাক চেঙবে'ন কাইবগী মতমাসদা উপু মনুংগী ফি-রোলশিংগী মরক্তা যাওরম্বা তৌন-কাঙ, পামদবা পোৎ-চৈ, থুনাম-নানৈগী মতুং-হন্না নৌনা যুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদারিবা খোঙদারিবী মতৈ-মনাও অতুগী যুম্বানবগী পুন্সি অমসুং তুংগী পুন্সি লমশাংগী য়াইফ-নুংঙাই অমসুং পুন্সি তুবৈ-ঈরৈ চনবগী মঙং-মতৌ অমদি অফ-ফত্তগী খুদম-চাংদম খঙবা ঙমই হায়না থাজনৈ।

থৌরম পরেং অসিগী মুংদা চেপ্লিবা য়াথলগী পবিংদ- মুপা-মুপী অনিতুগী মতৈ-মনাও ওইনা পুন্সি লৈপুন শেম্বসিগী মতৈ-মনাওগী চংফম থোকপা লমচৎ-লোনচৎ শুদ্ধ তশেংনমক চৎলিবরা হায়বতু য়েংবা অমসুং থিবা লাকপনি। অতুদসু নত্তনা মখোয় অনিনা মতৈ-মনাও ওইনা পানবগী পুন্সিতু মায় পাকদ্রা নত্রগা পাকলোইদ্রা হাযবতুসু খঙবা লাকপনি হায়না চেৎনা থাজনৈ।

(২) মঙানি চাক্কৌবা— থৌরম পরেং অসিবু মপাম চাক্কৌবা হায়রগসু খঙনৈ। থৌরম পরেং অসিগী মমিংগী মঙং অসি য়েংলুরগদি লুহোংবা মতুংগী মঙানি শুবা নুমিত্তা পাংথোক্কদবা থৌরম প'রং মাল্লি অমসুং মমাংঙৈগী মতমদা মঙানি চনবা নুমিৎসিদা পাংথোক্লরমগদ্রা হায়না থাজববা লৈ। অতুবু থৌরম পরেং অসি লুহো প্রবা মতুং তক্কক্লি শুবা নুমিদ্রা পাংথোকপগী য়াফম ওইনা ফংই। মমাংঙৈদা থৌরমসি নুমিৎ শোয়নদনা পাংথোক্লরম্লবসু হৌ'জিক্কী মতমদদি চাক্কৌগদৌরিব। মুপী মযুম অতুগী শেল-থুমগী অমসুং অতৈ মরমশিংগী মনুংদগী/মরত্তগী

অমগী খুদোংচাবা নত্রগা চাদবগী মতুং ইন্না নুমিৎ শোয়নন্না নত্রগা থৌনথনা পাংথোক্লে।

লুহোংপ্রবা মতুং তরুক্তি শুবা নুমিৎ অসিদা, মরক্তা নুপা ময়ম অমসুং নুপী মযুমগী মরক্তা পাউ চৎনরগা, লুহোংপ্রবী চম্নু নিংভোল অতুব মহাক্কী মপুরে'য়বা নুপা অতুগা অমসুং মখোয় ঈমুং-মনুং শাগে-নাইে অমদি মরুপ-মপাং রাবী-লাংবীখিবশিংগা লোয়ননা নুপী মযুমগী অহল-লম্মন/মীশিংনা মখোযগী ময়ুমদা চাক কৌবগী থৌরম অসি পাংথোকই। মসিদা নুপা মযুম লোমদগী মীশিং অশুক যাম্না লাক্কনি হায়বসি চানা-থক্লবগী থৌরাং ৎতৌবদা খুদোংচানবগীদমক্তা হাংনা পাউ হোদোক্লে।

মঙানি চাক্কৌবগী নুমিৎ অসিদা লুহোংলিবা নুপা অতুগী মশক তাকুবা, হেক য়েংবদা ঈরায় লায়না খণ্ডননবা নুপা অতুগী ওয়গী লেংদা ফি অমা ফিতুপ নিংথিনা শাংনা থুপ্লগা য়ানগদবনি। নুসিৎসিদা শাগৈগী/যুম্নাক্কী/মযুমগী মচা-নীংভোল লৌরিবা নুপা অতুনা চম্নু-নিংভোল অতুগী মপা, মথুরা, মতোন, মবুং-ময়াম্বশিং অসিনচিংবদা থুরুম খাজংতুনা অচানবা ওইনা ঈকাই খুম্নবা উৎপা অমসুং শকখণ্ড-মায়খঙনবগী থৌরম পাংথোকই। হায়রিবা থৌরম'স চাক চাদ্রিইৈগী মমাঙদা পাংথোক্কদবনি।

মঙানি চাক্কৌবগী নুমিৎসিদা অকে-অমৌগী নিংথিবা ফিজেৎ-লৈতেং শেৎ-চাতুনা নুপীনা হাননা মপামদা চৎকদবনি। নুমিৎসিদা নুপা মযুমগী নিংভোল লৈশাবীশিংগী ফিজেৎ তান্নবগুম তৌই। ফিগে নত্রবদি কনাসু শেৎন-ইন্নদে। লীক-কোন্না তেকথবা মথৈ শিবা হায়বহু ওই। চাক চাবা লোযরগা নুপী মযুমনা চাক্কৌবা লাক্লিবা নুপা অতুদা ঙমজবা খুদোল (দক্ষিনা) কৎপা চৎনৈ। বর দক্ষিনা অসি বরগী মমান্নবশিংগী মরক্তা অহান-অহানবা লাক্কতুনা লাক্কনা লৌনবগী চংনবী অমসু অমুক হাপকৎলকই। বর দক্ষিনা চংনবীসি হিন্দু ধর্ম্মগী খুদোল ওইগনি হায়না লৌজৈ। মসি সম্বন্ধ নির্ণয় চৎনবা হৌবা মতম খৃঃ ১৭৯০ গী মতম অতুরাইদগী হৌরক্লম্বা য়াই।

মপাম চাক্লৌবগী/মঙানি চ'ক্লৌবগী থৌরম অসি পাংথোক্তুনা নৌনা য়ুম্বাল্লিবা মুপা-মুপী অনিগী লুহোংজবা পুক্নিংদুগী চৎফম থোকপা লম্বীদুদা চৎলি অমসুং মুপী ময়ুমগী শাগৈ-নাতৈ নত্রগা মবুং-মপাশিংনা মখোয়গী নিংঙোল মরাদুবু শক খঙবিবগী থৌরমসি পাংথোক্লিবা মখৈদি নৌনা লুহোংলক্লিবী, য়ুম্নাক শাগে ওল্লক্লিবী মুপী অদুবু মুপা ময়ুমদা মথুৎ চানদে হায়বদি চাকথুম চৎহন্দে (চাক থোংহন্দে) মসি পাংথোক্লগা মথুৎ লৌখৎপী।

অসুম্না অহল-লম্মন্না হায়ন-শীংনদুনা লুহোংবা হায়বা লৌন-লৈনবগী থৌরমসি মপুং ফাই। মঙানি চাক্লৌবগী থৌরম অসি মুমিৎ শোয়নদনা পাংথোক্লবা মতম অসিদা লুহোংবগী থৌরম অসি লোয়শিল্লে হায়না লৌনৈ।

অতৈ মথলশিংগী লুহোংবগী থৌরম পরেং

মণিপুরী সমাজ, মৈতৈ খুন্নাইদদি চৎনরগা হায়না-শাংনদুনা লুহোংবগী থাক্তি য়ৌদবা অতৈ মথলগী লুহোংবশিংগী থৌরম পরেংশিংসি হায়না শীংনরগা লুহোংবগী থৌরম পরেংশিংসিদগী শমক্তিনবা থৌরম পরেংশিংনি। অদুবু মখোয়দা মশা মশাগী ওইবা অথোই-অহেন খরদি লৈ। মদুশিংদুগীদমক অতৈ লুহোংবশিংদুগী থৌরম পরেংশিংসি লৌখত্তুনা উৎচরি।

(১) চেলহোং নত্রগা চেল্লগা লুহোংবা

মথল অসিগী লুহোংবসি মশা মশা য়ানদুনা/মুংশিমদুনা লৌনলৈনবগী মথলগী লুহোংবা (গান্ধর্ব বিবাহ) নি। মথল অসিগী লুহোংবসি লুহোংগদৌরিবা পাখং-লৈশাবী/শাবী-শানৌ অনিমক্না মশা মশানা শকথঙ-মায়থঙনজদুনা লৌনসি লৈনসি হায়দুনা য়ানরগা—মখোয় মখোয়গী অহল লম্মন তাক্তনা-খঙহন্দনা নত্রগা খঙহল্লরগা অহললম্মন্না য়ানদ্রবদা নত্রগা থাক থেন্নবদগী পান্নদ্রবদা নত্রগা খুন্নাইগী ৱায়েলনা মখোয়গী লৌন-লৈনবদা অথিংবা থর পীরবদা অমসুং মুপা নত্রগা মুপী অদুবু মায়গৈ অমনা পান্নদ্রবা মতমদা নত্রবসু অহল-লম্মন মশেন য়ানদুনা তানরগা মুপা-মুপী/পাখং-লৈশাবী অনীদু মশক-মশা

অমসুং মশা মশা খওনরবসু নত্রগা খওনত্রবসু লুহোংবগী তৌফম থোকপা, চৎফম থোকপা, পাংথোকফম থোকপা থৌরম পরেং অমসুং মথৌ-মওমশিং পাংথোকপা ওমদবদা মদু কোমথোকহন্নবা নত্রগা শমজিনহন্নবা রাফমশিং লাক্রবদা তৌনবা মখলগী লুহোংবনি। চেন্নবা মতুংদা অহল লম্মনসু য়ানরবা নত্রগা চেন্দ্রিবৈদা অহল-লম্মন্নসু য়ানবা মশা মশানসু নুংশিনবা ওইরবদি মসি হিন্দুগী লুহোংবা মখলদা গন্ধর্ব্ব বিবাহদা তাহল্লি। থৌদোক রাথোক কয়াগী নত্রগা মথোও লুক্তবা কয়াগী লৌন-লৈনবসু মখল অসিগী হায়বদি চেলহোংদা তাহল্লি। মখলসিগী লৌন-লৈনবসি মশা-মশা নুংশিনদুনা হাননা চেন্নগা লুহোংদুনা লৌনৈ-লৈনৈ হায়দুনা শমজিন্নগা চেলহোং হায়না খঙৈ হৈজিং খরায় পুবা (হৈজপোৎ পুবা), রারোয় পোৎ পুবা, যিরুক নোংশাং কৎপা, অপোক অশাৎ থাবা, মিতম ঙা থাবা অসিনচিংবা থৌরম পরেংশিং হাপ্পা নত্রগা হাপ্তবা অসি লুহোংগদৌরিবা নুপা-নুপী অংবা মথোয় অনিগী অহল-লম্মনশিংনা য়ানবা নত্রগা য়ানদবগী মখা পোল্লি। শথৌনা য়ানত্রবদি নুপী ময়ুমনা কন্যা দান পীদবা নত্রগা লুহোংদনা অতুম্যক লৌন-লৈনবা নত্রগা কন্যা কৎপা নত্রবসু নুপা ময়ুমদা হোংবা (নুপা ময়ুমদনা নুপী ময়ুম য়াওদনা, নুপা ময়ুম্না নুপী ময়ুমসু শাদুনা লুহোংবগী থৌরমদু লাইগী শোয়দনবা অমসুং খুন্নাইগী মীচৈ তাদনবা পাংথোকপা) হায়রিবা থৌরমশিং অসিগী মন্থংদগী অমা তৌদুনা নুপা নুপী অনিদু লৌন-লৈনবগী নত্রগা পানবগী থোংথাংদা চথহল্লি। করিগুম্বদনা নুপা নুপী অদু ফাদোক্লদুনা, খায়দোক্লদুনা লৌন-লৈনবগী মরীসি লৈনহন্দে অমসুং চেলহোংগী থোঙথাংসি চথহন্দে। মখলসিগী লুহোংবসিদা চথবা মরুওইবা থৌরম পরেংশিংদি :—

চেনবা— পাখং-লৈশাবী/শাবী শানৌ অনিথক্না মশা মশাগী পুক্নীংগী ঈথিন্দগী নত্রগা করিগুম্বা/কনাগুম্বগী পাংথৈ অমদগী মশা-মশা নুংশি-নুংওনগী লম্বীদা চওদুনা অমদি লৌনসি-লৈনসি হায়না রাশক্লদুনা নত্রগা মথোয়গী অহল-লম্মন খংনা নত্রগা খঙদনা অমসুং য়ানবা নত্রগা

মৈতৈগী লুহোংবা অমসুং লৌন-লৈনবগী রায়েল-রাখুন

যানদনা লৈশাবী অতুনা মহাক্না মমা-মপাগী ময়ুম থাদোক্তুনা মহাক্না চংশিনজবা য়ানজবা পাখং অতুগী মতুং ইন্দুনা যুম্নানবগী পুন্সিদা থোক-দানবা নত্রগা লৌন-লৈননবা পাগং অতুনা পুবা মফম অমদা পাখং অতুগা লৈমিন্ননবা লাকই। মসিবু চেনবা হায়্বনা খঙনৈ।

পাউ পীবা/তাকপা— পাখং/শাবী অমনা লৈশাবী/শানৌ অমবু লৌন-লৈনরগনি হায়্রদুনা পুবগা লাকপা নত্রগা চেল্লকপা অসি পাখংতুগী ময়ুমদা চুমজ্রিংননা হেক্তা পুশিল্লদে। মহাক্না চান্নবা মমান্নবা/মরুপ-মপাং/মরী-মতা কনাগুম্বা অমগী ময়ুমদা পুদুনা চংলগা মখোয় অনি লৈমিন্নকই অমুন্না লৈবসি কুইনা লৈমিন্নবা—মীগী মচা অমা মাঙখিবগী লবানবা শীগদবগী—লৈথাকালান অমসুং খুন্নাইলোনগী রায়েল-রাখুন লৈবনা নোংমা নিনিদগী হেনবা য়াদে। মবম অসিনা মহাক্না চেল্লক্লিবা পুরক্লিবা মুপী অতুগী মমা-মপা/অহল-লম্মন্দা থংহল্লুনবা, হায়দোবপা চংলুনবা মুপা অতুগী ময়ুমগী মমা-মপা/অহল লম্মন নত্রগা মাগী থৌদাং লৌবিবা ওস্বা নত্রগা লৌবিবিবা মীশিংগী মফমদা মখোয় অমুম্না তৌদ, মফম অসিদা লৈবে, মুপীদু অতুগী মচানি/মগুনি, লৈকায়চুদা/মফমচুদা লৈবনি হায়বনচিংবা পুম্নমক থংহন্দুনা মমান্নবা নত্রগা মী অমা নেক্তুনা পাউ থারকই। মসিদা মুপাতুগী অহল-লম্মন্না মখোয অনিবু লৌশিনবী-দুনা নত্রগা হায়দোকপা চংবদা য়ানদবা থোক্তুনা মখোয় অনিবু ফাদোক্লগনি থাবদোক্লগনি হায়বগী অকিবা লৈবদগী নত্রগা অতৈ মরমগী অকিবা লৈবদগী খিফম থংদবা মফমদা লোংখিবগী থৌদোকশিং য়াম্না তোয়না থোকপা যাওই।

হায়দোকপা চংপা/লাকপা— থৌরম পরেং অসি কনাগুম্বা পাখং অমগা কনাগুম্বী লৈশাবী অমগা লৌন-লৈননবগীদমক্তা চেনবগী থৌরম পাংথোক্লবদা পাখং অমনা মহাক্না অহল-লম্মন্দা পাউ থারকপগী মতুং ইন্না পাংথোকই। চেল্লক্লিবা লৈশাবী অতুগী মমিং-মথা, মপা-মমা/অহল লম্মনগী মমিং-মথা/য়ুম্নাক-শাগৈ অমসুং লৈফম/লৈকোক-লৈকায়নচিংবগী মরম শুনা খঙনবা লাক্লগদবনি। মসি পুম্নমক লৈশাবীতুগী মচিন্দগী

নত্রগা পাখং অদুগী মচিন্দগী খঙবা ওমগনি। মতুংদা নুপা/পাখং অদুগী ময়ুমগী অহল-লম্মনশিংদুগী মরক্তা পাখংদুগী মপাগী দায়িত্ব পুবা ওন্বা অমা য়াওনা মখোয় অদুমদগী ত্তাদনা থোৌরম অসি পাংথোক্লনবা হায়বদি লৈশাবীদুগী ময়ুমগী মমা-মপা, মবুং-মপা অমসুং অহল-লম্মনশিং পাউ খঙহল্লনবগীদমক্তা থোক্লকই। মখোয়না নুপী অদুগী মপা-মমাগী/অহল-লম্মনগী পীরক্লিবা/ফংলিবা রায়োল অদুগী মতুং ইন্না নুপীদুগী ময়ুম থিন্নুা লাকই। মী লাকপদুদা নুপী ময়ুমগী অহল-লম্মনশিংনসু ফিদা থাদুনা অতিথি লাকপগী ওৌনবী সেবা তৌগনি। অদুগা য়ুম্ব ওইরিবা নুপী ময়ুমগী মমা-মপানা করি থবক্কী লেংলকপনো হায়দুনা লাকপগী মরম হংগনি। মতুদা লাক্লিবশিংদুদগী রাঙাং-শাঙাং হৈবা নুপা অমনা য়াম্না নোঙ্ক্লা ইমুংদুগী লৈশাবী মমিং অদু কৌবদু মখোয় মচ নুপা/মনাওনুপা মমিং অদু কৌবা অদুগুম্বা থবক তৌবদুদা লৌন-লৈনগানা হায়না চেল্লক্লে—হায়না পাউ হায়দোক্তুনা খঙহনগনি। মসিদা নুপী ময়ুমগী মীনা পাউ খঙলবদা নুপা ময়ুম্মা চেল্লক্লবনিনা নুপা/পাখং অমসুং নুপী/লৈশাবী অদুগী মখা তাবা করি থোৌরম চথসিগে—চেল্লক্লবনিনা, লৌন-লৈনবসু য়াবনিনা মমৌ ওইনবা পীনবিরো হায়দুনা নৌজগনি। মসিদা নুপী ময়ুমগী মীনা নুপী মচীন হংবগী থোৌরম পরেং চথখিগে হায়দুনা মখা তাবা থোৌরম চথগ'ন। করিগুম্বা লৌনবা য়াম্নমদ্রবা নত্রগা নাকল অনিমক্তা পাম্নদ্রবদি থায়দোক ফাদোক্লনবা থোৌরম পরেং চথনবা থদ্নে।

মচীন হংবা নত্রগা নুপী মচীন হংবা— থোৌরম পরেং অসি হায়দোকপা লাকপা মতমদা মতম লেপদুনা পাংথোক্লে। মসিদা লৈশাবিদুগী মমানা লৃচিংদুনা নুপী ময়ুমদগী নুপী অহুম-মরি চেল্লিবা পাখং লৈশাবী অদুনা লৈরিবা থেন্দুনা থম্লিবা নত্রগা নুপা ময়ুমদা পুশিন্দুনা থম্লিবা মফম অদুদা লাকনি। মখোয়না লৈশাবী অদুগা শক্তা-শক্তা উন্ননা ফংম্নিবদুনা নত্রগা লেপমিন্নদুনা মহাক্লা নুপা অদুগা মশা মশা য়ানরপা চেল্লিত্রা নত্রগা নুপা অদুনা নমথাক তৌরগা পুবিম্লিবা

নত্রগা কাত্তনা পূরিব্রা ? হায়না হংগনি। করিগুম্বা নুপী ময়ুমগী অহল লম্মনশিংত্তুনা য়ানীংবা ওইরবদি ইচম চম্না লৈশাবীত্তুদা ৱাহংশিংসি হংলগা মহাক মশানা য়ানা চেনবনি হায়বসি হংলগা লোয়রে। পাউথুমসি ফংলবদা পাখংত্তুনা মীগী মচানুপী ত্তুরানবগী মরাল অত্তু কোকথ্রে। মশানা য়াই হায়না নুপী মচীন হংবত্তুদা খুম্নক্রবদা— অমদি পাখংসিদা লৈবসি নহাক নশানা য়ারেকো হায়না হংগনি। মত্তুদা মশানা য়ারে হায়রবদি নুপা ময়ুমগী মীশিংদা মখা তাবা ৱারেপ্পবগী থৌরম পরেং চথনবা নুপী ময়ুমদা নুপা ময়ুমগী নুপাগী মপাগী থৌগায় অমসুং থৌদাং পূবা ওই মী লাকপীনবা হায়রমগনি। করিগুম্বা নুপী ময়ুমগী অহল-লম্মনাশিংত্তুনা য়ানিংদ্রবদি— নুপা ময়ুম্না থোকপা তৌবিথ্রো। হায়ত্তুনা হ য়দোকপা লাকপদা লাম্নোকপা, মচীন হংদনা ত্তুমিন্না লৈথোকখিবা নত্রগা লৈঙাকলোন অমসুং খুন্নাইলোনগী ৱায়েল ৱাথুলগী মতেং লৌত্তুনা পাখং-লৈশাবী অনিত্তু ফাদোকনবা হোৎনবা অসিনচিংবা থৌওং কয়া পায়থংলকই। নুপীগী অহল-লম্মনা য়ানীংদবসিদা খুাইদগী তোয়না মৈতৈ সমাজদা তোয়না থোকপসি অকোনবগীসিনি। মসি পুলিশ তাক্তনা নুপা নুপীত্তু ফারগা খায়দোক-ফাদোক্নবা কন্না হোৎনৈ। নুপীগী অহল-লম্মনা য়ানীংবা শাশিন্নরগা ৱারেপ্পবগী থৌরম পারেংসিদা চথরকপসু য়াওনবা নত্তে, মত্তু মথোয়গী খুদোংচাবা লৌনবগী দমক্তনি।

ৱারেপ্পবা — নুপী মচীন হংবদা মশানা য়ানা চেনবনি, মহাকী অনীংবা অপাম্বগী মায়য়োক্তা চেনবা নত্তে হায়বা পাউথুমসি ফংলবদা ৱারেপ্পবগী থৌরম পরেংসি মতম অমা লেপ্পত্তুনা পাংথোক্লে। ৱারেপ্পবত্তুদা নুপী ময়ুন্না লুহোংবদি পাম্নগা করিগুম্বা ফিবম থরদগী, মরুওইনা শেন থুমগী ফিবমদগী খুদোংচাদ্রবনি ঐথোয় থওদ্রে, নথোয় নুপা ময়ুম্না থোকপা তৌথো, লুহোংবগী হৌনবী মতুংইন্না দান পীবদি লাক্কনি হায়না হন্থোকখি। চেন্নবনি শীনরসি হায়না মায়গৈ অনিমক্না ৱানরবদি পাখং লৈশাবী অত্তু লুহোংনবগী মফম, মতম লেপ্পনা চথে। নুপী ময়ুমদা

লুহোংবগী অফম লেপ্লবদি—নুপীগী নুপা মযুমদগী নুপী মযুমদা থিন্দুনা থম্লগা লুহোংবগী থৌরম চথনবা মতম লেপ্লে। নুপী মযুমগী অহল-লম্মন-শিংনা অয়াবা শাশিন্নরগা নুপীগী মখুৎ চনবা ওাইরিবশিংনা অমুক্না লুহোংবগী মতম লেপ্পরগা নুপী থিল্লক্লবদা অতোপ্পা নিপা অমদা অমুক পীথোকখিবা নত্রগা লুহোংদনা তোক্লবা অসিনচিংবসু য়াওদবা নত্তে। নুপা মযুমগী অহল—লম্মন ১সুং নুপী মযুমগী অহল-লম্মন য়ানদুনা নুপী মযুমদা লুহোংবা অসিনা মৈতৈ খুন্নাইসিদ অনিসুবা থাক্তী লুহোংবা ওইনা থৈ়্যে। অসিগুম্বা মথলগী লুহোংবসিদ' চথরিবা থৌরম পরেংশিংদি —১) হৈজিং থরায় পুবা হৈজিংপোৎ/হায়জপোৎ/হৈজাপোৎ পুবা), শুমায়, উরোক থিনবা) ২) লুহোংবা ৩) লুহোংবা মতুং নোংম'-কোনবগী থৌরম, ৪) লুহোংবা মতুং মঙানি কোনবগী থৌরম অমসুং ৫) মঙানি চাকৌবগী থৌরমশিংসি চথৈ। অদুগা নুপা মযুমদা লুহোংখিবশিংগীদমক্তদি কোন্না নুপী মযুম্না খুদোং চারক্লবা মতমদা লৌথৎপা হায়বা থৌরমসি চথৈ।

লুহোংবা — লুহোংবগী থৌরম পরেংশিং অসি মথক্তা পীগ্রিবক্তগা চপ মান্নৈ। নুপা মযুমদা লুহোংবদদি লুহোংবগী থৌরম পরেং অসি-দমক চথৈ। হৈজপোৎনচিংবা মথক্তা পীগ্নিবা অতৈ থৌরম পরেংশিংসি পাংথোক্লদে। অদুবু লৈকোক লৈকায় (নুপা মযুমগী) গী নতান্নবীশিংনা মৌ য়েংবগী থৌরমদি পাংথোক্লৈ। নুপা মযুমদা লুহোংবসিদা কন্নি-গুম্বা নুপী মযুমগী মীনা দান পীব' লাক্তুবদি নত্রগা লাক্লোইদবা লৈরবদি—নুপা মযুম্না শিন্দুনা কনাগুম্বা মপা/মবুং শাবা অম: নেক্তু-না কন্যা দান, দান পীবগী থৌরমসি পাংথোক্লৈ।

লৌথৎপা [৫৯] লৌথৎপা হায়রিবা থৌরম পরেং অসি নুপা নুপী শকথঙ-মায়থঙন্দুনা চেন্লগা মায়গৈ অনি অহল-লম্মন য়ানদদুনা নুপা মযুমদা হোংখিবা লুহোংবশিংগী নুপীশিং অমসুং কন্যা কৎপা লৌন-লৈনবগী পাংথোকখিবা থৌরমশিংগী নুপীশিংগীদমক্তনি। থৌরম অসি লুহোংবা লোয়প্লবা মতুং কায়নথংদা, য়াম্ন্দ্রবদা থা ৬/৭ ওগী তাদনা

অনম্বনা মচা মাওয়েল অমদগী তাদনা কারবগী মরম কাক্কগা লৌ-খৎপগী থৌরমসি পায়খৎনৈ। থৌরমসি মরু ওইবা পান্দমশিংদি—(১) মচানি। মচানি হায়রুনা লৈরম্বদগী নত্তে হায়রুনা ইন্তোকপীপ্রবা য়ুম্নাক শাগেগী নম্রগা ঈমুং-মনুংগী নিংভোনবু অমুক হন্না মচানি-মচন্নি হায়না লৌশিনবিবা অমসুং (২) মহাক্কী মপুরোম্নববু য়ুম্নাক শাগেদুগী চনু-নিংভোল লৌবা মরী ভাইরী নি হায়না শকথঙ মায়খঙবিবা অসিনা থৌরম অসি মতম অস্তুক্কা পাংথোক্কদবনি হায়বগী অকক্কবা লৈতে। নুপীদুগী মপা-মতোন। মবুং-মপানা মুংশিবিরকপা অমসুং ফিবম চারকপদনা হেন্না থুনা লৌখৎপীনবগী মরম ওই। থৌরম অসিগী থৌরম পরেংশিংদি লৌখৎপগী পাউ পীবা। য়েক-শলাইগী শাখায় শাগৈ পুকোক। অপোক-অশাৎপা লাইগী কুজপোৎ তম্বা (অপোক-অশাৎ থাবা)। য়ুম্লাই সনামহী খুরুমহনবা। চাক পীজরিবা। খুরুম-খাজভন্দুনা শকথঙ-মায়খঙবীবা অমসুং অওং-অউন তম্বীবা অসিশিংসিনি।

I) লৌখৎপগী পাউ পীবা—থৌরমসি লৌখৎকদৌবা নুপী অদুগী মমা-মপা/মবুং-মপানা নুপীদুদা মহাকপু লৌখৎপীবগী থৌরম। নুমিৎ অদুদা পাংথোক্লগনি হায়দুনা পাউ ভাকপীরকপনি। মসিদা মহাক্কী মপুরোইবা অমসুং মাগী। ঈমুং-মনুং অমদি শাগৈ-নাতৈগী মী খরসু চাক পীজগনি হায়না পাউ পীরকপনি।

II) অপোক-অশাৎ থাবা—থৌরম অসি নুপীদুগী শাগেগী। য়েক-শলাই অমসুং শাগৈ য়ুম্নাকী পুকোক। লাই ওইনা লৈপ্রবশিংদা নুপীদুনা য়ুম্নাক-শাগৈ। য়েক-শলাই ওনখিবগী পাউ ভাকপা অমসুং অয়াবা লৌবদুনি। পোৎচঙ-চৈজঙ পুম্নমক নুপা মযুম্না পুরক্কদবনি। মথক্কী হৈজিং-খরায় পুবদা য়েংবিয়ু।

III) য়ুমলাই সনামহী খুরুমহনবা—থৌরমসি নুপা নুপী অনিদুবু নুপী মযুমগী য়ুমলাই সনামহী লাইয়িংথৌবু খুরুমহনবনি। মসিনা তাক্লিবদি নুপী অদু য়ুম অসিগী ঈমুংগী মীনি। মহাক নহান মথৈ

যুম অসিদগী চঙবা য়ারমদববু য়াহল্লে, য়ুমথুগী য়ুম্মুরেলনা মতৈ-মনাওবু শকখঙবীরে হায়বনি।

IV) চাক পীজবা—চাক পীজবগী থৌরম অসি নুপী ময়ুমথুগী নুপীগী মমা-মপা, মবুং-মপান্না শীনবনি। মসিদা শাগৈগী মীশিংসু য়াওবা অমসুং অপোক-অশাং থাবসিনা মরম ওইদুনা শাগৈ চাক-থাঙবা মথল অমনিসু হায়বা য়াই। মরমদি শাগৈগী মী য়াওরিবদু নুপী অদুনা লান্দুনা শাগৈনা য়াদবা লুহোংবগী থবক তৌরুবদু ঙাক-পীবো অমসুং মগাক পোক্নুনা শাগৈনা য়ানাংদবা থবক তৌহল্লিবসি ঈমু-দুননি ঙাবপীস হায়জনবগী দমক্তা শাগৈগী মীশিংবু চাক থাঙবনি। অদুগা নুপীদুগা নুপাদুগা অমসুং নুপাদুগী ঈমুং অমদি শাগৈগী মীশিং চাক পীজরিবা, চাকৌরিবা অসিনা লুহোংবগী মঙানি চাকৌ-নগী থাখল-লাক্লি মথক্তা লুহোংবগী মঙানী চাকৌবদা য়েংবিয়ু।

V) খুরুম-খাজঙন্দুনা শকখঙ-মায়খঙনবা থৌরম অসিদা নুপা-নুপী অনিমক্না নুপী মযুদগী অহল-লম্মন মপা-মতোন, মবুং-ময়াম্বা, শাগৈগী পীবানচিংবদা খুরুম-খাজঙজগনি। মদুদগী মখোয় অনিনা শাগৈ য়ুম্নাকী মীশিংদা উংলিবা ঈকাই খুম্নবা অসিনা মরম ওইদুনা নুপীদু-বুনা মখোয়গী য়ুম্নাক-শাগৈগী নিংঙোলশিংগী মরক্তা অমুক হঞ্জিনহল্লে অদুগা নুপা অদুবুনা মখোয়গী য়ুম্নাক শাগৈগী চনু নিংঙোন লৌবা লাইশেন ওইরবা ঙাক্ত য়াইফনা পাননবা লনকুবী।

VI) অওং-অউন তম্বা—থৌরম অসি য়ুম্নাক শাগৈগী নত্রগা ঈমুং-মনুংগী চনু-নিংঙোন থাজ-য়ঙ্লবদা নুপীগী মপা-মমা/অহল-লম্নবা তৌকম থোকপা মখৌনি হায়না খন্নবা পোক্নুম-পোৎপীগী থৌরম-নি। নুপাদুনা হৌজিক মখোয়গী চনু-নিংঙোনগী থাক্তা হঞ্জিল্লকুবনিনা অওং-অউনপোৎ পীবগী মখোসি তারকপনি। মথক্তা লুহোংবা অমসুং লুহোংবশিংগী অওং-অউনপোৎকী মতাংদা য়েংবিয়ু।

২) কন্যা কংপা — তুমন লৌবা হায়বা লৌন-লৈনবগী থৌরম অসি মচানুপী পোক্লিবা ঈমুংদুদা লুহোংবগী থৌরমসি পাংথোকপা

ঙমদ্রবা নত্রগা লুহোংবগী থৌরম পাংথোকপা য়াদ্রবা মুপীশিংগী মতাংদা পাংথোক্কে। লুহোংবা য়াদ্রবা মুপীশিং হায়বদি — ধর্মগী মতুং ইন্না অমুক লুহোংলুরবী মুপী হায়বদি [৬০] অ) অমুক ময়ুম পাল্লুরগা, মৌ ওইরুরগা থায়ন্দুনা লৈরবী মুপী নত্রগা তুমন, আ) ময়ুম পাল্লুরগা মপুরোইবা ।শখিহুনা নৌনা লুখ্রা ওইহৌরবী মুখারবী (মুথ্রাবী)/ লুথ্রাবী নত্রগা তুমন, ২) মহাক্কী "মু" হু মাংথোকপীরবী লৈশাবী অমসুং ৩) লৌন-লৈনবদা লৈভাকলোনগী ৱায়েল ৱাখুন্না থিংলবী মুপী অসিশিংসিনি। মথক্কী অনিগুবা মশীংগী মুপী অসি হৌজিক্কি লুহোংবগী থৌরমসি পংতৌ তৌনরে, মসি মশানা মশাবু মীনমজহুনা লাইমীনম চাবনি। কন্যা কৎপগী থৌরমসি তুমন লৌবগী থৌরমদা থর মশীং হেন্না পাংথোক্লকই অমসুং তৌনরি। অহুগা মুপা অমসুং মুপীনা অপাম-ঈথৌ লাংবা কা হেল্লবা, খুন্নাইগী চৎন-লোনচৎপু পল্লান্দুনা লৈকোক লৈকায়বু, অহল-লম্মনবু অমসুং মবুং-মপাশিংবু উশিৎ-থৌওইদবা লমচৎ চত্নুনা মুপা মুপীগী মরী থম্নরবা মতমদসু নমহুনা কন্যা কৎপগী থৌরমসি পায়খৎনৈ। চেলহোং ওইগদবদা মুপা-নপীগী অহল-লম্মনশিং য়ানদ্রবা মতাংদসু কন্যা কৎপগী থৌরমসিনা লৌন-লৈনবগী মরীসি লোয়-শিনবসু য়াওদবা নত্তে।

কন্যা কৎপা, লৌন-লৈনবসিগী থৌরম পরেংদা অপোক-অশাৎ থাবগী থৌরম অসি য়াওবা য়াদে। মসি লাইগী থৌরম নত্তে, মীগী থৌরমনি [৬১]। অহুনা লাইগী থৌরম অমত্তা পাংথোকপা উদে। কন্যা কৎপদা তৌরিবা থৌরম পরেংদি — মী থর তিনবা য়াগদবা মফম অমদা কক অমা থাহুনা লৌগদৌরিবা নপা অহু ফমহনগনি। মহাক্কী অকোয়বদা ফক থাহনা অফংবা অহল থর নত্রগা মী থর ফম-হনগনি। অহুগা লৈগদৌরিবা নপী অহু নপানা ফমহনা লৈরিবা মফম অহুদা তিল্লিবা মীয়ামহু অমুক্তদা খুরুমহল্লগা পুশিল্লকনি। অহুগা নপীহুগী মথুক্তা কুণ্ডো পরেং নত্রগা লৈ পরেং অনিথক মীগী ঙকশমদা হুকপা য়াগদবা মওংদা মখুৎ অনিনা পায়হনগনি। লৈ পরেং অনিহু

অমুক্তদা লৌগদৌরিবা মুপাতুগী ভকশমদা লুকহনগনি। অতুগা লৈ-গদৌরিবা মুপীতুনা মহাক্না লৈ পরেং হুক্লিবা মুপাতুদা খুরুমহনগনি। মতুংদা মুপীতু মুপাতুগী ওয়রোমদা ফক মথক্তা ফমহল্লগা লৌগদৌ-রিবা মুপাতুনা মভকশমদগী লৈ পরেং অমা লৌথোকহল্লগা লৈগদৌ-রিবী মুপীতুগী ভকশমদা লুকহনগনি। অদুগা নুপীতুবু হৌগৎহল্লগা নুপাতুদা অমুকন্তু খুরুমহনগনি। মসিদা কনা কৎপগী থৌরম পরেং লোয়রবনি। অতুবু কনা কনাগুম্বনা নুপীতু নুপাতুবু তরেৎলক কোয়-রগা খুরুমহনবা, অমসুং কা নল্রগা কাংগুবী লান্নবা হাপচিনবসু য়াওই।

মসিদা লৌথৎপগী থৌরম য়াওগনি হায়না খৃঃ ১৯৬০ গী কোডিফিকেসন কমিটিগী মণিপুরী কষ্টমগী শেমর্থিবা ঝায়েলগী ঝাখুলনা হায়[৬২]। অতুবু মসি তৌনবা হৌজিক্কী মতমসিদা ইথেং থেংনজদে।

৩) ঝায়েল-ঝাখুন্না লুহোংবা

থৌরম অসিবু ইংগ্লীসদা কোর্ট মেরিয়েজ হায়না কৌই। মসিগী ঝাহন্দোক পীবা তারবদি ঝায়েলশংনা লুহোংবা হায়গনি অতুগী নুংগী ঝাখন্দদি ঝায়েলশংগী ঝায়েল-ঝাখুন্না লুহোংবা হায়বসিদা তারকই। থৌরমসি মৈতৈ থুন্নাইদা কয়া পঙনা থোক্তে। লৈশাবী-পাখং অনিনা লৌন-লৈননবা চেল্লুরগা মথোয়গী অহল লম্মন মশেন্না য়ানদ্রবদা অমসুং নুপী ময়ুমগী খুৎনা পুলিস ভাক্তনা কাদোক্নবা হোৎনরক্ত-বদা পাখং-লৈশাবী অনিতুনা নত্রগা নুপা ময়ুমগী ঈথিন চঙতুনা পাখং-লৈশাবী অনিতুনা লৈবাক ঝায়েল-চৈরাক্কী ঝাখুন্দগী মশা ভাক-থোকচনবা তৌবদা অয়াম্বা মতমদা শীজিন্নবা পান্দৈ ওইবা থৌরমনি।

থৌরম অসি খৃঃ ১৯৪৯ গী অক্তোবর তাং ১৫ দগী লৈবাকসিদা চৎনরে হায়বা য়াই। অতুবু তশেংনা থোকখিবদা চহিসিদগী য়ান্না থেংথরম্বা য়াই। থৌরম অসিগী থৌরম পরেংদি — চেল্লুরবা নত্রগা চেল্লুক্লিবা পাখং-লৈশাবী নত্রগা নুপা নুপী অনিনা

ৱায়েল শঙ/কোর্ট অমদা চংবা মখোয় অনি ৱায়েল য়াথুলগী মতুং ইন্না লৌন-লৈনজরে হায়তুনা মশা মশাগী সহি তৌতুনা লৈভাকলোনগী ৱায়েল য়াথুন-শুবশিং (উকিল অমসুং মেজিস্ট্রেটশিং) ন শাক্ষী ওইতুনা লুহোংবনি।

মথল অসিগী লুহোংবসিদা চঙলিবা শাক্তি অমসুং পোৎচৎদি — উকিল অমা, কোর্ট ফী, লুহোংবগী দলিল/বোন অমা, উকিলগী ফী, পাখং-লৈশাবী/নুপা নুপী অনিচু অমসুং মখোয়গী সহি অসিনচিংবনি। মখোয়গী লুহোংবগী ৱারোল ইবা চে (বোন) অতুদা ৱায়েনব /বিচারপতি/ মেজিস্ট্রেট অমনা মখোয় অনি লৈবাকসিগী/ভারতকী সংবিধানগী মতুং ইন্না অমসুং মসিবু ইন্দুনা চৎনরিবা ৱায়েল য়াথলগী মথাদা মখোয় অনিগী লুহোংবসি য়ারে হায়না অয়াবা পীগদবনি। মথলসিগী লুহোং-বসি জাতি মান্নদবা লৌন-লৈনবদসু তৌবা য়াই। য়ানরমদবা নুপা মযুম অমসুং নুপী মযুম অনিনা য়ানরক্তনা তাইশিন্নরক্লগা অমুক হন্না লাইনীংলোনগী/ধর্মগী ওইবা মওংদা লুহোংবসু চৎনৈ।

ৱারোয়শিন :—

মথক্তা পীজখ্রিবা মৈতৈ হিন্দুগী লুহোংবা মথলশিংসিগী মনুংদা অহল-লম্মন্না হায়ন-শীংনরগা লুহোংবসিনা খ্বাইদগী হেন্না অন্নাংবা থাক্কী নাহোংবা ওইরবসু মশা মশা য়ানতুনা চেন্নগা হোংবা লুহোংবা হায়বা অনিশুবা থাক্কী লুহোংবসিনা মশীং য়াম্না হেন্না পাংথোকপগী খুদম উবা ফংই। লুহোংবশিংসিগী মহৈনা পুথোন্নকপা মীওইশিংনা ওসি ফাওবা মৈতৈ খুন্নাই লিংলি। চেন্থরবা মনাংকী ঈচেল হঙৎলকউ য়াম্রবসু চেন্থরিবা ঈচেলতুদা হৌরবা নাৎকী খুদোল অমসুং মখোয়গী লেমহৌথাক য়াওরি। অতুনা থায়নতৈগী অমসুং মমাংতৈগী নুহোংবা থঙলগা হৌজিক্কী লুহোংবদা য়াওরিবা ঈনাৎকী ঈরুলশিংগী মমল লেপ্পা ওমগনি।

— রিফরেন্সশিং —

১) শ্রীভোগেশ্বর: সনামহী লাইকন (১৯৭২): লা: ৪৭ অমস্যুং শ্রীলাং: ৺ইবুংভোহল সিংহ অমস্যুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ: মথক্কী লাইরিক: লা: ৬৮।

২) মথক্কীসিদা: লা: ৭৮।

৩) মথক্কীসিদা: লা: ১০৫।

৪) ১) শ্রীএন: মনিজাও সিংহ: মতম খোঙলৈ তাকপা পুয়া (ইম্ফাল, ১৯৮৬): ২) শ্রীরা: কু: স্নাহল (গুনেশ্বর) সিংহ: মণিপুর গোবিন্দ নির্পোন (ইম্ফাল, ১৯৮০): লা: ৫৮—৮১।

৫) পদ্মশ্রী খেলচন্দ্র সিংহগী খুত্তা লৈবা পুয়া।

৬) সগঙ্ক নিনয় M.S. লাতম: ১ লা: ১॥

৭) শ্রীসুরচান্দ শর্মা: মনু সংহিতা (A Treaties on Hindu Law (ব্রহ্মসভা, ইম্ফাল- ৯৬৪): লা: ৯২- ব্রাহ্মো দৈবস্ত পৈবার্ষ: প্রাজাপত্যস্তথাসুর:। গান্ধর্ব্বো রাক্ষসশ্চৈব পৈশাচ শ্চাষ্টমোহধম: ॥২১॥

৮) মথক্কসিদা: লা: ৯৩:—
আচ্ছাদ্য চার্চ্চয়িত্বা চ শ্রুতশীলবতে স্বয়ম।
আহূয় দানং কন্যায়া ব্রাহ্মো ধর্ম্ম: প্রকীর্ত্তিত: ॥২৭॥

৯) মথক্কীসিদা: লা: ৯৪:—
যজ্ঞেতু বিততে সম্যগৃত্বিজে কর্ম্ম কুর্ব্বতে।
অলঙ্কৃত্য সুতাদানং দৈবং ধর্ম্মং প্রচক্ষতে ॥২৮॥

১০) মথক্কীসিদা: লা: ৯৪
একং গোমিথুনং দ্বেবা বরদাদায় ধর্ম্মত:।
কন্যাপ্রদানং বিধিবদার্ষো ধর্ম্ম: স উচ্যতে ॥২৯॥

১১) মথক্কীসিদা: লা: ৯৪
সহোভৌ চরতাং ধর্ম্মমিতি বাচানুভাষ্য চ।
কন্যাপ্রদানমভ্যর্চ্চ্য প্রাজাপত্যো বিধি: স্মৃত: ॥৩০॥

১২) মথক্কীসিদা: লা: ৯৪:—
জ্ঞাতিভ্যো দ্রবিণং দত্বা কন্যাযৈ চৈব শক্তিত: ।
কন্যা প্রদানং স্বাচ্ছন্দ্যাদাসুরো ধর্ম উচ্যতে ॥৩১॥

১৩) মথক্কীসিদা: লা: ৯৪:—
ইচ্ছয়ান্যোন্যসংযোগ: কন্যায়াশ্চ বরস্য চ ।
গান্ধর্ব: স তু বিজ্ঞেয়ো মৈথুন্য: কামসম্ভব ॥৩২॥

১৪) মথক্কীসিদা: লা: ৯৫
হত্বাচ্ছিত্বা চ ভিত্বা চ ক্রোশন্তীং রুদতীং গৃহাৎ ।
প্রসহ্য কন্যাহরনং রাক্ষসো বিধিরুচ্যতে ।৩৩।।

১৫) মথক্কীসিদা: লা: ৯৫:—
সুপ্তাং মত্তাং প্রমত্তাং বা রহো যত্রোপগচ্ছতি স পাপিষ্ঠো
বিবাহানাং পৈশাচশ্চাষ্টমোহধম: ।৩৪।।

১৬) Government of Manipur: Manipur Customs (Codified by the Codification Committee) (Govt. Press, Manipur Administration, 25/10/1960) Pp 4-5.

১৭) Ibid: Pp. 33: - Lakshmi Narain (Chief Judge), Chairman, Codification Committee; L.M. Ibungohal Singh (Judge, Chief Court), Secretary Codification Committee; O. Thambal Singh, Member; Gourahari Sharma, Member; Moirangthem Ibungochaoba Singh, Member; Sanajaoba, Member; Quasi Waliulla, Member.

১৮) L.M. Ibungohal Singh; Introduction to Manipur (Imphal, 1963, 2nd Edi): Pp. 88-89

১৯) সমন্ধ নিনয়ঃ M S. শ্রীকুলচন্দ্র শর্ম্মদা লৈবা।

২০) শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মদাঃ মথক্কী লাইরিকঃ লাঃ ৯২-৯৪

হিন্দুগী ব্রাহ্মবিবাহদা বর বাণ্ডেন তৌবদগী লৌদুনা মৈতৈনা লুহোংবগী বর বাণ্ডেন তৌবা চৎনৈ। অদুগা হিন্দুগী দৈববিবাহদা যজ্ঞগী মৈকম লিংলগা মৈবু ৭ লক কোয়বা অমসুং মৈগী মরৈ বিবাহবু শাক্ষী থম্লগা খোঙথাং ৭ লক থাংবদুগী মৈতৈনা বরবু কন্যানা ৭ লক কোয়বগী চৎনবীসি হৌদোকই। হিন্দুগীদ মৈ কৌবা লাইগী মরৈ, বিবাহঃ নচিংবা মরৈ ৭ তা শাক্ষী থম্লগা সুহাগ সিন্দুর নম্লগা লৈ পরেং বর-কন্যা হক্কবদু লৌদুনা মৈতৈনা কুণ্ডো পরেং বরদা ২মক হান্না হুক্লগা বরনা অমা মণ্ডকশমদগী লোথোক্লগা কন্যাদা হুকই। হিন্দুগী লৈ পরেং হুক্কবাদ বরনা অমা ক্যনানা অমা পরেং অমমম পায়দুনা হুক্নৈ। মসিদসু মাম্নদবদু অদুম কৈরে হিন্দুগী সুহাগ সিন্দুর নম্বদুনা বর-ক্যানা অনিদু মৈতৈগীদি অপোক-অশাৎ থাবদা লুহোংবগী লাইশোন-তিনশোন তৌপ্রবনি। মদু হৈজিংপোৎ পুবা নমিত্তা লোয়শ্রবনি। অমুক লৈ কোয়দ্রিবৈদা কুজপোৎ বর-কন্যা অনিগী মথুক্তা থাঙ্গত্তুনা অমুক হন্না লৌন-লৈনবগী লাইশোন-তীনশোন তৌরে। অদুনাদ মপা-মমগী অনিম অমুক হন্না লুহোংলে, হায়বদি অনিরক লুহোংলে। অনিরক লুহোংবদি তৌহেদে।

২১) মৈতৈ হিন্দুগী লুহোংবা কন্যানা বরবু মশাগী (কন্যাগী) য়েৎ-ওইননা ৭ লক লৈ কোয়বা, কোয়রগা বরগী কোকথক্তা ওরক লৈ চায়থবা, ৭ লক শুবদা কুণ্ডো পরেং হুকপাসি হিন্দুগী মে কোয়বা অমসুং সপ্তপথ (খোঙথাং ৭ লক থাংব) দগী লৌরবসু মওংসিংসি মাম্নে হায়বা য়াদে। ৰাথক্লোনসু মাম্নহনবা ঙমদে।

২২) সুহাগ সিন্দুর, মৈতৈ হিন্দু লুহোংবদা নমদে, লৈ হুকপগী মওংদসু মাম্নদে। ফিক্কী কিনবসু হিন্দুদগী লৌরবসু মুপী ময়ুমদা

চত্তুনা শকখণ্ড-মায়খণ্ডনবগী কা লান্নবা, কাংশুবী লান্নবা আর্য্য হিন্দুগী লুহোংবদা য়াওদে। মসি মৈতৈ মশাগী হান্নগীনি।

২৩) খুদম ওইনা, নুপী মশানসু য়াদবা অমসুং নুপীগী অহল-লম্মসু য়াদবা কাহুদা লৌবা রাক্ষসবিবাহগী মওংগী লুহোংববু চিংলুরবা মতুংতুদা শেল পীরগা নত্রগা পান্থৈ অমা তৌদুনা নুপামযুমগা নুপীমযুমগা তাইশিন্নতুনা য়ানবা পুরক্লগা ব্রাহ্ম/ব্রাহ্ম-দেব/আর্য বিবাহগী মওং-মতৌদা নত্রগা গন্ধর্ববিবাহগী মওংদা লুহোংবা কয়া পাংথোক্লখি অমসুং পাংথে ক্লরি।

২৪) শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মাঃ মথক্কী লাইরিকঃ লাঃ ৯৩

পৃথক পৃথগবা মিশ্রৌ বা বিবাহৌ পুর্ব্বচোদতৌ।

গান্ধর্ব্বঃ রাক্ষসশ্চৈব ধর্ম্ম্যৌ ক্ষত্রস্য তৌস্মৃতৌ ॥২৬।

রাহন্দোক — মথক্তা ক্ষেত্রিশিংনা রাক্ষস অমসুং গান্ধর্ব্ব শীখিবা অতুদি তোপা তোপা তৌববসু, য়ান্নবু য়ান্নরবসু মখল অনিমক ক্ষেত্রিশিংগীদি ধর্ম্ম কায়দবা ওই। নুপা নুপী অনিনা অমগা অমগা পান্নতুনা লান্নচিংবা তৌরগা নুপী অতু পুরক্তুনা লুহোং-লবদি মতুবু অনিমক তিন্নবা গন্ধর্ব্বরাক্ষস বিবাহ হায়না কৌই।

২৫) শ্রীভোগেশ্বরঃ সনামাহ লাইকলঃ লাঃ ৪৭

২৬) শ্রীলাইঃ ৺ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহঃ মথক্কী লাইরিকঃ লাঃ ৮৫-৮৬ ...... লংমাইথেম লোইজাগী কুম শক ১৬৪৭ (খৃঃ ১৭২৫) ইংঙা থা ...... ২৫ নি শগোলশেন্দা স্নাহল মুরারী শিত্র। মনাইনুবী ২ মা মৈদা চোংশিনতুনা শিমিরৈ।

সতিদাহ — সতি মৈ থাবা, হিন্দু নুপীশিংনা মপুরোইবনা শিরবদা মপুরোইবগী পোৎলোয়বগী মৈদা চোংশিনতুনা শিমিন্নবগী থৌরমসি ভারতকী গোভর্নর জেনেরেল লোর্ড রিলিয়ম বেন্টিংনা খৃঃ ১৮৩৩ দা মুথৎখি।

২৭) Government of Manipur : Op. Cit:: P. 6

i) Union of a widow with a man is recognized by the Hindu Society in Manipur State. According to the prevailing Custom a union between a man and a widow as husband and wife is considered a marriage amongst the Hindus. For such unions approval (Loukhatpa) of some of the relation of the widow is necessary.

ii) The same holds good as for the union of a n an and a divorced woman. It is also recognised as a legalvalid marriage.

২৮) রাজো মাইবী: লাংঙন (ইম্ফাল, ৯৯):
হৈ-লৈশিংসিনা রাংপা য়াদ্রিবসি খাবা য়েন্নাংবনা তমপা ফো-ওইবীবু লৌগনি হায়না তৌরূবদগীনি।

২৯) থাংজম ইবোতোন: মথক্কী লাইরিক: লাঃ ১০।

৩০) বারেপ্পম যুগিন্দ্র সিংহ: মণিপুরী সংস্কৃতীদা ধর্ম'গী ওইবা লুহোংবা (ঋতু চেফোংদা হাপ্লকপা)।

৩১) মথক্কীসিদা

৩২) মথক্কীসিদা

৩৩) মথক্কীসিদা

৩৪) বরনা য়েংলিবা কোকয়েং য়েংবিয়ু। বোকয়েং মথল অসি লাইশিং অমা য়েংপা য়াই, মীওইবদা য়েনবদি নিংথৌ অমা মনীংতম্না য়েংপা য়াই, অতুগা লুহোংবা মুমিত্তা বয় ওইরিবা মী-শক্তনা য়েংপা য়াই, অতৈনদি বেংপা য়াদে।

৩৫) মি য়েংনবা ঈশিং হাপ্পা চফু। মি য়েংলগা কোনয়াই কুন্দুনা অক-ফত্তা য়েংবনচিংবা তৌনৈ।

৩৬) ফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মা: মথক্কী লাইরিক: লা: ৮৯

৩৭) মথক্কীসিদা :

৩৮) শ্রীমুয়াম ধনঞ্জয় সিংহ: শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং তপ্তবা শরুক (ইম্ফাল, ১৯৯৩): লা: ১২০

কৃতে যদ্ধ্যায়াত বিষ্ণু ত্রেতায়াং যজতে।
দ্বাপরে পরিচর্য্যায়োং কলৌ তদ্ধরি কৃত্তনাৎ॥

৩৯) থোংঙাম মাধব সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ: খুমুং লিচৎ শাজৎ (১৯৭০): লা: ৬৯ অমসুং রারেঙ্গম যুগিন্দ্রো সিংহ: মথক্কী রারেং

৪০) মথক্কীসিদা

৪১) মথক্কীসিদা

৪২) শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ: মথক্কী লাইরিক:

৪৩) থাংজম ইবোতোন: মথক্কী লাইরিক: লা: ২১

'হৌজিক্কী মতমগী লুহোংবদা থৌরম অসি পাংথোকপগী মতাংদসু য়েংবীয়ু।'

৪৪) রাজমুহোন মৈতৈ: পুন্নারী খাবি থিরেল থৌনিরোল (ইম্ফাল /১৯৭৪): লা: ৬৯

৪৫) রারেঙ্গম যুগিন্দ্রো: মথক্কী রারেং:

৪৬) মথক্কীসিদা

৪৭) মথক্কীসিদা

৪৮) মথক্কীসিদা

৪৯) মথক্কীসিদা

৫০) মথক্কীসিদা

৫১) থাংজম ইবোতোন: মথক্কী লাইরিক: লা: ৩১।

৫২) মথক্কীসিদা: লা: ৩৯

৫৩) ওইনাম ভোগেশ্বর: নিংথৌরোল শৈরেং (ইম্ফাল, ১৯৬৭):

ওমুনা মীওইবগী মচুং মরেং শিনবা অসি উশিন তৌবগী লাই-রোল্লসু য়াওই।

৫৪) থাংজম ইবোতোনঃ মথক্কী য়ারেংঃ লাঃ ৩২

৫৫) য়ারেম্নম যুগিন্দ্রো মথক্কী য়ারেং

৫৬) মথক্কীসিদা :

৫৭) T.C. Hodson : The Naga Tribes of Manipur (Delhi, 1974): P. 46.

৫৮) শ্রীলাই: ৺ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ: মথক্কী লাইরিকঃ লাঃ ২৮৪।

৫৯) Govt. of Manipur: Op. cit : P. 6

৬০) মুনী ওইবীশিংদি অমুক্তগী তেম্না লুহোংবা য়াদে, অনিরক লুহোং-লবদি মমং অনি শুরগনি। মসি হিন্দু ধর্ম্মগী রাখাল্লান্ন পুশিল্লকপনি।

৬১) মীগী থৌরম্নি হায়বদি মখোয় অনিগী লৌন-লৈনবহু থৌরমহু য়াওরিবা মীশিং অদুনা শাক্ষী ওইদুনা পাংথোকই।

৬২) Govt. of Manipur: Op. cit: P. 6.

## মৈতৈগী লৌন-লৈনবগী রায়েল

মৈতৈগী লৌন-লৈনবগী রায়েল-রাখুনগী ইতিহাসতা খ্বাইদগী ইহান চান্না রাখুনগী পোমিং কাংলম্বদি ঙ'নবা থমজিংকোন হায়রৈবনি। মরমসিনা মহাকপু থমসুং থোডাইবা রা'য়েল চুম্বা হায়বা মিংথে'নসি পী। মহাক অমসুং মহাক্না কাংলম্বা রায়েল-রাখুন-পোমিং অদুদি:—

...... থমসু' থোডাইবা রায়েনচুম্বা ।। লোইবেন পুনবিরোক ।।

থৌতু মুডপাকথকতা ।। মুংফি লৈরুমনা ।। ফাকং লৈঙইনন' ।।

লিচৈ তোর'ন সুনা ।। কাওরেন সননা তাম, ।। মললা মসিং

রাৎপদি। তাললোয় তুমুংসি ।। থংলেন রামুংসিবু ওইহনো।

কা'ওরেন সননা তামদবা। মলল্লা মসিং রাৎতবদি। ত'ল:লোয়

তুমুংসি। থংলেন রামুংসিবু ওইনা ও।। ...[১]

অসিশিংসিনি। মৈতৈ লৈপাক্কী কাংলুপময়াম্না শলাই লৈপাক লিংদুনা শৃঃ ৩৪ দগী [২] পাল্লক্রবস্ত লৈঙাকলোনগী অমসুং থুম্নাইলোনগী রায়েল-রাখুনশিংসি চীনবুড-চীনফা'দা লীশিন থমজিন্দুনা চংনরবই। অইবা ওইনা লৈরকপদি থেংলবা ইতিহাসকী মতম তরানিপা'ন শুবা খুংগী কুমশীং চাদগী নি। [৩] মরম অসিনা রায়েলশিংসিগী মরমদা নৈনবা তারবদি—মৈতৈ থুম্নাইগী লুপ অমসুং য়েক লুপশিং পে'ক্রক শাৎলকপা অমসুং মোংপোক-নোংচুপকী চংলকখিবা মীশিংগী মরম থওবগী মথৌ তারকই। মসিশিংসিবু রায়েলগী মচাক হায়না থম্লগা, রায়েল-রাখুন, লুহোংবগী রায়েলসঙ অমসুং চৈরাক হায়না থায়দোক্কনা মথং মথং ইজরি।

### লৌন লৈনঘগী-রায়েলগী মচাক

মৈতৈ লৈপাক মণিপুরদা থায়না অমসুং মমাঙউৈদগী হৌনা চংনরকপা কাংলুপ অমসুং ফুরুপকী মরমদা শীজিন্নরকপা রাইহশিংদি—য়েক তরেৎ শল্লাই/শলাই মাপন হায়বসিনি। মসিদা য়াওরিবা য়েক

হায়বসিনা খঙনরিবনা য়েক-য়েকপা হায়বদি মচু ও অমসুং শলাই হায়বসিনা শলাই=শল্লাই=শন্দোকপা লাই, মসুংগী হায়বদি, পুকোক অনিসিনি। মরম অসিনা বাহৈ অসিবু মসুংগী অর্থ মান্নবা বাহৈ ওইনা য়েক শলাই হায়না শীজিন্নৈ। অনিসিবু অর্থ মান্নবা শীজিন্নরম্বগী মরম অমনা শলাই অসি য়েক ৭সিগী মন্নুংদা চঙহুনা লৈ। য়েক হায়বা শলাই ওায়বসি লাক্লি-নৈগী বাহৈ মাল্লি অহুগা শলাই হায়বা বাহৈসি হিন্দু ধর্ম লৌরবা মতুংগী বাহৈ মাল্লি। য়েক তরেপ্তি—

১) খাংঙম/পোইরৈ/মৈতৈ/নিংথৌজা, ২) নোংবান/সেল্লোই-লংমাই/অঙোম, ৩) মুংবান/লুয়াং, ৪) নোংয়াই/খুমন, ৫) ঈবাং/মোইরাং, ৬) খাংয়ি/চেংলৈ/শরাং-লৈশাংথেম, অমসুং ৭) খাবা-ঙানবা অসিনি। অহুগা শলাই মাপন্না :—

১) শাণ্ডিল্য ২) গৌতম, ৩) কাশ্যবা, ৪) মদগলা, ৫) অত্রেয়, ৬) ভরদ্বাজ, ৭) টনমিষ্ট, অহুগা নিংথৌজাদা ৮) মার্কণ্ডেয়, অমসুং ৯) বাস্য অনিসিসু পীশিনখি।

শলাই মাপনসিদি হিন্দুগী গোত্রশিংনি।

মৈতৈ লৈবাক্কী তম্পাক্কী লমদমদা ওল্লিনৈদগীনা খৃঃ ১৪৩৫ গী মতম ফাওবদা লৈপাক পানবা কাংলুপ-ফুরুপ খর লৈরম্মী অমসুং মতমগী খোঙলৈদা মাঙখিহুনা অপুনবা মৈতৈ জাতি শাখি। লৈপাক পান্নম্বা কাংলুপ-ফুরুপশিং অহুদি :— ১) নিংথৌজা, ২) অঙোম ৩) লুয়াং, ৪) খুমন, ৫) মোইরাং, ৬) সরাং-লৈশাং, ৭) খাবা-ঙানবা ৮) হাওরোক-কোন্থৌ, ৯) কানতেক, ১০) হৈরেম-খুঙ্জান অসিশিংসিনি। মথক্কী কাংলুপ ফুরুপশিংসিদা ৮ শুবা মশীং সিনা শরাং-লৈশাংদা তিনখি অমসুং ৯ শুবা অমদি ১০ শুবা মশীং অনীসিনা লুয়াংগী চাদা-নাউদানি। অহুগা অনৌবা চঙলকপা নোংপোকহায়ম অমসুং নোংচুপহায়মশিংনা নপচরকপা, পকপা অমসুং ঈনবা হায়হুনা য়েক-শলাইদা তিনহল্লি। অসুম্না য়েক্তা তিনহনবসিদা

মুস্লীম পাংঙন, হিন্দু ব্রাহ্মন/বামোন, হিন্দু ক্ষেত্রি অমসুং লাইহরিকয়েং-থমদি য়াওদে।

মথক্কী য়েক তারেৎ অসিগী অমগা অমগা লৈনরিবা মরীদি ঃ—

১) নিংথৌজাগা মোইরাং অরিবগী মুংয়াং চাওবা অমসুং মনাও মুপা তাংগ্রৎ লুময়িবগী ঈ অসিগা ঈ মরী অমতনি। মরমদি মুংয়াংচাওবা অমসুং তাংগ্রৎ লুমায়বা অনিসি নোংদা লাইরেন পাখংবগী মচাশিংনি।

২) মৈদিংগু নাউথিংখোং (চাওঃ খুঃ ৬৬৩—৭৬৩) না লুনা চান্না খৌরদগী সরাং-লৈশাংথেমগী য়ুম্মাক নাউরেম নিংথৌজ'দা পকখি।

৩) অঙোম পুরৈরোম্বা অঙোগী মচনমুপী পুরৈলেমমুসুনা ঙানবা য়েক্কীপুকোক থমজিংকোন হায়হেবা অমসুং খাবা য়েক্কী ক্রুম কোইবা মচন-মনাও অনিসি পোকখি। অদুনা য়েক অনিসি অমতা ওইনা পুনশিন্দুনা খাবা-ঙানবা হায়না খঙনখি। খাবা-ঙানবগী সরাং-লৈশাং-থেমগা লৈঙাকলোনগী য়াম্না নক্কবা মরী লৈনবদগী শরাং লৈশাংথেমগী মচেৎ খর খাবা-ঙানবদা পকখি।

৪) অঙোম পুরৈরোম্বনা লৌক্লাপীচা নেংতংনু লৌদুনা পোকপা খোইদোম অহনবা লুবাংনা য়োকলকখি। অদুগা লুবাং পুন্সিবনা লৌক্লাপিচা নোংতংনুবু অমুক লৌদুনা পোকপা খোইদোমগী মনাও মান্দোম অতোনবনা লুবাং য়েক্কী লমখৈ খুরোই হাওরা লমলাংতোং (লম্মাংদোং/বিষ্ণুপুর/ বসেন্দপুর) পানদুনা ফাম্ভেক ওইখি।

৫) লুবাংনিংথৌ পুন্সিবা হোঙনেমনা ঙান্নরোল খোঙাইবা চন্ন লৌদুনা পোকপা লুংবা অমসুং নুংথোঙাইবা অনিসিনি। লুংবানা খারোমদা মমা খায়নরবদা মমাগী মতুং ইনদুনা চংঙগা খুমন য়েক্তা পক্তনা খুমন য়েকক্কী চাদা-নাউদা শন্দোকখি।

৬) মথক্কী (৫) গী লুবাং নুংথোঙাইবনা লংমাইচৌদা কাদুনা পাল্লগা লংমাইচৌদা পানবা লুবাং লংমাইবা ওইখি।

৭) লুবাং নিংথৌ পুন্সিবা হোঙনেমনা পোকপা লুমচেংহনবনা খারোমদা কুমখিদুনা হৈরেম-খুঞ্জান ওইখি।

৮) মোইরাং ঈরাং (লোক্তাক মপান্দা খুন্দাবা) অমসুং মোইরাং কৌবা (কৌব্রুচীংগী লমখৈ মনুংদা খুন্দাবা) অনিবু মোইরাং অরিবা অমসুং মোইরাং অনৌবা হায়দুনা থোক্লগা পুন্সিন্দুনা মোইরাং য়েক ওইখি।

য়েক অমদা মপা অমতমক লৈরম্বদগী মহাক্না মচা অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা পোক্তুনা মচা অহল্লা মযুম য়ুমলেন ওইহৌরগা মচা অতৈনা নাওদা মযুম ওইরকখি। অসিগুম্বা মযুমশিং— য়েক অমদগী কায়থরকপা নত্রগা খায়থরকপা, ঈগী-মরী তিংবা য়েক অমংগী মনুংদা লৈবশিংবু-শাকায়/শাকৈ, শাগৈ নত্রগা শাথাই/শাথৈ/শাগৈ হায়না খঙ-নরকখি। মতমগী মতুংইন্না মীশিং হেনগৎলবপনা শগৈ অদুগী মযুম অদু— মখোয়না ছিংনবগী লানফম থেংনরকপদা পায়রিবা শীনফম নত্রগা মখোয়না তৌথোক্লকপা মীথোই-মীহেনবা থবক অমসুং থবকী মওং-মতৌ নত্রগা খুাইদগী হেন্না অহল ওইবা লুচিংবনা তৌথোক্লকপা থবক, মহাক্কী মওং মতৌ, মহাক্না পায়রিবা লৈতাক-থৌগাইগী ফমথোন অসিন ছিংবদগী লৌদুনা শাগৈ মযুম অমমমদা মমিং অমমম পীরগা মযুম অমমমবু খঙনরকখি। মসিবু য়ুমনাক হায়না থোনখি। মীশিং য়ামখৎ লকপগী মতুং ইন্না য়ুম্নাক য়ুমলেন, য়ুমলেন নাওদা য়াঈমা অমসুং অতোনবা হায়না অমুক খায়দোক্লরকখি। মতুদগী য়ুম্নাক্কী মনুংদা শাগৈগী ফু কায়নবা অমসুং কায়নদবা হায়না অমুক থোক্লকখি। য়ুম্নাক অসি য়ুম/মযুম হায়না অমুক খায়দোকপা য়াই। য়ুম/মযুম অসিদগী হেন্না পীকপা খুমাইগী খুজিংদি ফুঙ্গানি। ফুঙ্গাসি মতৈ-মনাও অমনা শাই। মখোয়না মচা পোক্তুনা য়ুম লিংবা মতমদা মচাশিংদু চাওরক্তুনা য়ুম অদুদা ফুঙ্গা মৈফম অনি নত্রগা অনিদগী হেন্না লিংজরবদি য়ুম/মযুম কৌই। য়েক অমতগী মনুংদা শাগৈ ফু কায়নবা নত্রগা কায়নদবা য়ুম্নাক লৈনা মমিং ম'মবা য়ুম্নাক অনি লৈবা য়াদে।

ঈ তিন্নবা নত্রগা পুং তিন্নবা য়েকশিংদি লৌন-লৈনবা য়াদে। অদুগা য়েক-শলাইগী/শাগৈগী/য়ুম্নাক্কী/য়ুমলেনগী ভাক্নবা য়েকশিংদু য়েক/

ঈ/পু তিন্নবশিংগুম্না লৌন-লৈনবা যাদনা ভাক্লে। য়েক্কী ওইনা লৌন-লৈনবা যারবসু মমা-মপাগী মমিংগা মান্নানা কৌবা মুপী-মুপা লৌনদে ওঝা/গুরুগী মচানুপী-লৌনদ। অসুম্না য়েক শলাইশিংগী মরক্তা অথিংবা থমই। অতুবু লৌন-লৈনবগী অথিংবা/ভাক্লবা অমসুং চৎনবী অসি যুম্নাক তাবক্লগা অমুক্তা হেন্না কুপ্না অমসুং মচা তানা মৈতৈ খুন্নাইগী সোসিয়েল-সাইন্সকা লৈ। য়েকশিংদা লৈরিবা ঈ/পু তিন্নবা যুম্নাকশিং অমসুং য়েকতা নপচবা/পকপা/ইনবা যুম্নাকশিংদি ৫।

১) নিংথৌজা য়েক্তা লৈনা যুম্নাকশিং :—

১/ (ক) ঈ/পু তিন্নবা নিংথৌজা য়েক্কী যুম্নাকশিংদি :— ১) য়েনখোম, ২) কৈথেললাকপম, ৩) খোইরোম, ৪) থোংগাবম, ৫) মাইরেম্বম, ৬) ফেন্সেম, ৭) হৈরোম, ৮) কোংবম, ৯) তাইমজম নাওরেম, ১০) লৌরেম্বম, ১১) ইপুশংবম, ১২) খুমল্লম্বম, ১৩) খোইস্নাম, ১৪) শিংখাম, ১৫) লাইতোঞ্জম, ১৬) নামোইজম ১৭) মযাংলম্বম, ১৮) নাওরোইবম, ১৯) হাওবৈজম, ২০) চংনিংখেনবম ২১) ভাত্তোম, ২২) কাংভাশেনবম, ২৩) খোইজুজম, ২৪) লোইতাম, ২৫) নাওদম, ২৬) খমলাংবাশওবম, ২৭) ইরোম, ২৮) সিনাম, ২৯) লাইশওবম, ৩০) খিংনাম, ৩১) অংখোম, ৩২) খুন্দ্রাকপম, ৩৩) কাংওবম, ৩৪) লাইকংবম, ৩৫) হাওখোম ৩৬) নাকনবম, ৩৭) নাহাকপম, ৩৮) শানৌজম, ৩৯) রারেপপম ৪০) লৌরাংবম, ৪১) য়াংভৌয়ৈবম, ৪২) শাইরেম, ৪৩) অখোংবম ৪৪) শোইয়াম, ৪৫) মুতুম, ৪৬) হুইবোংবম, ৪৭) কোংবজম, ৪৮) খুন্দোম, ৪৯) হৈরাংখোংজম, ৫০) হৈস্নাম, ৫১) শাৎপম ৫২) হুকরানখেম, ৫৩) হুয়িংথেম, ৫৪) শাদোকপম, ৫৫) ঈরেংবম ৫৬) কৈশাম, ৫৭) লৈচোনবম, ৫৮) ফাইরেম্বম, ৫৯) চরোইবম, ৬০) লোইতোংবম, ৬১) ভাংখরুংবম, ৬২) অতোম, ৬৩) পাওনম ৬৪) ওংথাম, ৬৫) য়েনরাম, ৬৬) ঈকুংবম, ৬৭) লুক্রাম, ৬৮) শোরেনশওবম, ৬৯) লৈস্রাম, ৭০) নোংথোম্বম, ৭১) ফমদোম,

৭২) হেমনাম, ৭৩) চিরোম, ৭৪) খোয়দোঙবম, ৭৫) নাওমৈরাকপম, ৭৬) হুইদ্রোম, ৭৭) য়ুম্নাম, ৭৮) শনশিনবম, ৭৯) মোইরুং-লোকপম, ৮০) কোনসম, ৮১) সনারাইবম, ৮২) খাঙজ্রাকপম, ৮৩) লাংপোকলাকপম, ৮৪) নিংথৌজম, ৮৫) শিংগাম, ৮৬) য়েন-শেমবম, ৮৭) সোরাম, ৮৮) খোদাম ৮৯) তোনানবম, ৯০) মোইরাংনিংথৌময়ুম, ৯১) সনাবাম, ৯২) তেলেম, ৯৩) লাংদম, ৯৪) মুমিংলৈমাশঙবম, ৯৫) য়েনকোকপম, ৯৬) কাম্বম, ৯৭) চোমচনবম, ৯৮) রাংথৈরাকপম ৯৯) রাংথৈময়ুম, ১০০) লৌরুংবম ১০১) খুরাইরাকপম ১০২) নোংমৈকাপম ১০৩) কৈথেন মপানতাবম ১০৪) য়াইস্কুললাকপম ১০৫) পাচাহনবা ময়ুম ১০৬) উরুংপুরেন ময়ুম নভ্রগাযুবারাজবংস ১০৭) কর্ত্তাবংস ১০৮) লৌকংপুরেন ময়ুম ১০৯) মন্ত্রিময়ুম ১১০) সেনাপতিময়ুম ১১১) শঙলেনময়ুম ১১২) পুথেম ১১৩) লৈখুশুংবম ১১৪) ঙারেনয়ানবম ১১৫) নোংয়িনফাবম ১১৬) লৈমাপোকপম ১১৭) ফৌরুংবম ১১৮) শঙ্গাইশেনবম ১১৯) খুনজান-ময়ুম ২০) রাইখোম ১২১) লানথম ১২২) কোম্থাহাওবম ১২৩) খোয়রৌয়ানবম ১২৪) শৌগ্রাকপম ১২৫) তেনশুবম ১২৬) কাংজম ১২৭) মোইচেম ২৮) নরসিংহবংস।

খ) নিংথৌজাইনবা নোংপোকহারম — ১) লৌরিয়াম ২) চরাইময়ুম ৩) শেগুম ৪) হৈবীথাবম ৫) নান্দেবম (৬ চক্কানময়ুম ৭) ফুরিৎশাবম ৮) শঙ্গাইসেনম্বম।

গ) নিংথৌজা ইনবা নোংচুপহারম — ১) ঙাথেম ২) হোদাম ৩) পেবম ৪)সনসম।

ঘ) নোংপোকহারমদা পকখিবা নিংথৌজা য়েক্নী য়ুম্নাকশিং — ১) ঈরুংবম ২) খোংকাবম ৩) কৈশাম ৪) শঙ্গাইশেনবম।

ঙ) নোংচুপহারমদা পকখিবা নিংথৌজা য়েক্নী য়ুম্নাকশিং — ১) কৈশাম ২) কোনসম ৩) নাওদম ৪) নামোইজম ৫) নিং-থৌজম ৬) ময়াংলম্বম ৭) লুক্রাম ৮) খোদাম ৯) খোংকাবম

১০) সনাবাম ১১) শল্লাইশেনবম।

২) অঙোম য়েক্কা লৈবা য়ুম্নাকশিং :—

ক) ঈ/পু তিন্নবা অঙোম য়েক্কী য়ুম্নাকশিংদি :—
১) লোংজম ২) লাইরেল্লাকপম ৩) থাংখেম ৪) কম্বাম ৫) অকোইজম ৬) নিংথোম্বম ৭) লাইতোঞ্জম ৮) কুইরেম ৯) অয়েকপম ১০) খোইবম ১১) মঙ্গান্দুরাম ১২) পোকল্লাম ১৩) য়ুমলেম্বম ১৪) নোংমাইথেম ১৫) হিদাম ১৬) সেরাম ১৭) পোংগুম্বম ১৮) নাকম্বম ১৯) তাংনাম ২০) অচুরাম ২১) থারেনবম ২২) খোঙনেমগুম্বম ২৩) খোংবম ২৪) চবপ্রেম ২৫) মংশাত্থাবম ২৬) থাংজমবম ২৭) চীঙাকাংবম ২৮) তেলেম ২৯) থাঙকাপ্পম ৩০) সোরাম কৈজমবম ৩১) মৈতাম্বম ৩২) সাইরোম ৩৩) থাঙেম্বম ৩৪) কৈজমবম ৩৫) খম্বিবম ৩৬) লোংজোম্বম ৩৭) নাকপকখনবম ৩৮) পাচাংলনবম ৩৯) খোইমোম্মাবম ৪০) অথোম ৪১) মংখোম ৪২) পুখোম্বম ৪৩) কিয়াম ৪৪) খোইয়াংবম ৪৫) শাংজোম্বম ৪৬) মান্দিরম ৪৭) কেকোংবাঙবম ৪৮) ছায়হৈবম ৪৯) মোইরাং লাইশ্রম ৫০) থাংলেনবম ৫১) য়ুমশায়বম ৫২) কারাম ৫৩) লৈশঙবম ৫৪) পোংশঙবম ৫৫) মোক্লিময়ুম ৫৬) সাংগম ৫৭) পুত্তোঞ্জম ৫৮) শগোকপম ৫৯) ঈথৈশঙবম ৬০) থাঙকাংবম।

খ) অঙোমদা পকপা নোংপোক্ছারমগী য়ুম্নাকশিং :—
১) উশম ২) খুম্বোংময়ুম ৩) লেন্দাংময়ুম ৪) অখনবম ৫) খোংবাংবম ৬) নাওরেমবম ৭) য়ুম্লিংশাইম ৮) কেইম ৯) থাশেরম ১০) মোনফাংময়ুম ১১) হিখাম্বম ১২) চাঙগুবম ১৩) কোনসম ১৪) লৌবীরাম ১৫) শঙখুবম।

গ) অঙোমদা পকপা নোংচুপহারবগী য়ুম্নাকশিং :—
১) ক্ষেত্রিময়ুম ২) অচোম ৩) হৈরোম ৪) খাঙম্বম ৫) থয়নাম ৬) অঙোমজাম্বম ৭) কোনসম।

ঘ) নোংপোকহারম পকখিবা অঙোম য়েক্কী য়ুম্নাকশিং :—

১) চীনগাংবম ২) কোনসম ৩) ওয়নাম ৪) ঙাসেপ্পম।

ঙ) নোংচুপহারম পকখিবা অঙোম য়েক্কী য়ুম্নাকশিং :—

১) অয়েকপম ২) কম্বাম।

চ) অঙোম য়েক্না লৈবা য়ুম্নাকশিং :—

ক) ঈ/পু তিন্নবা লুয়াং য়েক্কী য়ুম্নাকশিং :—

১) অশাংবম ২) ময়েংবম ৩) খুমুকচম ৪) অরুকম ৫) কন্থৌজবম ৬) য়াংলেনবম ৭) অরাম্বম ৮) ঙাংঙোম ৯) লোইতোংবম ১০) পুংক্রাইজম ১১) লুয়াংশঙবম ১২) অকুবম ১৩) নোংথোম্বম ১৪) হৈখম ১৫) তোরজম ১৬) খুঙ্গানময়ুম ১৭) থাংজম (খুমুকচম) ১৮) কৈরোইজম ১৯) শোবাম ২০) মৈস্নাম ২১) থিয়াম ২২) মৈত্রম ২৩) থমংজম ২৪) য়ুমলেম্বম ২৫) থৌনাউজম ২৬) অথোকপম ২৭) হিজম ২৮) চোংথাম ২৯) য়াঙম্বম ৩০) সালাম ৩১) হাওরোংবম ৩২) লাইশোম ৩৩) সোবাম ৩৪) থাওদেজম ৩৫) নাহাকপম ৩৬) লৌপাম ৩৭) নাওরোইবম ৩৮) নীংচিংপম ৩৯) নাম্বম ৪০) বাংহেংবম ৪১) লাইকংবম ৪২) লাইরেঞ্জম।

খ) লুয়াংদা পকপা নোংপোকহারমগী য়ুম্নাকশিং :—

১) শঙখুবম ২) হৈখাম ৩) শেঞ্জম ৪) খোংবানতাবম ৫) হেক্রেম্বম ৬) ইচোম ৭) অচোইবম ৮) উশম ৯) লাকপমশাবম।

গ) লুয়াংদা পকপা নোংচুপহারমগী য়ুম্নাকশিং :—

১) অশাংবম ২) অরুজম ৩) অরাম্বম।

ঘ) নোংপোকহারম পকপা লুয়াং য়েক্কী য়ুম্নাক :—

১) থাংজম।

ঙ) নোংচুপহারম পকপা লুয়াং য়েক্কী য়ুম্নাকশিং :—

১) থাংজম।

৪) খুমন য়েক্না লৈবা য়ুম্নাকশিং :—

ক) ঈ/পু তিন্নবা খুমন য়েক্কী য়ুম্নাকশিং :—

১) আক্রাম ২) মাইবম ৩) থোইদিংজম ৪) য়াংলেম ৫) থোঙ্গজম

৬) পুখ্রেম ৭) ফাইরেম্নম ৮) লাংলেনহনবম ৯) চান্দম ১০) ভৌরেম ১১) পাংখামজম ১২) মেংবীজম ১৩) লাংদেম ১৪) ভাংবম ১৫) চরাইবম ১৬) অকাংজম ১৭) পাল্লুবম ১৮) ওয়নাম ১৯) মাইমোম ২০) খংনাম ২১) অহাওশাংবম ২২) চবুংবম ২৩) খোংগ্রাম ২৪) হৈক্রুজম ২৫) সিনাম ২৬) অতোম ২৭) খোংবম ২৮) য়াংভৌরৈবম ২৯) থাওগংশাবম ৩০) চংলেম ৩১) করাওবম ৩২) অতোম, সিনাম ৩৩) খেজুজম ৩৪) লাইশ্রাম ৩৫) কোলোম ৩৬) সোগাইজম ৩৭) অসেম ৩৮) তাইবাংজম ৩৯) রারেম্নম (তাইবংজম) ৪০ তাইবংজম (রারেম্নম) ৪১) ইপুশওবম ৪২) শাংপম ৪৩) হাওবিজম ৪৪) কব্রম্নম ৪৫) পুঙ্গম্নম ৪৬) ভাখাখোইমস্নম (অসেম) ৪৭) মৈতানকৈশওবম ৪৮) লিকমাবম ৪৯) খিংগোম ৫০) ময়াংলম্নম ৫১) চুঙথাম ৫২) অয়াম ৫৩) মাইকুরাম ৫৪) অমাকচম ৫৫) চরোইবম ৫৬) অকুরাম ৫৭) খোইরীশুমবম ৫৮) লমাবম ৫৯) য়াইখিংবম ৬০) লাংগম ৬১) থাংজম ৬২) শমুকচম ৬৩) খিংরাইজম ৬৪) খোইরোম ৬৫) নাত্রম ৬৬) হাওখম ৬৭) মোইরেংজম ৬৮) হেস্তাকপম ৬৯) হেস্তাকপম (য়েনশেম্নম) ৭০) লাইশ্রম ৭১) ভৌরেম ৭২) অমোম ৭৩) লাইখুরাম (লাইশ্রাম) ৭৪) ভোজম ৭৫) পুযাম ৭৬) য়ুংখাম ৭৭) নেপ্রম ৭৮) ইংকুহুম ৭৯) মোইচেম, ৮০) লাংহৈবম ৮১) কানচেম ৮২) অখাম ৮৩) য়ামবেম ৮৪) ভাসেম্নম ৮৫) পাংওম্নম ৮৬) ভোকপম ৮৭) শজেম্নম ৮৮) ম্নায়েনবম ৮৯) চিংথাম ৯০) শাকাম্নম ৯১) হাওরোংবম ৯২) ভৌমোম ৯৩) শগ্নাম ৯৪) লাম্নম ৯৫) থাংজম (য়াওশোম) ৯৬) খুমন্থেম ৯৭) ঙলোম ৯৮) তাওবম ৯৯) অহৈবম

(ভাগুবম) ১০০) থাওদেম ১০১) খুলেম ১০২) পলেংম ১০৩) তোনব্রম ১০৪) শুংহুবম ১০৫) য়াংলৈবম।

খ) খুমনদ্রা পকপা নোংপোক্হাযমগী য়ুম্নাকশিং:—

১) চুইয়াম ২) শেঙ্গম ৩) চাংগমময়ুম ৪) কোনসম।

গ) খুমন্দা পকপা নো'চুপহারমগী য়ুম্নাক;—

১) কোনসম।

ঘ) নোংপোকহারম পকপা খুমন য়েকী য়ুম্নাকশিং:—

১) কোনসম ২) থাংজম।

ঙ) নোংচুপহারম পকপা খুমন য়েকী য়ুম্নাকশিং:—

১) ওয়নাম ২) থাংজম ৩) নাম্রম ৪) ময়াংলম্বম ৫) মৈতানকৈশঙবম ৬) হৈক্রুজম ৭) কোনসম।

৫) মোইরাং য়েক্তা লৈবা য়ুম্নাকশিং:—

ক) কাংলু তিনবা মোইরাং য়েকী য়ুম্নাকশিং:—

১) চোংথাম ২) মেজেম ৩) মোইরাংথেম ৪) রাংলেনবম ৫) থাংজম ৬) করম্বম ৭) ভাংশবংবম ৮) নোংথোম্বম ৯) মাইয়ুজম ১০) রাংলেনবম ১১) লম্বুজম ১২) রাকনবম ১৩) কারজম ১৪) মুঙলেপ্পম ১৫) নিংথৌখোজম ১৬) কোংখাম ১৭) কোইরেনজম ১৮) রাংবিজম ১৯) ক্রাংজোম ২০) সল্লাকংবম ( মোইরাং কৈথেল্লাকপম ) ২১) ওক্রম ২২) মাইরেম্বম (ওক্রম) ২৩) পুখ্রম্বম ২৪) নারেংবম ২৫) মাইংথোম ২৬) কুম্নাবম ২৭) অচোম ২৮) হাওরোংবম ২৯) কৌজেংবম ৩০) আকারাম ৩১) লিসম ৩২) খোকচোম ৩৩) পোজেম ৩৪) ভাংখম ৩৫) পোইৎবম ৩৬) চুহৈবম, লাইক্রাকপম ৩৭) মাইক্রাকপম ৩৮) মইহৈবম ৩৯) মাইরেনময়ুম ৪০) লাইথংবম ৪১) খোইনাইজম ৪২) মোইরাংময়ুম ৪৩) লৈমজম ৪৪) রাংথেম ৪৫) হিদম ৪৬) খোমদ্রাম ৪৭) অসেম ৪৮) পুখেম ৪৯) লাইকুজম ৫০) কৌইশাঙ্গবম ৫১) য়ুরেম্বম।

খ) মোইরাং য়েক্কা পকপা নোংপোকহারমগী য়ুম্নাকশিং :—

১) উশম ২) নান্দেবম ৩) শারুংবম খিয়াম।

গ) নোংচুপহারম পকপা মোইরাং য়েক্কী য়ুম্নাকশিং :—

১) অচোম ২) অঙৈবম ৩) করাজম।

৬) খার-ভানবা য়েক্কা লৈবা য়ুম্নাকশিং :—

ক) ঈ/পু তিন্নবা মোইরাং য়েক্কী য়ুম্নাকশিং :—

১) কোঞ্জেংবম ২) খুরাইজম ৩) নোংজেংবম ৪) খাইদেম ৫) মৈহৌবম ৬) তেকচম ৭) ফিজম ৮) থোংডাম ৯) অহৈবম ১০) হেস্তাকপম ১১) কানবজম ১২) হাওবিজম ১৩) থিনবম ১৪) লাঙ্গোনজম ১৫) রাংবিজম ১৬) লাঞ্জিরাম ১৭) করয়ম ১৮) খুমুকচম ১৯) থিংবাইজম ২০) খুমুকচম ২১) লোংখুমুকচম।

খ) খার-ভানবা য়েক্কা পকপা নোংপোকহারমগী য়ুম্নাকশিং :—

১) নান্দেবম ২) শমচেংশাবম ৩) খোইরীখুল খাইদেম।

৭) সরাং-লৈশাংথেম য়েক্কা লৈবা য়ুম্নাকশিং :—

ক) ঈ/পু তিন্নবা সরাং-লেশাংথেম য়েক্কী য়ুম্নাকশিং :—

১) চেলৈবম ২) থাংজম ৩) তোংব্রম ৪) তোরাংবম ৫) থুমকনবম ৬) সোরাইশম ৭) লৈতাম ৮) কোনসম ৯) ভাথেম ১০) লাঙ্গেঞ্জম ১১) ময়াংলম্বম ১২) নাওশ্রম ১৩) লৌসিগাম ১৪) থুঙ্গোংবম ১৫) লৈশাংথেম ১৬) খাগোকপম ১৭) নাওসেকপম ১৮) ইংভুদম ১৯) খোইরোম ২০) মৈনম ২১) চেংথাম ২২) হৈরাম ২৩) শরাংথেম ২৪) নাওরোইবম ২৫) রাইরোকপম ২৬) চনম ২৭) য়েল্লাংবম ২৮) চাওভাখম ২৯) শরোকখাইবম ৩০) মাইবথিয়াম ৩১) শন্মোম ৩২) খাইজম ৩৩) থোঙ্গাবম ৩৪) পোংশভবম ৩৫) কোন্থৌজম ৩৬) হাওরোকচম ৩৭) শোম্বেম ৩৮) থাংজম য়ুপানবম ৩৯) কোঞ্জেংবম ৪০) লোকতোনবম ৪১) হেস্নাম ৪২) অহৈবম ৪৩) অমোম।

৮) য়েক লৈতবা/পীদবা নোংচুপহারমগী য়ুম্নাকশিং :—

১) লাইরিকয়েংবম ২) ক্ষেত্রিময়ুম ৩) রামোন ৪) অচানবম

৫) অপানবাক্কেংবম ৬) অনোংময়ুম ৭) অনৌনম ৮) অরাংতোবম ৯) আনন্দময়ুম ১০) ঈশিংখায়বম ১১) উকাবম ১২) কাকয়েন-পাইবম ১৩) কাকহেনময়ুম ১৪) কনাইবম ১৫) খাংবমতাবম ১৬) কৈরোংবম ১৭) খাদিবম ১৮) খুগাপ্পম ১৯) খুরাইতাবা থাংজম ২০) খুল্লাকপম ২১) খুলেনময়ুম ২২) খেমাময়ুম ২৩) খোয়রাংবম ২৪) খোংতৌবম ২৫) খোংনৈময়ুম ২৬) ঙাইরাংবম ২৭) চনম্ব ২৮) চনমথাবম ২৯) চামাঙবম ৩০) জুগীময়ুম ৩১) চুমবংময়ুম ৩২) চিঙ্গাম ৩৩) তখেন অয়েকপম ৩৪) তখেল্লম্বম ৩৫) তখেন-চঙবম ৩৬) তবংবম ৩৭) তাইবংজম ৩৮) থাংগংশাবম ৩৯) থাংজম নাইমৈরাকপম ৪০) থাংজম মাংখেম ৪১) থাংজম অরাংতাবম ৪২) থাংজম খাতাবম ৪৩) থাংজম গোন্দরময়ুম ৪৪) থাঙজোময়ুম ৪৫) ধবালময়ুম ৪৬) নমশাতকপম ৪৭) নহাকপম ৪৮) নাপেৎময়ুম ৪৯) নিংথৌচানবম ৫০) নিংথৌজম ৫১) ফুন্দ্রেবম ৫২) পালকুংবম ৫৩) পাখংলাকপম ৫৪) পুখ্রীহোংবম ৫৫) পোচিময়ুম ৫৬) পেরেখোংবম ৫৭) পৌশাংতাবম ৫৮) ফিশাবম ৫৯) ফিশাবা অরাংতাবম ৬০) মখাং অরিবম ৬১) ময়াচঙবম ৬২) ময়াংহিশাবা লুপলাকপম ৬৩) মংাকময়ুম ৬৪) মোইখোংবম ৬৫) য়াঙ্গোইজম ৬৬) য়ুমখাতাবম অরাংবম ৬৭) য়ুপানবম ৬৮) য়ুমখায়বম ৬৯) য়ুমকাবম ৭০) য়ুম্নাকশঙবম ৭১) লুপলাকপম ৭২) লম্বাল্লেশঙবম ৭৩) লাইখুময়ুম ৭৪) লাঙ্গাবম ৭৫) লৈহাওরুংবম ৭৬) শৌগম ৭৭) রাকেম, রাখনবম ৭৮) রাইবী কঙ্গালখাঙশাবা খাইদেম ৭৯) রাখাবম, ৮০) রারিবম ৮১) শঙ্গাইগরৌ, য়ুমখাতাবম ৮২) শগোনশেম ৮৩) শাঞ্জিরামময়ুম ৮৪) সনাখোনবম ৮৫) শাইখোম ৮৬) শাঙম্বম ৮৭) শিঙ্গাখোংবম ৮৮) শিগুংতাবা শেনয়েবম ৮৯) সুদিয়াময়ুম ৯০) সুনারামময়ুম ৯১) সৌবাম ৯২) হীদাকঙুংবম ৯৩) খাখংবম ৯৪) হিশাবা চনম্বম ৯৫) হিংখাইবম ৯৬) হুইয়ামময়ুম ৯৭) হৈরুংবম ৯৮) হোদোংবম ৯৯) সৌনময়ুম ১০০) ক্ষেত্রিনাওদম।

—মখোয়সিনি। মখোয়দি মখোয়না খুনহেংংলকপদা লোয়নরকপা গোত্রশিংছুনা য়েক্কী মচুং ওইনৈ।

পাংগুন মুসলমানশিংগী য়ুম্নাক ৬০ মুক লৈ। অদুবু মখোয়দি মখোয়গা শাগোম্লরকপা মহমুদন ধর্ম্মগী অমসুং লৈপাকলোনগী রায়েল-রাখুন পরেংনা মখোয়গী পাক-শেন্নি অমসুং হারক বাতেম্মী।

চকপা, অয়োকপা, হাওমচা হায়বা কাংলুপ-ফুরুপশিংগীসু মখোয়-মখোয়না মৈতৈ শেক-শলাইগী য়ুম্নাকশিংদা নপচবা য়ুম্নাকশিং অমসুং নপচনবা য়ুম্নাকশিং তোংঙান-তোংঙান লৈজে।

—রিফরেন্সশিং—


১। শ্রীখেলচন্দ্র সিংহ : চংদা লাইহুই : লং ৭।
২। চৈথারোল কুম্বাবা পীবা চহিনি।
৩। সম্বন্ধ 'নির্ণয়' খুদম্ম।
৪। বাহেংবম য়ুমজাও সিংহ : মণিপুর ইতিহাস (ইম্ফাল, ১৯৫০) : লা : ৯।।
৫। শঙ্গাই ফম্মাঙ : M S, চেথোঙ : M.S., লাংথাবল্লোন : M S., নোংথং : M.S. নোংচুপ হারমলোন M S., নোংপোকহারমলোন : M.S., ক্ষেত্রিলোন : M.S., লাইরিকয়েংবমলোন : M.S., উথোংশাংলোন : কুম্ফিলোন M.S., ময়াংকালিশালোন : M.S., মন্নাং তেখাওলোন : M.S., তখেললোন M S. অসিনচিংবা পুয়াশিং।


———

# লৌন-লৈনবগী ৱায়েল-য়াথুং পরেং

মৈতৈগী খুন্নাইদা লৈরিবা য়েক তরেং শলাই-মাপল অসিগী লৌন-লৈনবা—মৌ থিবা অমসুং চন্নু নিংঙোল থাজা-য়ম্বক্সী ৱায়েল-য়াথুং পরেং অসি মৈতৈগী লাইনীং লোনচৎ অমসুং লৈংথোক-লোন-খুন্নাইলোনগী চংলম লুপাতিন্না নিংথিনা য়াথ্না লৈ। ৱায়েল-য়াথুং পরেং অসি পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কী য়ুম্ফম থোল্লগা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবা (চাও: খৃ: ৩৪-১৫৪) না য়াৎলগনি হায়না পী[১]। অদুবু মৈদিংঙু নাউফংবা (চাও: খৃ: ৪২৮-৫১৮) গী মতম য়োৎত্রিবা ফাওবদি ৱায়েল-য়াথুং পরেংসিগী খুন্নুং শেইবা শক্তক থর ফাওবা লৈরমগনি হায়না লৌবদা য়াম্না থোকই মরম্দ নিংথৌ অসিগী মতমদদা বাথৎ-ৱারোঙনবগী ৱাথোক্ত্রুনা ৱায়েল পরিং থাদুনা ৱায়েনবগী ৱাফম পীরি[২]। অদুদসু নওনা লৈগাক্কোনগী মহাক্না পীরগা ৱায়েল-য়াথুং পরেং মচা অমা পীবগী ৱারোল পীর মদু দ[৩] :—

…মৈদিংঙু নাওফংবনা থম্লগা হায়রম্ব: ৱাবু হায়গেতা,—কংলৈ মৈতৈ লৈমনা ৱাই হায়ফরোইয়ে… (লং: ৩৪) … পেল তিন্নবা, পি তিন্নবা, য়েক তিন্নবা মুপীদি লৌনহৈদে … …।

অসিনি। অদুগা নৈনগদৌরিবা ৱায়েল-য়াথুংশিং অসিদি—য়েক/শলাই, ফুরুপ, শাগৈ, য়ুম্নাক, ময়ুম অমসুং ফুংগা হায়বা খুন্নাইলোনগী লুপকী খুজিংশিং অসি থোক্লবা মতুংগী ৱায়েল য়াথুং পরেংনি। মৎকী খুজিংশিং অসিনা হৌরক্লবা/থোক্লকবদা, লৈরবদা মখোয়গী মরক্তা মতম থোংলৈ মতুং-ইন্না থোক্লকপা লৌন-লৈনবগী থৌদোক-ৱাথোক-শিংনা পোমিৎ য়াম্না ৱায়েল-য়াথুং পরেংসি শেম্লকপনি। অদুনা মখোয়শিংসি—অপুনবা মৈতৈ লৈপাক শাইরক্লদুনা মৈতৈ নিংথৌগী ৱায়েল—চৈরাক চৎনরক্লবা মতুংদা পাল্লকপা মৈতৈ নিংথৌশিংনা

হাপতোক-হাপচিন লৌথোক-লৌশিন তৌদুনা শেমলম্বশিংনি। মরম অসিনা লৌন-লৈনবগী রায়েল-রাখুন পরেং অসিবু—১) হিন্দু ধর্ম লৌদ্রিংলৈদগী চৎনরকপা অমসুং ২) মৈতৈ হিন্দুগী চৎনরকপা হায়না অনি থোক্না খায়দোকপা য়াই। মথোয়গী রারোলশিংদি :—

১) হিন্দু ধর্ম লৌদ্রিংলৈদগী চৎনরকপা লৌন-লৈনবগী রায়েল-রাখুন পরেং :—

রায়েল রাখুন পরেং অসি হিন্দু ধর্ম লৌদ্রিংলৈদগী চৎনরকপনা অনৌবা কয়া মতম মতমগী ওইনা হাপ্লোক-হাপচিন তৌরগা হৌজিক ফাওবদা অদুম চৎনরি হায়বা য়াই। হায়রিবা রায়েল-রাখুন পরেংসিগী মমিং ওইনা খঙনবা পীরিবা রায়েল-রাখুন্দ ১) য়েক তিন্নবা ২) শাইরুক/শাইরুপ (শল্লাই-লুপ) তিন্নবা ৩) পি (মপা/মমা) তিন্নবা ৪) পেন (মবেন/মবোক) তিন্নবা ৫) লৈনুং পেন তিন্নবা, ৬) মুংনবা ৭) ঈ ওন্নবা ৮) ডাক্নবা অমসুং ৯) জাতি/জাৎ তিন্নদবা লৌন-লৈনবা যাদে, লৈপাক খুন্নাইগী চৎলম-লুপতিন্না থিংই[৪] হায়বসিনি। মৌপিব নম্নগা চন্ন-নিংঙোল থাজবা তারবদি হায়রিবা রায়েল-রাখুনশিংসি ডাকপা তাই। কনাগুম্বনা রায়েল-রাখুনশিংসি কায়রক্লবাদ লৈঙাক্লেন অমসুং খুন্নাইলোন্না চৈরাক পী। পীনরম্বা অমসুং পীরবা রায়েল চৈরাকশিংদি—১) লোই থাবা, ২) ইন্থোকপা (মা-না তৌবা), ৩) হায়গী খুন ই-লুপকী থাক্নগী হংহনবা, ৪) রাকোঙবা, অমসুং ৫) মীশক অতুগী য ফম থোকপা ম য়ামগী ওইনা পীব। হব/ফংহম মৎপা/ফংহন্দবা (হায়বদি পীবা ওইহন্দবা) শিসিনি। অদুগা তুমন লৌনবসু রায়েল রাখুনশিংসিগী থাক্তা পুশিনহনা খাইগী ইকোন-কোনবা চৈরাকস পীবদা পুশিল্লমী[৫] অদুবু মৈদিংগু নাউকংবগী চৈরাক রাখুন্দদি অদুম্না পীশিরম্মী মদুদি[৬] :—

নিংথৌগী ইবেম্মাশিংদা মিৎয়েং-নায়েংবা
লাল্লবা মীতু লুবা অসিদি মমিৎ হনলৌ
মচেম-মনেম খঙদনা লাল্লবদি নোংলাওলো-ও।
নিংথৌগী ফিজ-ফিনা নেংসবাদ লোক্ষ থা-ও।

অসিনি। অতুম অতুম ওইনমক মথক্কী রায়েল-রাখুনশিং অমসুং চৈরাক-রাখুনশিংসি ইতিহাসকী লময় থরদ'দ ঈচেন থৈনা চেন্থবসু উবা ফংই। য়েক-শলাই, শাগৈ, মরী-মতা, য়ুম্নাক-ময়ুমগী ঈমুং-মনুং, অমসুং তিন্না-চান্নরবনা লৌন-লৈনব ওইনা থোকহল্লকপা অয়াবশিং অমসুং য়াদবশিং অসিগী মরী-মথোঙ অমদি মচৎ-মনাৎশিংদিঃ—

১) য়েক তিন্নবা—য়েক তিন্নবা হায়বদি মচু অমতগী ময়েক-খু'য়ক অমতগী মখাদা লৈবা লুপশিংবুনি। পুকোক তিন্নব', পু নত্রগা মপু খুাইদগী মকোক ওইরিবত্নু তিন্নবা কাংবুবু খঙনৈ। মী অমত্তদগী খায়থরকপা-শমধরকপা নত্রগা চাদা-নাওদারকপা য়ুরুপশিং, শাগৈশিং, য়ুম্নাকশিং অমসুং য়ুম্নাশিং অসি ঈগী মরী তিনৈ। মখোয়শিংসিবু য়েক তিন্নবা হায়না কৌই। য়েক থোক্লবা য়ুরপ, শাগৈ, য়ুম্নাকশিং পুন্নমক অমগা অমগা লৌন-লৈনবা ত্তৌহেদে। য়েক থে'রদবা, মরী-মতাগী হৌরকফম তিন্নদব', অমসুং ঈগী মরী লৈনদবা য়ুরপ, শাগৈ অমসুং য়ুম্নাক মশেন অমগা অমগা লৌন-লৈনগদবনি। মী-বৈপাক্কী হান্ননা নত্রগা নৌনা খুনত্তোং-খুন্থোক্লকপা অমসুং মৈতৈগী লৈপাক-নিংথৌনা লৈপাকসিগী মীওই অমা ওইরে হায়না শকখঙবিত্নুনা লৈপাকসিগী ওইনা চৎনরিবা য়েক-শলাইশিংগী মরক্কী অমা পীত্নুনা য়ুম্নাক শাগৈ অমদা তিনহল্লবা[৭] য়েক ৭ কী মধুংদা লৈবা ময়ুম-য়ুম্নাক অমদা পক্লুবা/নপচরবশিং[৮] অসিত্নু য়েক তিন্নবগী কাংলুপ্পা চিংত্নুনা লৌন-লৈনবগী মৌ থিবা অমসুং মচা নিংভোন থাজবগী রায়েন-রাখুনগী কাংলোন অসিদা পুশিন্দুনা ভাক্লা চৎনরম্মী। অত্নুবু মমৈথ'দা মর্দ্দাক নিংথৌজানি, মর্দ্দাক খুমন্নি, অসিনচিংবা খায়দোক্লুনা অমুক নোংপোক হারম অমসুং নোংচুপ হারমগা মৈতৈগী য়েক ৭ শলাই ৯ গা য়েক অমতগী মনুংদা লৌন-লৈনবা য়াহনবগী খুদম ফংই[৯]। অসিদত্নু নশুনা নিংথৌগী অপাম্বদগী য়ুম্ন'ক্লা য়েক অমদগী য়েক অমদা ওনখিবত্নু য়াওই[১০]।

মেন্দেলগী বায়েল, 'লো ওফ হেরিদিটী'[১১] গী মতুং ইন্না যেক থিন্নবশিংনা মপা-মপু পুক্কোক্তগী মগুন-মচৎ নত্রগা কাইদা লৌবগী মচাক, "জিন (Gene)" অসিগী শরুক খরা মাঃন য়াওই[১২]। মচা ওইবশিংদা মমা-মপা ওইবশিংগী জিনশিং— মপাগী তংখায় অমা অমসুং মমাগী তংখায় অমা য়াওফম থোকপনি। অদুবু করিগুম্বদা মপাগী জিননা মমাগী জিনদগী হেনবা নত্রগা মমাগী জিন্না মপাগী জিন্দগী হেনবা য়াওই। অদুনা মচাশিংদা মপাগী মচৎ-মনাংনা হেনবা অমসুং মমাগী মচৎ-মনাংনা হেনবা মেন্দেলনা থেংনখি[১৩] অসিগুম্বশিংসিবু মৈতৈনা ঈ-মরী হায়না হৌনরি। মহী-মম্লাই তিন্নবা, মতৈক-মপাঙ্গল মান্নবা অসিগুম্বা ঈগী মরী লৈনবা ঈ-মরী নত্রগা জিন অসি মান্ন-মান্নবা তিনশিন্নবসি মৈতৈশিংনা থিংই। মান্নবা ঈ-মরিশিংসি তিন্নদ-রবদি হাংবদি যেক লৌনরবদি মথোযনা পোল্লকপা মচাশিংদু পুন্সিদে নত্রগা হুকচাং পংথখনচিংবা লাইনাশিং লৈগল্লি হায়না লৌনে।[১৪] মসি য়োংচাবীশিংগী মান্ন-মান্নবা পোলশিং থক্কোল্লবা অমসুং মান্ন-মান্নদবা পোলশিং চিশিন্নবগী বাখুন অসিগুম্না মৈতৈনা যেক মান্নবশিং লৌনদবা অমসুং যেক মান্নদবশিং লৌন-লৈননবগী বায়েল-রাখুনসি খংই। মসি যেকলুপ, শলাইলুপ ভাক্তনা থম্নবা শগৈ য়ুম্নাকপু ভুং-শিবগী য়ুম্ফম শাগৎপা ডাকশেন থৌরাং মাল্লি।

২) শাইকক/শাইরুপ তিন্নবা — শাইকক তিন্নবা হায়বদি শাইরুপ-শাখাইরুপ-শাগৈরুপ তিন্নবা হায়না বাহন্দোক তৌবা য়াই। মপা-মপু তিন্নবু শাইকক তিন্নানি হায়বদি মপা নত্রগা মপু তিন্নববনি হায়বা য়াই। মী অমত্তদগী থায়থরকপা চাদা-নাওদাশিংনা অতোপ অতোপ্পা ফুরুপ-কাংলুপ ওইনখত্তুনা তোডান-তোডানবা য়েক্তা চঙন ববু শাইরুক তিন্নবা হায়না কৌই। কনাগুম্বা নুপা অমনা মহাক্কা লৌন-লৈনবা য়াবা খেন্ন-খেন্নবা য়েক্কী, শাগৈগী নত্রগা য়ুম্নাকী নুপীশিং পনদুনা নত্রগা যেক অমথক্তগী, শাগৈ অমথক্তগী নত্রগা য়ুম্নাক অমথক্তগী খেন্ন-খেন্নবা নুপীশিং পানদুনা নত্রগা ওংনদুনা অমসুং

মতাঙ্কী লৌনবা য়াদবা নুপী শিংদা হাথহনা, তোংপায়নহনা পোক্লকপা মচাশিং অমদি মচাশিংহুগী চাদা-নাওদাশিংবু শাইরুক তিন্নবা হায়না থঃনৈ। মৈতৈ খুন্নাইদা থায়নউৈদগী চৎনরকপা ওইনা লৌনবা য়াদবা শাইরুক মরি হায়না শাইরুক তিন্নবগী ৱাঃরাল যংই। মথুদি [১৫] :—

১) মোইরাং অনৌবা (মোইরাং কৌবা, কৌব্রু চাঁউজ্ঞাওগী লমথৈ মখুংদা খুন্দাবা মোইরাং য়ুরুপ নত্রগা কৌবা অঙাঙডানা পুংকোক ওইবা মহাক্কী চাদা-নাওদাগী মোইরাং য়েক) গা অঙোম য়েক্কা শাইরুক তিন্নৈ।

২) খুমন (লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা হোঙনেমগী মচানিপা লুৱাংবগী চাদা নাওদানি) গা লুৱাং (লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা হোঙনেমনা পুংকোক ওইরগা শমথরকপা চাদা-নাওদা) গা শাইরুক তিন্নৈ।

৩) খাবা-ঙানবগা চেংলৈ য়েক্কা শাইরুক তিন্নৈ। অমসুং

৪) মোইরাং অবিব (মোইরাং ঈৱা, লোক্লাক খোংবান্দা খুন্দাহনা পানবা মোইরাং য়ুরুপ নত্রগা ঈৱাং পুবিরাই ঙাংনিংশিংনা পুংকাক ওইবগা শমথরকপা চাদা নাওদাগী মোইরাং য়েব) গা ঙানবগা শাইরুক তিন্নৈ। মসিবু শাইরুক মরী কৌই।

শাইরুক তিন্নবা অসি মথক্ত অনি শুই, মথুদি—

শাইরুক অচৌবা তিন্নবা অমসুং শাইরুক মচা তিন্নবা, অনিসিনি। শাইরুক অচৌবা হায়বসিনা নুপা/মপাগী ঈ-মরী অমসুং চাদা-নাওদানি। মসিবু মৈতৈগী অরিবা লোন্দা— মচেউ পাচামা, কায়রৈ ময়েললু/ময়েল্লুম [১৬] —হায়না কৌই। মপা অমতগী খেন্ন খেন্নবা মমাশিং (য়েক, শাগৈ, য়ুম্লাক, ময়ুম, য়ুঙ্গা ভিন্নবসু য়াই, তিন্নদবসু য়াই) দা পোকপা মচাশিংগী চাদা-নওদাশিংবু অমসুং মখোয়গী ফুরুপশিংবু শাইরুক অচৌব হায়না থঃনৈ। মসি মায়কৈদা অমত্তদা পরিং নাইনা চেপ্তবক্লিবা মাম্নবা ঈ-মরীগী পানবা নত্রগা ওংনবা খিংনবনি। অতুগা শাইরুক মচা তিন্নবা হায়রিসিনা নুপী/মপাগী ঈ-মরী তিন্নবা অমসুং

চাদা-নাওদানি। মসিবু পী তিন্নবা "নত্রগা পেন তিন্নবা" হায়নসু খাইনা লায়না খঙননা কৌই। লৈন্সং পেন তিন্নবা নত্তবা অতৈ পেন তিন্নবা মথক্লশিং— ১) মমা মমা মচিন-মনাও ওইবা, ২) মমাগী মবুং নত্রগা মপাগী মচাশিং, ৩) মপাগী মচন নত্রগা মচেগী মচাশিং অমসুং ৪) মপা মপা মচীন-মনাও ওইবা অমসুং থোক্রবগী মচা-মশুশিং অসিনচিংববু পী/পেন তিন্নবা হায়না খঙনৈ। মখোয় অসিগী লৌন লৈনবা য়াবগী অকক্নবা মীরোল পী[17]। অহুবু কনা গুপ্তা কনাগুপ্তী অমতা মহাকী মমাগী ময়ুমগী নুপা/নুপী অমতা মহাক মশাদগী থাবগা মথা শমথথিবা/শমথরকপা মীরোল অহুম যাওংগী মসুদা চৌন-লৈনবগী চন্ন নিংথোন থাজবা তমসুং য়ুম লৈমা, মৌ থিংবা য়াহন্দে।[18]

মথক্কী শাইরুক তিন্নবগী মথল অনিসি নত্রবা অতৈ মওং-মতৌ কয়ানুকী শাইরুক তিন্নবগী মথল লৈরি, মখোয়দুদি— i) য়েক্কী ওইবা শাইরুক তিন্নবা (মাসগী খুদমদি থাবগা পানবগা, শরাংগা লৈশাংগা অমসুং অনিনক্সিগা চে লৈপা শাইরুক তিন্নে), ii) মীচৈ/শাপ শিবাপক্কা কোন্নবা শাইরুক তিন্নবা অমসুং iii) ভারুবশিংগী শাইরুক তিন্নবা মথদা য়েংবীয়ু।

শাইরুক তিন্নবা অসিবু "শলাই লোৎপা" হায়নসু কৌই। শাইরুক তিন্নবগী মরমদা অথঙ অহৈ অমনা পীবিরম্বা ৱারোল (শলাই লোৎপসিগা মরী লৈনবা দি:—
শাইরুক তিন্নবা-- "শাইরুক তিন্নবা" হায়বা ৱাহৈ অসি কদায়দগী থোকখিবগে? মসিগী মরমদি অসিনি— সাই হায়বদি "সলাই", রুক হায়বদি লুক, হায়বদি য়ুকপ-কাংলুপ হায়বনি। সলাই য়ুবপ হায়বসি মীতৈ অশন্বা ",শাইরুক" অমুন্না শিজিন্নৈ মওং অসিদা এক তরেৎ সৈলাই মাপল হায়বগী ৱাহৈ অমসু শিজিন্নরি। মসিগী মরমদি অসিনি সলাই মপলবু অমগা অমগা পুনশিননবা য়াবা মখৈ পুনশিনগ্রগা তরেৎ ওইখি। মরমদি "পু" তিন্নবা মশেন পুনশিনখিবনি

অদুগা তোপ্পা তোপ্পা হায়বদি সলাই মাপন শুই মদুদি ১) অঙোম ২) নিংথৌজা, ৩) লুৱাং, ৪) খুমন, ৫) মোইরাং, ৬) খাবা, ৭) ঙানবা, ৮) সরাংলৈশাংথেম ৯) চেংলৈ অসিনি..... (লাঃ ১৪৩)...... এক মশেন লৌনবা য়াদববু সাইরুক তিন্নবা কৌই [১৯] অসিনি।

শাইরুক তিন্নববু লৌন-লৈনবা য়াহন্দবগী মরু ওইবা পান্দমদি— মায়ওন অমতদা চুমদিং চুন্না পরিং নাইনা চেম্বকপা মান্নবা ঈ-মরীগী ঈচেলশিং অমসুং ঈশিং অদু পানবা/ওংনবা হৌয়বদ রিয়েক্সন থোক্কবদা মান্নবা জিনশিং থেঙ্গায়-য়ৈথায়নদনবনি। মসুম্না থেঙ্গায়-য়ৈথায়নবদা জিনশিংদু থক্তোক্করক্কবদি ক্রোমোসোম [২০] অদু পোকথায়বা থোক্কনি। ক্রোমোসোম পোকথায়বদি সেল নিয়ুক্লিয়স, অদুদগী সেল পোক-থায়রক্কনি। অদু ওইরবদি সেলদুনা শারিবা বোডিগী পার্টশিং শিথরক্কনি মদুনা বোডিদু পংথবা নত্রগা অশিবগী থায়খো তাখিবা ওই। ঐখোয় মীওইবগী হকচাং কয়াংশিংসি অহিংবা সেলশিংনা শারিবনি। অদুনা য়েক লৌনদবসি হকশেলগী চেংশিন থেংনাংসু ওই। অদুগা মচা অমা হায়বা অসি মমাগী মচেং-মনাংনা তংখায় অমা অমসুং মপাগী মচেং-মনাংনা তংখায় অমা ওইরগা মপুম অমা শারিবনি। অদুনা শাইরুক তিন্নব মীশিংদা মাল্লবা মচেং-মনাং (কেরেক্টর) গী ঈ অসি হেনগৎনা (দোমিনেন্ট) নত্রগা হন্থনা (রিসেসিভ শোয়দনা য়াওনরবনি। মখোয়দুবু য়ৈথায়-থেঙ্গায়নদবা শাইরুক তিন্নব-শিং লৌনবা থিংবনি। অমরোমদা 'ঙাক্কবা' হায়বা শাইরুক তিন্নবশিংগী মখল অসিনা— নাইতেংম হিংবা য়াদবা মীওইবা অমসুং খুনবান লৈপান্দুনা খুন্নাইদা হিংবা পাম্বা ওইবনা লৈঙাক খুনঙাক্তা মুংশনগী ঈচেল কংহন্দনবা থম্বনি।

৩) পী তিন্নবা— পী তিন্নবা হায়বসিগী রাহুন্তেক মপী হায়বদি মমা তিন্নবা হায়বনি। মসিগী রারোল শাইরুক তিন্নবদা য়েংবীয়ু। শাইরুক মচা তিন্নবা মখল অমনি।

৪) পেন তিন্নবা— পেন তিন্নবা হায়বসিগী বাহন্দোক মবেন/মপেন হায়বদি মবোক তিন্নবা হায়বনি। মসি শাইরুক মচা তিন্নবা মথল অমনি। মথক্কী শাইরুক তিন্নবদা য়েংবীয়ু।

৫) লৈনুং পেন তিন্নবা— লৈনুং পেন তিন্নবা হায়বসিগী বাহন্দোক্তি থায়না/মমাগী মবেন/মবোক হায়বদি মবেনধৌ (অরিবা লোন্দাদ নয়োন[১১]) তিন্নবা হায়বনি। অহানবা পুকোক্কী নত্রগা কুইরবা মথক্তা থাক্কী মবেঙ্কৌ পেনকেন নাকব্পী অমথক্তগী শমথরুবা নত্রগা চাদা-নাওদারকপা শুথাংশিংবু লৈনুং পেন তিন্নবা হায়না কৌই। খুদম ওইনা পুরৈরেম্বা অচৌগী মচন পুরৈলেমনুসুনা নুপা অমদা হান্না ওংতুনা খমজিংকোন চায়ইবা পোকখি। মতুংদা পুরৈলেমনুসুনখাবা ফুরুপক্কী খাবা য়ুপুরোইদা অমুক ওংতুনা ক্রমকোয়বা পোকখি। খঙচিংকোন্না ঙানবা য়েক-শলাই ওইথি অমসুং চাদা-নাওদারক্লবা ঙানবা য়েক-শলাই শন্দোক্রকখি। অদুগা ক্রমকোইবনা খাবা য়েক-শলাই শমথরকখি। মরমসিনা খাবা অমসুং ঙানবা অনিসি লৈনুং পেন তিন্নে[১২]

অমুক্তসু, কনাগুম্বা নুপী অমনা য়েক/শাগৈ/য়ুম্নাক অমগী নত্রগা য়েক/শাগৈদুগী খেন্ন-খেন্নবা য়ুম্নাক্কী নত্রগা য়েক্তুগী খেন্না-খেন্নবা য়ুম্নাক-শিংগী নুপাশিংদা নত্রগা খেন্ন-খেন্নবা য়েকশিংগী শাগৈশিংগী নত্রগা য়ুম্নাকশিংগী নুপাশিংদা ওংতুনা তোঙান তোঙানবা মীশকশিং পান্নদুনা পোক্লকপা মচাশিং অদুগী চাদা নাওদাশিং অদুবু লৈনুং পেন তিন্নবা কৌই। নুপী অদুনা খেন্ন-খেন্নবা মপাশিংদা পোক্লম্লিবা মচাশিং অদুবুনা মপা তিন্নদবা মমা তিন্নবা মচীন-মনাও (Uterine brothers) হায়না খঙই। মখোয় অসি পোকমিন্নবা মচীন-মনাওগী থমই। মখোয়শিং অসিগী চানা-নাওদাশিংসি লৌন-লৈনবা য়াহন্দে, খুন্নাই-লোনগী ৱায়েন্না থিংদুনা থমই।

মতৈ মনাও অমনা পোক্লকিবা মচা খুদিংমক মনাগী মচং-মনাংকী শরুক তংথায় অমা মখোয়গী মশাদা য়াওরিবনি। লোমিনেন্তু নত্রগা

রিসেসিভ করেক্তর ওইজবগী খ্রাফমদনি। অদুনা থেন-থেন্নবা মপা-শিংনা মমা অমতদা পোক্লিবা মচিন-মনাওশিং অসি মখোয় অমমমদা মাম্নবা তংথায় অমমমদি য়াওরিবনি। অদুনদি মসি য়েক তিন্নবা নত্রগা শাইরুক তিন্নবগা অমছানি। মখোয়গী মশা অদুদা য়েক/শাইরুক তিন্নবগুম মাম্নবা জিনশিংগী শরুক য়াওরিবনি। অদুনা মখোয়গী চাদা-নাওশিংগী মরক্তা য়েক/শাইরুক তিন্নব্রবসু লৌন-লৈনবগী মরিসি থম্লহন্দে। মখোয়না চাদা-নাওদারবপা মচাশিংদু শৈনাইব, পংথবা, নামা শোয়ব, পুন্সি তেনবা অমদি মশা ফত্তবনচিংবা ওইগল্লি হায়দুনা লৌন-লৈনবগী মরীসিদা অথিংবা থমই।

৬) মুংনবা— মুংনবা হায়বসিগী রাহন্দোক্তি মৌনবা নত্রগা তৌবা হৌনবা নত্রগা তৌইদনা হায়বসিনি। মদু তৌরুরগা অকায়-অতায় থোকহনবা, পামদবা নত্রগা খাইনা য়ানদবা অনৌবা শকও নত্রগা মওং অমা থোকহন্নবা তৌবা হীদাক য়াইচনশিংবু মুংনবা নত্রগা য়েরুবা/মৌনবা হায়না খঙৈ। অদুনা লৌন লৈনবগী মরীসিদ মুপা-মুপী ওংনবদা পামদবা মহৈ থোক্লবপা যাবা, হায়বদি মশা শিবা, মচা শিবা নত্রগা মচা ফত্তবা পোক্লবপা য়াবা, মুংশিননা মাঙবা য়াবা, ঈকাই খুম্ননা মাঙবা য়াবা অসিনচিংবগী হেক-শলাই, শাগৈ-নাতৈ, যুম্নাক-ময়ুম নত্রগা ফুঙ—ঈমুংগী মীশকশিং অদু মুংনবা হায়না কৌই। মুংনবশিং অসি ভাক্লবা হায়বা লৌন-লৈনবগী মথলদুগীসু লৈ। মুংনবসি মথল কয়ামরুম লৈ, মখোয়দুগী মমুংদগী থরদি—ঈ-মুংনবা, মিঙ্গৌ মুংনবা, চিঙ্গাক মুংনবা, ফিজেৎ-চাকচা মুংনবা অসিনচিংবনি। মখোয়সিগী মমুংদা ঈ-মুংনবনা খাইদগী হেন্না মরু ওইনা থন্নে।

ঈ মুংনবা হায়বদি ঈদা য়েরুবা/মৌনবা হায়বনি। মমা-মপা/মতৈ-মনাও অমতনা পোকপা মচা নিংভোন অনিথক্তা য়েক, ফুরুপ, শাগৈ, যুম্নাক তিন্নবা নত্রগা তিন্নদবা তোভানদ-তাভানবা মুপ। অমমমদা মচেম-মনাও অনিদু অমমম ময়ুম পান্নরগা পোক্লকপা

মচাশিং অহুনী চা'দ—নাওদাশিংত্থু মখোয়গী য়েক, য়ুরুপ, শাগৈ অমসুং য়ুম্নাক তিন্নদ্রবসু মখোয়না চাদা-নাওদারবপগী অহানবা মীরোন, হায়নবদি মচেম-মনাও অনিহুনা অচানবা ওইনা থারগা মীরোল মতা ফাওবগী মতুংদা লৈবিবা মরী-মতা থোক্নবা/ওইবা মীশকশিং অহুম্ ঈ মুংনবা কাংবু হায়না কৌই। মখোয়সি মীরোন মতা ফাওবদি লৌন-শৈনবা য়াদে, মীরোন তরুক শুগ্রবদি লৌনবা য়ারে।[২৩] অহুগা মমা-মপা/মচৌ-মনাও অমতনা পোকপা নত্রগা মমা তিন্নদ্রবসু মপা তিন্নবা পোকমিন্নব মুপা মচৌন-মনাও অনিনা য়েক, য়ুরুপ, শাগৈ, য়ুম্নাক তিন্নবা/তিন্নদবা খেন্ন-খেন্নবা তোঙাম তোঙানবা মুপী-শিং লৌতুনা পোক্লকপা মচা নিংচোল (Cousin sister) শিং অহুনা খেন্ন-খেন্নবা মুপাশিংদা ওংতুনা পোক্লকপা মচাশিং অহুগী চাদা নাওদাশিংত্থু চাদা-নাওদাগী অহানবা মীরোন (হায়রবদি নিংচোল-চুগী মচাশিংত্থু) নগী শমথবকপা মীরোল অহুম কাওবদি ঈ মুংনবা কাংবু হায়না কৌই। মখোয়সি য়েক, শাগৈ অমসুং য়ুম্নাক তিন্নদ্রবসু লৌনবা য়াদে, অহুবু মীরোল মরি শুগ্রবদি লৌনবা য়ারে।[২৪]

মিঙ্গৌ মুংনবা হায়রবদি মুপানা মাগী মমাগী মমিং কৌবী মুপী লৌবা নত্রগা মুপীনা মাগী মপাগী মমিং কৌবা মুপাদা লৈনদে। মসিবু মিঙ্গৌ মুংনবা কৌই।

চিঙ্গাক মুংনবা ওয়রবদি শাগৈ, য়ুম্নাক, য়েক-শলাই, অমনা চাবা চিঙ্গকপু য়েক শলাই, শাগৈ য়ুম্নাক, অহুনা চাদ্রবদি মহুবু চিঙ্গাক মুংনবা কৌই। মসিদা য়েক-শলাই য়েনাহেন, শাগৈ য়েনাহেন নত্রগা য়ুম্নাক পোনাহেনবুদি[২৫] চিঙ্গাক মুংনবগী মতুং চনহন্দে।

৭) ঈ ওন্নবা[২৬]—ঈ ওন্নবা হায়বসিগী ৱাহন্দোক্তি ঈ শাহনবা নত্রগা ঈহু য়োক্তুনা থম্বা/মাঙহন্দবা হায়বনি। মসিনা লৌন-শৈনবগী মতাংদা পুরিবা ৱাখল্লোন্না হান্নদগী লৈনরকপা মরী-মতা ওইবগী ঈচেলহু য়োক্তুনা থম্না, মাঙহনখিদবা হায়বসিনি। ঈ ওন্নবা হায়বসি শাইরুক মচা তিন্নবদগী শমথরকপা মথং তারকপা

মরী-মতাগী পরিংনি। পেন তিন্নবা, পী তিন্নবগী শাইরুক মচা তিন্নবসিগী লৌনবা য়াদবগী অপিবা মীরোনশিং অতু লান্থোকপ্লবা হায়বদি লৌনবা য়াবগী মীরোন্দা তাররুবদি শাইরুক মচা তিন্নবা হায়বগী মচুত্তা ঈ ওন্নবা হায়না কৌই। অদুগা ঈ ওন্নবাসিদি করিগুম্বা য়েক অমগী মচুংদা অবরুবা য়ুম্নাক খরনা মখোয়না শলাই ওইনা লৈরিবৈগী মতমদা মতুং তারকপা মতমগী খেন্নবা য়েক অনিগী য়ুম্নাক অনিখক্কী মচুদা থোক্লখিবা পী তিন্নবা অমসুং পেন তিন্নবগী মরী-মতাগী রাখলতু ভাক্তুনা য়ুম্নাক অনিতুনা থম্নবনি[27]। মসিমু লৌন-লৈনবা য়াদ্দ হায়দুনা মৈতৈ খুন্নাইদা চন্নু-নিংঙোন থ'ক্ত-য়োপ্পবা, তুখি-মৌখিনবদা য়াম্না চেকশিন্না য়েংনৈ। অকরুবা য়েকশিংগী মররুক্কী তবরুনা মশীং শীংথ'নবা য়ুম্নাবশিংগী পীতিন-পেনতিন্নবদা লৌন-লৈনবা য়াহন্দে, রায়েল রাখুন্না অথিংবা থমই। য়েক তিন্নদ্রবসু ঈ ওন্নবা য়ুম্নাক লৌনবা য়াদে, ঈ ওন্নদবা য়ুম্নাক লৌনৈ। য়েক, কুরুপ, শাগৈ, য়ুম্নাক তিন্নবগুম অমসুং শাইরুক অচৌবা তিন্নবগুম ওক্লা চৎনৈ।

৮) ভাক্লবা— ভাক্লবা হায়বসিগী লৌন-লৈনবগী মরীগী মতাংদ পীবিবা রাজন্দোক্তি য়াথং ভাকপা, রাশক ভাকপা অমসুং থোকখিবা খোদোক্কী তৌথোকখিবা অমসুং হায়দোকখিবা রাফম ভাক্লা চৎপগী রায়েলনি। ঈকাই খুম্নবা উৎপা, লুংশি-চান্নবগী মরী থম্নবা অমসু কায়হন্দবা, তৌবিমল খঙবা উৎপা, তৌবিখিবগী লমন শিংবা, মীনা তেংবাংলকপা অমদি তৌবিরকপগী মপা চাবা খবক্লা পাউখুম পীবা, ঈমা-ঈপা শক্লা নাওয়োক-নাওকোনবিরক্কপগী, তাকপী তগী রকপগী হৌনবা খঙবা উৎপা, অসিনচিংবগী ওইনা য়েক, যুকপ, শাগৈ অমসুং য়ুম্নাক তিন্নদবা, মরী-মতা শুপথোক থোক্লদবা, অমুক্তসু নক্লা লৌমিন্নরক্লবা নত্রগা চামিন-থকমিন্নরক্লবা য়ুম্নাক অনিখক্কী মরক্তা ভাক্লবগী রায়েল অসিনা অমগা অমগা লৌন-লৈনবগী থোঙফমদা চঙনদে। অমনা অমবু অকবা রাখন্দা য়াম্না নক্লবা মরী-

মতা, মপা মচাগুম হৌন্নে। মীশক অদিংহক্তগী মথেংদগী চাদা-নাওদাশিং ফাওবদা লৌন-লৈনবা তৌনদে অমসুং মসিনা লৌন-লৈনবদা অথিংবগী রায়েল-রাখুন ওল্লকখি। অসিগুম্বা মথক্তগী লৌন-লৈনবগী রায়েন র'খুন অসিবু ও'ক্লবা হ'য়না কৌই।

১) জাতি/জাৎ তিন্নদবা— জাতি/জাৎ তিন্নদবা হায়বদি লৈঙাক্লোনগী মিৎয়েংদা— শক চু, কুচু-কুমেন, লৈঙাক্লোনগী রায়েন চৈরাক অমসুং খুৎহিং-লাকহিং মান্নদবা অমসুং খুন্নাইলোনগী মিৎয়েংদা মচৎ-মনাৎ, লাইনীং-লাইশোন, চৎলম-লুপতিন, পুন্সিগী থৌওং-থৌদা, শীনওং-শীন্থ', ফিজং-চাকচা, য়ুমলৈ-কৈরৈ অমসুং লৌচৎ-শাক্তং মান্নদবা মী য়ুরুপ-কাংলুপ অনিথক নত্রগা অনিদগী হেনবশিংবু জতি/জাৎ তিন্নদবা/মান্নদবা কৌবা য়াই। খুদম ওইনা, মনিপুরগী চীঙমীশিং অমসুং তম্মীশিং অসিনি, অদুনা তম্মীশিংগী মরক্তসু মৈতৈ হিন্দু অমসুং পাঙল মুসলমন অনিসিনি। ইতিহাসকী ওল্লিভৈগী মতমদা মৈতৈ খুন্নাইদা রায়েল-র'খুন অসি লৈরমদবগী মওংদা লৈরবসু মৈদিংঙু পাইখোম্ব (খৃঃ১৬৬৬-৯৭) গী মতমদগীদি বায়েলসি থৌদোক্তা কোম্ননা লৈরে হায়বসি উই।

জাৎ তিন্নদবা লৌনবা য়'দবগী অথিংবা অসি পৃথিবীগী জাতি খুদি'মক্তা লোয়না লৈনৈ অমসুং মীশিংসিনসু জাৎ তিন্নদবা লৌনবসি পাম্নদে। মৈত্রবাক মনিপুরগী য়ুরুপ-কাংলুপশিং'দসু ওডুম্মক চপ মান্নে। অদুগা মসিনা কাংলুপ-য়ুরুপ অদুগী মশাগী মহৌশা ওইনা পুরক্লিবা শক্তম (ক্লানিয়েল আইডেন্টিটি) ও'ক্লা চৎপা অমসুং মীশিং য়াম্নক্তদব-শিংদুগী মপানাৎ-মপূনাৎ, জাতিয় সংস্কৃতি কনবা ডম্নবগীদমক্তদি অচৌবা থৌদাং লৌরিবা রায়েন-রাখুন্নি।

মথক্তা মিং ওইনা থঙনবা রায়েল-রাখুনশিং অসিগী শন্দো'কপা রাখুনশিংগী পরিং :—

১) য়েক তিন্নব,— য়েক য়েকী ওইনা মথক্তা পীথ্রিবা য়ুম্নাকশিং

অদু য়েক তিন্নবা ওাক্লনি। য়েক অমগী মন্নুংদা লৈবা য়ুম্নাকশিং চায়বসি য়েক তিংরবনি। মথক্তা য়েংবীয়ু।

i) শাইরুক তিন্নবা —

ii) নিংথৌজা য়েকী য়ুম্নাক পুন্নমক ওাসিগা মোইরাং শলাইগী খুনাং য়ুরুপকী মুংয়াংজম, মোইরেংজম অমসুং মোইরেঙ্গম হায়বা য়ুম্নাক অহুমসিগা শাইরুক তিন্নৈ। মসিগী মরমদি মথাগী অসিনি ঃ—

মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবা (চাওঃ খৃঃ ৩৪-১৫৪) গী মতমদা থাবা নোংজেংবনা লান হৌরক্লুনা নোংদা লাইরেনবু মায়থিবা পীখি। মসিদা নোংদা চেনখত্তুনা মোইরাং লৈপাক্তা চড়জকম লৌরগা লোইরেন সনাপুডদা মতম থম্না লৈখিরম্মী। মতমতুদা মোইরাংগী মুযাং য়ুরুপকী লুচিংবা মুংযা চাওগী হুপী য়ুনমবু পাদোংমকনদগী মতম থবা লোম্না মখোয় অনি পানতুনা মুংয়া চাওসগা মনাওনিপা তাংগ্রু লুমখিলগা অনিসি পোকখি।[28] পাখংবনা মাগী মতম লাক্লুনা মোইরাংগী চাওবা সৌবোনওম্বগী মতেংনা থাবা নোংজেংবা হাৎলগা মৈতৈ কংলৈপাক্তা অমুক হন্না পানখি। অফোংব য়াকম অমসুং মরী নত্তবনা পাখংবনা মদো অনিসিবু ভন্দোক্লম্মী অতুগা মখোয় অনিবু য়ুনম্না মচাক্কী অফোংবা মপুরোইবা মুয়াংচাওগী মচা ওইনা য়োকলকখি ওতুনা য়নমগী মচা অনিনা মুযাং খুবক্তা তিনখি। মচা অহল মুংয়াং নিংথৌ মুংয়াং চাওবনা সংগাবেল (কৌব্রুচীংগী লমৈ মন্নুংদা পানবা অঙোম য়েক-শলাইগী নিংথৌ) গী মচানুপী অয়াইলৈমা লৌতুনা চাদা-নাওদারকপনা মুয়াংজম য়ুম্নাক ওইখি। মচা অতোনবা তাংগ্রু লুময়িদনা মোইরাং উতোইঙ্গ খাইহৈংবী পাওতুনা চাদা নাওদারবপগী লোইরেঙ্গম অমসুং মোইরেংজম য়ুম্নাক অনিসি থোক্লকখি। য়ুম্নাকশিংসি মখোয়না লৈরুবা মোইরাংগী লম অমসুং শলাইগী মতুং ইন্না মোইরাং অরিবগী খুনাং হুবক্তা চংখি। অদুনা মখোয় মখোয়গী শলাই লোৎচখি। অদুবু মখোয়সি নিংথৌজা য়েক ওইগদবনি। অদুনা মখোয়সি নিংথৌজা য়েকী য়ুম্নাক পুন্নমক্তা শাইরুক অচৌবা তিন্নৈ।

ii) মোইরাং সলাই অরিবা খুাংগী শলাই লোৎপা য়ুমাকশিং— মুংয়াংজম, লোইরেঙ্গম, মোইরেংজম (মথক্কী (i) দা য়েংবীয়ু) অসি পুকন শেলুংবগী চাদা-নাওদা কংহুজম য়ুম্নাকা শাইরুক তিম্নৈ[29] মরমদি কাংহুজমসি নিংথৌজাগী অরিবা য়ুম্নাক্কি হায়হুনা লৌখৎখিবননি।

iii) মোইরাং শলাই অরিবগী মুংয়াংজম, লোইরেঙ্গম য়ুম্নাক অনিসিগা অতোম য়েক্কী য়ুম্নাক য়ুমলেম্বমগা শাইরুক তিম্নৈ[29] মসিগী মরমদি :—

নিংথৌজা য়েক্কী অরিবা য়ুম্নাকশিং[30] ১) মাইরেম্বম, ২) হৈরোম, ৩) খোংনাম, ৪) নাওকনশঙবম, ৫) তাইমাজম, ৬) নাওরেম, ৭) ইপুশঙবম, ৮) লৈসুঙ্গবম, ৯) খুমনলম্বম ১০) খোইস্নাম, ১১) নাইমোইজম, ১২) চিংখাম, ১৩) ময়াংজম্বম, ১৪) নাওরোইবম, ১৫) কাংভাশেনবম, ১৬) চংনিংহেনবম, ১৭) ভারীয়ানবম, ১৮) লোইতাম, ১৯) থম্নাংবাশঙবম, ২০) ইরোম, ২১) য়েনখোম, ২২) পাউনম, ২৩) ঈরুংবম, ২৪) লুক্রাম, ২৫) লৈম্রাম, ২৬) নোংথোম্বম, ২৭) ফমদোম, ২৮) হৈস্নাম, ২৯) চিরোম, ৩০) খোয়দোংবম, ৩১) নামৈরাকপম, ৩২) নোংথোম্বম স্নারাইবইম, ৩৩) খুমনচৈরাকপম ৩৪) লাংপোকলাকপম, ৩৫) নিংথৌজম, ৩৬) নাকনবম, ৩৭) সুমিৎলৈনাশঙবম, ৩৮) নোংথোম্বম লৈশঙবম, ৩৯) থিংনাম, ৪০) অখোম, ৪১) খুন্দ্রাকপম, ৪২) কাংঙবম, ৪৩) হাওখোম ৪৪) শানৌজম, ৪৫) কাংঙবম লৈশঙবম, ৪৬) লাইকংবম, ৪৭) রারেঙ্গম, ৪৮) লৌরাংবম, ৪৯) মুতুম, ৫০) গেরাখোংজম, ৫১) শিয়াৎপম, ৫২) চরোইবম ৫৩) লোইতোংবম, ৫৪) চোমচোনবম, ৫৫) কৈশাম, ৫৬) ঈরেংবম ৫৭) শাদোকপম— ৫৮) অসিগা য়ুমজাও নাউদাদগী শেৎথরকপা য়ুম্নাকশিং[31] —১) রাংথৈরাকপম, ২) রাংথৈমথুম, ৩) খুাইরাকপম, ৪) য়ুমলেম্বম, ৫) নোংমৈকাপ্পম অমসুং ৬) তেনশুবম—অসিশিংসিগা অমসুং অনৌবা চোংথোক্লকপা নিংথৌজাগী য়ুম্নাক ৩৪[32] — ১) কৈথেল্লাকপম, ২) থোইরোম, ৩) নহাকপম, ৪) থোঙ্গাবম, ৫) শঙলেনময়ুম, ৬) কাইরেনবম, ৭) লাইশঙবম, ৮) হৈস্নাম,

৯) হুইরোংবম, ১০) কোংবজম, ১১) অহন্থম, ১২) লৈচোনবম, ১৩) অঙোম, ১৪) হুইদ্রোম, ১৫) য়ুম্নাম মোইবুংলোকপম, ১৭) শিংগাম, ১৮) য়েনশেম্বম, ১৯) সোরাম, ২০) থৌদাম, ২১) হোদাম, ২২) শগোনশেম, ২৩) স্নসম, ২৪) নামৈরাকপম, ২৫) মোইরাংনিংথৌ ময়ুম, ২৬) লাংদেম, ২৭) ফৌরুংবম, ২৮) কাথাবম, ২৯) শঙ্গ ই-শেনবম, ৩০) মুমিংলৈমাশঙবম, ৩১) খুঙ্গাংনবম, ৩২) সনাবাম ৩৩) রাইপোম অমসুং ৩৪) থাংজাকপম অসিগা খংহন তহনবা অমসুং থাংহন যাইমবতা চাদা-নাওদা (মথংশিংদা) য়ুম্নাক নংমাইথেম লংমাইথেম অমসুং ছিদাম অনিসিগা পুল্লগা নিংথৌজ্জা শল্লাইগী য়ুম্নাকশিং মশীং ১০০ ওইরম্মী[৩৩]। মসিদগী থংহন অহনবা অমসুং য়াইমবগী চাদা নাওদাগী যম্নাক অনি অসি অংোম য়েক শলাইদা তিনখি। হায়বদি অঙোমগী য়ুমলেনবম য়ুম্নাক্কা চংখি, অংোম য়েক শলাই ওইখি[৩৪]। অতুগা মুয়াংজম, লোইরেঙ্গমগা নিংথৌজ্জগা শাইরুক তিন্নবনা অঙোমগী য়ুমলেনবমগসু শাইরুক তিন্নে লৌনইহে[৩৫]

iv) নিংথৌজ্জা য়েক্কী য়ুম্নাক অরিবা ৫৮ (মথক্কী মশীং iii) দা পীজখিবতু) গা অঙোম য়েক্কী ১) লৈতানাথেম, ২) চেংলেম, ৩) শাইরোম, ৪) থাংঙেনবম, ৫) মরিবম, ৬) কৈক্রনবম, ৭) নোংথোম্বম, ৮) নাকপকথঙ্গবম, ৯) খোইমোম্বম, ১০) থংজম, ১১) লোংজম, ১২) লাইবেল্লকপম অমসুং ১৩) য়ুাংখম-য়ুম্নাক ১৩ অসিগা শাইরুক তিন্নে[৩৬]।

v) মোইরাং য়েক্কী য়ুম্নাক পুন্নমক্কা ঙানবা য়েক শলাইগী ১) অহৈবম, ২) হেন্দ্রাকপম, ৩) হাওবিজম, ৪) থিনবম, ৫) লাঙ্গেঙ্গম, ৬) শঙ্গিরাম, ৭) কবোলম্বম, ৮) খাইদেম অমসুং ৯) খুমুকচম-য়ুম্নাক ৯) অসিগা শাইরুক তিন্নে। লৌনইহে[৩৭]।

vi) মোইরাং য়েক্কী য়ুম্নাক পুন্নমক্কা খাবা নোঙালবগী চাদা নাওদা হায়বদি খাবা য়েক-শলাইগী য়ুম্নাক, খুরাইজমগা শাইরুক তিন্নে[৩৮] লৌনইহে।

vii) শরাং-লৈশাংথেম যেকশলাইগী— ১) লৌসিকাম, ২) হৈরাম, ৩) লৈতাম/লোইতাম,, ৪) মৈনম ৫) সরোক খাইবম হায়বা য়ুম্নাক ৬ অসিগা চেংলৈ শলাই[39] গী ১) কোন্থৌজম, ২) কোঙ্গবম, ৩) লোকতোনবম, ৪) য়াঙ্গোইজম, অমসুং ৫) হেনমোইবম, হায়বা য়ুম্নাক ৫ অসিগা পুন্না য়ুম্নাক ১৩ অসিগা ডানবা শলাইগী ( মথক্তা মশীং (v) দা পীরিবা ) য়ুম্নাক ৯ অসিগা শাইরুক শিনৈ[40] ।

viii) মথক্তা পীরিবা শরাং-লৈশাংথেমগী য়ুম্নাক ৬ [ মশীং ( vii ) কী অমসুং চেংলৈ শলাইগী য়ুম্নাক ৫ মশীং ( vii ) তা পীরিবা ] য়ুম্নাক ১ অসিগা খাবা নোংড়ংলবগী চাদা-নাওদা, খাবা সলাইগী য়ুম্নাক খুরাইজমগা শাইরুক শিনৈ । লৌন হৈদে ।[41]

ix) শরাং-লৈশাংথেম য়েক্কী ৬ [মথক্তা মশীং (vii) তা পীরিবা অমসুং চেংলৈ শলাইগী য়ুম্নাক ৫ [মথক্তা মশীং (vii) তা পীরিবা] পুন্না য়ুম্নাক ১৩ সিগা ডানবা শলাইগী য়ুম্নাক— ১) মৈহৌবম, ২) তেকচম, ৩) থোঙাম, অমসুং ৪) থমজম হায়রিবা য়ুম্নাক ৪ অসিগা শাইরুক শিনৈ, লৌনহৈদে[42] ।

X) লুরাং যেক্কী—১) রাকাংথেম, ২) খুঙ্গানমযুম, ৩) কাঙ্গাংথেম, ৪) থাংজম, (৫ খুমুকচম, ৬) অশাংবম ৭) অরাম্বম, ৮) তিনখিজম, ৯) লৈরেংজম, ১০) তবুজম, ১১) মৈয়েংবম, ১২) উরিকখিনবম, ১৩) অকুবম, ১৪) নোংথোম্বম, ১৫) ডাংঙোম, ১৬) লুরাংশবম, ১৭) লাংলেনবম, ১৮) হৈথম, ১৯) ফম্মিহনবম, ২০) থমংজম, ২১) লাইশোম, ২২) সোরাম, ২৩) থাওদেজম, ২৪) নহাকপম, ২৫) লৌথাম, ২৬) নাওরেইবম, ২৭) রাহেংবম, ২৮) লাইকংবম ২৮) লাইকংবম, ২৯) নানবম, ৩০) হিজম, ৩১) সলাম, ৩২) নোংপোকপম, ৩৩) য়াঙম্বম, ৩৪) চৌনকাংবম, ৩৫) হাওরোংবম, ৩৬) ফৈরোইজম ৩৭) থিয়াম, ৩৮) শেনবাংজব ৩৯) মোইবুংলোকপম, ৪০) শৌবাম, ৪১) মাইস্নাম, ৪২) মৈত্রম, ৪৩) যুমলেম্বম, ৪৪) থৌনাওজম

অমসুং ৪৫) অখোকপম হায়রিবা য়ুম্নাক ৪৫ অসিগা খুমন য়েক্কী— ১) অক্রাম ২) মাইবম, ৩) খোইদিংজম ৪) য়াংলেম অমসুং ৫) থিঙ্গুজম হায়বা য়ুম্নাক ৫ অসিগা শাইরুক তিন্নৈ[৪৩] লৌনহৈদে।

xi) লুরাং য়েক্কী য়ুম্নাক পুন্নমক্কী খুমন য়েক্কী— ১) ওইনাম, ২) মাইমোম ৩) অহৈবম, ৪) মোইচেম অমসুং ৫) লাইশ্রম— য়ুম্নাক ৫ সিগা শাইরুক তিন্নৈ[৪৪]।

xii) ঙানবা শলাইগী— ১) মৈহৌবম, ২) তেকচম, ৩) খোংঙাম অমসুং ৪) থমংজম হায়রিবা য়ুম্নাক ৪ অসিগা লুরাং য়েক্কী—১) রাকোংথেম, ২) খুঙ্গানময়ুম, ৩) কম্বোংথেম, ৪) থাংজম অমসুং ৫) খুমুকচম— য়ুম্নাক ৫ সিগা শাইরুক তিন্নৈ,[৪৫] লৌনহৈদে।

xiii) মোইবাং য়েক্কী— ১) হাওকোংবম, ২) লাইবুজম, ৩) য়োইরেনবম, ৪) কৌজেংবম, ৫) অকুরাম অমসুং ৫) লিশম— য়ুম্নাক ৫ সিগা ঙানবা সলাইগী ময়াংলন্দ্রম য়ুম্নাকা শাইরুক তিন্নৈ[৪৬] লৌনহৈদে। xiv) মোইরাং য়েক্কী— ১) লাইমুজম, ২) লন্থুজম, ৩) বাংবিজম, ৪) কাংবিজম, ৫) ঙাংলেম, ৬) মুঙলেপ্পম, ৭) থাংগজম, ৮) নিংথৌখোংজম, ৯) কোনখাম, ১০) মোইরাং কৈথেল্লাকপম, ১১) ওক্রম, ১২) য়াইখোম, ১৩) কুমাবম, ১৪) রায়েনবম, ১৫) চকপ-ভাবম, অমসুং ১৬) মেলেম হায়রিবা য়ুম্নাক ১৬ অসিগা খাবা শলাইগী ১) খুরাইজম অমসুং ২) নোংজেংবম, হায়রিবা য়ুম্নাক অনি অসিগা শাইরুক তিন্নৈ[৪৭] লৌনহৈদে।

xiv) খাবা শলাইগী— ১) খুরাইজম অমসুং ২) নোংজেংবম য়ুম্নাক অনিসিগা মোইরাং অনৌবা কৌবা শলাইগী— ১) খোকচোম, ২) পোলেম, ৩) পুখ্রম্বম, ৪) শোইবম— য়ুম্নাক ৪ সিগা শাইরুক তিন্নৈ[৪৮]।

xiv) খাবা শলাইগী— ১) খুরাইজম অমসুং ২) নোংজেংবম, য়ুম্নাক ২ সিগা লুরাং য়েক্কী মৈত্রম য়ুম্নাকা শাইরুক তিন্নৈ,[৪৯] লৌনহৈদে।

xv) খাবা শলাইগী— ১) নোংজেংবম অমসুং ২) খুরাইজম

য়ুম্নাক ২ সিগী চেংলৈ শলাইগী ১) হাওরোকচম ২) কোম্থৌজম অমসুং ৩) কোঞ্জেংবম য়ুম্নাক ৩ সিগা শাইরুক তিন্নৈ [৫০] লৌনইহেদে।

xvi) শরাং-লৈশাংথেম (চেংলৈ' য়েক্কী লোকতৌনবম য়ুরুপ/ মুম্নাক্কা মোইরাং য়েক্কী য়ুম্নাকশিংগা শাইরুক তিন্নৈ, লৌনইহেদে [৫১]।

xvii) মোইরাং য়েক্কী— ১) লাইক্রাকপম ২) লাইরেনময়ুম, ৩) ভাংলোম/ভাংভোম, ৪) খোইনাইজম, ৫) রাংথেম, ৬) হিদম অমসুং ৭) খোমদ্রাম-য়ুম্নাক ৬ অসিগা অঙোম য়েক্কী - ১) থুয়োন-থেম অমসুং মুংথোম— য়ুম্নাক ২ সিগা শাইরুক তিন্নৈ [৫২]।

xviii) মোইরাং খুং ফুরুপ, মোইরাং য়েক্কী য়ুম্নাক—মুংয়াংজমগা অঙোম য়েক্কী— ১) নিংভোম্বম অমসুং (২) লাইতোঞ্জম— য়ুম্নাক ২সিগা শাইরুক তিন্নৈ [৫৩]।

xix) নাওরেমগা শরাং-লৈশাংথেম-চেংলৈ য়েক্কী য়ুম্নাক পুম্নমক্কা শাইরুক তিন্নৈ [৫৪]। নাওরেমদি শরাং-লৈশাংথেম চেংলৈ য়েক্কি, লাইয়িংথৌ নাওথিংখোং (চাও : খৃঃ ৬৬৩-৭৬৩) না নাওরেমগী ঈ তমা ঈচানি হায়দুনা চৌখৎলীখিবগী নিংথৌজা য়েক ওন-খিবনি [৫৫]। অদুন' শরাং-লৈশাংথেম য়েক্কা লৌনইহেদে।

xx) অঙোম য়েক্কী— ১) খোকনাম ২) কম্সাম ৩) থোইবম ৪) মঙাম্বরাম, ৫) কোইজম/ঙাকোইজম, ৬) নিংভোম্বম, ৭) লাই-তোঞ্জম অমসুং ৮) কুইরেম, য়ুম্নাক ৮ সিগা লুবাং য়েক্কী য়ুম্নাক পুম্নমক্কা শাইরুক তিন্নৈ, লৌনইহেদে।

xxi) নিংথৌজা য়েক্কী থৌবাল তাবা রাইখোমগা লুবাং য়েক ইনবা রাইখোমগা পু/শাইরুক তিন্নৈ, লৌনইহেদে [৫৬]. থৌবাল তাবা রাইখোমদি নোংচুপ হারমনি [৫৭]।

xxii) খাবা-ঙানবা য়েক্কী খুম্নাইজম য়ুম্নাক্কা নিংথৌজা য়েক্কী কুইরোম য়ুম্নাক্কা শাইরুক তিন্নৈ, লৌনইহেদে [৫৮]।

xxiii) খাব-ভানবা য়েক্কী খুরাইজম য়ুম্নাকা মোইরাং য়েক্কী ভাংভোম য়ুম্নাকা শাইরুক তিন্নৈ, লৌ-রৈদে[৫৯]।

xxiv) খাবা-ভানবা য়েক্কী খুরাইজম য়ুম্নাক লুবাং য়েক্কী ইজম য়ুম্নাকা শাইরুক তিন্নৈ[৬০]।

xxv) খাবা-ভানবা য়েক্কী খুরাইজম য়ুম্নাকা নিংথৌজাগী লৈস-পোকপমগা শাইরুক তিন্নৈ[৬১]।

নিংথৌজা য়েক য়ুম্নাক অতৈ য়েক্কী য়ুম্নাকা শাইরুক তিন্নৈ।

xxvi) — লুইখ্রোমগা ভানবগী — লাংঙ্গজমগা „ „। ৬২

xxvii) — লৈমাপোকপমগা খুমনগী — ওইনামগা „ „। ৬৩

xxviii) — য়েনকোকপমগা ভানবগী — য়াংবিজমগা „ „। ৬৪

xxix) — লাংপোক্লাকপমগা লুবাংগী — শলামগা „ „। ৬৫

xxx) — মোইরাং য়েক্কী — ১) হাওরোংবম, ২) বৌ চংবম, ৩) লাইকুজম, ৪) ওক্রম (অকইলাম), ৫) লোইরেনজম, ৬) মুংয়াংজম অমসুং ৭) লিশম — য়ুম্নাক ৭ সিগা খাবা খানবা য়েক্কী খুরাইজম য়ুম্নাক শাইরুক তিন্নৈ[৬৬]।

xxxi) মথক্কী (xxx) গী য়ুম্নাক ৭ সিগা নিংথৌজা য়েক্কী ১) লুইখ্রোম অমসুং ২) লৈমাপোকপম য়ুম্নাক অনিসিগা শাইরুক তিন্নৈ[৬৭]

xxxii) মথক্কী (xxx) গী য়ুম্নাক ৭ অসিগা লুবাং য়েক্কী ১) ইজম অমসুং ২) ভাংভোম — য়ুম্নাক ২সিগা শাইরুক তিন্নৈ[৬৮]।

মোইবাং য়েক্কী য়ুম্নাক ৭ (xxx) দা পীরিবা অসিবু মোইরাং শলাইগী খাংহনবগী ঈ হায়না পীরম্মী।

xxxiii) শরাং-লৈশাংথেম (খাবা চেংলৈ) গী য়ুম্নাক ১) কোন্থৌজম অমসুং ২) লোকতানবম — অনিসিগা মোইরাং য়েক — শলাইগী য়ুম্নাকশিংগা শাইরুক তিন্নৈ[৬৯]।

৩) পী তিন্নবা, পেন তিন্নবা অমসুং ঈ ওন্নবা —

পী তিন্নবা, পেন তিন্নবা অমসুং ঈ ওন্নবা হায়বশিংসি শাইরুক

মচা তিন্নবগী মথক্তশিংনি। মখোয়গী লৈনখিবা মরীশিং মথাদা পীজরি।

১) নিংথৌজা য়েক্কা পেন তিন্নবা
পী তিন্নবা অমসুং ঈ ওন্নবা[৭০]।

i) নিংথৌজা য়েকী য়ুম্নাক পুম্নমক্কা শরাং-লৈশাংথেম য়েকী নাওরেম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নে। মৈদিংগু নাওথিংখোংনা নাওরেম মচা অমবু মচানি হায়জুনা য়োকখিবদগী নাওরেম মচাডুগী ঈ শিং নিংথৌজা য়েক্কা চঙথি[৭১] অডুগা মদু নাওরেম অতৈনম্ব খুঁদুং ইন্থি।

ii) —নিংথৌজা য়েকী অঙোমগা খুমন য়েকী মৈকুরাম/মৈকাম/মাইকাম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নে।

iii) —পাওনমগা শরাং-লৈশাংথেম য়েকী লাইঙমডাবা থাংজম খ গোকপমগা পেন তিন্নে।

iv) — পাওনমগা নোংচুপ হারমগী ক্ষেত্রি শাখিরাম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নে।

v) —শগুমবুং তাবা লৈমপোকপমগা খুমন য়েকী ওয়নামগা পেন তিন্নে।

vi) —হাওখোমগা লুরাং য়েকী সলাই তানা সলাম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নে।

vii) ১) অঙোম, ২) পাওনম, ৩) লৈমপোকপম অমসুং ৪) য়েনকোকপম-য়ুম্নাক ৪ সিগা খুমন য়েকী — ১) মৈকাম/মাইকাম অমসুং ২) ওয়নামগা পেন তিন্নে।

viii) নিংথৌগী মথক্কী (vii) গী য়ুম্নাক ৪সিগা ডানবা সলাইগী রাংবজম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নে।

ix) —চরাইবম য়ুম্নাক্কা মোইরাং য়েকী মোইরাং পুখ্রম্বমগা পী তিন্নে।

x) —চিঙডামথা তাবা ইরোম য়ুম্নাক্কা খুমন য়েকী লোকলাওবুং তাবা লাইশ্রম য়ুম্নাক্কা পী তিন্নে।

xi) লৈশাংখোং তাবা শম্নথিনবম য়ুম্নাক্কা মোইরাং য়েক্কী মোইরাংথেম য়ুম্নাক্কা পী তিন্নৈ।

xii) —চরোইবম য়ুম্নাক্কা ঙানবা শলাইগী লাংগোঞ্জম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নৈ।

xiii) —তেনশুবম য়ুম্নাক্কা খুমন য়েক্কী অমাকচম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নৈ।

xiv) —তেনশুবমগা খুমন য়েক্কী ওয়নাম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নৈ।

xv) —ঙাইরাংবম (নোংচুপ হারম) গা খুমন য়েক্কী খুলেম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নৈ।

xvi) — যাইরিপোক তাবা কৈশাম (নোংচুপ হারম) গা মোইরাং অনৌবা য়েক্কী ফৌগৈশঙবম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নৈ।

xvii) —রাইখোম য়ুম্নাক্কা খুমন য়েক্কী শনশেনবম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নৈ।

xviii) — স্নাসম য়ুম্নাক্কা খুমন য়েক্কী ওয়নাম অরাংতাবগা পেন তিন্নৈ।

xix) — তাকয়েন মপান তাবা য়েনকোকপম য়ুম্নাক্কা ঙানবা শলাইগী রাংবিজমগা পেন তিন্নৈ।

xx) — রাংথৈরাকপম অহনগী ঈগা খুমন য়েক্কী মোইরাংখোম তাবা হাওওইবম/হাওবম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নৈ।

২) অংঙোম য়েক্কা পেন তিন্নবা

পী তিন্নবা অমসুং ঈ ওন্নবা [12]

i) — অংঙোম য়েক্কী য়ুম্নাক পুন্নমক্কা মোইরাং অনৌবা (কৌবা) শলাই/য়েক্কী সোইবম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নৈ।

ii) — রাংখেম য়ুম্নাক্কা খুমন য়েক্কী হাওবম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নৈ।

iii) – মুংখোমগা শরাং-লৈশাংথেম য়েক্কী লৈশাংথেম য়ুম্নাক্কা পেন তিনৈ।

iv)—অঙোম য়েক্কী য়ুম্নাক পুমন্নক্কা মোইরাং য়েককী ১) খুয়োম্লেম, ২) মুংখোম, ৩) কিন্নাম, ৪) পুত্তোঙ্গম, ৫) শাংতোঙ্গম অমসুং ৬) শংঙম—য়ুম্নাক ৬ সিগা পেন তিনৈ। অদুবু মখোয়সি অঙোম য়েক্কা চঙম্রে।

v) – অঙোম য়েককী য়ুম্নাক পুম্নমক্কা খোইদোম অমসুং মাঙ্গোমগী চাদা-নাওদা লুৱাং কাঙ্গেককী য়ুম্নাকশিং ১) খোক্লাম, ২) খোইবম, ৩) সম্বাতুরাম, ৪) কোইজম, ৫) কম্বাম, ৬) নিংঙোম্বম, ৭) লাই-তোঙ্গম অমসুং ৮) হুইরেম য়ুম্নাক ৮ সিগা পেন তিনৈ। অদুগা থরনা অঙোম য়েক্কা চঙখি। মখোয়সি লুৱাং পুন্সিবগী ঈনি। অদুবু পুরৈরোম্বদা খোঙ্জিল্লি।

৩) লুৱাং য়েক্কা পেন তিন্নবা, পী তিন্নবা অমসুং ঈ ওন্নবা [13]

i) লুৱাং য়েককী অরুবম য়ুম্নাক্কা খুমন য়েককী অথাম য়ুম্নাক্কা পী/পেন তিনৈ।

ii) লাইমনাই খোয়্রাউজমগা সরাং-লৈশাংথেম য়েককী য়ুম্নাক য়োম্বীদোক তাবা কোঙ্খোজমগা পী তিনৈ।

iii) ফম্দিহনবমগা নিংথৌজা য়েককী হুইদ্রোম য়ুম্নাক্কা পী তিনৈ।

iv) কম্বীহনবমগা নিংথোজা য়েককী য়ুম্নাম য়ুম্নাক, পী তিনৈ পেন তিনৈ।

v) ভাংঙোম য়ুম্নাক্কা নিংথৌজা য়েক্কা য়েনশেম্বম য়ুম্নাক্কা পী তিনৈ।

vi) সলাম য়ুম্নাক্কা নিংথৌজা য়েককী য়ুম্নাম মোইবুংলোকপমগা পী তিনৈ।

vii) হিজম য়ুম্নাক্কা নিংথৌজা য়েক্কী লৈমপোকপম য়ুম্নাক্কা পী তিনৈ।

viii) রাইরিপোক তাবা হিজমগা নিংথৌজা য়েক্কী সনাবাম য়ুম্'ক্কা পী তিন্নৈ।

ix) খ'ংমৈবন্দ তাবা সোরামগা নিংথৌজা য়েককী নম্বন মপান তাবা কৈশাম য়ুম্নাক্কা পী তিন্নৈ।

x) ভাঙোম চৌঙশোম্বগী ফুঙ্গাগা কবো কেং'ঙাই ময়ুমগা পেন তিন্নৈ।

xi) থৌক্কাওজমগা খুমন য়েককী মাইবম য়ুম্নাক্কা পী তিন্নৈ।

xii) লৈশাংথোং তাবা ভাঙোমগা নিংথৌজা য়েককী লুইরোম য়ুম্নক্কা পী তিন্নৈ।

xiii) লুরাং য়েক হনবা অংথা তাবা ক্ষেত্রি খানা চাওবম মনিংখাম্বগী ঈগা খুমন য়েককী উচেক্কোন তাবা লাইশ্রম য়ুম্নাক্কা পী তিন্নৈ।

xiv) লুবাং য়েক হনবা ক্ষেত্রি শাঞ্জিময়ুম পত্রশিংগী ঈগা খুমন য়েককী উচেক্কোন তাবা লাইশ্রম য়ুম্নাকক্কা পী তিন্নৈ।

৬) খুমন য়েক্কা পেন তিন্নবা.

পী তিন্নবা অমস্তুং ঈ ওন্নবা [১৪]

i) খুমন য়েককী শাংপম য়ুম্নাক্কা মোইরাং য়েককী নিংথৌখংজম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নৈ। নিংথৌখোংজম য়ুম্নাক হায়বদি নিংথৌখোংজা মেঞ্জর প্রেমানন্দগী ময়ুমবুনি। নিংথৌখোংজম তকৈতদি লৌনবা যাই।

ii) হরাইবমগা নিংথৌজা য়েক্কী রাংখৈরাকপম য়ুম্'ক্কা পেন তিন্নৈ।

iii) হাওবম য়ুম্নাক্কা মোইরাং য়েককী খুংথেমগা পেন তিন্নৈ।

iv) ১) অকুবম, ২) ওয়নাম, ৩) মাইমোম, ৪) মোইজম, অমস্তুং ৫) লাংহৈবম—য়ুম্নাক ৫ অসিগা লুবাং য়েক্কী য়ুমনাক পুম্নমক্কা পেন তিন্নৈ। মরম অদুনা খুমনগী য়ুমনাক মশাসি লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী মচা সেনবগী নি হায়না লৌনদুনা পেন তিন্নহনবনি।

৪) সরাং লৈশাংথেম য়েক্কা পেন তিন্নবা,

পী তিন্নবা অমস্থং ঈ ওন্নবা[৭৫]

i) সরাং-লৈশাংথেম য়েককী য়ুম্ন'ক পুন্নমককা লোকতোনবম অমস্থং কোন্থোক্তম য়ুমনাক অনিসিগা পেন তিন্নৈ।

ii) পোৎশংবম য়ুন্নাককা মোইরাং য়েককী নিংথৌখোংজম য়ুমনাকা পেন তিন্নৈ।

৬) অতৈ অতৈ পেন তিন্নবা

পী তিন্নবা অমস্থং ঈ ওন্নবা থরা[৭৬]

i) নিংথোজা য়েক্কী শনথিনবমগা খুমন য়েককী লমলাই তাবা শাংৎপমগা পেন তিন্নৈ।

ii) খুমন য়েককী ১) অমাকচম অমস্থং ওয়নাম য়ুমনাক ২সিগী নিংথোজা য়েককী তেনশুবমগা পেন তিন্নৈ।

iii) লুয়াং ফান্তেককা খুযোম্ছমগা মোইরাং অনৌবা খোকচোমগা পেন তিন্নৈ।

iv) অঙোম য়েককী— ১) য়ুমলেনবম, ২) নোংমাইথেম অমস্থং ৩) হিদাম য়ুমনাক ৩ সিগা খাবা চেংলৈ, খাবা-ঙানবা য়েককী স্থরাই-শম য়ুমনাককা পেন তিন্নৈ।

v) মথককী iv) গী অচোমগী য়ুমনাক ৩ সিগা লুয়াং য়েককী য়ুম-নাক পুন্নমককা পেন তিন্নৈ।

vi) নিংথৌজাগী— ১) স্নাবাম অমস্থং য়াইরিপোক তাবা য়ুমনাম য়ুমনাক ২সিগা লুয়াং য়েককী হিজমগা পেন তিন্নৈ।

vii) য়েনখোম মুণ্ডুকুন্দো, শমচেৎশাবম হাজারী অমস্থং কোন্থোক্তম মিৎতোং ৩ সি পেন তিন্নৈ।

viii) নিংথোজা য়েককী লৈমপোকপমগা লুয়াং য়েককী হিজমগা পেন তিন্নৈ।

ix) নিংথৌজাগী জুইদ্রোমগা মোইরাং য়েককী ঙাঙোম লৈশাংথেম তাবগা পেন তিন্নৈ।

x) থাব-ঙানবা য়েককী খুরাইজম, নিংথৌজাগী হুইত্রোম অমসুং লুরাংগী হিজম অমসুং ঙাঙোম হায়রিবা য়ুমনাক ৪সি পেন তিরৈ।

xi) চে'লৈ ফুরুপকা লোকতোনজমগা কোম্হৌজমগা পেন তিরৈ।

৪) লৈসুং পেন তিন্নবা

লৈসুং পেন তিন্নবশিংসি শাইরুক তিন্নবগুম লৌন লৈনবা য়াদে। য়েক-ফুরুপ অমসুং শাগে-য়ুম্নাকশিংগী লৈসুং পেন তিন্নবশিং মথাদা উৎচরি :—

i) নিংথৌজা য়ুম্নাক্তা চঙলিবা নাউরেমগা শরাং-লৈশাংথেম য়েককী য়ুম্নাক পুন্নমককা লৈসুং পেন তিরৈ [৭৭]।

ii) তাকয়েন মপান তাবা নিংথৌজা য়েকী য়েনখোমগা মোইরাং য়েক্কী বাংবিজমগা লৈসুং পেন তিরৈ [৭৮]।

iii) নিংথৌজাগী ইরোমগী খুমন য়েককী লাইশ্রমগা য়ুম্নাক ২ সি লৈসু' পেন তিরৈ [৭৯]

iv) নিংথৌজা য়েককী শমথিনবমগা মোইরাং য়েককী মোইরাং-থেমগা য়ুম্নাক ২ সি লৈসুং পেন তিরৈ [৮০]।

v) মোইরাং য়েক্কী— ১) লৈয়ুজম, ২) নমবুজম, ৩) বাংবিজম, ৪) কাংবিজম, ৫) ঙাংলোম/ঙাংঙোম, ৬) হুড্রলেপ্পম, ৭) থাংগজম ৮) নিংথৌখোংজম, ৯) কোনথাম, ১০) মোইরাং কৈথেল্লাকপম, ১১) ওক্রম, ১২) য়াইখোম, ১৩) কুম'বম, ১৪) বায়েনবম, ১৫) চকপা তাবম অমসুং ১৬) মেলেম য়ুম্নাক ১৬ সিগা লোকতোনবমগা লৈসুং পেন তিরৈ [৮১]।

vi) অঙোম য়েক — খোইদোমগী চাদা-নাওদা— ১) কস্বাম, অকোইজম/কোইজম, ২) নিংঙোম্বম, ৩) লাইতোঞ্জম অমসুং ৪) হুইরেম, য়ুম্নাক ৪ সিগা লুরাং য়েক মাঙ্গোমগী চাদা-নাওদা ১) খোকনাম, ২) সম্বাতুরাম অমসুং ৩) খোইবম— য়ুমনাক ৩ সিগা লৈসুং পেন তিরৈ [৮২]। মরমদি খোইদোম অমসুং মাঙ্গোম অনিসি

মপা তিন্নদবা (অঙোম পুরৈরোম্বা অমসুং লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা মথংশিংনা পোকপা) লিক্লাপীচা নোংতংম্নুনা পোকপা মচীন-মনাওনি। য়ুম্নাকশিংসিগী পুকোকশিংসি মমা অমতা ওইবনা লৈনুং পেন তিন্নবনি।

vii) মথক্কী (vi) অঙোম য়েককী য়ুম্নাক ৫ অসি লুৱাং য়েককী য়ুম্নাক পুন্নমক্কা লৈনুং পেন তিন্নৈ [৮২]। মরমদি লিক্লাপীচা নোংতংম্নবু লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী মপী হাওসিয়াং পুয়াঙবা চম্না য়োকখিবদগীনি।

viii) শৱাং-লৈশাংথেম (চেংলৈ শলাই হায়) য়েক্কী — ১) থাংজম, ২) তোংব্রম, ৩) মুরাঙ্গশম, ৪) লৈতাম/লৈতাংথম (লোইতাম), ৫) থুমকনবম, ৬) ডাথেম, ৭) ময়াংলম্বম, ৮) লৌসিগাম, ৯) লৈশাংথেম, ১০) খাগোকপম, ১১) মাইব্রম্বম, ১২) নাওশেকপম, ১৩) ঈমকুম্নম, ১৪) থোইস্নাম, ১৫) মৈনম, ১৬) হৈৱাম, ১৭) শরাংথেম, ১৮) ৱাইরোকপম, ১৯) চনম, ২০) সাৱাবখাইবম, ২১) মাইবখিয়াম, ২২) শমোম, ২৩) কোন্থৌজম, ২৪) হাওরোকচম, ২৫) থাংজম মুপানবম, ২৬) ৱাকনবম/ৱাখনবম, ২৭) কোঞ্জেংবম, ২৮) লোকতোনবম, ২৯) লাঙ্গোইজম/লাঙ্গোঞ্জম, ৩০) হেম্মোইবম, ৩১) য়েম্লাংবম ৩২) অমোম, হায়রিবা য়ুম্নাকশিংসিগা মোইরাং য়েক্কী খুাং শলাইদগী ১) হাওরাংবম, ১) লাইকুজম, ৩) য়োঙ্গিরেনবম, ৪) কৌজেংবম, ৫) অকুৱাম অমসুং ৬) লৈশম হায়রিবা য়ুম্নাক ৩৮ সি লৈনুং পেন তিন্নৈ।[৮৩]

ix) খাবা-শলাইগী— ১) নোংজেংবম অমসুং ২) খুরাইজম —য়ুম্নাক ২ সিগা ভানবা শলাইগী য়ুম্নাক পুন্নমক্কা (নোংপোক/নোংচুপহারম নত্তবা) লৈনুং পেন তিন্নৈ।[৮৪]

x) খুমন য়েককী পু/ঈ তিন্নবা (লুংবাগী চাদা-নাওদা) য়ুমনাক পুন্নমক্কা, লুৱাং য়েককা লুৱাং লংমাইবা ফুরুপ (মুংথোঙভাইবগী চাদা-নাওদা) গী ১) হিজম অমসুং ২) সলামনচিংবা য়ুম্নাক পুন্নমক্কা লৈনুং পেন তিন্নৈ, মরমদি লুংবা অমসুং মুংথোঙভাইবা অনিমক ভান্নবোল থোঙভাইবা চম্না পোকপা, ভাক্লনি।[৮৫]

ix) লুরাং য়েককী— ১) হিজম অমসুং ২) সলাম ২ সিগা খুমন য়েককী— ১) ওয়নাম, ২) মাইমোম, ৩) লংবৈবম, ৪) মোংচম, ৫) লাইশ্রম যুমনাক ৫ সিগা লৈনবুং পেন তিন্নৈ।[৮৬]

xii) মোইরাং য়েককী মোইরাং ঈরাং খুরুপকী— ১) খুয়োনথেম, ২) মুংখাম, ৩) খোয়রাংবম, ৪) লিশম, ৫) লাইরেনময়ুম, ৬) তৌপোকচম, ৭) পুতালজম অমসুং ৮) শাংগোম্ম— যুমনাক ৮ সিগা মোইরাং কৌবা/খোকচোম ফুরুপকী— ১) খোকচোম, ২) শোইবম, ৩) পুখ্রম্বম (শোইবম), ৪) শীংখাবম, ৫) মোইরাং কৈথেল্লাকপম, ৬) থাংজম, ভাংখম, ৭) মোইরাং ময়ুম ৮) অহৈবম, ৯) লাইরেনময়ুম, ১০) লাইক্রাকপম, ১১) খোইনাইজম, ১২) লৈমজম, ১৩) মোইরাং থাইবাকপম, ১৪) রাংখেম অমসুং ১৫) হিদম যুমনাক ১৫ সিগা লৈনবুং পেন তিন্নৈ।[৮৭]

৫) ভাকবা।[৮৮]

i) মোইরাং অরিবা/ঈরাং য়েককী— ১) লৈয়ুজম/লাইনুজম ২) লংজম/নম্বুজম, ৩) রাংবিজম/রাংবজম ৪) কাংবিজম, ৫) ভাংলোম/ভাংভোম, ৬) মুংলেম্পম, ৭) থাঙজম, ৮) নিংথৌখোংজম, ৯) কোনথৌ ম/কোংখাম, ১০) মোইরাং কৈথেল্লাকপম, ১১) ওক্রম, ১২) মাই-থোম, ১৩) কুমাবম, ১৪) রায়েনবম, ১৫) চকপতাবম অমসুং ১৬) মেলেম যুম্নাক ১৬ সিগা মোইরাং অনৌবা/কৌবা, কৌবা অভাংভাগী ঈ (লৈনবুং পেন তিন্নবগী (xii) দা পীখিবশিং) গা ঈবেন তিন্নৈ হায়দুনা ভাকৈ।

ii) নিংথৌজা য়েককী যুমনাক হাওখোমগী লুরাং য়েককী সলাম যম্নাকা যুমনাক অনিসি অভোমনা মচা ওইনা য়োক্লম্বনি হায়দুনা চারৌ-মৌরৌনদা ভাকৈ।

iii) নিংথৌজা য়েককী যুমনাক ইরোম চৌভামথা তাবগা খুমন য়েককী অমাকচম যুমনকা নিংথৌনা শিন্নগা তেন পায়দুনা ভাক-মিন্নৈ, অসিনা তিন্নৈ হায়দুনা ভাকৈ।

iv) নিংথোজা য়েক্কী হুইরোম য়ুম্নাককা খুমন য়েককী অমাকচম য়ুম্নাককা নিংথৌনা শিবদা তেন পায়দুনা ঙাকমিন্নে হায়দুনা তিন্নবনি লোন-লৈনদনা ঙাক্লে।

v) অঙোম য়েককী শাগৈ অপুম্বদা তিল্লিবা নাকপক ময়ুমগী মশীন্দি নিংথোনা শিরগা লং য়ানবা, উচেক রায়া তানবনি অদুনা অঙোম য়েকবী শাগৈ য়ুম্নাক পুম্নমকা ঙাক্লে।

vi) মোইরাং য়েককী লাইরেম্লাংপা মেঙ্গরসু অঙোম য়েক্না তিন্দনা অঙোম যেক ওনখি। অদুনা লাইরেম্লাকপম য়ুমনাকসি অঙোম য়েককী য়ুম্নাক পুম্নমক্কা ঙাক্লে।

vii) মোইরাং য়েককী ১) পুতোঞ্জম অমসুং ২) শাংদোঙম য়ুমনাক অনিসি নিংথৌনা শিরগা লু থেৎপা, পরোম মখোপ থিন-নগী মশীন তৌই। অদুনা অঙোম য়েক্তা তিনহনখি। মরমসি-দগী য়ুমনাক অনিসিগা অঙোম য়েককী য়ুমনাক পুমনমককা লোন-লৈনদনা ঙাক্লে।

viii) লুরাংয়েককী লংমাইবা ঙকুপকী হিজম য়ুম্নাকসিগা অঙোম য়েককী অঙোম যিমলেন য়ুমনাককা অনিসি অমাইবা ঙাক্তা ওইনা অমাইবা লোইশঙ কাম্মিন্নে। অদুনা লোইশঙ তিন্নে হায়দুনা নৌনদে, ঙাক্লে। হৌজিক্তি লোনংদে, অঙোম নিংথৌ শিথোং লম্ভাবা হাক্তুক্তা য়াই হায়দুনা লোনখিবনি।

ix) লুরাংয়েকী—১) হিজম অমসুং ২) শলাম য়ুমনাক ২সিগা অঙোম য়েক্কী থাংজম য়ুম্নাককা ঙাক্লে। থাংজম চেকশা (চেকশা চক্রপানি, মৈদিংঙু পামহৈবা (খৃঃ ১৭০৪-৪৮) গী মতমগী অথৌবনি) তখেল লান শোক্লবা মতমদা হিজম মচা ১গা শলাম মচা ১গা কনবিখি। অদুদা হিজম মচাদুগী মমাংদু চেকশাদা পীখি। অদুদগী ঙাক্লখি।

x) খুমন য়েককী—১) অরুবম, ২) ওয়নাম ৩) মাইমোম, ৪) মোই-চেম, ৫) লাংহৈবম—য়ুমনাক ৫সি লুরাং য়েককী য়ুম্নাক পুম্নমক্লা ঙাক্লে।

মরমদি মখোয় অসি লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা ভাগুরোল খুৎয়াই চেনগী পানদুনা পোকপা শেনবা মিমবা ( সেলবা ) না খুমন নিংথৌ ওইবদা মতেং পাবদগী মখোয়বু শেনবগী চাদা-নাওদানি হায়না ওইহনখি।

xi) খুমন য়েককী হাওবম অহল্লুপ লাকপগী যুম্ফাগা লুরাং য়েক ইনবা থাংজম নোংথোম্বম ফুঙ্গাগা ভাক্লে।

xii) লুরাং য়েক ইনবা রাইখোম য়ুমনাকক্তা খুমন য়েককী অখাম য়ুমনাকক্তা লৌনদে ভাক্লে। মরমদি রাইখোমসি খুমন অখামদা না হুংলি।

xiii) নোংচুপহারম মোইরাং য়েক ইনবা ক্ষেত্রি খানাচাওবম য়ুমনাকক্তা খুমন য়েককী য়ুমনাক লাইশ্রম উচেককোন ভাবগা লৌনদে ভাক্লে। মরমদি ক্ষেত্র খানা চাওবর্মাস লাইশ্রমগী মচা ওইনা য়োক্লকখি।

xiv) লুরাং য়েককী সলাম য়ুমনার্কসি অঙোম য়েক্লা মমাইবা ( মখোয়গী অমাইবা/মাইবা ) নি হায়দুনা অঙোম য়েককী য়ুমনাক পুন্নমকনা ভাক্লে।

xv) লুরাং য়েককী থৌক্লাওজম/থৌনাওজম য়ুমনাক্তা খুমন য়েককী মাইবম য়ুম্নাক্তা মশীন-শীনকম মান্নে হায়দুনা ভাক্লে। অনিমক্কী শীনফমদি হৌদাক শুংবনি।

xvi) নিংথৌজা য়েক্কী য়েনখোইবা দামু সুবেদার, নোংপোক হারম য়ুম্নক্কী শমচেৎশাবম হাজারী অমসুং খাবা চেংলৈ শরাং-লৈশাংথেম য়েক্কী কোন্থৌজম মিস্তোং অহুম অসি ভিন্নে। অহুনা :—

ক) য়েনখোইবা দামু সুবেদারগী ফুঙ্গা য়েনখোম য়ুম্নাক্তা শমচেৎ-শাবম হাজারীগী ফুঙ্গা শমচেৎশাবম য়ুমনাক্তা লৌনদে ভাকখৈ।

খ) য়েনখোইবা দামু সুবেদারগী ফুঙ্গা য়েনখোমগা শরাং লৈশাং-থেম য়েক্কী কোন্থৌজম মিস্তোংগী ফুঙ্গা কোন্থৌজম য়ুম্নাক্তা লৌদে ভাক্লে।

গ) নেংপোকছারম শমচেংশাবম হাজারগী যুঙ্গা শমচেংশাবম ষ্ম্নাক্কা শরাং-লৈশাংথেম স্নকা কেৎহৌজম মিত্রোংগী ফুঙ্গা কোম্নৌজমগা লৌনদে ভাক্লে।

৬। জাতি/জাৎ তিন্নদবা

(i) মৈতৈ চিঙ্গাক নামুংবা হায়দুনা—১) শন, ২) মুকশন (হাইব্রিড) ৩) নোঙ্গৌবী অমসুং ৪) মাইরেল ৪ অসি চানদে নামুংই।[৮৯] মখোয়সি চাবা মী ফুরুপ-কাংলুপশিংবু তিন্নদবা হায় লেপ্পবঙম লৌনৈ, অদুনা চারো মৌলৌনদে, নামুংই[৯০]

(ii) মৈতৈ হিন্দুধর্ম লৌরবদা চাউদা পানবা কাংলুপ ফুরুপশিংবু জাতি/জাং তিন্নদব (নগুন/নুগুন থাংদবা) কাংলুপ-ফুরুপশিং ওইরকই। লৌন-লৈনদে।

(iii) কৈ, লোই, নাই, অয়োকপশিংবু খুন্নাইগী থাক হন্থবা ফুরুপ ক লুপশিংনি, জাতি-বিজাতি শিংদবাশিংনি হায়না চৎনরকই। অদুগা মখোয়না হিন্দু ধর্ম লৌরগা পানা থোকপা হায়বা সংস্কার প্রায়শ্চিত তৌদুনা শেংদোক্লগা, মসুং অমা পীদুনা শেংদোক্লগা মৈতৈ খুন্নাইদা তিনবা য়াহল্লি।[৯১]

(iv) হিন্দু ধর্মনা মৈতৈ লৈবাক্কী অমসুং মৈতৈ পুন্নমকী ধর্ম ওইশ্রবদা ধর্ম তিন্নদবা)— (১ মুসলমান পাংঙন, ২) মলেস বৃতিশ/ ঈঙ্গ জ জাতিশিংবু জাৎ তিন্নদবা লৌন-লৈনবা য়াদবা জাতিশিং ওইরকখি। অহানবদদি মুসলমান পাঙ্গলশিং মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দ—লৈতাহল্লবা মৈতৈ নিংঙোলশিং পীরম্মী।[৯২]

(v) জাতি/জাৎ তিন্নদবা লৌন-লৈনবগী রায়েল-রাখুনশিংসি লৈঙাকলোনগী ওইবা মপান লৈপাক্তা মরী থম্মনবগী মতাংদা ভাইশেন লিংখৎনবগী চারো-মৌলৌনবগী রায়েন্দদি কোমথোকই অমসুং চারো-মৌরৌনৈ। খুদম ওইনা বৌদ্ধ ধর্ম চৎপা ওরাদা মৈতৈ নিংথৌ চরাইরোংবগী মজাইবেম্মা চকপা মখাও ওয়ী গরিবনিরাজ মহারাজগী মচানুপী সত্যমালা অসিনচিংবা থাজখি। অস্থমা ময়াং, তেখাও, তাংখলনচিংবদসু মৈতৈ নিংথৌগী মজাইম্নেশিং অমসুং মৈতৈ নিংঙোলশিং থাজনৈ।

## ২। মৈতৈ হিন্দুগী চংনরকপা লৌন-লৈনবগী রায়েল-রাখুন পরেং

মৈতৈগী হিন্দুধর্ম লৌখিবগী চংনরবপা লৌন-লৈনবগী রায়েল পরেং অসি চৎনা-চৎননা মৈতৈ হিন্দুগী ওইবা রায়েল-রাখুন পরেংসি খৃষ্টাব্দ ১৭৯০ দা চংনহনখি।[২৩] মসিনা মৈতৈ লৈপাক অসিদা লৈরিবা মী কাংলুপশিং—বামোন/ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রি, বৈশ্য লাইরিকয়েংবমনাচিংবা অতৈ নোংচুপহারমশিং, নোংপোকহারম, মৈতৈ য়েক ৭ শলাই ৯ অমসুং চকপা ফুরুপশিং অসিনচিংবা হিন্দুধর্ম চংপা হায়রবদি লুপ্তন থাংবশিংগী লৌন-লৈনবগী রায়েল-রাখুন পরেং অমসুং চৎলম-লুপ-তিনগী রাংলোন ওইনা অপুনবা মৈতৈ জাতিবু ভাক্লকই অদুগা মৈতৈনা অরিববুসু হুন্দোক্তে অমসুং অনৌববুসু য়োকখৎলম্মী। অনৌবা রায়েল-রাখুন পরেংশিং অসি আয্য হিন্দুগী মনু সংহিতা কৌবা হিন্দু রায়েল-রাখুন পরেং অদুদা থরমখৈ সুক্ষম ওইরগা শেম্না—অইবা পুয়া লাইরিক অমনা লমজিং-লমজুম্মী। হায়রিবা লাই-রিকসি "সম্বন্ধ নির্ণয়।[২৪] হায়না থোল্লগা। ককচিং কৈথেম্না চৈথবা কুম শকাব্দ ১৭১২, চন্দ্রাব্দ ১০০২ দগী মনিপুর রাজ্যগী লমদৈ মনুংদা চংনহনখি। রায়েল লাইরিক অসিগী রায়েল-রাখুন পরেংচুম্না অনৌবা মওংদা শেমদোক্লবা রায়েল রাখুনশিংদি :—

i) লুহোংলদবা মপা অদুনা মপাগা থানা পুরোন তরেংকী থবা মরুপ ক) অহুমগী মথৈ মুংনএ, খ) মরি শুরকপদা লৌনগদবনি।

ii) পিতৃবন্ধু কৌবদি ক) মপা পোকপা মপুগী, ১) মচে, ২) মচন অনিসিগী—মচাশিংনে,[২৫] খ) মমা পোকপা মবেনগী ১) মবুংগী মচানুপাশিং তমক অসিবু পিতৃবন্ধু কৌই।

ক) মপা পোকপা মপুগী মচে, মচনগী মচা ১) পিতৃবন্ধু অদুদি মহাক থানা থারা ৩ শুবদো মাতৃবন্ধুগী মচে-মচনগী থারা ৩গী মথৈ মুংনৈ, লৌহৈদে। ২) মীরোল ৪ শুবদি লৌনবা যাই। ৩) পিতৃবন্ধু অসিগী লোন্নবী মমাগী মচানুপীদুদি লৌনবা য়াই।

খ) মপাপোকপা মবেনগী মবুং, মপাগী অনিমক্কী মচানুপা পিতৃ-বন্ধু অহুগীদি মহাক থানা পুরোল ৭ থিগৎকদবনি। ১) ৭ অসি থারা মরুপ ৩ শুবীহু মুংনৈ; লৌনবা য়াদে ২) ৪রুকশুবদা লৌ-নবা য়ারে খ) পিতৃবন্ধু অহুগী মচে, মচনগী ১ থারা ২গী মথৈ নামুংনৈ, লৌনবা য়াদে। ২) থাবা ৩শুবদা লৌনবা য়ারে।

গ) মপা পোকপা মবেনগী মচিন-মনাওগী মচানুপা পিতৃবন্ধু অহুগী থাবা ১) পিতৃবন্ধু অহুগা থানা ৩শুবা ফাওবা নামুংনৈ। ২) থারা ৪শুবদা লৌনবা য়াই। পিতৃবন্ধু অহুগী মচে-মচনগীদি ৩) মীরোন ৩গী মথৈ নামুংনৈ। ৪) মীরোন ৩শুবদা লৌনবা য়াই। ৫) পিতৃবন্ধু অসিগী লোন্নবী মমাগী মচাদি লৌনবা য়াই।

iii) ক) মপাগী গোত্র মান্নবা নুপী লৌনদে। খ) মানা (নুপীহুনা) পোকপদি লৌনবা য়াই।

iv) পর্ব্বর মশীং, মমিং মান্নবীদো ক) লৌনদে। খ) মহাক অহুনা পোকপদি লৌনবা য়াই।

v) মমা পোকপা মপুনচিংবা পুরোন ৫বু মাতৃ সপিণ্ড কৌই। সপিণ্ড ৫ অসিগী ক) থারা ৩গী মথৈ নামুংনৈ খ) থারা ৪ শুবদা লৌবা য়ারে।

vi) মাতৃবন্ধু কৌবদি ক) মমা পোকপা মপুগী ১) মচে ২) মচন অনিগী মচানুপানে, খ) মপা পোকপা মবেনগী, ৩) মপাগী মচানুপানে ৩মক অসিবু মাতৃবন্ধু কৌই।

ক) মমা পোকপা মপুগী মচে, মচন অনিগী মচা মাতৃবন্ধু অহুগা থারা ১) মহাক থানা মীরোল ৩শুবা ফাওবদি মুংনৈ, ২) মীরোল ৪শুবদা লৌনবা য়ারে। ৩) মহাক অসিগী লোন্নবী মচাগী মচাদি লৌনবা য়াই।

খ) মমা পোকপা মবেনগী মবুং মপাগী ২গী মচা মাতৃবন্ধু অহু-দি মহাক থানা পুরোল ৭কী থারা ৩গী মথৈ লৌনদে, ২) থারা ৪ শুরবদি লৌনবা য়ারে।

গ) মমা পোকপা মবেনগী মচিন-মনাওগী মচানিপা মাতংদ্ব অছুগী ১) ধারা ৩গী মথৈ লৌনহৈদে, ২) ধারা ৪ শুরবদি লৌনবা য়ারে। ৩) মহাক্কী লোন্নবী মমাগী মচাদি লৌনবা য়াই।

vii) মমা পোকপা মপুগী পুনাচিংবা পুরোল ৫ গী মথৈ, ক) মখোয় অসিনা পোক্লকপা মচা নুপীদো নামুংনৈ, খ) নামুংনবী অসিনা পোকপী মচা নুপীদি লৌনবা য়াই।

viii) মমাগী অথুপ্পা নত্রগা অফাংবা মমিংগা ক) মমিং মান্নবী নুপীদো লৌফরোই, শোকফরোই, খ) য়াথংনা পীবা লুহোংবা ওই-রবদি (নুপীচুগী) মমা-মপাগী য়াথং লৌচুনা ব্রাহ্মনবু মমিং হোং-হল্লগা লৌগদবনি।

ix) মমাগী লোন্নবী মুপী, মমা খোকপী অছুগী মবুংগী ক) মচানুপীদি লৌকদে শোকফদে, খ) মশুদি লৌনবা য়াই।

x) মমাগী ক) মচিন-মনাওগী লোন্নবীগী মচা খ) মমাগী লোন্নবীগী মবুংগী মচে-মচনগী মচাদি লৌনবা য়াই।

xi) মপাগী মচে-মচনগী লোন্নবীগী মচাদি লৌনবা য়াই সম্বন্ধ লৈতে।

xii) মুংনৈ হায়না মথক্তা পীগ্রবশিং অসি গোত্র অহুম হেল্লবদি লৌনবা য়াই।

xiii) শ্রীগুরুগী ক) মচানুপীদি লৌনবা য়াদে, খ) মচননুপীদি নামুংনদ্দ লৌনবা য়াই।

xiv) ক) নিংথৌগীনি হায়না মহৈ-মশীং চারবীনে, খ) বিবাহ তৌরবী মুপীনে, গ) শ্রীগুরুনি হায়না ঘ) মপাগীনি হায়না ঙ) ময়াম্বগীনি হায়না চ) মনাওগীনি হায়না, ছ) মপনগীনি হায়না জ) মতোনগীনি হায়না—মহৈ মশীং চারবা মুপী অছুদি লৌনহৈদে।

xv) সপিণ্ডগী বিবাহ তৌরবী ক) মুপীচু লৌনহৈদে, খ) মুপী-চুনা পোক্লকপীচু লৌনবা য়াই।

xvi) নামুংবা মরি শোক্তবী, মহাকির্ত্তি বিবাহ তৌরবী, সং-সগ ওইরবীদি মচৎনগদবনে।

xvii) বিধবা ( লুখ্রাবী ) দি লৌফরোয়।

xviii) মুংনবী মচাদি—ক) মমা-মপা, শাগৈ য়েকলুপকী পিতৃ-কর্ম্ম তৌহৈদে, খ) নিংথৌগী শাগৈগী চাকম/চাকথুম সেবা (পুজারী ওইবী) তৌহৈদে, গ) পিবাসু ওইফরোই (ওইবা য়াদে)।

মথক্তা পীরিবা সম্বন্ধ নিনয়সি নত্তবা মসিদগী হেন্না চাওবা মৈদিংগু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ ( খৃঃ ১৮৫০-৮৬ ) গী মতমদা খৃঃ ১৮৭৪ দা ইখিবা অমসু লৈরি।[১৬] হায়রিবসিগী চপ চানা ময়েক ওন্থোক্তুনা শিন্দোকচবা য়ারোলশিংহু মথাদা পীজরি।

অঙ্গি শ্রীচন্দ্রাব্দ ১০০২ কর্কচিং কৈথেলগী কুম রথজাত্রা দশমী বুধ-বার শ্রীজুক্ত কাঙ্গিপুরেশ্বর মহারাজনা শান্তদাস মহন্তনে মবুধৌ ইবুংঙো গরিবনিৱাজ ২মক্তা হাইরি—চহু নিংঙোন বিবাহ তৌগদবা অসিবু শ্রুতি শাস্ত্রনা য়ায়েল য়েললমবামক্তগী লৈপাক পিকএ কলি কালসুং ওইরে হাইবগীদমক ককপীরম্বা ৱায়েল অহুগী মতু' ইন্না ৱায়েল অকুপপা খিবিকশুং খিজিন্দুনা ইবা ৱায়েল লাইরিকনে। ইরিক অসিগী ৱায়েন্না খজিক্তুং থুপচিন্না য়েললম্বা ৱায়েল অহুগী মতুং ইন্না। (শক) ১৭৯৬ চৈথাবা থাংজম চাওবগী কুম জেষ্ঠ দ্বিতিয়া রবিবারদা, তারিক ৮শুবদা ।০। শ্রীপঙ্কজুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা মহুবু অমুক হন্না বেদ পুরাণ শ্রুতি শাস্ত্র খিনক্কি বিচার তৌহুনা ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিয় বৈশ্য সুদ্র খিবিকি হিতুগীদমক শাস্ত্রগী আর্থ অহুবু মিরোন্না খজিক্ত লিংশিললকপা অসিনা মাংদা য়াওরম্বা য়াওরমদবা শাস্ত্রগী প্রমান চাবা অহুবু লৌরহুনা লেংবা থোকলে। অমসুং ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিয় বৈশ্য সুদ্র বর্ন ৪মক্তী তৌগদবা মচৎপু খজিক্তুং য়াওনা লেংবা থোকলে। মসিবু লৈপাক পুমনামকনা মসি ফম্বে মসিনা কৈ-এ হাইবা অমসুং ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অওমবা পুমনামক্কা

মক্তি লৌখৎকনি মসি লৌথোকনি হায়বা পুমনমক অসি বিচার তৌগদবা ওইরে।০। অসুমনা য়াথং হাইদোকলবদা শ্রীজুৎ স্না মাংদা শাস্ত্রগী বিচার তৌগদবা য়াওবা শ্রীগুরুজি ১ শ্রীজুৎ লাই-ময়ুমগী হিদং ১, অরিবমগী শ্রীগোবিন্দ অধিকারি ১, গুরুময়ুমগী তন্ত্রধার ১, অধিকারিময়ুমগী শ্রীজুৎ মুজুমদার ১, ব্রহ্মচারিময়ুমগী বাচস্পতি ১, গুরুঅরিবমগী শ্রীঠাং ধর্ম্মচক্রবর্ত্তি ১। লৌপুকতোংবম শ্রীঠাং তর্কভুষন ১, ফুরালাৎপমগী শ্রীঠাং বিদ্যাসুন্দর ১, লাইময়ুম শ্রীঠাং বিদ্যালঙ্কার ১, ব্রহ্মচারিময়ুমগী শ্রীঠাং নিধি ১, লাইপুবমগী শ্রীঠাং শেখরা নন্দ ১, অধিকারিময়ুমগী শ্রীঅতোলচাওবা ১, শ্রি গোনোক হঞ্জবা কমলাকান্ত ১, শ্রিবাবাজি গোপিদাস ১, শ্রিমচা ইবুংঙো স্না জুবারাজ, শ্রিময়ামবুং সেনপতি ১, শ্রিমচাইবুংঙো মন্ত্রি ১, শ্রী মতোল ইবুংঙো পাচহনবা ১, শ্রী মবাই ইবুংঙো চিঙাখমবা ১, পুখমবা ১, শ্রীশোগাইজম তুলিহন মেঙ্গোর ১, শ্রীকাঙভাবা তুলি নাহা মেঙ্গোব, শ্রীখুমুকচামবা পণ্ডিত ১, শ্রীলোইতোংবা লাইখুবাকপা লাইরিক ইবা ১, শ্রীথোগ্রাও লাইরিক ইবা ১, শ্রীলৈমা-পোকপা লাইরিক ইবা অমসুং য়ুমনাক শাগৈ পুমনমক্তি পিনখুং য়াওহলে।০। হাইখিরিবা সভা পুমনমক অসি শ্রীজুৎ স্না মাংদা তিন্নহুনা শ্রীজুৎ মবুধো ইবুংঙো কর্ত্তা মহারাজনা তৌরমবা বায়েল লাইরিক্তি মতুং ইন্না শাস্ত্র খিবিক্তি বিচার তৌহুনা শ্রীশ্রীবাধাগো-বিন্দজি ২মক্তী মমাংদা লেপনব্রবা বায়েল লাইরিকনে। বায়েল লাইরিক অসিমক্তি সম্বন্ধ নির্নয় কৌবদগী লৌথোক্নুনা—পুৰবাম ৭ তৰেৎকি মচা অসিগী ধারা অহুমগী মশৈ মুংনৈএ। মরিস্নুরকপদা লৌনগনি। তথাহি সম্বন্ধ নির্নয় বিবাহ বিধি:। পিতামহ ভগিনী পুত্রা: পিতা মহ্যং ভাগিনী পুত্রা: পিতু মতুর্ল পুত্রাশ্চ: তথৈব পীতৃবান্ধবা: এতান বর্জ্জইত৹া সম্বন্ধ সরনং—। অস্নার্থ—পিতবন্ধু কৌবদি মপা পোকপা মপুগী মচেনে, মচম্নে অনিমকক্তী মচানে, মপা পোকপা মবেনগী মচেমনে, মনাও নপীনে অনিমক অসিগী

মচানিপানে মপা পোকপা মবেনগী মবুংনে মবুংগোনে (মপন) নে অনিমক অসি মচানিপানে অহুমমক অসি পিতৃবন্ধু কৌই। মপুং ভরদ্বাজ গোত্র ব্রজকীশ্বর শর্ম্মা—মতু রাধা মোহনী মচা নন্দকীশ্বর কৌবা ১ পোক-এ। কৃষ্ণপ্রিয়াগী মচেম মাইবী আঙ্গিরস গোত্রগী বালকৃষ্ণ শর্ম্মনা লৌএ। মালা কৌবী অমসুং লৌ-এ। মাধবীনা মচা জলশেখর শর্ম্মা পোক-এ। মবুংগো গোকুলচান্দ মতু চন্দ্রমুখী মচা নন্দলাল কৌবা ১ পোক-এ। কৃষ্ণপ্রিয়াগী মনাও মাধবী কাশ্যব গোত্রগী ভূদেব শর্ম্মনা লৌ-এ। মচা লালজী কৌবা ১ পোক-এ। শাণ্ডিল্য গোত্রগী কৃষ্ণমোহন শর্ম্মা, মতু কৃষ্ণপ্রিয়া মচা জদুনন্দন মতু মোহিনী। জদুনন্দন অসিগী পিতৃবন্ধু কৌবদি হরিমোহন, গোবিন্দমোহন, নন্দকিশ্বর, নন্দলাল জলসেখর, লালজী ওমক অসিনে।। কৃষ্ণমোহনগী মচেম লাক্ষীপ্রিয়াবু কাশ্যব গোত্রগী শ্যামদেব শর্ম্মনা লৌ-এ। মচ হরিমোহন পোক-এ। মচন তুলসীপ্রিয়াবু গোত্রগী মুকুন্দদেব শর্ম্মনা লৌএ। বিষ্ণুপ্রিয়া কৌবী অমসু লোললে। তুলসিপ্রিয়ানা গোবিন্দমোহন পোকএ। মপা মপুগী মচনগী মচা পিতৃবন্ধু অহুদগী মহাক থানা মহাকী ধারা ৩ সুববদি মুনৈ-এ। মরি হুরকপদা লৌগনি।। অস্বার্থ—গৌতুম গোত্রগী গোবিন্দমোহন, মতু রত্নমালা, মচানুপী ললিতাপ্রিয়া অতুবু শণ্ডিল্য গোত্রগী গৌরমোহন, মতু হৃদিমালা, মচা নন্দমোহন, মতু মণিমালা মচানুপী ললিতাপ্রিয়া অতুবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জদুনন্দনবা লৌবা য়ারে। পিতৃবন্ধু অসিগী মচেম মচনগী ধারা ২গী মথৌদি মুংনৈ-এ। অহুমদদি লৌনবা য়ারে।। অস্বার্থ—গৌতুম গোত্রগী গোবিন্দমোহনগী মচন চন্দ্রমুখীবু মধুগল্য গোত্রগী মদনমোহনগী লৌএ। মচা শ্যামমোহন কৌবা ১ পোক-এ মতু সুর্জপ্রিয়া, মচা ললিতমোহন শর্ম্মা, মতু চন্দ্রপ্রিয়া, মচানুপী রাইমোহিনীবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জদুনন্দনা লৌবা য়ারে। পিতৃবন্ধু অসিগী মমা লোয়নবাগী মচানুপীদো লৌকে-এ।। অস্বার্থ—গৌতুম

গোত্রগী মুকুন্দদেব শর্ম্মনঃ তুলসীপ্রিয়াবু লৌ-এ। মহাক্কী লোম্নবী বিষ্ণুপ্রিয়াগী মচানুপী সুর্জমুখীবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জহুনন্দনা লৌবা য়ারে।। মমা পোকপা মবেনগী মবুং মবুংঙা ২মক অসিদি মচা নুপা পিতৃবন্ধু অহুগীদি মহাক থানা পুরোন ৭ থিগৎকনি। তরেৎ-মক অসিগী থারা ৩ সুবিদো মুংনৈ-এ। মরি সুরকপদা লৌনগনি।। অস্বার্থ—ভরদ্বাজ গোত্রগী নন্দবিশ্বর শর্ম্মা, মতু পদ্মাবতি, মচা জুগলকীশ্বর শর্ম্মা, মতু সাবিত্রী, মচা নাওলকিশ্বর শর্ম্মা, মতু বিশাখা, মচানুপী জুবতীবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জহুনন্দনা লৌবা য়ারে।। মহাক অসিগী মচেম মচন থারা ২মককী মুংনৈ-এ। অহুম সুরকপদা লৌগনি। ভরদ্বাজ গোত্রগী নন্দলাল শর্ম্মগী মচন সুবদনীবু মধুকল্য গোত্রগী চন্দ্রনেশ্বরনা লৌএ। মচা চন্দ্রকান্তি শর্ম্মা, মতু সুন্দরী, মচা চন্দ্রকীশ্বর শর্ম্মা মতু চিত্রাবলা মচানুপী কীশ্বরীবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জহুনন্দন শর্ম্মানা লৌবা য়ারে।। মমা পোকপা মবেনগী মচিন মনাওগী মচানুপা পিতৃবন্ধু অহুগী থারা মহাক থানা ৩ গী মথৈ মুংনৈ-এ। ৪সুরকপদা লৌগনি। অস্বার্থ—অঙ্গিরস গোত্রগী জলকৃত শর্ম্ম মতু মাধবী, মচা জলশেখর শর্ম্মা মতু হরিপ্রি (য়া) মচানুপী জ্বালামুখীবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জহুনন্দনা লৌবা য়ারে। পিতৃবন্ধু অসিগী মচেম মচনগী থারা ২গী মথৈ মুংনৈএ, ৩সুমদা লৌগনি। অস্যার্থ—অঙ্গিরস গোত্রগী জলশেখর শর্ম্মগী মচা ইন্দ্রমুখীবু কাশ্যর গোত্রগী হরিচন্দ্রনা লৌ-এ। মচা রামচন্দ্র শর্ম্মা, মতু মৃগানী, মচা বীরচন্দ্র শর্ম্মা, মতু ললিতা, মচানুপী চন্দ্রাবলীবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জহুনন্দনা লৌবা য়ারে। পিতৃবন্ধুগী মমা লোম্নবীগী মচানুপীদো লৌক-এ। অস্যর্থ—অঙ্গিরস গোত্রগী জলকৃত শর্ম্মগী মতু মাধবীগী লোম্নবী মালতীগী মচানুপী কুন্দলতাবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জহুনন্দনা লৌবা য়ারে।। প্রবর মশিং মমিং মান্নবগী মচানুপী লৌনাহৈদে। কন্য মহাককনা পোকউবা মচানুপীদো লৌহৈ-এ।। শ্রিজুৎ কর্ত্তানা ব্রাহ্মন সভা তিম্নহুনা পিতৃবন্ধুগী

তরেৎতগী ৩ ককথৎতুনা মরিদা লৌনবদি অসি ওইরে। ইতি ।। মাতৃবন্ধুগী ৫ অমা ককথৎতুনা ৪ দা লৌবদি মথাদা ইরিবা অসি ওইরে ।। —তথাহি সম্বন্ধ নির্নয় শ্লোক: বিবাহ বিধি —। মাতা মহাভাগীনী পুত্র: মহামহ্যা ভাগিনী পুত্র: মাত্ত মাতুল পুত্র শৈচত্রে মাতৃবন্ধবা:। এতেন ত্যকহ বিবাহ করনং। অস্যার্থ—মমা পোকপা মপুনচিংবা পুরোন ৫বু মাতৃ মপিণ্ড কৌই। ৫মক অসিগী ধারা ৩গী মথৈ মুংনৈ-এ। ৪সুবদা লৌহৈ-এ। মাতৃ বন্ধু কৌবদি মমা পোকপা মবেনগী মচেমনে মনাওমুপীনে মমা পোকপা মবেনগী মবুং মবুংভা ২মক্তী মচানুপানে ৩মক অসিবু মাতৃবন্ধু কৌই। অস্যার্থ—শাণ্ডিল্য গোত্রগী রাইমোহন্না গৌতম গোত্রগী মোহিনী লৌহুনা জহুনন্দন পোকএ। জহুনন্দন অসিগী মমা পোকপা লালকীশ্বরগী মতু হরিপ্রিয়া কাশ্যব গোত্র মবুং হরিবলহব মতু মাধবী, মচা হরিদেব, মচেম কৃষ্ণ প্রিয়াবু অঙ্গিরস গোত্রী রামেশ্বরনা লৌএ, মচা ভুবনেশ্বর পোকএ। মবুংভা কৃষ্ণবলহব, মচা রাইমোহন, মনাও মুপী বিষ্ণুপ্রিয়াবু অত্রেয় গোত্রগী রামনা লৌএ। মচা রামনারায়ন পোকএ। মচেম চন্দ্রাবলীবু মধুগল্য গোত্রগী চন্দ্রশেখরনা লৌ-এ, মচা চন্দ্রবদন পোকএ। জহুনন্দনগী মাতৃবন্ধু কৌবদি—চন্দ্রবদন ১, গোপীনাথ ১, হরিদেব ১, রাইমোহন ১, ভুবনেশ্বর ১, রামনারায়ন ১—৬ মক অসিনে। মমা পোকপা মপুগী মচেম মচন ২ মক্তী মচা মাতৃবন্ধু অদুগীদি মহাক থানা ৩সুবীদো মুংনৈএ, ৪ সুবদা লৌহৈএ। অস্যার্থ—মধুগল্য গোত্রগী চন্দ্রবদন মতু সুর্জ্যমুখী মচা নন্দনেশ্বর মতু পদ্মমুখী মচা. চন্দ্রকান্তি মতু চন্দ্রমুখী মচ মুপী চন্দ্রপ্রিয়াবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জহুনন্দনা লৌবা য়ারে। মমা পোকপা মবেনগী মবুংনে মবুংভানে ২মক্তী মচা মাতৃবন্ধুগীদি মহাক থানা পুরোন ৫গী ধারা ৩গী মথৈ লৌনহৈদে, ৪দা লৌগনি। অস্যার্থ—কাশ্যব গোত্রগী হরিদেব শর্ম্মা মতু নবীনমঞ্জুরী মচা জুগলকীশ্বর মতু লবঙ্গমঞ্জুরী মচা নাওলকীশ্বর মতু মনিমঞ্জরী

মচানুপী ইন্দ্ৰমুখীবু শাণ্ডিল্য গোত্ৰগী জন্ডুনন্দনা লৌবা য়ারে। মহাক অসিগী মমা লেংমবীগী মচাদি লৌহৈয়ে, দোষ লৈতে। তস্যার্থ—অঙ্গিরস গোত্ৰগী রামেশ্বর মতু কৃষ্ণপ্ৰিয়া, মহাকা মমা লোম্নবী বিষ্ণুপ্ৰিয়া, মহাক্কা পোকপা মচানুপী রত্নমালাবু শাণ্ডিল্য গোত্ৰগী জন্ডুনন্দনা লৌবা য়ারে, দোষ লৈতে। মমা পোকপা মপুনাচিংবা পুরোন ৫গী মথক পুরোন ৯গী মখৈ, মখোয় অসিগী মচানুপীদো মুংলৈএ, মখোই অসিনা পোকপাদো লৌনইএ।। অস্যার্থ—শাণ্ডিল্য গোত্ৰগী মমা মোহিনীবু পোকপা মপা লালকীশর মভোন্দগী হৌ-ডুনা থিগৎপদা। ৫সুবা কুঞ্জকীশর য়ৌবা মতুগী মখৈদি মাতৃবন্ধুদা হাইপা অডু য়েংডুনা লৌগনি। অডুগী মথং ৪সুবা নন্দকীশর য়ৌ-বগী মখৈদি মিংডোনমচাদি লৌকদে, মসুদি লৌহৈএ। ঐ জন্ডুনন্দনা গৌতম গোত্ৰগী ১০ সুবা ব্ৰজকীশ্বরগী মচানুপী ধবলীবু ঐ জন্ডু-নন্দনা লৌবা য়ারে। ব্ৰজকীশ্বর শৰ্ম্মা মতু রূপবতী, ৯, মচা নন্দকীশ্বর মতু মনিমালা—৮—মচা জুগলকীশ্বর,—৭ মচা কুঞ্জকীশ্বর মতু চিত্ৰেশ্বরী,—৪ মচা নবীনকীশ্বর মতু ললিতা—৩ মচা মদন-কীশ্বর মতু সুৰ্য্যমালা—২ মচা মোহনকীশ্বর—১ মচা লালকীশ্বর, ছাওলকীশ্বরগী মচানুপী ললিতামঞ্জুরীবু কাশ্যপ গোত্ৰগী হরিদেব শৰ্ম্মনা লৌএ। মচানুপী হরিমালাবু শাণ্ডিল্য গোত্ৰগী জন্ডুনন্দনা লৌবা য়ারে। মথক্কী ৩মক অডুসু অসিমক ওই। শ্ৰীজুৎ কৰ্ত্তানা ব্ৰাহ্মণ সভানচিংবা পুননমক তিনহুনা মাতৃবন্ধুগী ৫দগী ১ ককথৎ-লুনা ৪ সুবদা লৌবদি হাইখ্ৰিবা অসি ওইরে। অমতুং মমাগী অথুপপা অফোংবা মমিং মাম্নবীদো লৌকরোই। য়াথংদনা পীখ্ৰিবা লুহোংখ্ৰিডে ওইরবদি মমা মপাগী য়াথং লৌহুনা ব্ৰাহ্মনবু মিং ১ হোংদোকহন্দুনা লৌগনি। মমাগা লোম্নবী মমা অডুগী মবুং মবুংগা ২মক্কী মচানুপীদো লৌহৈদে, মসুদি লৌহৈএ, দোষ লৈতে। মমাগী মচিন মনাওগী লোম্নবিনে, মহাক্কী মচেম মচনগী লোম্নবীগী মচা লৌ-হৈএ, দোষ লৈতে। মপাগী মচেমনে মচম্নে অদিগী লোম্নবী

মচা লৌহৈএ : সম্বন্ধ লৈতে। মুনৈয়ে হায়রিবা অসিবু গোত্র ও হেললবদি লৌনহৈএ। শ্রীগুরুগী মচানুপী লৌহৈদে, মচন মশুদি লৌহৈএ। নিংথৌগীনি হাইনা মহৈ মমিং চারবী নুপী ১নে, বিবাহ তৌরবী ১ সংসর্গ ওইরবী ১নে, গুরুগীনি হায়না, মপাগীনি হায়না ময়ামবগীনি হাইনা মনাওগীনি হাইনা মহৈ মশিং চারবী নুপীদো লৌহৈদে। অতুগা অতোপপা ১দা পোকলুরবদো নামুংদে। নামুংবা মরি শোক্তবা খাইদা বিবাহ তৌরবী নুপী ওইরবসুং সংসর্গ ওইদ্রবদি মৎংনগনি। বিধবা ওইবী নুপীদি লৌফরোই॥ সাগে পুরোন ৭ হেললে হাইতুনসুং য়ুমমাংনরবদি শাগেগী মচানুপী অতুনা পোকলবা মচা নুপীদো লৌফরোই। পুরোন ৭ অতুগী মনংদা লৈরবদি থংনতুনা কাইনরবসুং নিঙেভাম্না পোকলুবা মচানুপীদো লৌকদে। পুরোন ৭ হেলবা ৮/৯ সুরবদি সাগে অতুনা কাইনরবদি নিঙেভান অতুনা পোকলুবা মচানুপীদো লৌবা য়ারে।

# রিফরেন্সশিং

১—কংলৈ শগুলেন পুবা পুয়া ; MS :

২—চৈংলেরোন পুয়া MS. অমস্তুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ চাদা লাইরুই : লা: ৫-৭ ফুট নোট।

৩—মশিন পুয়া MS : অমস্তুং শ্রীখুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ, লোয়য়ম্বা শিনয়েন ( ইম্ফাল, ১৯৭৫ ) ল : ৩৩—৮।

৪—মথক্কীসিদা : লাঃ ৩৪, শ্রীকালাচান্দ সিংহ : সাগৈ-সলাই লোন ( ইম্ফাল, ১৯৬৫ ) : লাঃ ১৪৬—৫৪ অমস্তুং পণ্ডিতরাজ শ্রীঅতোম্বাপু বিদ্যারত্ন : মৈহৌবরোল শাকক ১স্তুং পরুবা এংবগী মরু ওইবা রাএন ( ইম্ফাল ) : লা : ৫—১০।

৫—শ্রীনাঐবাকপম ইবোচৌবা সিংহ, পণ্ডিত যাঈমা সনা কে'নু' পণ্ডিত লোইশঙনা তাকপীবা।

৬—মশিন পুয়া : MS অমস্তুং খু'লম চন্দ্রশেখর সিংহঃ মথক্কী লাইবিক : লা : ৩৪।

৭—নোংপোকহারম অমস্তুং নোংচুপ হাবমগী ওইজবা য়েক ফং-লবা যুম্লাক, খুদম ওইনা, শেঞ্জম ( খুমন )।

৮—খুদম ওইনা, নোংপোকহারম ঈরুংবম ( নিংথৌজা ) দা পকখিবা মযুম।

৯—হৌজিক হৌজিক মসি চৎনরি।

১০—মৈদিংগু তবী চরাইরোংবনা অপাম-লুংশিগী মৈনা কন্দনা শাৎপম চনু নোংথিলচায়বী লৌখি। শাৎপমসি নিংথৌজা যেক্লি, লৌন-লৈনবা য়াদে। মরমসিনা নোংথিলচায়বী মযুমগী খুৎ অহু য়েক ওনহনখি, খুমন য়েক ওইখি। অস্তুম্না খুমন য়েক শলাইদা শাৎপম লৈখি।

১১—R D. Vidyarthi : A Text book of Zoology ( New Delhi 1985) : P. 669.—Mendel's Law of Inheritence :—

(i) Law of Paired Units. There are unit

carriers of heredity which occur in pairs. One of each pair came from the mother while the other came from the father. The unit carriers were called by Mendel determiners or factors but now they are known as genes.

১২--মথক্কীসিদা লা : ৬৬৯।

১৩- মথক্কীসিদা : ৬৬৯ :—

Mendel's Law of Inheritence

(ii) Law of Dominance. When two heredity units of pair are unlike the one which functions and produces its chracter or effect is called dominant. While the other which remains undeveloped or unexpressed is called recessive.

১৪—শ্রীনামৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহ, পণ্ডিত য়াঈমা, সনা কোংং পাণ্ডত লোইশঙদা লৈবনা তাকপীব।।

১৫—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা : মথক্কী লাহারক : লা: ৫ ।

১৬—শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : চাদা লাইহুই : লা: ৮ নচিংবা।

১৭—নিংথৌম্বম শ্রীমানিঙ্গাও সিংহ (৮০), সনা কোন্নুং লৈকাযদ লৈবনা তাকপীবা।

১৮—মথক্কীসিদা : রাফম অসি হিন্দুগী মনু সংহিতাদা পুম্নম ওইরিবা সম্বন্ধ নির্নয়দগী পুবা মাল্লি, অরেম্বাদ হায়বা ঙমদ্রে।

১৯—শ্রীকালাচান্দ সিংহ : মথক্কী ল ইরিক : লা: ১৪২-৩।

২০—S.C. Shukla & Dr. Dhamok Butani ; Dictionary of Zoology ( New Delhi, 1993 ) : P. 75.

Chromosomes ; deeply staining structures of

nucleus of cell visible under microscope only. Consists of essentially genes arranged in linear order & R. D. Vidyarthi : op. cit. P. 672—

1. Unit characters may be determined by single factors or determiners were called genes. Within the cells of all animal and plants are minute thread like bodies known as Chromosomes, which contain the genes now known to be complex protein molecules ( DNA ), with the power to grow and reproduce themselves as to perform all the intricate functions of the building up the bodies of animal or plants according to their kind.

২১— শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র : চাদ' লাইরুই : লাঃ ১, ২, ৩, অসিনচিংবা।

২২—পণ্ডিতৰাজ অতোম্বাপু ; মথক্কী লাইরিক : লা ১০।

২৩—সম্বন্ধ নির্ণয় ; M.S.

২৪—মথক্কীসিদা।

২৫—"য়েলহেন" হায়বসি করিগুম্বা মনা-মশিং, মহৈ-মরোং অমবু হান্নবা চানরম্বা নত্রগা হানরম্ববু কবিগুম্বা মবম থরদগী নত্রগা থোদোক ৰাথোক অমদগী নত্রগা থরদগী চাব'/হাবা য়াদবগী মওংদা ভাক্তনা থম্বা অমসুং চাবা থাদোক্তনা চানখিদববু কৌই। য়েক শলাইশিং অমসুং শাগে য়ুম্নাকশিংগী য়েনহেন লৈনবা/লৈনদবা য়াওই। খুদম ওইনা, খুমন য়েক-শলাইনা তেরা পাম্বীগী পোথোক পুন্নমক য়েনহেন ওইনৈ। নিংথৌজাগীদি য়েনহেনগী মহুত্তা ভাহেন ওইনা লৈ। নিংথৌজাশিংনা ভারিন চানদে। য়েনহেনশিং অসি তেকশন-হঞ্জিন্দনবা চুপ শাবদগী অয়াম্বা ভারুরকপা হেম্নরকপা উই।

২৬—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু : মথক্কী লাইরিক : লা: ৫-১০
২৭—খাগেম্বা মুম্বী : M.S.
২৮—শ্রীকালাচান্দ সিংহ : মথকী লাইরিক : লা: ১, ১৪৬।
২৯—মথক্কীসিদা : লা ১৪৫-৪৬
৩০—মথকীসিদা : লা: ১৪৪-৫
৩১—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু : মথক্কী লাইরিক ; লা: ২
৩২—মথক্কীসিদা : লা: ২
৩৩—মথকীসিদা ; লা ২
শ্রীকালাচান্দ সিংহ মথকী লাইরিক : লা : ১৪৪-৫।
৩৪—মথক্কীসিদা : লা: ১৪৪-৬
৩৫—মথক্কীসিদা : লা: ১৪৬।
৩৬—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৬।
৩৭—মথকীসিদা : লা : ১৪৬।
৩৮—মথকীসিদা : লা: ১৪৬।
৩৯—চেংলৈ শলাইসি হৌজিক্কি শরাং-লৈশাংথম য়েক-শলাইদা চঙ্লে।
৪০—মথকীসিদা : ১৪৬।
৪১—মথক্কীসিদা : লা: ১৪৬।
৪২—মথক্কীসিদা : লা: ১৪৬।
৪৩—মথকীসিদা লা : ১৪৬-৭।
৪৪—মথকীসিদা লা : ১৪৮।
৪৫—মথকীসিদা : লা : ১৪৮।
৪৬—মথক্কীসিদা : লা : ১৫৮।
৪৭—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৮।
৪৮—মথকীসিদা : লা : ১৪৮।
৪৯—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৮।
৫০—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৮।

৫১—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৮।

৫২—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৯।

৫৩—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৯।

৫৪—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা, মথক্কী লাইব্রিক লা: ৫।

৫৫—মথক্কীসিদা : লা : ৫।

৫৬—মথক্কীসিদা লা : ৯।

৫৭—মথক্কীসিদা : লা . ৯।

৫৮,৫৯,৬০, ৬১ শ্রীকালাচান্দ ; মথক্কী লাইব্রিক : লা: ১৫৩.

৬২—মথক্কীসিদা : লা : ১৫০।

৬৩, ৬৪—মথক্কীসিদা লা: ১৪৯।

৬৫—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু : মথক্কী লাইরিক : লা: ৯।

৬৬, ৬৭,৬৮—শ্রীকালাচান্দ সিংহ : মথক্কী লাইব্রিক : লা: ১৫৬

৬৯—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাবু : মথক্কী লাইব্রিক : লা: ১০।

৭০— i) মথক্কীসিদা : লা: ৫-১০।

ii) শ্রীকালাচান্দ সিংহ : মথক্কী লাইব্রিক : ১৪৯-৫৪।

৭১—মথক্কীসিদা: লা: ১৪৯।

৭২— i) মথক্কীসিদা : লা : ১৪৯-৫৪।

ii) পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু : মথক্কী লাইব্রিক : ৫-১০

৭৩— i) মথক্কীসিদা : লা: ৫-১০।

ii) শ্রীকালাচান্দ : মথক্কী লাইব্রিক : লা : ১৪৯-৫৪।

৭৪— i) মথক্কীসিদা : লা : ১৫২-৫৪।

ii) পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু : মথক্কী লাইরিক : লা: ৫-১০।

৭৫— i) মথক্কীসিদা : লা : ৫-১১।

ii) শ্রীকালাচান্দ সিংহ মথক্কী লাইব্রিক : লা : ১৫০ ৫৩।

৭৬—মথক্কীসিদা : লা: ১৪৯।

৭৭—মথক্কীসিদা : ১৪৮।

৭৮ মথক্কী সিদা : লা : ১৫০ ।

৭৯ —মথক্কী সিদা : লা : ১৫০ ।

৮০ —মথক্কী সিদা : লা : ১৪৮ ।

৮১— পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু : মথক্কী লাইরিক : লা : ৩ ।

৮২ —মথক্কী সিদা : লা : ৩ ।

৮৩ —মথক্কী সিদা : লা : ৩ ।

৮৪ —মথক্কী সিদা : লা : ৩-৪ ।

৮৫ —মথক্কী সিদা : লা : ৩-৪ ।

৮৬ মথক্কী সিদা : লা : ৩-৪ ।

৮৭ —i) মথক্কী সিদা : লা : ৩-৪ ।

ii) ন মৈরাকপম শ্রীবীরবোচৌবা পণ্ডিত য়াঙমা সনা কোন্নুং পাঙুং লোইশঙদা লৈরম্বা তাকপীবা

৮৮- i) শ্রীকালাচান্দ : মথক্কী লাইরিক : লা : ১৪৯-৫৩ ।

ii) পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু : মথক্কী লাইরিক : লা : ৬-১০ ।

৮৯ — i) শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : চাদা লাইহুই : লা : ১০-১১ ।

ii) শ্রীখেলচন্দ্র সিংহ : অরিবা মণিপুরী সাহিত্য ইতিহাস (ইম্ফাল, ১৯৬৯) : লা : ৬৮ ।

৯০ — শ্রী নিংথৌজম মনিজাও সিংহ : চৌডা শাংপা ইডাম্নৈ (ইম্ফাল, ১৯৭০) লা : ১৩০-৭৩ ।

৯১—নোংপোক হাৱম পুয়া : M.S , নোংচুপহারমলোন পুয়াশিং M.S.S. চেখোং পুয়া M.S খাগেম্বা য়িমলেপ M S অমসুং য়িমলেপ পুয়া M.S ।

৯২ —নোংশমৈ পুয়া : M.S.

৯৩—সম্বন্ধ নির্ণয় M.S. লাতম ১, লা: ১।

৯৪—পুয়া লাইরিক অসি পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (৮০) উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকায় ইম্ফাল-৭৯৫০০১ দগী ফংজবনি।

৯৫—ব্রায়ল লাইরিকসি শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা (৫৮) গী [illegible]দা শ্রীমোইরাংথেম ৺চন্দ্রসিংহনা থম্বীরম্বদগী [illegible]!

শিন্নখোক্লবস্ম রাকৎ-রারোইকমদি নি থৌনা ওইরম্মী। পণ্ডিত লোইশঙ গরিবনিরাজ মহারাজগী চাক্কনা খৃঃ ১৭ ৮ গী অচুম্বাইদা অশেংবা লোইশঙ অমসুং পেনা লোইশঙ লিংখৎপদা[7] লিংখৎলম্বা য়াই। মসিগী মমাঙদা মাইচৌ লোইশঙ কমকম্বা উত্রা শঙলেন্দা ওইজুনা লৈরম্বা ওইনা থম্মৈ, অদুবা রারোলদি কংদে। কুচু রায়েলশঙ লৈরকপদগী নিংথৌদি কুচুনা কমজুনা রায়েল তৌরকখি। অচুম্বা রাংঙম মুগা তেম্বদা লৌন-লৈনবগী রায়েলসিদি চেথারোল কুম্বাবনসু রায়েল পরেং থাবগী রারোল পঙশন পনবীরমদে।

নিংথৌ পান্নিডৈদদি লৌন লৈনবগী রায়েলসি—খুন্দিন, পান্না লোইশঙ, নৈকায (কংলৈ) লোইশঙ, পণ্ডিত লোইশঙ, গারোৎ, অমসুং কুচু লোইশঙদা তৌরম্মী। চৈরাকশঙ/চৈরাপশঙ গরিবনিবাজ মহারাজগী মতমদা লিংখৎলক্লবদা[8] চৈরাপশঙসু য়াওশিল্লকখি। হিন্দু ধর্ম্ম লৌরবদা অমসুং মৈদিংঙু চৌরজিৎখোম্বগী (খৃঃ ১৭৬৩-৯৮)গী মতমদা ব্রহ্মণশিংগী লোইশঙ পঞ্চরতননা নিংথৌসিগী মতমদগী রায়েল থৌদা পায়থংলকখি[9] মাখোয়না মৈতৈ হিন্দুগী লুহোংবগী রায়েল থৌদাসু তৌরম্মী। অদুনা মৈতৈগী লৌন-লৈনবগী রায়েল-রাখুন পাবং মথল অনি—হিন্দু ধর্ম লৌদ্রিবগী অমসুং হিন্দু ধর্ম্ম চংলবা মতুংগীসি থম্বাংনবা চংনবনা মৈতৈ মাইচৌ/পণ্ডিত লোইশঙ অমসুং পঞ্চরতন/নবরতন/ব্রহ্মসভা লোইশঙনা বাথি রাহম্বা অমসুং রাতেম রাতাইবা তৌরম্মী। পণ্ডিত লোইশঙ অমসুং ব্রহ্মসভা অনিসিবু লৈপাকসিগী লুহোং-খোঙদোংবগী মক ওইবা রায়েলশঙ ওইনা লৌরম্মী

মণিপুরনা খৃঃ ১৮৯১ দগী বৃটিশকী পুর সাহেবকী লৈঙাক মখাদা লৈরবদা বৃটিশকী বর সাহেবকী রায়েলশঙনা পুঙ্ঙাগী চেমা রাংবা রায়েলশঙ ওইরম্মী[10]। অদুবু মতমতুদসু মৈতৈ পণ্ডিত লোইশঙ অমসুং ব্রহ্মসভা অনিসিদি অনিসিনা চানন্না তৌরম্বা রাংঙম মুবা তেম্বগী লৌন-লৈনবগী রথিনবদু অদুম তৌরম্মী। মতমসিদা অমুক হন্না দরবার, চৈরাপ, পঞ্চায়নচিংবা রায়েলশঙশিং লিংখত্তুনা লৌন-লৈনবগী রায়েল-রাতাই তৌনরকখি।

মনিপুরনা খৃঃ ১৯৪৯ দগী ভারতা তিনখিন্নবা খৃঃ ১৯৫০ দগী ভারতবর্ষ থুংনা ভারতকী সংবিধান চৎনবা হৌবদা মনিপুরসু ভারত-বর্ষকী শরুক অমা ওইনা সংবিধানসি চৎনখি। মরম অসিনা মতম অদুদগী হৌনা লৌন-লৈনবগী হায়েলসি সেসন কোর্ট, অমসুং ত্রিবুনেল কোর্ট লিংখৎলুনা সংবিধান অসিগী মথাদা শেম্বা হায়েল-হাখুনগী মথাদা তৌরকখি। খৃঃ ১৯৬০ দা মনিপুরী কষ্টম হায়েল শেমদুনা[12] হায়েল বিচারসি চথরকখি অমসুং চথৱি। ভারত সংবিধান চৎলক-পদগীদি—মী অমগা মী অমগা খেনবা লৈতনা হায়েল তৌরে অদুবু হাচৎ-হানোদা অমসুং হানোমশেকগী মতেংনা অচুম্বা বিচারগী পাঁরিং থৈখিদবদি নত্তে।

## ( ২ ) হায়েল-চৈরাকশিং ঃ

মৈত্রবকী মনিং-মথা তম্বা নিংথৌশিং পালনিংদৈ ( খৃঃ ১৮৯১ ফাওবা ) গী মতমশিংদদি লৈপাক্কী হায়েল-হাখুন কায়না চৎলক-পশিংদা পীরম্বা চৈরাকশিংসি য়াম্না শাথীরম্মী হায়বা য়াই। হায়েল চৈরাকশিংসি মী মী অদুগী মানা মানা তৌরকপা থৌরম-থৌওংগী মতুংইন্না হাথোক-থৌদোক্কী হাথি-হাত্তুম তৌদুনা অমসুং মদুগী হায়েল পরিং থারগা অমসুং তৌরগা পীনরম্মী। মথক্তা পীখিবা হায়েল-হাখুন পরেং অনিসি ভাক্তুনা চত্তবা মীওইশিং হায়বদি হা-য়েল-হাখুনশিং অসিগী মায়োক্তা চৎলকপা মীওইশিংদা পীরম্বা চৈরাকশিংদি ঃ[13]

( ১ ) হাকোওবা ( ২ ) থুঙোইনবা ( ৩ ) জাং তাহনবা ( ৪ ) লোই থাবা ( ৫ ) কৈ-লোই-নাই ওনহন্দুনা থুমাইগী মশাগী থাক্তগী হন্থনবা ( ৬ ) য়ুম্নাক-শাগৈ, য়েং-শলাইগী য়েকলুপ-শলাইলুপকী খুই-মীয়ামগী ওইনা থৌ পুবা, মথৌ মতম তৌবীবা, পিবা ওইবন-চিংবা য়াহন্দবা, ( ৭ ) ফাদোক পীবা, ( ৮ ) মরল মথুম মৎপা, ( ৯ ) জাৎ তিমদবা লৌরংগনা ( ক ) লৌন-লৈনকরিবা জাতিদগী কাংলুপ ওনহনবা অমদি ( খ ) মশাদা নত্তনা মহাক্কী ইমুংমনুং ফাওবা

চৈরাক ফংবা ( ১০ ) মুংশাদা ফোবা অমদি ( ১১ ) যুমনা য়ারবপা ( ১২ ) নাংগোংতা থম্বা অমসুং বৃটিশনা পান্নবা ১৩মদদি ( ১৩ ) ইম্ফোকপনা মরুওইবা চৈরাক ওইবা — অসিনচিংবনি।

লৌন-লৈনবা অমসুং মদুগী চৈরাক পীথিবশিংগী মরী লৈনবা থোংদোক-য়াংথোক থম চৈথারোল কুম্বাবদগী লৌখত্তুনা খুদম ওইনা মথাদা উৎচরি :—

( ১ ) চনম শামুংরাক্কী কুম শক ১৫৯৯ ( খৃঃ ১৬৭৭ )... মেরা থাদা ভাংবমচন্দ্র থোইবী য়াকোঙএ। ইবুংঙো লাংতে ভম্বা মুঙ্গদা থাই-এ। ( লঃ ৪৯ )।

( ২ ) চনম্বম চাওবগী বুম শক ১৬০৯ ( খৃঃ ১৬৮৭ ) ... লাংবন ৫নি লৈপাকপোকপদা থাংজম কসোংগা কাংত্তবম চন্দ্র থোই-বীগা ২মা লংজত্তুনা শিএ। ( লাঃ ৫৩ )।

( ৩ ) মুগ্রু ক্যাংবগী কুম শক ১৬৬৪ (খৃঃ ১৭৪২)... শাজিফু ২৪ নি লংমাইচিংদা যুম্নামগী মী, মুপা ১না মচন ২ বোইনত্তুনা নিপাদি সনাখোনবদা থাইএ, মুপীদি পাসারিদা থাএ ( লাঃ ১০৬ )।

( ৪ ) শঙাইপ্রো লাইগী কুম শক ১৭০৬ ( খৃঃ ১৭৮৪ ) হিয়াংঙ্গৈ থা ২২ নি থাংজদা মোইবাং কোঞ্জেংবমগী মনিনা শেংবাই ( সেকমাই ) থা মুপী অমা লৌএ হায়তুনা শেংবাইদা নাই ওইহল্লে। ( লাঃ ১৪৩ )।

( ৫ ) ...য়াইখোম নাওসেক্কী কুম শক ১৭১০ ( খৃঃ ১৭৮৮ )... শজিফু থা ... ২৩ নি নিংথৌকাবদা লোইতোংবমগী মুপা ১না মতৈনা ওংনৈএ হায়তুনা ঈথাইদা থাই-এ। ( লাঃ ১৫১ )।

( ৬ ) থাংকা হেরাগী কুম শক ১৭২৮ ( খৃঃ ১৮০৬ )...ইঙা থা ... ২৭ নি লংমাইচিংদা মৈতেংঙু য়াইরং পামহৈপানা মম্নাং খাম-লৌপা অহুবু মতু পীতুনা খুনলিংহনপাপু পম্বরাম হাজারীনা নতু পীপা য়াকুনো, নতু নাইরপতি নখোইগী লেপাক্তা হনখিবা ভম্নরোই হাইরুইএ হাইতুনা তম্না মহাক য়াংঙদা থাই-এ। ( লাঃ ১৮৬, খৃঃ ১৯৬৭ কী চৈঃ কুঃ দা )।

(৭) য়ুমনামপা ক্ষেমাগী কুম শক ১৭৭০ (খৃঃ ১৮৪৮)... মেরাথা ... ৫নি নিংথৌকাবদা চাংলোম্বা দোলাইরোই হিদংবু মচা থাজবা হৈতে হাইদুনা চন্দ্রখোংদা থাইএ (লাঃ ২৮৮)।

(৮) লৈশাং দেবান্দগী কুম শক ১৭৮৩ (খৃঃ ১৮৬১)... ৱাকচিং ৬নি নিংথৌকাবদা শলামমচা ১না বামোন কোনোক লুপী ১ লৌরমদুনা মতু-মৱা ২মক হাওচোংবন্দা লোই থাইএ (লঃ৩৪৮)

(৯) শরোংথাইবম চন্দ্রসিংগী কুম শক ১৭৮৫ (খৃঃ ১৮৬৩) ইংগ্রেল থা ১৭নি থাংজদা তিজবা স্ববেদারনা মণ্ডলুপী মতুম চম্বু হৈৱাইনদুনা মণ্ডলুপীদি ৱাকচোংকৈদা থাইএ, শেল লৌদুনা থাদোকএ (লাঃ ৩৫৩)।

(১০) ...চনম্বা তুলহবগী কুম শক ১৭৮৭ (খৃঃ ১৮৬৫)... পোইনু থা ২১নি ইরাইদা বেবইগী মচানা মনাই লুপী লাকদুনা মচা শেমদোবএ হাইদুনা স্বকৈথেলদা মনাই লুপীনে, নাওচুবী নিংথৌজাম্বীনে ২মা খুংঙাইনাএ, বেবইগী মচাদি হৈরোক্তা লোই থাইএ। বামোন হেমাঙ্গগী মনাওদি হাওচোংবন্দা থাই-এ। (লঃ ৩৬১)

(১১) শোইবম বলসিংগী কুম শক ১৭৮৯ (খৃঃ ১৮৬৭)... হিয়ঙ্গৈ থা ... ১১ নি ইরাইদা থোকচাও চিরাই লাল্লপচিংবনা মনাও-লুপী লৌএ হাইদুনা হাওজোংবন্দা লোই থাইএ (লাঃ ৩৬৮)।

(১২) .. তাওরিয়া কৃত্তিবাসগী কুম শক ১৭৯০ (খৃঃ ১৮৬৮) ...মেরা থা... ৪নি লংমাইচিংদা খুরাইজমমচা কাংবুবেম্মা অৱা লুপী অমা পুরকপবু মরানা তান্নরক্কনা চৈরাপ্তা বিচার তৌনদুনা মরাদা খুরাইজম কাংবুবেম্মা লুপা ৭০ পিখিএ। চৈরাপনস্থ লুপা ৩০ পীদুনা ময়ুম লৈপাক্তা হনহনখি-এ (লাঃ ৩৭৩)।

(১৩) মোইরাং চৈতন্যসিংগী কুম শক ১৭৯১ (খৃঃ ১৮৬৯)... কালেন থা... ২৭নি থাংজদা নিংথৌজমগী মনাইনুপা ১, ৱাংখৈময়ুম ১না লুপী ২ পুদুনা অৱাবম চেনখিববু ফারক্কনা — মীনাইনিপাদি কৈথেল্দা য়েদুনা থাদোক-এ। লুপীদি মপুদা থাখিএ। ৱাংখৈদি ফাদোক্তা পীশিল্লে (লাঃ ৩৭৭)।

(১৪) মোইরাং চৈতন্যগী কুম শক ১৭৯১ (খৃঃ ১৮৭৯)... ইংঙাথা ... ২৪ নি থাংজদা তৌরাংবমগা অয়েকপমগা ভংনৈ হাই-ডুনা হাওজোংবন ওইখি (লাঃ ৫০৮)।

(১৫) মাইস্না দেবসিংগী কুম শক ১৭৯২ (খৃঃ ১৮৭০).. কালেন থা অগন্নোং লংমাইজিংদা কোন্থা অহল্লুপ্পো লৈবা ঈরোইবা যুমজাওবনা পাংডন মুপী লৌএ হাইডুনা পাংডল ওনহনখি-এ (লাঃ৩৮৪)

(১৬) মাইস্নাম দেবসিংগী কুম শক ১৭৯২ (খৃঃ ১৮৭০) ... পোইন্নু থা ২১ নি যুমশকৈশদা লাইশ্রম নিপা ১ না থোংঙাম্বু মমৌ থোকপা ১ লৌ এ হায়ডুনা হাওজোংবন ওইহনখি (লঃ ৩৮৮)

(১৭) নাওরেম চাওবগী কুম শক ১৭৯৫ (খৃঃ ১৮৭৩).. মেরা থা.. ১২ নি ইরাই কুচিঙো শ্রীযুৎ স্না খোংলেংদা দোবা নিংভোন পৌহনা লৈবা বাংথৈবু য়েঙ্গুনা থাদোকএ। (লাঃ ৪১১)

(১৮) নাওরেম চাওবগী কুম শক ১৭৯৫ (খৃঃ ১৮৭৪).. বাকচিংথা ..১৬নি থাংজদা মুপী চেনবগী বাথাক্লুনা যামবেম নিপা ১, বাংখেম নিপা ১, ২মা কৈথেন্দা য়েঙ্গুনা থাদোকএ। অথোকপম নিপা ১, ভাংবম নিপা ১, ২মাদি ফাদোক্তা পীশিল্লে (লাঃ ৪১৪)।

(১৯) থাংজম চাওবগী কুম শক ১৭৯৬ (খৃঃ ১৮৭৪)...ইংঙাথা নিনি লংমাইজিংদা শলাই ৭ মক্তা শিবাবু শ্রীগোবিন্দগী মণ্ডপ্পো কৌখত্লুনা শ্রীযুৎ মহারাজ থোক্লুনা বামন সভ, চৈরাপ, গারেং, অঙম-অখৌ পুয়মা তিন্দনা চাথি-মৌথি, চন্নুনিঙোন লৌনফবা লৌনফদবা, ঈতম্নবা, পেন তম্নবা, শলাই গোত্র নামুংনবা থৌবক অসি লৌনফরোই, পাগ্রা য়ামএ, লৈপাক বারে হায়ডুনা শ্রীযুৎনা স্নায়াখং হায়দোকখিএ (লাঃ ৪১৮)।

(২০) অপুজাম্বা কুলগী কুম শক ১৭৯৭ (খৃঃ ১৮৭৫)...কালেন থা ২৯ নি শগোনশেন্দা পাংডন মুপা ১ মইতমগী মচাগা ভংনরমএ হায়ডুনা কৈথেন্দা ফৈএ (লাঃ ৪২৬)।

(২১) খাংচ্রাকপম চাওবগী কুম শক ১৭৯৯ (খৃ: ১৮৭৫)... থরান থা ৪ নি লংমাইজিংদা মহারাজনা শ্রীগোবিন্দা মাগুবতা লৈপাক পুম্নমক্কা লোইননা দরবার তৌএ, রাদি নুপীনা মরবাক লম্বোইবদা চঙহুনা রানাইফরোই, বেপারদা চঙহুনা পোৎ লৈফরোই। লম্বেন্দা নিংথৌগী, অঙম্বগী ফত্তবা খুল্লক্কা— ঙাংনফরোই, ঙাংনরম্বা থোক্লবদি দণ্ড তৌগনি (লা: ৪৩৪)।

(২২) খাংচ্রাকপম চাওবগী কুম শক ১৭৯৯ (খৃ: ১৮৭৭) ... লাংবনথা ... ২৮ নি ইরাইদা মহারাজনা শ্রীগোবিন্দগী মাগুবতা লৈপাক্কী অঙম-অথৌ পুম্নমক্কা শাগৈ পিবা পুম্নমক্কা দরবার তৌএ। রাদি শাগৈ নখোয় নখোয়গী ঈতিন-পেনতিন্নবা লৌনফরোই হায়না তাকপিখি (লা: ৪৩৫)।

(২৩) হাওপুজাম্বা চন্দ্রসিংগী কুম শক ১৮০০ (খৃ: ১৮৭৮) ... হিয়াঙ্গৈ থা — ২৮ নি ইরাইদা য়াংলেমগা লাইশ্রমগা লৌনহুনা হাওচোংবন্দা থাইএ (লা: ৪৩৯)।

(২৪) হাওপুজাম্বা চন্দ্রসিংগী কুম শক ১৮০০ (খৃ: ১৮৭৮) ... ইঙেন থা ... ১৩ নি ঈরাইদা য়েনকোকপমগা সনসমগা লৌনৈ হায়হুনা হাওচোংবন্দা লোই থাই (লা: ৪৩৮)।

(২৫) হৈক্রুজম চাওবগী কুম শক ১৮০২ (খৃ: ১৮৮০) ... হিয়াঙ্গৈ থা ১১ নি ইরাইদা মবুথৌ নোংশাবগী নিংথেমনুবী কৈথেল্লাকপীগা লাই ফন্দারি শরোকখাইবগা ঙাংনৈ হায়হুনা মমল শেল লখা ২৫ হনলমএ (লা: ৪৪৫)।

(২৬) থোকচাও চাওথোইগী কুম সক ১৮০৩ (খৃ: ১৮৮১) কালেন থা ... ১০ নি লংমাইজিংদা লাইফম শিঙ্কাইদা লৈবা ফাঞ্জৌবম নিপা অমনা হাওনুবী লাননৈ হায়হুনা হাও ওনহনখি (লা: ৪৪৭)।

(২৭) থোইরুবা নবশ্যামগী কুম শক ১৮০৭ (খৃ: ১৮৮৫)

... ইঙেন থা ... ১৮ নি শগোনশেন্দা বামোন য়ুরাইলংপনা বামোন ব্রহ্মাগী মচ নুপী চেংল্লা হায়দুনা বামোন য়ুরাইলংপবু মতু মচা যাওনা চাইরেন্দা লোই থাইএ ( ল: ৪৬৫ )।

( ২৮ ) ইস্লাম ধর্ম্মগী কুম শক ১৮০৫ ( খৃ: ১৮৮৪ )... পোইন্থু থা ১৬ নি ইমশকৈশদা য়াহেংবম নিংতোন অমনা বামোন সিজং কুমযুমগা ঙাংনৈ হায়দুনা, বামোনা ঙাংনদে হায়দুনা শ্রীগোবিন্দগী মমাংদা সু-লুপা লাকবদা বামোনা চুমহনদুনা নুপীদ কৈথেন্দা থুঙ্গইনৈ। মচাদি চংওবোক ওইহল্লে ( লং: ৪৬৪ )।

( ২৯ ) নাওরিয়া শাংজৌগী কুম শক ১৮১০ ( খৃ: ১৮৮৯ ) ... ফংইরেল থা ১৬ নি ঈবাইদা শোইবম মতৈ-মনাওনা সাহেবতা ফমদোঙ্চ নুপী অমা শেমএ হায়দুনা হাও ওনহংখিএ সাহেবতা ওংবীগী মমাবু ইহরাংগোইথোং কৈথেল, মোইবংখেংম কৈথেল, খ্বাইরম্বল কৈথেল, কৈথেল অচৌবা ৫ মদা শগাই শাদুনা ফোএ ( ল: ৪৭৬-৭ )।

( ৩০ ) লুবংশংবা গোবগী বুম শক ১৮১১ ( খৃ: ১৮৯০ ) ফাইবেন থা ২১ নি লৈপাকপোকপদা হাংলা মরক্তা লৈবা পোৎশংবমগী মত, ইরেংবমচা স্নাখোম্না লাইরে হায়দুনা গারোংতা পুথংলকএ। ( লং: ৪৭৯ ) পোৎশংবগী মতু লান্নবা ইবেংবদি শিএ, পোৎশংবগী মতুদি কৈথেন্দা থুঙ্গাইনৈ।

( ৩১ ) সেকমাই ললিতোগী কুম শক ১৮১৫ ( খৃ: ১৮৯৩ ) ... লাংবন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। অদু সুমিত্তা হৈযেন্দা লৈবা ওক্রম-বগী মতুবু হিজবনা লাইরে হায়দুনা হিজববু হাংলে। ওক্রমববু খুননা পুথংলকএ। বোর সাহেবনা মীছাৎ চুমদে হায়দুনা ফাদোক্তা পীএ ( লাঃ ৫১৬ )।

( ৩২ ) সেকমাই লবঙ্গগী কুম শক ১৮২০ ( খৃ: ১৮৯৮ ) ... কাইরেন থা ... ৬ নি ঈরাইদা লমজাওদা চৎপা নুপী ১ ফাদুনা লৌএ হায়দুনা পুলিস ৪ ফাদোক্তা থমএ ( লাঃ ৫৩২ )।

(৩৩) অংপ্রো চাওভম্বা চৈথাবা কুম শক ১৮৬১ (খৃঃ ১৯৩৯) লমতা থা ২ নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ ময়াঙ্গুং মচাগী মচা টবেম্মা লাইশ্রম পাকাদা লুহোংএ। লৌনবা য়াদে মায়ফুনা শ্রীযুৎতি য়াওদে (লাঃ ৬৩৭)।

(৩৪) শোইবম গোবিন্দ সিংহনা চৈথাবা কুম শক ১৮৬২ (খৃঃ ১৯৪০) শজিবু থা ... ১৫ নি নিংথৌকাবদা চিংখমদগী হাও লৈপাবী অমুবী কৌবী অমা ভুরেল অহনবী মচিন্দা লৈবা থাইদেম ইবোয়চাগা লৌন-নৈলনগনি হায়দুনা মমা কোম্বুং কারক্তনা শ্রীযুৎনা লাইথিং লৌবিতুনা লুহোংখি (লাঃ ৬৩৫)।

(৩৫) অংপ্রো সুরচন্দ্রনা চৈথাবা কুম শক ১৮৭০ (খৃঃ ১৯৪৮) ... লাংবন থা ... ৫ ন য়ুমশকৈশদা নম্বোন্দগী খাইরাকপম নিংথৌন য়ানী কৌবা গন্ধর্ব বিবাহ তৌতুনা পুথৎলি (লাঃ ৬৫৫)।

অসিনচিংবা।

## রিফরেন্সশিং :—


১ —ইরোম অমুবী সিংহ : মুংলোন ( ইম্ফাল ) লা: ১ ।

২ —শ্রীলাই: ৺ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : মথকী লাইরিক : লা: ৩৮ ।

৩ —মশিল : M.S., (ii) খুলেম চন্দ্রশেখর : মথকী লাইরিক লা: ৪২ ।

৪ —নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : ফমলোন : লা: ৫ ।

৫ —N. Ibobi Singh : Manipur Administration ( 1709-1907 ) ( Imphal, 19 ) : P.

৬ —লাই: ৺ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র : মথকী লাইরিক : লা: ৭৬ ।

৭ —মথকীসিদা : লা: ৯০ ।

৮ —খেলচন্দ্র : ফমলোন : লা: ৬ ।

৯ —শ্রীলাই: ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র : মথকী লাইরিক : লা: ১৬৯ ।

১০ —মথকীসিদা : লা: ৫১৩ ।

১১ —মথকীসিদা : লা: ৫২৬ ।

১২ —Govt. of Manipur : Manipuri Customs, 1960.

১৩ —শ্রীলাই: ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র : মথকী লাইরিক : লামায়শিংদি বাগ্নোলশিংহুগী অরোয়বদা পীজরি ।

# য়ারোয়শিন

মৈতৈ লৈপাককী মা ফুরুপ-কাংলুপশিং অমসুং টিবেতো-বর্মানগী মীওইশিংনা মীশিং য়াম্না য়াম্না নুংশিরবসু তাহ[1] শিংগী লৈতাকলোন অমসুং খুন্নাইলোন চৎপা জাতিনি[2] অদুগা মুপা-নুপী লোন-লৈনবা হায়বসিনা মীওইবা হায়বা মখোণ্ড অনি পানবা জিব অসিনা হেক পৃথিবীদা পোক্তকপদগী লৈরক্লবসু লুহোংবগী থৌরমসি করম্বা মতমদগী হৌখিবগে হায়বসি লাই-তীর্নগী অমসুং লাইওই-তৈনওইবগী ৱারীদা পানশিনবা নত্তনা অতৈদদি উবা-তাবা ফংনদে। অদুগুমদুনা মৈতৈগী মুহোঙবা/লুহোংবগী থৌরমগী হৌরকফমসু অমম্বা ফিজংগী মরমদা লৈরি। অমুক টাঙ জাতিসিনা য়াম্না লৈরবা জাতিনিনা লুহোংবগী থৌরমসি হান্নন পাংথোক্লমগনি খল্লে। অদুগা মৈতৈ অসিনা টাইশিংগী চাদা-নাওদাগী শক্তক য়াওবা অমসুং মখোয়গী মনাৎ চৎনবনিনা মৈতৈগী মুহোঙবসি মখোয়না খুনহো-খুম্হোক্লকপদগী মখোয়গী শিংলা-নাওরীদা পুরক্লমগদ্রা হায়না থজল্লে।

চৎথরবা ইতিহাসকী খোঙচৎ হল্লকউ য়াদে, অদুগা অহোংবা অমদি অওনবা হায়বসিনা তাইবং মালেমসিগী লিচৎ ওইদুনা লাক্লবনি। অরিবদু অনৌবনা শিনবা উরিবু উনৌনা পুনবা মীওইংগী থাদোকপা য়াদ্রবা হৈনবানি। মরম অসিনা মৈতৈগী মুহোঙবদু লুহোংবনা শিনখিবনি অদুবু ঙসি অসিনা ওরাংগী মচা ওইবনা অনৌবা লুহোংবসিদা অরিবা মুহোঙবগী মচাক খরদি চঙডুনা লৈহৌরি। মমিং হোংখিবনা মচৎ-মনাৎপু লোৎতুনা থক লোৎতুনা থম্বা ঙমদে। চংখিবগী খুনামী থোঙ্গলে তাহৌবা হায়বসিদি মশানা তাজরবা রাফম্নি।

মৈতৈ খুন্নাইদা নুপী লোনববুদি চৎনৈ, নুপা লোনববুদি চৎনাদে। অদুগা নুপী শিংগা লুহোংলবা নুপাদুনা অমুক লুহোংবদি য়াহল্লি, নুপীনা অনিশুক লুহোংবা হায়বদি তুমন লুহোংবদি য়াহন্দে। হায়রিবা রায়েলশিংসিনা মৈতৈ লৈপাক-খুন্নাইদা নুপা-নুপীগী হক চপ মান্নে হায়বা য়াদে। নুপানা তরাগী মপু, নুপীনা কুনগী মবেম্মা হায়-রুরবদি ওক্তবী শীংদা চয়ে। হায়রিবা রাখল্লোনশিংসি হায়বদি মপুরোইবগী মঙালোয় ওইবীশিংনা মিংনা উবা লাইগুম নীংনবসি হিন্দু ধর্ম লৌরবা মতুংগী রাখলোন্নি হায়জনীংই। হায়রিবা রাংলাল অসি মৈতৈ পুয়াশিংনা শাক্ষী ওইহন। য়েংলবদি মণিপুরগী খুন্নইলোনগী ওয়াইদৈ (খায়রবৈ অমসুং মমাঙদৈগী ময়ায় ওইবা মংখ্রা ফাংলে) গী মতমদা উবা ফংদে অমসুং লৈতে। রাফমাস খাম্নাইগী ওইনা নুংশিবা[৩] অমসুং নুপী অমা-অনিখকী ওইবা রাফমত শীংখাজন, হায়জবনি।

হিন্দু ধর্মনা মী অমগা মী অমগা মাগী মাগী পোক্লক-শাৎলকফম, মমা-মপাগী মতুং ইন্না খেন্নবা খুন্নকপনা মৈতৈদা বর্ণ খেন্নবগী রাখল লৈত্রবগ পান্নী-পুরীদা অচৌ-অশাং, অকম-অখৌ অমসুং অঙৎ অখৌ ওইরবগী হুম্ফমদা মী-মীগী খেন্নবা হুম্ফম খোল্লকখি হায়বা য়াই। মরমশিংসিনা মৈতৈ হিন্দু সমাজদা খাম্নইগী চাবৌ-মৌলোনরকপা ফুরুপ-কাংলুপ কয়া থাপলক্লবখি। অমবোমদা কাংলুপ-ফুরুপ তিন্নদবা লৌন-লৈনবসি মৈতৈ ওম্পাক্কী কৈ, লেই, নাই, মুসলমাননচিংবদা খুন্নকপসি মখোয় মখোয়গী খাইগী ওইবা ফুরুপকী ঈ মকাশিন লেনবা তৌবদগীদি ফুরুপকী খাক অমসুং অচৌ-অশাং অমসুং পান্নী-পুরী রাংগী রাখল্লোমা হেন্না উবা ফংই। অদুগা মখোয়গী য়াইতোংখম্নতোংবশিংনা কাংলুপ তিন্নদবা জৎ মান্নদবা নিংথোক লৌবা খিংলবশু য়াদ্রবশু কাংলুপ মান্নদবা নুপা অমগা নুপী লৌন-লৈনরক্লিবা মীশক অদুবু মখোয়গী ফুরুপ মনুংদা তিনশিন্দুনা, মায়নৈ

অমদা, জাৎ তারা মায়গৈ অমদা মখুৎ চাদবা হায়রবনচিংবা তৌডুনা মখোয়গী কাংলুপ মনুংদা চনশিনখি। অদুবু মৈতৈ খুন্নাইদদি মখোয়শিংডু লৌন-লৈনরুবডুগী মহৈনা মশাগী হান্নগী ওইবা খুন্নাইগী থাক্তগী হন্থহন্দুনা— কৈ, লোই, নাই, য়াইথিবী ওলহনখি।[৪]

মৈতৈ হিন্দু ব্রাহ্মনয় সমাজগী অমাং-অশেংগী অমসুং মৈতৈ অচৌ-অশাংগী দোলায় তোংনিংবগী বাকম অসিদা লাইমিং অনৌবা চন্দন কেংথৈ ওইরকখি। অদুগা মসিগী খুদোংচাবনা বৃটিশ খৃষ্টানশিংনা লৌখি। অমদি তমদগী লাপথোকখিবনা মরম্নাই থাপতোকনখিবা চীঙমী ফুরুপ-কাংলুপশিংদা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোক্লবা শেগ শারকপনা খৃঃ ১৮৯৩-৯৪ দা কাংপোকপীদা মী থর অমসুং খৃঃ ১৮৯৫-৯৬ তা উখ্রুলদা মী থর অনৌবা লাকপা ধর্ম্মসি লৌখি।

খৃষ্টান ওইরবসু, মুস্লীম ওইরবসু, হিন্দুবু ওইরবসু জাৎ তিন্নদবা, ফুরুপ-কাংলুপ তিন্নদবা, ধর্ম্ম তিন্নদগী অমসুং মনাৎ তিন্নদবা লৌন-লৈনবা হায়বসিদি পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা থোকই। নকু-তিন্নরুবদি লৈমিন্নরকই, লৈবু লৈমিন্নরবদি হৌদোংদসু নুংশিরকই। হায়রিবসি মণিপুরদসু মীগী খুন্নাইশিং লৈমিন্নবনিনা অদুমক থোকই।

মণিপুরদা মুসলিমশিংনা খৃঃ ১৬০৬ কী মমাঙদা খুন্থোক্রকপা লৈববসু[৫] মৈতৈগী লৈপাক নিংথৌনা শকখঙ-মায়খঙনা খুন্দা-লৈতাথিবদি পীজরিবা চহিসিদগীনি। মখোয়দা মৈতৈ নিংডৌনশিং পীডুনা লৌন-লৈনহল্লকখিবনি। অদুবু মমৈদদি মুসলীমশিংগসি মতমগী অওনবনা মখোয়গী বাংলম্বা থাক্তী শক্তম ওল্লকখি। অদুবু মখোয়, মণিপুরদা খৃঃ ১৯১০ গী মমাঙদা খুন্দারহৃশিংহুনা মুস্লীম ওইনা "নিক" তৌবসি চপ চাবা হুকুমদা চৎনরম্মী হায়বদুদি খঙম্বা ওহগী বাংমদা লৈরি[৬] হায়রিবা চহিসিগী মতুংদগীদি চৎনরে হায়বা যাবে।

মুস্লীমশিংগী লুহোংবসিদা অন্তরজাতিক থাক্তা চংনরিবা মথলশিংদি— (১) মুন্নিগী বায়েন্দা (ক) Valid (Sahih), (খ) Irregular

( Fasid ) অমসুং (গ) Void ( Batil ) অমদি (২) শিয়াগী ৱায়েলদা (ক) Valid ( Sahih ) অমসুং (খ) Invalid হায়বশিংসিনি।[৭] অদুগা শিয়া মুস্লীমশিংগী মরক্তদি মুটা নিকা ( Muta Nikah )[৮] সু চংলৈ। মুসলীমশিংগী লুহোংবদি Contract নি হায়না মথক্তসু পঙ্খ্র। অদুনা তলাক ( Divorce )[৯] সু তৌনৈ। অদুবু মণিপুরী মুসলীমসিংগী লুহোংবদি মৈতৈগী অরিবা মুহোঙবদা নকশিল্লি। মণিপুরী মুসলীমশিংসিনা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈবা মী কাংলুপ অমা ওইবনা মখোয়গী লুহোংবগী ৱাফমসি চিথরন্থা য়াদবদগী পল্লন্থতনি।

মৈতৈগী লৌন-লৈনবগী ৱায়েলসি খৃঃ ১৯৬০ গী অদুৱাই ফাওবা চংনা ঙাক্লন্থনু হৌজিক্কী মতমসিদদি কয়া থৌশানবক্তবগুম উবা ফংই। অপাম্বা থরতনা ঙাকচবা, খুন্নুংগী ৱাথল ওইনা লৌমরক্লে। য়েক মশেল ফাওবদা য়েক ওন্থোক্লগা লুহোংবদগী হেন্দাক্ত.না শাগে যুম্নাক মশেল ফাওবা লুহোংবদি লুহোংদনা লৌন-লৈনবা য়াওরে। ৱায়েল হায়বসি মীনা শেম্বনি মীনা থুগায়বা য়াই, চংনসি হায়বগী চংনবনি, ফগদবা য়েংহনা তৌবনি। মসিগুম্বা চংনবীগী মচেং মচেংশিং অসিনা জাতিগী মনাং ( সংস্কৃতি ) শাগংলগা মী ফুরুপকাংলুপ অদুগী মশক তাকলিবনি। মরম অসিনা ইতিহাসপু শাওগদবা নত্তে, মুংশ্রবা মনাংপু। থত্তনা নৈনরগা অনৌবা মচংমনাংপু থাও থাহন্দুনা মশা-মশাগী জাতিগী শক্তম লেপকদবনি।

# রিফরেন্সশিং—

১ — P. Gogoi : The Tai and Taikingdoms ( Guwahati, 1968 ) : P.

২ — মথক্কীসিদা : টাইশিংগী মতীক-মগুনশিংছু য়েংবিযু।

৩ — নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা পুয়া : M. S. নাওথিংখোংগা পেতঙঙাগগী সুংশিনবসি থম্মোইগী ওইবা সুংশিবগী মশক্কি।

৪ — মথক্তা চৈথারোল কুম্বাবদগী লৌথোক্লুনা উৎচখিবা খুদমশিং অছুদা য়েংবিয়ু।

৫ — কুলচন্দ্র, বডরুদ্দিন : মৈতৈ পাংঙল হৌরকফম ( ইম্ফাল ১৯৯১ ) লা: ৪৯—মৈতৈ পাংঙলশিংগী অহিবম শাগৈ-য়ুম্নাক য়েংবিয়ু।

৬ — মথক্কীসিদা : লা: ১৪৭।

৭ — H. K. Saharay : Family Law-Hindu Law & Mahamedan Law ( Central Educational Enterprises, Calcutta, 1987 ) : P. 74.

A marriage that fulfils the essential conditions is a valid marriage.

A marriage which is not a valid is either irregular or void.

When a marriage takes place with a woman pohibited by reason of consanguinity, affinity or fosterage, it is void.

The prohibition in this case ( i e. an irregular marriage ) is not absolute but temporary. It arises from an accidental mistake such as absence of witness.... The ... irregularities may be removed and as soon as these are done the irregular marriage.

৮ — মথক্কীসিদ : ল : 75

A Muta or temporary marriage may be contracted by a Shia Muslim. It is essential to the validity of Muta marriage that the period of colabitation should be find and that some dowry should be specified.

৯ — মথক্কীসিদা : লা: 76.

Talak means dissolution of marriage.



# বিঃ কুলচন্দ্র শর্মাগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

১। সনাতোম্বী ( নোভেল: ১৯৬৮ )
২। চারিক পরেং ( নোভেল: ১৯৬৯ )
৩। যুগী পাত্রদা ভূশবীর ( নোভেল: ১৯৭০ )
৪। খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা ( পুয়া: ১৯৮৯ )
৫। থাঙমইরোল ( পুয়া: ১৯৮৯ )
৬। সনামহি পুয়া ( পুয়া: ১৯৮৯ )
৭। মৈতৈ পাংঙল হৌরকফম ( থিজিন-হুমজিনবা ১৯৯১ )★
৮। মৈতৈ বামোন হৌরকফম ( থিজিন-হুমজিনবা ১৯৯১ )★
৯। মণিপুরগী হুডগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং (ওন আর্কিওলোজিকেল রিসর্চ: ১৯৯৬ )
১০। নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমা-মপা থিবা ( থিজিন হুমজিনবা: ১৯৯৬ )★
১১। হৈক্রু হিদোংবা অমসুং মোইরাং লৈমা থাঙনাং (থিজিন-হুমজিনবা: ১৯৯৬)
১২। রাংখৈ মৈরাবা অথৌবা ( থিজিন-হুমজিনবা: ১৯৯৬ )
১৩। মৈত্রবাকী খুম্হোক-খুম্পারোল ( থিজিন-হুমজিনবা: ১৯৯৭ )
১৪। মৈত্রবাক মণিপুরগী ফুশা-রানশারোন (থিজিন-হুমজিনবা: ১৯৯৮)
১৫। চীং,ঙা লাইরেম্বীগী পুরারী ( থিজিন-হুমজিনবা: ১৯৯৮ )
১৬। খুমন নিংথৌরোন লম্বুবা ( পুয়া ১৯৯৮ )

★ মার্ক তৌরিবশিংদা ক্রো-ইডিট তৌম্নবনি।